# কলি যুগকি অবতার

# ভগবান সত্য সাই বাবা

## মীওই মপোক্কি শক্তম



লোমদিনজনা অমসুং হন্দোকপা ঃ

রামেশ্বর সনসম

কলি যুগকি অবতার

# ভগবান সত্য সাই বাবা,

# মীওই মপোক্কি শক্তম


*খোমজিনজবা অমসুং হন্দোকচবা ঃ*

রামেশ্বর সনসম

কলি যুগকি অবতার ভগবান সত্য সাই বাবা, মীওই মপোক্কি শক্তম

খোমজিনবা অমসুং হন্দোকচবা - Rameshwor Sanasam,
Lamding Cherapur,
Thoubal District

অফোঙবা - হন্দোকচবা মশামক

অহানবা ফোঙবা - ২০১০

কোপি মশিং - ৫০০



মমল : লুপা ১৫

নম্ফম : গ্লোবিয়া প্রীন্টর্স, পেলেস কম্পাউণ্ড, ইম্ফাল ইষ্ট।

# নোঙ্গুক্না ৱাহৈ খরদং

Paritranaya Sadhunam Vinasaya Ca duskrtam
Dharmasamsthapanarthaya Sambhabami Yuge Yuge

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাগী মনুংদা হায়, "ধর্ম থাজবশিংবু কনবিনবা, ফত্তবা তৌবিবা কাণ্ডবুবু মাঙহন্নবা, অমসুং অচুম্বা চৎলিবা ধর্মখক্তবু য়োকখৎনবা অচেৎপগা লোয়নননা, ঐহাক যুগ যুগতা অবতাব তৌই"। অদুগুমদুনা কলি যুগতা ভগবান সত্য বাবা, জগৎতা লৈবিবা মীওই কাণ্ডলুপ খুদিংমক্কি লমজীং-লমতাক পীবিনবগীদমক্তা, নুংশিবা হায়বা ৱাফম্মা মাঙওইনবগা, ঈশ্বব মশক খণ্ডবা ঙম্লবা মমল নাইদ্রবা পাউজেল কয়া জগৎকি মীযামদা লান্থোকপীবি। মসিগা মবী লৈননা ঐহাক্লা খোমজিঞ্জদুনা, "কলি যুগকি অবতাব ভগবান সত্য সাই বাবা, মীওই মপোক্কি শক্তম" কৌবা লাইবিক অসি মীযামদা খুদোল তৌজবি।

লাইবিক অসিগী মকওইবা পান্দম, শ্বামীজীগী পাউজেল জগৎ শিন্নুংনা শন্দোকপনি, মীওইবা জাতিবু অচুম্বা মশক খণ্ডননবা তম্বিবনি। লূববা সংস্কৃতিগী ঈচেলনি, জাতীভেদ লৈতবা অমসুং অপুনবা শক্তম শাগৎপনি। খনগৎলবা অইবা খবখক লৌখৎচবনি, মখোয অদু বাবাগা হকথেংননা লোযনবকপা অমসুং বাবাগী শক্তিনা চাউনা পুঙ্গিদা অওনবা পুবকখ্রবা মীওইশিংনি। মখোয অযাম্বা লৈবাক্কি লুচিংবা মীয়াম্না শকখণ্ডলবা অইবশিংনি . Dr S Bhagavantham, Scientific Advisor to the Defence Ministry and President All India Science Institute, Shivraj V Patil, Leader of the Congress Party and the former Union Minister, R K Karanjia, Journalist and Editor of Blitz, Shree Indulal Shah, once the President of the Students' Union, Maharashtra and frontal organisation leader of the Congress Party in the State and Justice P N Bhagawati, Chief Justice of the High Court

of Gujarat অমসুং পুম্নমক অসি Prof Prem Luthra, Dayananda College, Hisar না খোমজিন্দুনা ফোঙবা লাইরিক্তগী লৌথোকপনি।

ভেদ ভ্যাসমক্কি হায়না মীয়াম্না শিংথানবিবা Vinayak Krishna Gotak কী booklet, "The Advent of Sathya Sai দগী পুম্নমক নত্তনা খনগৎলবা তান্নক খবা লৌখৎচবগা হন্দোক্লুনা খুদোল তৌজবনি। লোয়ননা থাগী চেফোঙ "Sanathana Sarathi' গী মনুংদগী অমৃত ধারাগী কলমদা যাওবিবা মকওইবা ঈশ্বরগী মবমদা ভক্তশিংগা লোয়ননা খন্ন-নৈনবগী থৌবমদা বাবানা পীখিবা প্রবচনশিং শিজিন্নদুনা লাইরিক অসিগী মখাই হাপ্পদা চাউববা থৌদাং লৌবি। বাবাগী পাউজেলশিং অসি, তোঙান-তোঙানবা ধর্ম কাংলুপ খুদিংমকপু কোনশিবা ঙম্বা, অপুনবা শক্তম শাগৎলিবা, সংস্কৃতিগা নবী লৈনবা, তুংকোইনা চৎকদবা শান্তিগী পাউজেলনি। অবোইবদা, Dr Samuel Sandweiss, M D অহাওবা লায়েংবা Professor San Diego University, California, U S A বাবাগী মবমদা ইবা লাইরিক, "The Holy man and the Psychiatrist" তগী লৌখৎচবগা বাবানা মহাক্ত অমনা ঙাক্লা চৎকদবা লমচৎ-শাজৎ অমসুং চৎনা-পথাপ কয়াগী মবমদা পীবা মক ওইবা পাউতাক কয়া লাইরিক আসদা য়াওবা থেংনবিগনি।

পুম্নমক্কি মথক্তা, ঐঙোনদা তবাইনা থোক্কবা রাকম অনলা, লাইরিক অসিগী মনুংদা যাওবিবা সংস্কৃত শ্লোক কয়াগী ব্যাখ্যা পীবকপা মতমদা মপুং ফাদবা অমসুং অবানবা কয়া য়াওবগ্নোই হায়না চিংনদবা ঙমদে। কবিগুরুনা পাবিবিবশিংনা অশোই-অঙাম থেংনবিবদি, ঐহাক্কি ইবালপুম্বা, ভগবানগী সেবাদা, জ্ঞান যাউদবা অঙাংগী মতৌগুম খৌবাংবদগী কোকপা ঙম্নবা লৌখৎচবনি খনবিবগা ঙাকপিগনি।

অবোইবা ওইনা, লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোংনবদা, অন্নবা থিদনা, হকচিনবা থৌদাং লৌবিখিবা The Gloria Printers, Palace Compound, Imphal East কি ইচিল-ইনাওশিং অমসুং প্রেস অসিগী প্রোপাইটবগী পুকচেল চাউবা মতৌবু থাগৎপা ফোঙদোকচবনি।

খোমজিঙবা অমসুং হন্দোকচবা

**Rameshwor Sanasam**

Lamding Cherapur

# য়াওরিবশিং

# ভারতকি সংস্কৃতিদা ফিদমনিঙাই ওইরবা লাইনিং লম্বী

ভগবান সাই বাবানা অসুম্না তাকপিবম্মী, "মীওইবা ঐখোযগী হকচাং অসি শেংদোকপা দবকাব ওই। পূক্লিং মোংহন্দনা থম্নবগীদমক্তা ঈশ্বরগী মীৎম্বে শোনবা তাই। ঐখোয়গী পূক্লিং শেংদোক্নবগীদমক্তা পূক্লিং থিংজিন্না লাই নিংবা তাই। জাপা (চিন্দা শোন[illegible] [illegible] লোয়ননা ধ্যান (পূক্লিংদা নিংশিংবা) তৌবা তাই অমসুং ধ্যানগা লোয়ননা জাপা তৌবা তাই। জাপা অমসুং ধ্যান অনিমক্তা নুংশিবা হাযবা রাফম্না মাংওইনবগা নুংগী ঈচেল ওইনা শিজিন্নগনি। ঐখোযনা খুং য়েং অমসুং ওই অইনমক্তা ঝান অমমম পায়বে হাযনা লৌবসি। অনি অদু থেঙ্গায়নবা মতমদা খোঞ্জেল থোক্কনি। মতৌ অদুগুমদুনা জাপা অমসুং ধ্যান অনি অসি অমথক্তা ওইনা পুনশিন্নগনি, মদুগী মতেংনা ঐখোয Nirvikalpa Samadhi দা চঙবা ঙমগনি (অনি লোংদ্রবা খ্বাইদগী থোইববা আত্মা জ্ঞানগী লমদমদা), হায়বিবা রাফম অসি ঐখোয়গী অশেংবা শক্তমনি।

## নুংশিবগী মপুংওইবা শক্তম

কনাগুম্বা মীশক অমা গুণ কয়ানা নৈতেংবা য়াই খুদম ওইনা ফজবা শক্তম, পুকচেল চাউবা, মীনুংশিগী রাখল চেনবা অমসুং মী খুদিংমকপু মচিল মনাউগুম নুংশিননা লোয়নবা ওম্বা, অদুবু পুম্নমক অদু সংস্কৃতি য়াউদ্রবদি কান্নদবা অবেম্বা ওই। মীওই অমগী পুন্সিদা সংস্কৃতি য়াউদবা হাযবদি লাই লাওবা লাইশংগুম্বনি অমসুং ঈশিং নৈত্রবা ঈচেল কংলবা লৌবুককুম্বনি। মপাল নাইদ্রবা

সংসাব অসিদা অসিগুম্বা পুন্সি মবেলনা শান্তি অমসুং নুংঙাইবা মতৌ কবম্না ফংবা ঙমগদৌবিবনো ?

## থাইনগী ভারত ইতিহাসতা বিজ্ঞানগী হীরমদা চাউখৎলম্বা

পৃথিবীদা লৈবিবা জাতিশিংগী মনুংদা লৈবাক খবা হায়বদি আমোবিকা অমসুং বশিয়ানা তোঙান-তোঙানবা হিবম কয়ামুক্তা বিজ্ঞানগা মবী লৈননা মাঙজিল থানা চাউখৎপা ঙম্বা অমসুং থিজিনবগী থবক্তা খোঙজেল য়াংবনা মবম ওইদুনা মখোয়গী পৃক্লিংদা চাউথোকপা অমসুং নাপল কাবগী মতৌ উংলি। হায়বিবা লৈবাক অনি অসিনা বিজ্ঞান অমসুং খুৎশা হৈবগী হিবমদা অতোপ্পা লৈবাকশিংগা লাম্বা যাদবনা মবম ওইদুনা থোইচৎ-ৰাংচৎনবগী মতৌ লৈবা উবি। তৌইগুম্বসুং ঐখোযগী লৈবাক ভাবত, বেদগী মতমদগী হৌবদুনা বিজ্ঞানগী হিবমদা মাংজিল থানা চাউখৎলম্বতা নত্তনা হিবম অসি থবক্তা ওস্লোক্কনা ফিদমনিংঙাই ওইনা শিজিন্নবস্মী। মবম অসিনা হৌজিক ওইবিবা ভাবতকী ফিভম মতম কযাগী মমাঙদা ওইবম্বা বেদগী মতমদগী মবা তাদুনা লাকখিবস্মী। ধর্মগী ওইবা মন্ত্র কযা (incantations), শক্তি লৈববা যন্ত্রশিং (mystic diagrams) অমসুং মগুণ লৈববা তন্ত্র খিবিক (esoteric doctrines - অখন্নবা জ্ঞানগী পাম্বৈনা পূম্নমক খঙবা ঙম্বগী শক্তি) বেদগী মতমদগী হৌবকখিবা ওইবস্মী। ভাবতবাসিশিংগী হিংবদা চঙবা নিতি নিয়ম খুদিংমক বেদদা য়াওবি অমসুং মসিমক লৈবাক অসিগী ধর্মগী ওইবা পুন্সি মহিংনি। যাম্না চম্বা সাধাবনদা যুন্ফম ওইবা ভাবতকি হৌখিবা ইতিহাস লৈ হায়না কনা অমত্তনা থৌনা লৈনা হায়বা ঙম্লোই। শেংলবা ধর্মগী ওইবা বেদশিং অসি ভাবত্তগী হৌখিবনি। ভাবতবাসিশিংনা মচিন্দা মন্ত্রশিং অসি শোল্লদুনা অমসুং থম্মোযগী কাচিন্দা কুপ্না নৈনদুনা বেদশিং অসিবু থৱাই হাপ্তুনা হিংহন্দুনা থম্বা ঙম্লি।

ভগবান্না মখাদা পীবিবা পাউতাকশিং অসিগা লোয়ননা ঈশ্বব হাযবসি কবিনো, মহাক কদাইদা লৈবগে হাযবদু তাকপীবস্মী :-

"খন্দুনা যেংউ, নহাক মীংশেল অমগী মমাংদা লেপ্তুনা লৈবে হাযনা লৌবো, মফম অসিদা মগুণ খেন্নববা পোৎশক অহুম লৈবগনি - নহাক, নহাক্কি মমি অমসুং মীংশেল অদু। নহাক্না মীংশেল অদু লৌথোকখ্রবদি, মমি অদুসু

লৈববোই। অহৌবদদি, পোৎশক অহুম লৈবন্মী - নহাক, নহাক্কি মমি অমসুং মীংশেল অদু। পোৎশক অহুমসিদগী মীংশেল অদু লৌথোকখ্রবদি, নহাকখক্তং লৈহৌবগনি মবমদি মমি অদুসু মীংশেল অদুগা লোয়ননা চৎখ্রগনি। নহাক ঈশ্বরনি। নহাক্কি মমি অদু মহৌশাগী মীংশেলগী মনুংদা জীবনি। নহাক্না মহৌশা লাইবেন্বীবু কাওববা, নহাক ঈশ্বর ওইবে। অদুগী মতুংদা জীব লৈববোই। মহৌশা লাইবেন্বীগা তিন্নদুনা অমসুং লোয়নদুনা লৈবিবমখৈ নহাক নশামক জীবনি হায়না খনগনি।"

বৈদিক যুগতা মুনি বিশ্বামিত্র চাউরবা সাইন্টিস্ত অমা ওইবন্মী অমসুং মহাক্না গাইত্রি মন্ত্র হৌদোক্লম্মী। মসিখক্তা নত্তনা মহাক্না শক্তি লৈববা খুৎলাই কয়া হাযনদি ফাযাব মিসাইল, লাইট মিসাইলনচিংবা পুথোক্লম্মী অমসুং নুমিত্তগী ইনর্জি লৌবগা শিজিন্নবন্মী। মহাক্না অসিগুম্বা মখলগী খুৎলাই কয়া অসি জগৎকি মবুংঙো শ্রীরামদা পীবন্মী। হাযবিবা থৌদোকশিং অসি চহি লিশিং কযাগী মমাঙদা থোকখিবা ওইবন্মী। মসিনা উৎলিবদি ভারত হায়বা লৈবাক অসি বিজ্ঞানগী হিবমদা শোত্থবমদে তাকপনি। তশেংবমক্তি, হৌজিক্কি যুগতা বিজ্ঞান লমদা খুমাং চাউশিল্লবা লৈবাক কযানা অবিবা যুগতা ভারত্তা পুথোকখিবা বিজ্ঞানগী পোখোক্তা যুম্ফম ওইবগা, মখা তানা থিজিল্লিবা অমসুং চাংয়েং কয়া পাংথোক্লবা মতুংদা ওইখিবা ঙাক্তনি, অদুবু মমৈথংদদি মখোয়না মদু মতমগা চান্নদ্রবা পোৎশক্লি হাযদুনা লংথোকখিবন্মী। হৌজিক্কি যুগকি মনুংদা মপাল লৈবাক খবদি ভারতকি বৈদিক মন্ত্র কযাবু চাংয়েং তৌদুনা থিজিনবগী থবক চত্থবি।

ভারত হাযবা লৈবাক অসি পৃথিবীগী মনুংদা বিজ্ঞানগী লমদা লুচিংবা ওইবত নত্তনা অঙ্কগী হিবমদসু ওইবন্মী। অবিবা যুগকি মনুংদা ভারতকি অঙ্কগী নিতি নিয়ম কয়াবু বোমানশিংনা য়োকখত্তুনা শিজিন্নবন্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা, ঐখোয়না ভারতকি লৈবমখিবা লনগৈবু কুপ্না চাংয়েং তৌদুনা য়েংলবদি লৈবাক অইস হিবম কয়ামকমদা চাউখৎলম্বগী খুদম লৈবন্মী হায়না খঙবা ঙমই। অদুবু, লাইবক থিবিবদি, ভারতবাসিশিংনা আসিগুম্বা মচাক কয়াসি পাকশন্না অতোপ্পা লৈবাকশিংদা মপুং ফানা শন্দোকপা ঙন্নমদবদুনি মবমদি মখোয় মশেলগী মনুংদা অমনা অমবু কল্লকপা লিংজেল মান্ননা থবক তৌমিন্নবা ঙমদবদগীনি। মেডিকেল সাইন্সকি হিবমদসু ভারতকি মুনী ভবদ্বাজনা মখল কয়াগী অনৌবা পোৎলম

পুথোকলম্মী। থাঙ্গেশেংনমক, মহাক্লা সর্জবিগী হিবমদা পুথোক্লগা জ্ঞান্না হৌজিক মতমগী সর্জবিগী থিজিনবগী য়ুন্ফম ওইবম্মী।

## মপাল নাইদ্রবা অমসুং পৃথিবীপুম্বা কোনশিনবা ঙম্বা ভারতকি সংস্কৃতি

বিজ্ঞানগী লৌশিং ফঙবগা লোয়ননা, পৃথিবী অইসনা দবকাব ওইবিবসি ধর্ম খঙবা তঙাইফদে (principles of righteousness) মবমদি অসুম্না হায়, Dharmo Rakshati Rakshitah (নহাক্লা ধর্ম কল্লবদি, নহাকপু ধর্মনা কনবিগনি) ধর্ম হায়বসিনা পৃথিবীবু কল্লি। নিংথৌবেল মানুনা পৃথিবীদা ধর্মগী নিয়ম কয়া থম্বিবম্মী। মতৌ অদুগুমদুনা, গৌতম মুনিনসু ন্যায় শাস্ত্র (system of logic) অমসুং চানক্যনা অর্থশাস্ত্র (system of economics) হৌদোকলম্মী। অসিগুম্বা দর্শন শাস্ত্রগী ব্রাখললোন পুম্বা ভাবত্তগী হৌখিবম্মী। লোয়ননা ভাবত হায়বা লৈবাক অসি শক্তি লৈববা মন্ত্র, তন্ত্র অমসুং যন্ত্র কয়াগী তুংনফম ওইবিবা লমদমনি। অসিগুম্বা চাউববা তৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈববা লৈবাক অসিগী মগুণ খঙদনা অমসুং খঙগে হায়নসু হোৎনকবা তৌদনা, হৌজিক্কি মতমগী মহৈবোইশিংনা নোংচুপ লৈবাক্কি চৎন-পথাপ অমসুং ব্রাখল্লোনগী মখাপোল্লবা মহৈ-মশিংদা মকওইন্না মাইওন থমই।

মসিখক্তনা নত্তনা, ভাবত হায়বা লমদম অসি নুপী ওইবী কয়াগী ফিদমনিংঙাই সতিত্ব গুণতনা লৈতেংলবা সাবিত্রিগুম্বী নুপী পোক্লফমনি অমসুং অদুগুম্লবা অচেৎপা থম্মোয়গী মতেংনা মহাক্কি শিগ্রবা মপুবোইববু অমুক হিঙ্গৎহনবা ঙমখিবম্মী। অতোপ্পা ভাবত নুপীশিংগী মবক্তা লংলবা ইজ্জৎ পুবকখিবি নুপীদি সুমতি ওইবম্মী। হায়বিবি নুপী অসিনা মহাক্কি মপুবোইববু শিবগদবদগী কনবা ঙম্লবা নুমিৎফাওবা থোবকদবদগী থিংবা ঙমখিবনি। থাইনদগী হৌবগা হৌজিক্কি মতম ফাওবদা ভাবতকি নুপা অমসুং নুপীশিংগী মবক্তা অসিগুম্লবা চাউববা শক্তি কয়া লোয়নদুনা লাক্কি। কনামত্তনা ভাবত হায়বা লৈবাক অসিবু ইচম চম্বা নাৎকি ওইবা চৎন-পথাপ কবিসু লৈতবনি হায়না হায়বা ঙম্লোই। মহাক্কি সংস্কৃতিদি পাক-চাউগ্রবা অমসুং পনখে লৈতবা মহাসাগবগুম্বনি। নখোয়না মহাসাগবগী ঈশিংবু চাউব-চাউববা পাইপ কয়া শিজিন্নদুনা চিংথোক্লবসু

ঈশিংগী ঈমাই ইঙ্কি অমফাওবা হুম্বোই। নিতিগী নুমিৎকি মঙাল মৈশানা মহাসাগবগী ঈমাইদা য়েবা মতমদা মনিলগী চাং মপাল নাইদনা লৌথোকপ্রিবনি অদুবু ঈশিংগী ঈমাই হুম্বমদে। অদুগুমদুনা তুবেল কয়াগী ঈশিং মহাসাগবদা তিল্লবিবনি, অদু ওইদুনসু ঈশিংগী ঈমাই হেঙ্গৎপা তৌদে। ভাবতকি সংসকৃতি হায়বসি মহাসাগবগা পান্থকনি, মপান্দগী পীবকপা ঈথিলনা থুগাইবা ঙমদ্রবা। মতম খুদিংমক্তা চাং মান্ননা লৈ অমসুং মওং কাইবা তৌদে। Samatvan Yogamuchyate (ঈং-তপ্পা পুক্নিং লৈতানা লৈববু অশেংবা যোগ কৌই। ভাবতকি সংস্কৃতি, খুদোংথিবা কয়া মায়োক্নব্রবসু, অদুম্মক লেংদনা শক্তি লৈনা হিংদুনা হৌথিবা মতমদা তৌবম্বগুম হৌজিকসু লৈবি। অতোপ্পা লৈবাক কয়ানা মসিগী শক্তম থুগাইনবা হোৎনববসু, কনাগুম্বা অমত্তনা মসি শোকহনবা ঙমদ্রি।

মবম অসিনা, ভাবতকি সংস্কৃতি, তশেংনমক মতম খুদিংমক্তা শিব-নাইদনা হিংদুনা লৈবিবা আত্মাগী শক্তম মহুৎ শিল্লিবনি। অদুবু মপাল লৈবাক কয়াদা লৈবিবা প্রজাশিংনা মসিগী মকওইবা মতমগী কান্নবা থৌশাদনা লৌই। ভাবত মচা ফাওবা ৱাফম অদুগুমদুনা লৌই। মখোয়না মসিগী মকওইবা ৱাফমবু the way of life (পুন্সিগী চৎন-পথাপনি) হায়না অর্থ হন্দুনা অকক্নবা পনখৈ থমই। মখোয়না ফোঙদোক্লিবা ৱাফমগী মনুংদা, পুন্সি হায়বা ৱাহৈ অনি - 'way' 'life' অসিনা কবি অর্থ ফোঙদোকপগে হায়বসিসু মুন্না খঙবা চুমই। 'পুন্সি' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অশেংবা অর্থনা উত্তুনা তাক্লি মদুদি য়াম্না শেংব্রবা ধর্ম্মগী ওইবা পোৎশক অমসুং মঙ্গলগী মশক্লি হায়না। মথল খুদিংমক্কি অশেংবা, ফিদমনিংঙাই ওইবা, খুদোংচাবা কয়া অমসুং নুংঙাই য়াইফবা মীওইবা কাংলুপ্তা পীদুনা লাক্লি। ভাবতবাসি খুদিংমক্লা অসিগুম্বা নাৎকি ওইবা চৎন-পথাপশিং অসি ফজনা ভাব তাবা চুমগনি। অদুম ওইনমক, ভাবতকি সংস্কৃতিনা পায়খৎকে খল্লিবা পান্দমদি লৈবাক অসিগী মনুংখক্তদা তুংদুনা লৈবোই। মসি পৃথিবীপুম্বগী সংস্কৃতিগী হৌবকক্ষম ওইবম্মী মবমদি মসিনা মীওইবা জাতি অসি অমত্তনি হায়বগী পাউজেল পীবি অমসুং মীওইবা পুম্বা নুংশি চান্ননা, লিংজেল মান্ননা অমসুং পুকচেল থোয়জেল তিন্ননা হিংমিন্নবা তপ্পীরি। মীওইবা জাতি, তোঙান তোঙানবা লৈবাক কয়াদা পোকপা য়াই, মখোয়গী তোঙান তোঙানবা কুচু লৈবা য়াই, মওং-মতৌ মমীংনচিংবা, অদুবু মখোয় পুম্নমক অদু মীওইবা জাতিগী মনুং চল্লি।

ঐখোয় মফম খুদিং শিন্দুনা চৎপা য়াই, মফম খুদিংমক্তা মীওইবা জাতি থেংনগনি মীগী মী অমহানি থোইনা খেন্নবোই। পুম্নমক অপা ভারতকি সংস্কৃতিদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা ঙাক্তনি।

মদুখক্তা নত্তনা, ভারতকি সংস্কৃতিনা পৃথিবীদা মখল মখা কয়াগী লোল অমসুং তোঙান তোঙানবা দর্শন সাস্ত্রগী রাখল্লোন কয়া পীবি। মসিনা পৃথিবীদা ফিদর্মনিংঙাই ওইববা শেলথুমগী নিতি কয়া পীবি অমসুং অকা অকুম কয়াবু মাইবোং য়াবা ঙমহল্লি। চানাক্যনা মহাক্কি অর্থশাস্ত্রদা ফিদম্নিংঙাই ওইববা শেলথুমগী কায়াংকি য়ুম্ফমদি Doivanveshana (ঈশ্বর থীবা) নি। ঙল্লিঙে মতমদগী হৌবগা হৌজিক ফাওবদা, মহে-মশিং হৈববা পণ্ডিতশিংনা মসিগী অর্থ 'search' হায়না পীদুনা লাক্লি। থাঙ্গৈশেংবমক্তি মসি চপচাবা অর্থ খুৎহন্থোক নত্তে। ঈশ্বরবু কদাইদা থিকগদৌবিবনো মরমদি ইবুংঙো মহাক্তি মফম খুদিংমক্তা লৈবা নত্তবা ? মী খুদিংমক্কি মশাদা মহৌশাদগী অদুম য়াওদুনা লৈববা ঈশ্বর মহাকপু কনানা কদাইদা থিকগদৌবিবনো ? মতৌ কবম তৌদুনা ঈশ্বরবু ঐখোয়না থিগনি ? অকনবা ধর্মগী চৎন-পথাপ কয়া ঙাকপনা, Japa (শোনবা) Dhyana (পূক্নিংদা নিংশিংবা) অমসুং Bhajan নত্রগা খুকমজদুনা মহাকপু ফংবা ঙম্লোই। পুম্নমক অসিগী মতেংনা পুকচেল চাউবা উত্তুনা পূক্নিং লৈতানা ঈংনা চিক্লা থম্বা ঙমহল্লি।

## ঈশ্বর ফংনবা হোৎনবদা ফৎত্রবা গুণশিংগী মাইখুম হাংদোকপা

ঈশ্বর ফংননবা লম্বেল থিবা হায়রসি ঐখোয়না তশেংনমক কবিনি হায়না লৌবা তাবগে ? মরী-মতাগী লীপুন লাংদগী নাম্থোক্লবা, মীবু তুক্কচনা য়েংবা তৌদ্রবা অমসুং নাপন হায়বা রাফম থাদোক্লবা মতমদা মীওইবা ঐখোয় ঈশ্বর ফংননবা লম্বেল উবা ফংগনি। মৈ চাক্লবা মতমদা মৈবি উবা ঙমগনি। ঐখোয়না চাক্লিবা মৈ অদুবু খৌশাদ্রবা মতমদা উৎ ওল্লগনি অমসুং মদুনা কুপশিল্লগনি। মতৌ কবম তৌবগা উৎ অদু লৌথোক্কনি ? তশেংনা হায়ববদি উৎ অদু কদাইদগী লাকপনো ? মসি মৈদগী ওইরকপনি অমসুং মদুনা মৈ অদু কুপশিন্নিবনি। মদুগা মান্নবা মওংদা, অমুবা নোংগী মপৈ অসি কদাইদগী হৌরকখিবনো ? মখোয় নুমিৎকি মঙালনা ওইহল্লকপনি। নুমিৎকি মঙালদগী ওইরকখিবা নোংগী মপৈনা

নুমিৎপু খনজিল্লি। অদুগুম্মদুনা, নখোয়না গুহাগী ঈশিং শিজিন্নদ্রবদি, ঈশংনা ঈশিংগী ঈমাই কুপশিনবা হৌবগনি। মতম খবগী মতুংদদি, ঈশংনা ঈমাই শিঙ্খুংনা কুপশ্রগনি। মদুগা অমম্বা ওইনা মীৎকি লেল্সতা লায়না মখল অমনা লৈচিন থাজিল্লক্লবদি, উবা ঙম্বগী শক্তি লৈববোই। অদুগুম্বা লৈচিনগী কুবাংবাল অদু কদাইদগী ওইবকখিবনো ? মসি মীৎতুমক্তগী ওইবকখিবনি, মপানগী ওইবা অতোপ্পা মফমদগী লাকখিবা নত্তে। মৈদগী ওইবকখিবা উং অদু মৈদু উবা ঙম্লবা মদোকখিবা তাই। উং অদু লৌথোকত্রবদি মৈ অদু উবা ঙম্লগনি। মদুগা মান্নবা ওংদা, অকনবা নুংশিংনা নোংগী মপৈ অদু হুমথোকখ্রবদি, নুমিৎ উবা ঙম্লগনি, অনি অনৌবা মপোক অমা নত্তে। ঈশং অদু লৌথোক্লবা মতুংদা ঈশিং উবা ফংলগনি। মীত্তা খঞ্জিল্লম্বা কুবাংবাল লৌথোকখ্রবা মতুং উবগী শক্তি হঞ্জিল্লক্লগনি। মতৌ অদুগুম্লদুনা, মবী-মতাগী রাখল মায়াগী লাংদগী, মীবু তুক্কচনা য়েংবা অমসুং মশাগী নাপলগী থাববা কুয়োম্ম্বা ঈশ্বর ফংনবগী লম্বেলদা অপনবা পীদুনা খঞ্জিল্লস্মী। মথক্তা পনখিবা খুদিংমক অসিবু থাদোক্লবদি মীওইবা ঐখোযগী ইশাদা য়াওদুনা লৈবিবা ঈশ্বরগী শক্তি উবা ঙমগনি। মসিমক্কুনি ঐখোযগী লৈবিবা শেংলবা ধর্ম্মগী লাইবিকশিংনা ভাবতকি প্রজাশিংবু থাইনঙৈদগী হৌবদুনা হৌজিক ফাওবদা, লমজিং লমতাক কয়া পীদুনা লাক্লি।

অবিবা ভাবতকি মতমদা, মীপুমতিংনা সংস্কৃত খঙলস্মী। মতুং তাবকপদা মরম্মা হৌখিবগা ইবোইননা, লোন অসি লৈখা তাববগী অৱাবা নংলস্মী। ভাবতকি চাউববা ধর্মগা মবী লৈনবা পাউতাক কয়া অমসুং মসিগী মপুং ওইবা ইতিহাসকি মচাক খুদিংমক সংস্কৃত লোন্দা ইদুনা ফোঙদোক্লস্মী। লাইবক থীবিবদি, ভাবতকি প্রজানা অসিগুম্লবা মমল তাঙলবা মবাং কাইববা লনগৈ অসিবু মশক খঙদবগুম থৌশাদবা অদুনি। সংস্কৃতিগী মচাক ওইবিবা পুম্নমক্তগী থোইববা লৌশিংগী লনগৈ অসিবু ভাবতবাসিশিংনা কাওথোক্লুনা মীকোক্তা লাইগী শক্তি চঙই অমসুং অচুম্বা পোৎশক তশেংনা লৈ হায়বসি খঙদ্রে। মীপুম খুদিংমক, ঙসিগী যুগতা, সংসাবগী ওইবা মপাঙ্গোংগী অপাম্বনা শুমহৎলে। নুংহঞ্জিন্না লৈরিবা ঈশ্বরগী মহিমা মশক খঙবা ঙম্লবা লৈবিবা থৌনা লিংজেলপুম্বা লৈখা তাবে। ঐখোয়না অহানবমক্তদা খ্বাইদগী মাংজিল থানা তৌগদবা থবক্তি, মীওইবা ঐখোয়না নুংগী থৌনা লিংজেল চাউখৎহনবনা ওইগনি, অদু নত্তবা

অতৈ খুদিংমক, মপাম্বোংগী ওইবা, শুপ্নগী মীকুপ অমত্তগী ওইবা যাংথ্রগদবা পোৎশকশিংনি।

নুংশিববা ছাত্রশিং ! নখোয় নহা ওইবিবা ইনখৎলকপা নুপা অমসুং নুপী ভাক্তনি। নখোয়গী চহী মতাং অসিদনি অপাম্বগী ঈথক-ঈপোম অসুক্কি মতিক কল্লি অমসুং শক্তি লৈ। মবম অদুননি মতাং অসিদা আদি সঙ্করনা হায়বম্মী :

Ma Kuru Dhana Jana Yauvana
Garvam,
Harathı Nımeshath Kalah Sarvam.

(নখোয় নশাগী নবলগীদমক্তা, পোকফম শাংফমগী অমসুং নহা-ওইবগীদমক্তা নাপল কাগনু, মতমগী ঈথক-ঈপোম্না খুদক্তা অমাং-অতা থোকহনগনি।)

ইনখৎলকপগী ঐ মঙাইবে শক ফজবে হায়দুনা কবিগীদমক নাপল কাগদৌবিবা ? মথংদা মীয়াই চনবগী চহী মতাং লাক্লগনি, মতম থুনা য়াংনা চৎল্লগনি হৌল্লগনি। অসিগুম্বা হোংবা নাইবা পুন্সি, তাঙ্কক অসিবু, মতম খুদিংমক্তা লেংদনা লৈবগদবা পুন্সিনি হায়না ঐখোয়না লৌই, মদুগী মনুংদা নুংঙাইবা লোইবা নাইববোই খল্লি, ঐখোয় মসি তুংকোইনা লেংদনা লৈগনি খল্লি। অসিগুম্বা শাজৎ মওং ঐখোয় তৌফম থোক্তে। ঐখোয় তানশিল্লিবা মহেংগী থাক পূল্লমক হকচাং অমসুং পূক্লিং মপুং ফানা শেংদোকপগা মবী থমগদবনি অমসুং য়াম্না মক ওই। কলি যুগনা পীবা ফল ওইনা, মহে মশিং নিংথিনা হৈববা মীওই কাংলুপ্পা অসুম্না লৌই ঐখোয় পুম্বগী মহেংগী পান্দমদি অথোইবা ওইনা ধর্মদা মীচং মীখাই নাইদবনা পূম্নমক্তগী থোইবনি অবোইবা পক্লুংনি হায়বা বাফম মীওইবগী পুন্সিগা মবী লৈননা পল্লি। মতম অমদা সঙ্করচায্যনা মহাক্কি ষিষ্যশিংগা লোয়ননা কাশি (বারানসি) দা চৎলম্মী। অহল ওইববা ব্রাহ্মণ অমা মহাক্না থেংনম্মী, অহল অদুগী মচিন্দা "Dukrun Karane, Dukrun Karane –" হায়রিবা রাহেংশিং হন্না হন্না শোন্দুনা লৈবম্মী। চাউববা শক্তি চেল্লবা সংস্কৃত ব্যাকরণগী মবমদা অথোইবা পণ্ডিত পানিনিগী নিয়ম মতুংইন্না চত্থবম্বনি। সঙ্করচার্য্যনা অদুগুম্বা রাহে লৈতেং অদু হন্না হন্না মচিন্দা শোন্দুনা লৈবম্বা তাকবা মতমদা, মহাক্না খল্লম্মী মদুদি – নুপা অদু কয়াগী মতিক অপংবা জ্ঞান য়াওদবা

মতৌনো হায়না মবমদি মহাক মহৈ ফংলোইদৌবা কান্নদবা থবক্তা মাই ওনশিল্লম্মী। ইচম চম্না ব্যাকবণগী নিয়ম খবা তম্বনা, মহাক মমল লৈববা শিংথাবা য়াবা পোৎশক অমত্তা ফংবা ঙন্নোইদৌবি। অহল অসিনা, অসিগুম্বা মখলগী বিদ্যা অসি তমদুনা মতম মাংহল্লে খল্লুবদা সঙ্কবচার্য্য ঙকপা ফাওবম্মী। অসুম তৌদুনা, মহাক্না নুপা অদুদা হায়বম্মী, "হে: অপংবা নুপা ! মতৌকবম্না অসিগুম্বা মখলগী বিদ্যানা নহাকপু নিংখা তম্বা শীগদৌবিবনো ? নহাক্না নচিন্দা 'Dukrun Karane, Dukrun Karane" হন্না হন্না শোনবনা নহাক নশাবু কনবা ঙমগদৌবিবনো ? মদুগী মতুংদা মহাক্না (সঙ্কবচার্য্য) অসিগুম্নবা ফাউববা শ্লোকা অসি খিবক্লম্মী :

Bhaja Govindam, Bhaja Govindam,
Govindam Bhaja Moodha Mathe,
Samprathe Sannihithe Kale,
Nahi Nahi Rakshati Dukrun Karane

(হে' অপংবা নুপা, গোবিন্দগী নাম শোল্লু, ব্যাকবণগী নিতি নিয়ম-না, অবোইবা তাঙ্গা লাক্লবদা নহাকপু কনবিবোই।)

ব্যাকবণগী বিদ্যা তম্বদা অকাইবা লৈতে। অদুগীসু মথক্তা পানিনিনা ইবা সংস্কৃত ব্যাকবণ মমল তাংবা অথোইবনি। থাঙ্গৈশেংনমক, লোল অমা হিংহন্দুনা শম্বদা ব্যাকবণগী মতেং চংই। মসিগী মখা পোল্লি। অদুবু মীওইবা কাংলুপ্না হৌজিক দবকাব ওইবিবা পোৎশক্তি ব্যাকবণ নত্তে। তশেংনমক লোল অমগী ওইবিবা ফিভমদি অসুম অসুম মওং কাইথবকপা অমসুং চয়েংনবা হেঙ্গৎলকপনা মবম ওইদুনা অশেংবা লোল ওইনা থম্বা ঙন্নমদে। অমবু ওইবে অমবু ওইবে, ব্যাকবণগী নিয়ম্না বিদ্যাগী মপুং ওইবগা মীওইবা ঐখোয়বু লানবিনবা অমসুং কনবিনবা মতেং শীদে। মীওইবা ঐখোয়গী ইথৌদি জগৎকি মবুংঙো শ্রীগোবিন্দগী নাম তোইনা শোঞ্জবনি। গোবিন্দনা লৈবিবদি মফম কদায়দনো ? ইবুংঙো মহাক্তি নহাক নশামক্তা লৈবনি। ঈশ্বব লৈতবা মফম ঐখোয় থিবা ফংলোই। মহাক মফম খুদিংমক্তা লৈবনি। Antarbahischa Tatsarvam Vyapya Narayana Sthita (শিক্লুংনা মনুং অমসুং মপাল অনিমক্তা ঈশ্বব লৈ) নুংপাল অনিমক্তা ঈশ্বব লৈ। জ্ঞান মপুং ফাগ্রিবা কাংবুনা অসুম্না হায়, "ঐ লাই থিবিবনি।" মসিদি খমথেংনা

পংবগী ব্রানি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থিনিঙাই মবম লৈতে অদুবু মহাকপু খঙবা য়াম্নমক মক ওই। নশাদা চেল্লিবা ফংত্রবা গুণশিং অদুদগী নাম্বোক্লগা নশামক্তা য়াওবিবা ঈশ্বরগী মতিক মঙাল খঙবা ঙমগনি। নশাদা য়াওবিবা ফংত্রবা গুণশিং অদুনা লাইগী শক্তিবু খঞ্জিন্দুনা থমই। অসিগুম্বা কুযোম অসি লৌথোক্লগা, নশাদা চেল্লিবা অশেংবা শক্তম উবা ফংগনি।

মীওইবা হায়বা অসি শক্তি কয়াগী পৈফমনি, হৌবকফম্লি অমসুং মিউজিয়ম অমগুম্বনি। সাইন্টিসশিংনা, ঙসিদি, মখল মখা কযাগী পোৎ পুথোকপা লেপ্তুনা চথবি। মখল মখা কয়াগী অনৌবা পোৎ পুথোকপগী শক্তি অসি শেংনা হায়ববদা, মীওইবা জাতিদা মতম খুদিংমক্তা লেংদনা, তুংদনা অমসুং তুংকোইনা লৈবগদবগুম উংলি। সাইন্তিসশিং অসিনা মীংনা উবা ঙম্বা মপানগী পোৎশকশিংদা থিজিঞ্জবগী থবক তৌই, মখোয় নুংগী ওইবা পোৎশক্তা থিজিনবগী থবক লৌখত্তে। ঐখোয় অসুম্না লৌবসি, কনাগুম্বা অমগী ফোটো কেমেবা অমগী মতেংনা মুর্তি পুথোকই। ফোটো অদুনা কবি উংকদৌবি ? ফোটো অদুদা উগনি মীশক অদুনা মশাদা শেৎলিবা ফিজোল, মসিদগী শেৎলিবা ফিজোল অদুগী মচুসু উংকনি। মসিনা উংকদৌবিবদি মপাম্লোংগী ওইবা শক্তমদনি, নুংগী ওইবা হকচাং কায়াৎকি শক্তম নত্তে। X-ray খক্তনা মহাক্কি নুংগী ওইবা হকচাং কায়াৎ অমসুং শকশিং উহনবা ঙমগনি। মতমগী ঈচেল মতুংইন্না, ঐখোয়না ফংলিবা মহৈমশিং তম্বগী মখলদি কেমেবাদগী ফংবা ফোটোগ্রাফতুগী মওংনি। ঐখোয়গা মবী লৈনবা ধর্মগী ব্রাফম অমসুং সংস্কৃতিগী মতাংদদি X-ray দুগা পাম্বকনি মদুমক্লা নুংগী ওইবা অশেংবা শক্তম-উংপা ঙম্বা। ধর্ম লৈবা পুন্সি হায়বসি মীওইবা খুদিংমক্কী চংদ-য়াদ্রবা পোৎশক অমনি। অদুবু হৌজিক মতমগী মহৈ-মশিংগা মবী লৈননা চথবিবা থৌওংদি লমচৎ-শাজৎকি ওইবা ফক্তববা চৎন-পথাপ, আত্মাগা মবী লৈনবা থৌদৌ অমসুং ধর্ম চেনবা পুন্সি ওইদ্রে, থাদোক্লে অমসুং মচাক য়াওদ্রে।

নহাক ঈশ্বরগী মবমদা নমীত্তগী নশী তাববা ? লাইনিং লম্বেলগা মবী লৈননা, মুণি বিশ্বামীত্রনা মশানা মশাদা তপশ্যাগী মতেংনা, মখল মখা কয়াগী খুৎশু-খুৎলাই পুথোক্লম্মী। অসিগুম্বা শক্তি লৈববা খুৎলাই কয়াগী মপু ওইববা মহাক্লা কবিগীদমক শ্রীবামচন্দ্রগী চবন্দা চঙজফম লৌথিবমবা ? মহাক্লা

কবিগীদমক্তা হীংচাবশিং হাৎপা ঙম্নবা বামগী মতেং লৌবিবা ? মহাক্কা অসুম্না তৌবগী মবমদি মহাক অকক্লবা নিয়ম খবগী মখা পোল্লম্মী অমসুং ঙাক্লা চংলম্মী। মহাক যজ্ঞ অমা পাংথোকপা পামলম্মী। যজ্ঞ পাংথোক্লিবা মীশক অমনা ঙাক্লা চংকদবা ব্রাফম খবা লৈবম্মী মদুদি যজ্ঞ অদুগী মনুংদা হিংশাগী থবক অমত্তা পায়খৎপা অথিংবা লৈগনি। যজ্ঞ পাংথোক্কে হায়বা ব্রাফম অকনবা ব্রাশক্কা লোয়ননা চখবিঙে, মহাক মশাদা অশাউবগী ইনোৎ কাবা য়াবোই অমসুং অতোপ্পা মীবু তুক্কচনা যেংবা মীৎয়েং অথিংবা লৈগনি। মশা অদু মপুং ফানা শেংদোক্লবা মীশক ওইগদবনি। অসিগুম্বা মবম লৈবনা, মহাক বামচন্দ্রগী মতেং লৌবা পাম্লম্মী। অদুবু বাম হায়বসি কনানো ? দশবথকি মচানুপাদু নত্তে। Ramayati Iti Rama (মী খুদিংমকপু থৌজালগী মীৎয়েংগা লোয়ননা উবা ঙম্বা)। মসি ঐখোয়গী আত্মা, মমনি (নুংগী ওইবা মশামক)। আত্মাগী হৌনবী পথাপতি মসি মফম খুদিংমক্তা অমসুং মীকোক্তা য়াওই। মসি মীকোক্তা তুং-কোইনা লৈবিবা বিভেক (conscience) জ্ঞান তাবা ঙম্বগী মওংদা তুংদুনা লৈ। ঐখোয় আত্মা-জ্ঞানগী মাযোক্তা থবক কৈদৌনুংদা পায়খৎলোইদবনি। মসি ঈশ্বরগী যাথংনি হায়না খনগনি।

ঐখোয, ঈশ্বববু মাংমক্তা তশেংনা উবা ফংনবা মখল মখা কয়াগী থৌবাং পাযখৎপা যাই। অদুবু হোৎনকবগী থোইনা দবকাব লৈতে। নহাক্কা ঈশ্বববু থব্রাই হকচাং কখোক্লা নুংশিববদি মদু শিংথাবা য়াববা পোৎশক্কি। অদুগী মতুংদা নহাক্কি আত্মা জ্ঞানগী মতেংনা নশামক্তা লৈবে হাযবা খঙগনি।

মমা অমনা মচা শুমলম্লগা মহাক্কি ইমুং মনুংগী তৌফম থোকপা মথৌ পাইখৎলি। অঙাং অদু তুমই। অদুবু থুনমক অঙাং অদু মীকপ থোকই অমসুং কপ্পা হৌই। মহাক্কি মচা অদুনা কপ্পা তাবদুনা, মমা অদু মহাক্কা তৌবিবা থবক অদু থাদোক্লম্লগা মচাগী মনাক্তা থুনা লাকই। মমা অদুনা মচা অদু পাম্বোমদা থাঙ্গৎলি অমসুং মচা অদু কপ্পা তোকই। জগৎ অসিদা লৈবিবা মীওইবনা, মহাক্কি থৌদোক অদুগা মান্নবা মতৌদা, অব্রা অনা খুদোংথিবা কয়া থেংনববা নংত্রগা মায়োক্লববা মতমদা, কপ্পী অমসুং ঈশ্ববগী মতেং থীবক্কনি। খুদক্তা পম্বুবা তৌদনা ঈশ্বব লাক্লগনি। কপ্পগী মখল অমসুং মবম খেন্নফম থোকই, কবম্বা মখলগী কপ্পদনো ঈশ্ববনা হকথেংননা মীশক অদুগী মনাক্তা তহানা লাক্কদৌবিবা ? মীশক

অদুনা, ঈশ্বব মহাকপু থম্মোই অনি লোংবা তৌদনা ꯍ শিববা অমসুং খুকমজববতদা ওইগনি। মীশক অদুনা কপ্লিবা মওং অদু ঈশ্বববু নুংশিজবনি অমসুং মহাক্কি লাইনিংগী মতেংননি। অদুখক্তা নত্তনা, মমা অদনা মচাগী মনাক্তা চেনশিল্লকলিবদু, বাগ অমসুং তালা (ঈশ্বগী মওং অমসুং তাম্বা নাইনা) গী মবমদা খম্বকবা তৌদনা তহানা অঙাং অদু কঙ্গা তারদুনা লাক্লিবনি। মমা অদুনা খল্লি মচা কপ্পনা মবম ওইদুনা মহাক তহানা চেনশিল্লকপনি। মীওইবা হৌজিকসু কপ্লি। তশেংনমক মখোয় কপ্লি। অদুবু কবি মবম লৈদুনা মখোয় কপ্লিবা ?

মীওইবনা পোকপা মতমদা কপ্লি অমসুং শিবা মতমদসু কপ্লি। পোকপা অমসুং শিবা অনিগী মবক্তসু, মখোয় মখল মখা থৌদোক কযাগী মবমদা কপ্লি। মখোয মতম পুম্বদা ধর্মগী মমল খঙনা কপখিবা লৈব্রা ? কবিগীদমক্তা মখোয় কপ্লিবা ? কপ্তবা য়াদে কপফম থোকই হায়দুনা মখোয কপ্লা ? (তেলেগু শৈবেংদগী লৌথোকপা)

ঙসিসু মীওইবা কপ্লি। অদুবু মখোয় ঈশ্ববগীদমক্তদি কপতে। মদুমক্তনি বামকৃষ্ণ পবমহংসনা হাযবম্মী। কনাগুম্বা মীওই অমনা মঙোন্দা হংলম্মী, "শ্বামি, নহাক্না চেপ্লিবা গুণ অদু ঐখোয়সু খঙজবা য়াগদ্রা অমসুং ফংজবা ঙমগদ্রা ?" "হোয়, শোয়দনমক নহাক ফংবা ঙমগনি। ঐহাক্না নঙগা ৱাবি শাবিবা মতৌগুম নহাক ঈশ্ববগা ৱাবি শাবা ঙমগনি," মহাক পাউখুম পীবক্কম্মী, "অদুবু মতৌ কবম তৌদুনা নহাক নশাগী নুপীগীদমক্তা কপ্লি, নহাক্কি নচাশিংগীদমক, নশাগী শিনফমগীদমক, নশাগী লৈবিবা থাক্কিদমক। অদুবু, নহাক ঈশ্ববগীদমক্তা কপ্পা ? নহাক্না ঈশ্ববগীদমক্তা কপ্লবদি, ঈশ্বব মশামক নহাক্কি নমাংদা চোংথোবক্কনি।" ঈশ্বব নঙোন্দগী থাপ্না লৈবা নত্তে। অদুবু নহাক নশামক্কি দেহ (হকচাং) মনুংদা লৈবিবা ঈশ্বব নহাক্না খঙবা ঙমদে।

## মীওইবগী হকচাং মনুংদা ঈশ্বর লৈ খঙউ

মী অয়াম্বনা মখোয়গী মনাতোন মথক্তা আনোক উপনৈ। মখোয়না মদু মমাই মমীৎ ঈশিংনা চামথোকপা মতমদা লৌথোকই পোইববা মতুংদা অমুক উপশিল্লি। আনোক অদুনা নহাক্কি নাতোন মথক্তা লৈনা লৈনা নহাক্না মদু মফম খুদিংমক্তা থীববদি ফঙবা ঙমগদ্রা ? জগৎকি মীওইবা যুগ অসিগী মনুংদা মদুগা

পাম্মকনি। মহাক্না মহাক্কি আনোক থীবি, ব্রাহৈশিং অসি হায়বদুনা, "ঐগী আনোক্কু কদাইদা লৈবিগবা ? ঐগী আনোক্কু কদাইদা চৎপ্রবা ? হাযবদি তাঞ্জা অদুদা আনোক অদু মনাতোন মথক্তা লেংদনা অদুম লৈনা লৈনা মাংখ্রে হায়দুনা থীবি। ঈশ্বববু থম্মোইনুংদা লেংদনা লৈবিবদুবু মখোয়না অপংবদৌনা কদাইদা লৈবগে হায়দুনা থীবি। মফম কদাইদা নহাক্না থীগদৌবিবনো ? নহাক নশামক ঈশ্ববনি। ঈশ্ববদি মফম খুদিংদা লৈবনি। ঈশ্বব য়াউদবা পোৎশক অমত্তা লৈবা হৌনদ্রে, ঈশ্বব য়াউদবা খোঞ্জেল লৈবোই। পোৎশক অমসুং মীওই খুদিংমক্তা ঈশ্বব মতম পুম্বগী ওইনা লেংদনা লৈবিবনি। মতৌ কবম তৌদুনা নহাক্না মহাকপু মশক খঙগদৌবিবনো ? নুংশিং, মহাক্কি অকোইবদা লৈ। নহাক্কি মীৎনা মদু উবা ঙমগদ্রা ? নত্তে, নহাক ঙম্লোই। অদুবু নহাক্কি নাকোংনদি মসিগী খোঞ্জেল তাবা ঙমগনি। নুংশিৎপু নমীংনা উবা ঙমদবনা মবম ওইদুনা মসি হিংলি হায়বসি নহাক যানিংদবা তাব্রা ? নুংশিং লৈত্রবদি নহাক কবম্না হীংবা ঙমগদৌবিবনো ? নুংশিত্তি লৈবিবনি, অদুবু মসি উবা ফংদে। নহাক মদু ফাবা ঙম্লোই। লৈতে হাযবসিমদি নহাক হাযবগী থৌনা লৈবোই। মতৌ অদুগুম্না, নহাক ঈশ্বব লৈ হায়বসি যাদবা ঙম্লোই। মবমদি চম্না নহাক্কি মীৎনা মহাকপু উবা ফংদবদগীনি। নহাক হিংলি। ঈশ্ববসু অমতানি। নহাক মীওই মপোক ফংলে মবমদি ঈশ্বব তাইবংদা লৈবে। অসিগুম্না খজবা অসি নোংমা নোংমগী অসুম অসুম চাউখৎপা নাইহল্লু। নহাক্না ঈশ্বববু থাজদ্রবদি, নহাক মতৌ কবম তৌদুনা মহাকপু ফংবা ঙমগদৌবিবনো ? নহাক নশামক্তা থাজবা থম্মু, নশাবু থাজজৌ, ঈশ্বববু থাজৌ, মসির্মক্কি অবোনবা অরাংবা শাক্তা কাননবা পাম্বে। নহাক নশানা নশাবু থাজদ্রবা, নহাক ঈশ্বববু থাজবা ওইথোক্তে। অদু ওইববদি নহাক মতৌ কবম্না ঈশ্বব ফংবা ঙমগদৌবিবনো ? মসি মপোক কয়া হন্না হন্না পোক্কুনসু ওইথোক্লোই। নহাক নশানা নশাবু মশক খঙজদ্রে মবমদি নঙোন্দা মতম পুম্বদা য়াউদুনা লৈবিবা মহাকপু মহাক্না মফম খুদিংদা কদাইদা লৈবগে হায়দুনা থীবি। নহাক মফম কদাইদসু চৎপা দবকাব ওইদে, থীকনিঙাই মবম লৈতে। হৌজিক্কি যুগতা মীওইবনা থিজিনবগী থবক তৌবিবা অসি তোপতোপ্পা মখলগীনি। মসি খুৎশেমগী ওইবা থীজিনবা মখল অমনি, জগৎকি ওইবা পোৎচাককি মবমদা ওইবা য়াই, বিজ্ঞান নত্রগা আত্মাগা মবী লৈনবা হিবম ওইবা য়াই। ঐখোয়না

থিজিনবগী থবক চত্থবদা Love (নুংশিবা) হায়বা গুণ অসি মতম পুম্বদা লোয়নগদবনি। মসিখক্তনা ঈশ্বব খঙননবা পাম্লনি। নুংশিবা হাযবা ব্রাফম অসি যাউদ্রবদি পুম্নমক মহে চাবোইদবা অমাঙবা মতৌনি। ঐখোয়না থীজিনবগী থবক তৌবিবগী পান্দমদি, ইশাগী কান্ননবতা ে না মপুংনি, অমসুং ঐখোয় তম্নিবা বিদ্যাগী পান্দম ঐখোযগী জীবিকা তানবগীদমক্নি হাযবা তশেংনা তাক্নি। ঐখোয় থিজিনবগী থবক তৌবা মতমদা ব্রাখল মীৎ পাক চাউনা চত্থববদি হায়বদি Loka Samasta Sukhino Bhavantu (জগত্তা লৈবি মীওই পুম্বা নুংঙাই যাইফবা ওইযু), নহাক্না পাম্নিবা পান্দম ফঙবা ঙমগনি।

পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বনা সাইন্সকি অনৌবা হিবমদা থিজিনবগী থবক তৌবি। অদুবু হায়বিবা পুম্বা অসি অনৌবা নত্তে। চহী লিশিং কয়াগী মমাঙদগী ভাবত কযাগী মতিক খুমাঙ চাউশিল্লম্বগে হায়বদু বিজ্ঞানগা মবী লৈননা তোঙান তোঙানবা হিবম খুদিংমক্তা উবা ফঙলম্মী। হবিন্যাকাশিপুনা পাল্লম্বা চহী লিশিং লিশিংগী মমাঙদনি। মহাক চাউববা সাইন্টিস অমনি, মহাক্না পোৎচাক মঙাগী মবমদা থিজিল্লম্বা অমসুং পোৎচাক মঙা অদুবু মহাক্কি খুদুম মখাদা থমদুনা নিতি নিয়ম কযা হৌদোক্লম্মী। মহাক থাগী লৈমাইদা খোঙদাবা ফাওবা ঙমখিবম্মী অমসুং থব্রানমিচাক শিনথুংনা য়ৌনবা হোৎনবম্মী। মহাক ধ্রুব নক্ষত্র থুগাইগে হোৎনবম্মী (Pole Star)। মদুগী ফল ওইনা জগৎ অসি প্রলয়গী তাঙ্গা লাক্লগনি। অদু ওইবা তাববদি, হৌজিক মতমগী সাইন্টিসনা মহাক্কা মান্নবা ঙমগদৌবিব্রা ? যুগ অসিগী সাইন্টিসশিংনা মহাক্না পাঙথোক্লম্বা থবকশিং য়েংলুবগা মহাক্কা মান্নবা ঙমগদৌবিব্রা ? হৌজিক মতমগী সাইন্টিসশিংনা, মহাক্না পাঙথোক্লম্বা থবকশিং, চহী লিশিং কয়াগী মমাঙদা পুম্নমক অদুগী শক্তক খবদং পায়খৎপনা, মখোয়না মহাক্কা (হিবনাকাশিপুগা) লান্বা তৌনবা ঙম্ফম থোক্তে। ভাবত হায়বা লৈবাক অসিদা লোয়নবিবা লাইগী শক্তিশিং অসি, ছাত্রশিংনা মমুৎতানা খঙফম থোকই। অঙাং ওইবিবা প্রাহলাদ ফাওবনা মপাদা অসুম্না তম্বীবম্মী, "হে: পাবুং, নহাক্না জগৎ অসি খোঙফম অহন্নক্তা জয় তৌবা ঙম্লে, অদুবু পাবুংদা লোয়নবিবা ব্রাখল অমসুং পৃক্লিংবুদি জয় তৌবা ঙমদে, মদুগী কান্নবা কবিনো ? নহাক নশাগী পৃক্লিং লাকশিনবা ঙমদ্রবদি, নহাক্না পাঙথোক্লিবা থবক্কি ফলনা শীবকপা মহৈগী কান্নবা কবিনো ?" প্রহলাদনা মপাদা

*হায়ন্মী মদুদি মহাক মহাক্কি গুরুগী কৃপাদগী মহৈমশিংগী মবমদা মচলগুনা* তমদুনা খঙলে। হিবন্যাকাশিপুনা মচাদা কবি খঙলবগে হায়না হংলকপদা প্রহলাদনা পাউখুম পীবস্মী, "পাবুং, ওজানা ঐহাকপু মখল মখেন শুনা মহৈ তম্বীবস্মী, ঐহাক খুদিংমক তমদুনা খঙলে ধর্ম অমসুং অর্থগা মবী লৈনবা হিবম কয়া অমা মপুং ফাববা লাইবিক্কি জ্ঞান লৈবে। পোৎশক কয়াগী মবমদা তমদুনা খঙলে তশেংনা হায়ববদা ঐহাক বিদ্যাগী মচাক পুম্বা মমুৎ তানা খঙবা ঙম্লে।"

*(Telegu Poem)*

মপানা মঙোন্দা বিদ্যাগী মগুণ অমসুং মচাক কবিনো হংলকপা মতমদা প্রহলাদনা পাউখুম পীবস্মী বিদ্যা পুম্নমক্কী মকওইবা মচাক্তি "ওঁ নমো নাবায়ন" ওইবস্মী। ওঁ হায়বসি প্রান (থবাইদগী) দগী থোকস্পা খোঞ্জেলনি, জগৎ অসি ইহান হান্না শেম্বা হৌবকপা মতমদা থোকখিবা খোঞ্জেলনি। মসি জগৎকি মনুংদা খ্বাইদগী হানবা খোঞ্জেলনি অমসুং বৈদিক যুগকি মতমদা মসিদগী বেদ পোকখিবস্মী। মুনি স্ববসতানা মহাক্কি ছাত্রশিংদা বেদ অমসুং উপনিসদশিং তম্বীবস্মী Ananto Vai Veda (বেদশিং অসি মপাল নাইদবা মওং ওইবনি)।

মপাল নাইদ্রবা চাউখ্রবা বেদশিং অসি সংস্কৃত মযেকখক্তগী ওইবা য়ুম্ফমদ হৈকখিবনি। মশিং থিঙমদ্রবা থাব থাববা লাইবিক কয়ামকম মযেক ২ ৩ ৫ পাস্থলা ইবিবনি হায়বা ব্রাফম অঙাং ফাওবনা খঙই। ভাইওলিন অমগী স্ট্রিং মবি লৈ, মদু শিজিন্নবগা বাগ চাম্মবি থোকহনবা ঙমই। মুনিশিংনা বেদগী জ্ঞানপুম্ব মনাকোংনা তাবগা লৌশিনবা ঙম্নস্মী অমসুং অসিগুম্বা জ্ঞান লৌশিনবগী মতৌবু শ্রুতি (Sruti) কৌই। মসিগ অর্থদি লাইবিক্কী মচাক পুম্বা নাকোংনা তাবগতা লৌশিনবা ঙম্বনি। বেদ অহুমখক, ইহান হানবদা তোংথোবক্লস্মী। মখোয অদু বিগ বেদ, যাযুব বেদ অমসুং সামা বেদ ওইবস্মী। পুম্নপ্না মখোয়বু Trayee হায়না খঙনবস্মী। বিগ বিদ হায়বসি মন্ত্রগী মওংনি। অদু ওইববদি মন্ত্রগী মন্ত্রগী ব্রাহন্থোক কবি ওইগনি ? Manana Trana Sammilitan Iti Mantra মসিগী অর্থদি তাবিবা খোঞ্জেল অদুদা পূক্কিং তাশিন্না লুপশিনবা অমসুং মদুবু হকথেংননা থবক্তা ওন্থোকপা। মদু মন্ত্রনি। অহুম অদু পুন্নপ্না পায়খৎলিবা মীশক, হায়বদি তাবিবা, পূক্কিং থিংজিন্নিবা অমসুং থবক্তা ওন্থোক্লিবা মহাক অদু তশেংলবা মপুং ফাববা মীওই অমনি। মদুনা কবি ব্রাহন্থোক

পীবগে হায়বদি, "মীওই মপোকপু মবমচানা নৈনদুনা খঙলবা মীশক অমা ওইগনি।" ব্রাখল, ব্রাহে অমসুং খবক অহুম অসি পুকচেল খোইজেল তিন্নবা নুংশিননা মপুং ফানা লৈগদবনি। মদু তশেংবা মন্ত্রনি। মপুং ফানা খঙলবা বিদ্যানশিংনা অসিগুম্নবা মন্ত্রগী কাংলোন মীয়ামদা তশ্বীবম্মী।

মন্ত্রগী তৌবা ঙম্না শক্তি মবাং কাইনা লৈ। Pranava (আত্মা) হায়বা অসি গুণ কয়ানা লৈতেংলবা নুংহঞ্জিন্না লৈবা শক্তিনি। Pranava হায়বাঅসি কবি কবি মচাক্লা শাবনো ? মসি Akara, Ukara অমসুং Makara ময়েক অহুম্না তিল্লগা শেম্বনি। AUM ঐখোয়না মসি চিন্দা শেম্না মতমদা খোম্থোক অহুম অসি অমত্তা ওইনা পুনশিনগনি। খুদম ওইনা, God ব্রাহে অমনি। God কি বানান কবি ওইগনি ? G O D । ময়েক অহুম অসি পুল্লপ পুনশিল্লগা God। মযেক খুদিংমক, ব্রাহন্থোক অমমম লৈগনি। মযেক অহুম হায়বদি A U M অসিনা উৎলিবদি অমসুং খঙহল্লিবদি "Bhur Bhuvah Bhuvarloka" গায়ত্রি মন্ত্রগী মনুং চল্লি। অসিগুম্বা ব্রাহে অহুম অসি মবোল অহুমগী সংসাবনি তাক্লি, মখোয অদুদি Bhuloka, Bhuvarloka অমসুং Suvarloka । Bhuloka কদাযদা লৈ ? মীযাম্না হায Bhuloka হাযবদি ঐখোয়না লৈবিবা জগৎ অসিনি। মদু চুমদবা ব্রাফমনি। মসিনা তাক্লিবদি পোৎশক্কি ওইবা মওংনি হায়বদি মপাম্থোংগী হকচাংনি। হকচাং অসি মশা মতেমতা চৎপা ঙমদ্রে, মসি শক্তি যাওদবা লেং-ওৎপা ঙমদবা পোৎশক্লি। Bhurva না তাক্লি হন্দোক হঞ্জিন লেংওৎপা ঙম্না শক্তি হায়বদি হিংদুনা লৈ হায়বগী মওং উৎলি। Suvah হায়বদি মশেক মঙাল যাওবা মওং তাক্লি। অসুম তৌদুনা, Bhur Bhuvah Suvah না হকচাংগী অপুনবা শক্তম, হিংবগী নিতি নিয়ম অমসুং ঈশ্বর মশক খঙবা উত্তুনা তাক্লি। Bhuloka, Bhuvarloka অমসুং Sarvaloka মফম অমত্তদা থিবা ফংলোই, মখোয় ঐখোয়গী হকচাং মনুংদা লৈবনি। নহাক মীশক অমত্তা নত্তে, অহুম্না তিল্লি। অমনা নহাক্লা খল্লি 'পুক্লিং' অমসুং Prajnana। Prajananam Brahma (ব্রাহ্মা হায়বদি থোইববা আত্মাজ্ঞান ফংলবা হায়বনি)। অসুম তৌদুনা, ঈশ্বর হায়বদি মফম কদাইদা লৈবা নত্তে। মহাক্তি নহাক্কি নশাদা য়াউদুনা লৈবিবনি। য়োংকি উপু অমা হায়বসি থোইনা মমল য়াম্না পোৎশক নত্তে, অদুবু মদুগী মনুংদা য়াউবিবা মণিমুক্তাশিং অদুদি য়াম্না মমল তাঙবা

পোংশক মক্তনি। মীওইবগী হকচাং অসি য়োংকি উপু অদুগা পাম্মকনি। অফবা বাখলশিং, অফবা পূকচেল, ফিদম্নিংঙাই ওইববা লমচৎ-শাজৎ অমসুং থবক ওইনা উভুনা পাঙথোকপা য়াবা শক্তি কয়া মদুগী মনুংদা য়াওবি, পূম্নমক অদু মমল য়াম্নবা মণিমুক্তাশিংদুগা পাম্মকনি। ঐখোয়না অসিগুম্বা মমল তাঙলবা মণিমুক্তাশিং অসি ঙাকশেন্দুনা থম্বা তাই অমসুং মতাং চানা ঐখোয়না মদু মপুং ফাবা ঃযৌবি থাক্তা শিজিন্নবা থৌবাং তৌগনি। মনুংদা লৈতবা পোংশক অমত্তা মপান্দা পুথোক্কুনা উৎপা ঙম্লোই। নহাক নশামক্তা বিদ্যাগী গুণ কযা লৈবে।
অসুম অসুম, পূম্নমক অদু মনুংদগী মপান্দা পুথোক্কুনা উৎপনি। মনুংদা যাউদবা পোংশক অমত্তা মপান্দা পুথোক্কুনা উৎপা ঙম্লোই। নহাক নশামক্তা বিদ্যাগী গুণ কযা লৈবে। অসুম অসুম, পূম্নমক অদু মনুংদগী মপান্দা পুথোক্কুনা উৎপনি। মনুংদা য়াওদবা পোংশক অমত্তা মপান্দা পুথোক্কুনা উৎপা ঙম্বগী ওইথোকপা লৈবোই। লোয়ন-লোয়নননা, মনুংদা যাওবিবা পোংশক অদু মাংবসু তৌবোই। ঐখোযগী ইশাদা খুদিংমক য়াওবি। জগৎতা লৈবিবা পোং খুদিংমক তৌকবা থর্বাক্ক ভাবকপা ফল, খুদ্রাবকপা মঙাল অমসুং মনুংদা লৈবিবা জীব আত্মাগী থোবকপা খোম্থাংনি।

## নংশিবা হায়বা ব্রাফম্না মাংওইনরগা থিজিনবগী থবক তৌগনি

ঈশ্বব ফংননবা হোৎনবদা নুংশিবগী ইনোৎ হেঙ্গৎহল্লু। মীওইবনা মক্তানগী হিবমদা থিজিনবা, যাম্না য়ামদবা থিদনা, অপাম্বা চাংদা পায়খৎপা যাই। মতুঙু থিজিল্লিবা খুদিংমক্তি নুংশিবা হায়বা ব্রাকমগা লোয়ননা প্যাংথোক্কদবনি। নুংশিবা হায়বা ব্রাফম য়াউদ্রবদি, থিজিনবগী থবক অমত্তা ঙম্লোই। থিজিনবা হায়বা অসি কবিনো ? কবি হিবমদা থিজিনগদৌবিবনো ? কনানা থিজিনবগী থবক তৌগদৌবিবনো ? মখোয় পূম্নমক অদু হংনিংঙাই ওইবা ব্রাফম্নি। অহানবমক্তা, নহাক নশামক কনানো হায়না থিজিল্লু: "ঐসিবু ফব্রা নত্রগা ফত্রবা ?" নহাক্না নহাক নশামক্তা ওনশিন্দুনা কনানো হায়না থিজিনবগী থবক তৌবা মতমদা, নহাক অতৈ অতোপ্পা মীশক সাক্ষীগীদমক দবকাব লৈবোই। মদুদি অসুম্না লৌবা তাবে আত্মা সাক্ষি (মশানা মশাগী সাক্ষী ওইজবা) হায়না। নহাক শেংলবা অমকপা য়াওদ্রবা বাখল চেনগদবনি। থাইনা মমাংঙৈদা অসুম

তৌবা অসিনা থিজ্জিনবগী থবক্তা তঙাইফদনা চঙদবা য়াদ্রবা মপুং ওইবা নিয়ম ওইবম্মী। মুনি বিশ্বামিত্রনা মহাক মশাদা অহংকপা অরা চৈথেং পীজদুনা লাইনিং লম্বেল তানশিনজবা ঙমখিবা অদু মহাক্তা ঈশ্বরবু মপুং ফানা নুংশিবনা মরম ওইবম্মী। মুনি বসিষ্ঠসু অমহা ওইনা চত্থবম্মী। বসিষ্ঠ হায়বা ব্রাহ্মণগী ব্রাহ্মণোক্তি খোইদোক হেন্দোকপা হায়বনি। মহাক্কি মমীং অসিমক্তা তোতোপ্পা অর্থ অমা ফোঙদোকই। মহাক মহাক্কি পুন্সিদা থকশি খাশিগী অকনবা নিয়ম ঙাক্লা চৎখিবা লাইনিংবা ওইবম্মী।

মী খুদিংমক, মশাদা অতৈ অতোপ্পা মীওই কয়াবু চিংশিনবা ঙম্বা, য়োৎচাবিগী শক্তি য়াউই। খ্বাইদগী চাউববা য়োৎচাবিগী শক্তি চেনবা অমসুং মদু মীপুম খুদিংমকপু চিংশিনবা ঙম্বদি জগৎকি মপু ঈশ্বরবনি। জগৎতা লৈবিবা মীওই খুদিংমক খেন্ন-খেন্নবা মওংদা য়োৎচাবিগী শক্তি চেল্লি তৌইগুম্বসুং জগৎকি মবুংঙো ঈশ্বরদি চাম্মদা চাম্মগী চাংদা চেল্লি। মরম অদু লৈবননি, জগৎতা লৈবিবা জীবপুম্বা ঈশ্বরবোমদা চিংশিনবগী মরম । ঐখোয়না অসিগুম্বা চাউববা য়োৎচাবি অসিগী মনাক নক্লা চঙশিনবা মতমদা ঐখোয়দা মদুগী শক্তি থবা চঙলগনি অমসুং মহাক্তা লোয়ননা মাগী শকক অমা ওইবগনি। Brahmavid Brahmaiva Bhavathi (ব্রহ্মণ মশক খঙবনা অদুম ঈবোইননা ব্রাহ্মণ ওইবকই)। নহাক্লা যোৎতেক অমা য়োৎচাবি অমগী মনাক্তা থম্বদা, মসি য়োৎচাবিদুদা চিংশিনগনি। অদুগুম্বা যোৎতেক অদু নুমিৎ খবা য়োৎচাবি অদুগা লোয়ননা থম্লবদি, যোৎতেক অদু য়োৎচাবি ওল্লগনি। নহাক ঈশ্বরগী নাক্তা নকশিনবগী তাঞ্জা ফংলবা মতমদা, মহাক্কি মীনুংশিগী থৌজাল ফংলগনি, নহাক নশামক ঈশ্বর ওইবগনি। মসি অশেংবা থিজিনবমক্লি। অসুম তৌদুনা, নহাক ঈশ্বর ফঙননবা অতৈ অতোপ্পা উপাই থিবা থোইদোক্লা দবকার ওইদ্রে। নঙোন্দা তঙাইফদনা চঙলিবা মচাক্তি নুংশিবা হায়বা ব্রাফম অমসুং মসিগী চাং অসুম অসুম হেক্কৎহন্নবগী অপাম্বা ব্রাখল পোকহনবনি। অসুম তৌববদি নহাক নশামক ঈশ্বরগী মপোক ফংলগনি।

অহৌবমক্তা, vice chancellor অদুনা ঐঙোন্দা ভারতকি সংস্কৃতিগী মরমদা বা খবদং ঙাংবিনবা খুকমজদুনা হায়জবম্মী। ঙবাংদি vice chancellor অমসুং ছাত্র খবনা হায়বম্মী, “স্বামী, মসি ঐখোয়গী Adrishta নি।” আদৃস্তা

হায়বগী ব্রাহম্মোক কবিনো ? মখোয়না মসিগী অর্থ লাইবক ফবনি হায়না হল্লম্মী। লাইবক ফবা হায়বদি অফবা শিংথাবা য়াববা থৌদোকনি হায়না মখোয়না লৌবম্মী। মসি আদৃস্তা হায়বা ব্রাহে অসিগী চপচাবা অশেংবা ব্রাহম্মোক নত্তে। আ-দৃস্তা হায়বগী অর্থদি মীংনা উবা ঙমদবা হায়বনি। ঈশ্বরনা নহাক্কি অনিংবা পুন্না শীবিবি। ইবুংঙো মহাক্না নহাক্কি হকচাংগী ওইবা পাঙ্গল, পূক্নিং অমসুং আত্মাগী ওইবা গুণ হেনগৎহল্লম্মী অমসুং মঙাল শীবম্মী লোয়ননা জগৎকি ওইবা, লমচৎ শাজৎ, ধর্ম অমসুং বিজ্ঞানগী ওইবা হিবমদা লমজিংবীবি। মদু আদৃস্তানি। মদু ঈশ্বরগী থৌজাল মীৎয়েং ফংবনি। মবম অসিনা আদৃস্তা হায়বসি ইচম চম্না লাইবক ফবাখক্তা ওই হায়বগী অর্থ ফোঙদোক্তে। নহাক্না আদৃস্তা হায়বা অসি ফংবা পাম্লবদি, মসি ফংনবা পাম্বেদি নুংশিবা হায়বা ব্রাহে অসিখক্তনি।

নুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিদগী হেন্না শক্তি লৈবা পোৎশক থীবা ফংলোই। নুংশিবা হায়বা ম্বাইদগী থোইববা গুণ অসি মীকোক্তা য়াউই। অদুবু, কবন্না মখলগী নুংশিবনো ? হৌজিক্কি যুগতা নুংশিবা হাযবা ব্রাফম অসি মশা মশাগী ওইজবা থীবনা থুমহৎলে। খমথেংনা মশাখক্তংগী ওইজনবা থীবা ব্রাখল ঐখোয় পামফম থোক্তে, ওইজবা থাদোকপা মখলগী নুংশিবদু ঐখোয় পাম্নি। মতৈমনাওগী মবক্তা, মমা অমসুং মচাগী মবক্তা, মচিন মনাও অনিগী মবক্তা মসুং মবীমতা মকপ মপাংগী মবক্তা নুংশিনবগী ব্রাফমদা ওইজনামগী মচাক য়াউবি। মদু জগৎকি ওইবা নুংশিবনি। ঈশ্বরগী মবমদা নুংশিবা পোকপদি থম্মোয়গা থম্মোয়গা মবীনি। মসি মতম খুদিং অবেপ্পা ওইনা লৈগনি অমসুং হোংবা নাইবোই। মসি নুংশিবখক্তংনা পীবা মহৈনি। নুংশিবা হায়বা পোৎশক অসি য়াউদ্রবদি, নহাক্না খুত্তা মালা পায়দুনা ফমদুনা নাম শোনবা অদুগা তাঞ্জা অদুদা নহাক্কি ব্রাখলনা কৈথেলগী শকক্তা কোইদুনা লৈববদি, মদুগী কান্নবা ফল কবি লৈফম থোকপগে ?

নহাক ধ্যান তৌনবগীদমক্তা ফমই। ধ্যান হায়বা অসি কবিনো ? নহাক ধ্যান তৌননবা ফম্বা নত্রগা ফোটো নমনবা pose তৌবিব্রা ? ধ্যান তৌননবা pose তৌবগা নহাক ঈশ্বর ফংবা ঙম্লোই। লম্বেল অমখক্তং লৈ ঈশ্বর ফংননবা হায়বিবা লম্বেল অদু নুংশিবনি। মবম অসিনা, নহাক জগৎকি ওইবা নুংশিবদু ঈশ্বরবু নুংশিবদা ওন্থোক্কদবনি। অদুগী মতুংদা নহাক্না শায়খৎলিবা থবক

খুদিংমক, ঈশ্বরবু খুরুমজবদা ওন্থোক্লদবনি। নহাক ওফিস অমদা থবক তৌই, ডাক্তর ওইনা, ইঞ্জিনিয়ার ওইনা নত্রগা ওজা ওইনা। তৌরিবা থবক খুদিংমক ঈশ্বর মহাক্কা পেনবিনবা তৌগদবনি। নহাক্না ঈশ্বরবু নুংশিবা ব্রাফম অদু চিনখত্তুনা শোন্দুনা অককুবা পনখৈ থগ্লোইদবনি, মসি থম্মোয়গী কাচিন্দগী হৌরকপা ওইগনি। অদুগী মতুংদা নহাক মীকুপ্তা ঈশ্বর ফংলগনি।

নহাক ঈশ্বর থীকবা দবকার ওইদে মরমদি নহাক্না লৈরিবা মফম খুদিংমক্তা মহাক লৈ। নহাকপু পোকপা নপা নমা নঙোন্দগী খজিক্তুং চখোক্লা লৈবা য়াই, অদুবু ঈশ্বরদি মদু নত্তে। ঈশ্বর মতম খুদিংমক্তা নহাক্কা লোয়নদুনতা লৈ, নহাক্কি হকচাং মনুংদা, নহাক্কি কোকথক্তা, নহাক্কি মখাদা অমসুং নহাক্কি অকোইবদা। ঈশ্বর ফংগে খল্লবদি নুংশিবনা মতিক চাববা ব্রাফম্নি। ঈশ্বরগা নহাক্কা লৈনবিবা লিশুন হেন্না মপাঙ্গল কলহনবা দবকার ওই। মদু পাঙথোক্লবতদা ঈশ্বর ফংবা ঙমগনি।

Vice-chancellor অদুনা অসুম্না হায়বম্মী মদুদি ভারতকি সংস্কৃতিনা ঈশ্বর ফংননবা লম্বেল লাইনা উৎপা ঙমই হায়না। ভারতকি প্রজাশিংনা, অরিবা যুগতা ধর্ম-কর্মগা মরী লৈননা থৌদোক কয়াদা মখোয়গী থোংজিন্দা হৈনৌ মনা পরেং-পরেং থেংলম্মী অমসুং মদু লৈতেং ওইনা শিজিন্নরম্মী। অদুবু হৌজিক্কি প্রজাশিংনা প্লাস্তিক্কি লৈনা পরেং ওইনা লৈতেংগী শিজিন্নরম্মী। লুহোংবগী থৌদোক অমা থোকপা মতমদ থাইনগী মীশিংনা অশংবা উনানা মান্দব খল্লম্মী মদুগী অচুম্বা মরম করি ওইরম্মী ? মখোয়না মদু করম্না লৌরগে হায়বদি মতম অদুদা সামিয়ানা লৈতরগী ব্রাফমলা ? নত্তে, নত্তে। লুহোংবনচিংবা অতৈ থৌরম পাঙথোকপা মতমদা মফম অমদা মীয়াম হুপ্না তিল্লম্মী। মতম অদুদা, মহৈ মশিং মপুংফানা হৈত্ত্রবা মীওই কয়া অমা খুঙ্গংদা লৈবরসু বিজ্ঞানগী নিতি নিয়ম খঙলম্মী মদুদি অশংবা উনানা এটমোসফিয়ারদগী কার্বোন চুপশিল্লি অমসুং ওক্সিজেন কৌবা মীওইবগী হিংবদা চঙদবা য়াদ্রবা গ্লোব হোনবদা শিজিন্নবিবা গ্যাস অদু থাদোবকই হায়বগী লৌশিং লৈবম্মী। মরম অসিনা, বিজ্ঞানগী ব্রাফম মখোয়দা অনৌবা ওইখিবমদে। মতম অদুদা, খুঙ্গং অমা লৈবা তাববদি পাকচাউশ্রবা জঙ্গলগী ময়াইমক্তুদা লৈবম্মী মরমদি মফম অদুদা মীওইবদা কান্নববা ওক্সিজেন মবাং কায়না মীয়ামদা ফংহনবা ঙম্বনা ওইবম্মী। মসিমক্না মখোয়

লায়না কয়াদগী নাম্বোক্লবা পাম্বৈ ওইবশী। থম্মোয়গী লায়না হায়বা অসি মখোয় খঙলমদে। Asthma (হারা কংখু) হায়বা লায়না মখোয় থেংনবমদে। উপাম্বীশিং অসি মীওইবা জীবগীদমক কয়া য়াম্না কান্নববা পোৎশক্নো হায়বা শিংথাবা লোয়বা ওম্বা নত্তে মবমদি মসিনা মীওইবা ঐখোয়দা হীংননবা পুন্সি পীবিবনি। মীওইবা জাতি অসিগুম্নবা কান্নববা পোৎশক অসি তশেংনা খঙবা ঙমদে। মখোয় উপালশিংবু য়াম্বৎলি অমসুং মীশিং নোংমা-নোংমগী চাং অসুম অসুম হেন্গৎলক্লি অমসুং মদুগী ফলনা ঙসিদি ওক্সিজেন মরাং কাইনা ফংবা ঙম্লক্রে। মসিনা মবম ওইদুনা, ঐখোয় মীওইবা, ইশানা ইশাগী খুদোংথীবা লৌশিঞ্জনবা বার্ত্তন তৌজবি।

## ঈশ্বর ফঙনববা জগৎ অসি কাওথোকউ

বিজ্ঞান অমসুং খুৎশা হৈবনা ঙসিগী সংসাব অসিদা চাউনা মতেং পীবি। অনি অসি যাওদ্রবদি, ঐখোয় হিংবা ঙম্লোই। ঐখোয় বিজলিগী মৈঙাল য়াওদ্রবদি হিংবদা অকব্বা ওইগনি। ঐখোয়না বিজলিগী অবঙবা মঙাল পোসিটিভ অমসুং নেগেটিভ ঈচেল পুল্লবা মতমদা ফংবা ঙমই। অনিমক দবকাব ওই। ঐখোয়গী ইশাদসু নেগেটিভ অমসুং পোসিটিভকি ৱাখল চেল্লিবনি। ঐখোয়গী পূক্লিং অসি নেগেটিভকি ৱাখলনা খুদুম চল্লবা মতমদা, নহাক ঈশ্বরগী ওইবা পোসিটিভ ওইবা অপাম্বা হেন্গৎহনগদবনি। অদু ওইববদি, নেগেটিভ ৱাখল হাইজিল্লক্লবা তাঞ্জা ফংলবোই। ঐখোয়না পুন্সিদা থেংনবিবা খুদোংথীবা অমসুং অৱা-অনা কয়াসি নেগেটিভকি ৱাখলনা ওইহল্লকপা ঙাক্তনি। জাৎকি ওইবা মপালথোংগী ৱাখল পুম্বা নেগেটিভ ৱাখলনি, থৱাই য়াউদ্রবা ৱাখলনি। অসুম তৌদুনা, পোসিটিভকি ৱাখল চাউখৎপা নাইহল্লু। নহাক্কি মপালথোংগী হকচাং নেগেটিভনি, অদুগা হিংবগী নিতি নিয়ম্না পোসিটিভনি। অনি অসি পুনশিন্নববা মতমদা লংলবা মৈঙাল থোকই, মদুবু Sathyam Jnanam Anantham Brahma (ব্রাহ্মণ হায়বদি অচুম্বগী পুমহৈনি, লৌশিং অমসুং লেংবা নাইদনা লৈবগদবা পোৎশক্তি)। মদু অচুম্বনি। মদু লৌশিং মৈবানি। লৌশিং মৈবা হায়বদি ঈশ্বরগী জ্ঞাননি। ঐখোয় অসিগুম্বা জ্ঞানগী শক্তি অসি ফংনবা হোৎনগনি অমসুং মসি ফংননবা পাম্বৈদি নুংশিবা হায়বা বাফম্মা ওইগনি। মীয়াম্না হৌজিক্তি General Knowledge খক্তং

ফংননবা কন্না হোংনবি। অদুবু ইচম চম্বা General Knowledge খক্তা শিজিন্নবগী কান্নবা কবিনো ? মখোয় মদুদা সাধারনগী রাখল তিনশিনগনি মবমদি মখোয় থবক্কি লমদা মতিক চাবা জ্ঞান ফংবা ঙম্লবনি।

ছাত্রশিং ! লৈবাক খবখক্তদা খুদম ওইনা আমেরিকা, রাশিয়া অমসুং জর্মননচিংবা বিজ্ঞানগী লৌশিং তুংদুনা লৈ হায়না খনগনু। ভারত হায়বা লৈবাক অসি অদুগুম্বা জ্ঞানগী হিরমদা শোথে হায়না লৌগনু। তশেংবা রাফমদি, মপাল লৈবাক কয়াদা লৈরিবা বিজ্ঞানগী লৌশিং পুম্বা ভারততগী চৎখিবা ঙাক্কি। ভারতনা মপাল লৈবাকশিংদা মপুং ফাবা বিজ্ঞানগী লম্বী পীরম্মী। আর্যাভা বেদদা খুৎশু-খুৎলাই বিদ্যাগী মপুং ওইবা শক্তম পন্দুনা য়াওরম্মী। মসিখক্তা নত্তনা হকচাংগা মরী লৈনবা বিজ্ঞান কয়াগী মরমদসু আর্যাভা বেদদা যাওরম্মী অমসুং পুন্নমক অদুদা যুম্ফম ওইরগা মুণি ভবদ্বাজনা মখল মখা কয়াগী লম্জিং লমতাক কয়া পুথোক্লম্মী মীওইবগী হকচাংগা মরী লৈননা। ভারতকী ঋষি কয়াদগী, তশেংনা হায়ররদি, মখল খুদিংমক্কি বিদ্যা লাকখিরম্মী। অঙ্কগী হিরমদা মরী লৈনবা মচাক কয়া ভারতখক্তদগী হৌখিবনি। অঙ্কগী মনুংদা, 1 + 1 = 2 । ধর্মগা মরী লৈননা শিংথাররদি মসি লাল্লি। মান্নবা মওংদা, নহাক্না হায়, 3 1 = 2 । মসি সংসারগী ওইবা, ওন্ন-তৈনবা পাউখুমনি। অদুবু ধর্মগা মরী থম্না হায়রা তাররদি, 3 - 1 = 1 । মতৌ কবম তৌনা ? সংসারনা মসি য়াবা ঙন্লোই। ঐগী মত মতুংইন্নদি, মসি চুমই। মতৌ কবম তৌনা ? মখাদা তেম্তকপা খুদম অমা লৈরে।

নহাক শকয়েং মীংশেল অমগী মমাংদা লৈরে হায়না লৌরো। মফম অসিদা পোৎশক অহুমখক লৈরে - নহাক, নহাক্কি মমী অমসুং মীংশেল অদু। নহাক্না মীংশেল অদু লৌথোকপ্ররদি মমী অদুসু চৎখনগনি। অহৌরদদি মফম অদুদা পোৎশক অহুম লৈরম্মী - নহাক, নহাক্কি মমী অমসুং মীংশেল অদু। পোৎশক অহুম অদুদগী নহাক্না মীংশেল অদু লৌথোকপা মতমদা, নহাকখক্তমক লৈহৌরগনি মরমদি মমী অদুসু মীংশেল অদুগা লোয়নননা চৎপ্রগনি। নহাক ঈশ্বরনি। নহাক্কি মমী অদু মহৌশাগী ওইবা মীংশেল অদুগী মনুংদা জীবনি। নহাক্না মহৌশাগী ওইবা পোৎশকশিংবু কাওথোক্লবা মতমদা, নহাক ঈশ্বর ওইরে। অদুগী মতুংদা মফম অদুদা জীব লৈরবোই নহাক মহৌশাগা লোয়নননা

নৌংবমখৈ নশামক জীবনি হায়না খনগনি। নখোয় হায়বিবা ৱাফম অসিগী ৱাহম্লোক মুন্না খঙলব্রা নত্রগা খঙদ্রিববা ? ঐ অতোপ্পা খুদম অমগা অমুক পীগে।

মসি অয়ুক অমসুং নুংথিলগী মতমনি। মসিনা মবম ওইদুনা, নহাক জগৎ পুম্বা উবা ওস্লগনি অমসুং মসিদা লৈবিবা অৱা অনা কয়ামকমসু থেংনবগনি। নুমিদাংগী মতমদা, নখোয় তুন্নগনি। জগৎ অসি লৈবৰোই, কবিগুম্বা অমত্তা ঙম ফংলবোই। অদুগী মতুংদা অৱা-অনাসু মফম অদুদা লৈববোই। জগৎ অসি লৈব্রবা মতমদা অৱাবসু লৈববোই। জগৎ লৈববতদা অৱাবা লৈগনি। অসুম ওৌদুনা, ঐখোযনা হায় ধ্যান তৌবনা মবম ওইদুনা জগৎ অসিবু কাওথোকই, তেন্নবা মতম ঙাইহাক্তগী ওইববসু। ঐখোয় মঙ্গলগী ঈপাক্তা তাওববা মতমদা ঐখোয় জগৎ অসি কাওথোকপা ঙমই। Sat (ইংবা) অমসুং Chit (জ্ঞান) পুনশিন্নবা মতমদা, Ananda (নুংঙাইবা) ওইনা ফল পী। মহৈবোইশিংনা মসি খঙগদবনি। 'Sat' হায়বা ৱাহৈসিগী ৱাহম্লোক কবি ওইবা তাবি ? মসিগী ৱাহম্লোক থৱাইপানবা হায়বনি, হীংদুনা লৈ তাকপনি। মসি মতম পুম্বদা হোংবা নাইদনা তুংদুনা লৈ। মতৌ কবম্না মসি হোংবা নাইদ্রিবনো ? নহাক্কি খুদ ঙম লৈবে। নহাক্না মদু কোফিদা, চাদা, লড্ডুদা, পায়াসমদা থাকপা য়াই। নহাক মদু পোৎশক অমদা হেক্তা থাকপা যাই, মসিগী অথুম্বা মগুণদু লেংদনা লৈগনি। মফম খুদিংমক্তা হোংবা নাইদনা লৈবিবা মওংদু 'Sat' নি। অদুগীসু মথক্তা, তিন্নুবা পোৎশক খুদিংমক্তা থুমদুনা অদুম লৈগনি। চিনি অসি 'Sat' নি, ঈশিংনা 'Chit' নি। ঈশিংগী মহৌশাদগী লোয়বকপা গুণ অৱাংবদগী অনেম্বা মফমদা চেন্থবান। নহাক্না মদু চীংদোন্দা হৈববসু মখাবোমদা চেন্থবক্কনি। চিনিনা চিনিনি, ঈশিংনা ঈশিংনি। চিনি অমসুং ঈশিং য়ানশিন্নবা মতমদা, মদুগী মতুংদা চিনি তোংঙান্না অমসুং ঈশিং তোঙান্না লৈববোই। মহিদুখক্তং লৈবগনি। মদুনা কবি তাক্কি ? 'Sat' অমসুং 'Chit' অনি পুন্নপ পুনশিনবা মতমদা, মদুগী ফল ওইনা 'Ananda' ফংলগনি। মতম অদুনা নহাক অনি অসি পুনশিন্নগনি। মসিনা কবি খঙহনবগে হায়ববু জিবত্মানা পাবামাত্মাদা তিনবনি। মসিনা তাক্কি মতম পুম্নমক্তা লেঙবা নাইদনা লৈবগদবা অমসুং অনি লোংত্রবা মঙ্গলগী মশক ওইবা খুদোলপোৎনি উংলি। তোঙান তোঙানবা গুণ অনি লৈববোই, অমখক্তং লৈবগনি। Ekmeva, Adviteeyam Brahma (ঈশ্বৰ হায়বসি অমখক্তনি, ঙমথং লৈবোই)।

অসিগুম্বা মবম লৈবনা, ঐখোয় ঈশ্বর ফংননবা হোৎনবা থোইনা দবকাব ওইদে। পূম্নমকপু নুংশিয়ু। মী খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ হায়বসি থাজবা থম্মু। নহাক নশামক্কু ঈশ্বরদা পুনশিল্লু।

## পুনশিন্নৌ Japa (চিন্দা শোনবগা) Dhyana (পূক্নিংদা নিংশিংবগা) অমসুং ধ্যানাগা জাপাগা তিনশিন্নৌ

ছাত্রশিংগী য়াম্না দবকাব ওইবা পোৎশক্তি ভাবতকি সংস্কৃতি খঙবা তঙাইফদবনি। ভাবতকি সংস্কৃতিদা য়াওদবা পোৎশক অমত্তা পৃথিবীগী অতোপ্পা মফমদা থিবা ফংলোই। হৌজিক মতমগী ছাত্রশিং অসিগী তোপতোপ্পা ৱাখল্লোন লৈ। স্বামীনা হায়বগুম্না মদুদি জগৎকি মীওইবা কাঙলুপ অমত্তগীনি, হায়বিবা ছাত্রশিং অসিনা কনাগুম্বা মখোয়গী কাঙলুপশিং ৱাংমদা লৈবা মীশক অমা পামজবনা মবম ওইদুনা লুহোংগে খল্লি। হোয়, জগৎতা মীওই কাঙলুপ অমতা লৈবা, জাতি অমতগী ওইবা অমসুং ধর্ম অমতা ওইবনা মসি চুল্লি। অদুবু, সংস্কৃতিগী মবমদদি কমদৌবা ? ইচম চম্না কাঙলুপ্তুগী খনগনু, সংস্কৃতিগী মবমদসু খল্লু। তোঙান তোঙানবা সংস্কৃতি কয়ামকম লৈ। সংস্কৃতি অমগী চৎন-পথাপ অতোপ্পা অমদগী তোঙাল্লি। মান্ন-মান্নবা সংস্কৃতি পুনশিনবা য়াই, মান্নদবা কাঙবু পুনবা য়াবোই। অসুম তৌদুনা, ঐখোয়না তৌবিবা থবক খুদিংমক্তা, ঐখোয় ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী মবমদা অহানবমক্তা ৱাখল খলহৌবা চুমগনি মদুদি নাৎকি ওইবা চৎনবোলনি। নহাক নহাক্না পায়খৎলিবা থবক অদুগী চাউখৎপা নাইবা অমসুং থবক্কি খোংজেল য়াংখৎহনবা ঙমগনি। নহাক্না নহাক্কি চৎনবী ঙাক্কুনা চৎলবা মতমদা। মবম অসি লৈবনা, ঐখোয় ঈশাগী চৎনবীগী নিযম চেকশিন্না ঙাকপা তাই।

হৌজিক মতমগী মহৈমশিংনা পীবা ইথিলনা, ছাত্রশিংনা মীগা মীগা খেন্নবা লৈবোই হায়বা ৱাফম মমুৎতানা খঙবা ঙমদে। থ্যাগাবাজানা হায়বম্মী, "হে বাম ! নহাক্কি শেংলবা মক্কুবা নুংশিবগী মওং, নহাক জীব খুদিংমক্কী থম্মোয়নুংদা চংদুনা লৈ। ককচেংদগী ব্রহ্মা ফাওবা অমসুং লোয়ননা শিব অমসুং কেসভা ফাওবা। চানবীদুনা ঐবু কনবিবা ওইবিয়ু।" মহাক্না হায়বম্মী, "হে ঈশ্বর ! নহাক অনিমক্তা য়াওই, ককচেং অমদা অমসুং ব্রহ্মাদা" অদুম ওইনমক,

ককচেং অমনা ঐখোয়দা চিকপা মতমদা, ঐখোয় মদু হাৎলি, কবিগুম্বা ব্রহ্মানা ঐখোয়গী মাংদা লাকপা মতমদা, ঐখোয় মহাকপু পনবা তৌদনা খুকমই। অদু ওইববদি মান্নবা হায়বা ৱাফমদু কদাইদা চৎলে ? ককচেং অমগী দেহনুংদা ঈশ্বর লৈববদি, ঐখোয় ককচেং অদুদা খুকম্বা তাৱা ? তৌইগুম্বসুং ঐখোয় মদু তৌদে মবমদি পোৎশক অদুগী মওং ঐখোয়গী মীত্তা উই। Akaram (মওং) মকওইবা ৱাফম নত্তে, অদুবু Anandam (নুংঙাইবা) য়াম্না মক ওই। লাইগী শক্তি অদু ককচেং অমসুং ব্রাহ্মা অনিমক্তা য়াওবি। ককচেং অদু অসুক্কি মতিক পীকই। অদুবু মসিনা চিকপা মতমদদি, মসিনা য়াম্না অনাবা ফাওহল্লি। ককচেং অদুদা য়াওবিবা কল্লবা শক্তি অদু কদায়দগী লাকপনো ? বৃষিক হায়বা অসিসু পীকপ্রবা জীবনি। মসিনা মমুনা থিনবা মতমদা, খাঙমদবা চৈনা পীবা ঙমই। মফম কদায়দগী অসিগুম্বা কল্লবা শক্তি অসি ফংলকখিবনো ? ককচেংগুম্বা পীকপ্রবা জীব অসিনা অসিগুম্বা কল্লবা শক্তি অসি ফংবা ঙন্নবদি, মী অমনদি কয়া য়াম্বা শক্তিগী চাং লৈফম থোকপগে ? চাউববা শক্তি পুম্বা মীগী খুত্তা লৈবনি। অসিগুবা শক্তি অসি যাওদবা মী লৈফম থোক্তে। মীওইবা হায়বা জীবশিং মশাদা চেল্লিবা শক্তি অসি মশক খঙবা ঙমদবনা, মখোয় অৱাবা কয়ামকম থেংনবি। মশাদা চেল্লিবা শক্তি অসি মশক খঙবা ঙন্নবদি মহাক আনন্দ (খ্বাইদগী থোইববা নুংঙাইবা) ফঙবা ঙমগনি। মবমসিনা, নহাক্কি থম্মোয়দা ঈশ্বগী মুর্ত্তি লাৎচৌ অমসুং মদুদগী ২.নকপা মঙ্গলগী মশক ওইববা নুংঙাইবা ফংবা ঙমগনি।

ঐখোয়না হকচাং শেংদোকপা তঙাইফদে, মসি শেংদোক্লবগীদমক্তা, ঐ ঈশ্বরগী নাম শোনবা তাই। ঐখোয়গী পূক্লিং ৱাখল তক-তনাম্না থম্নবগীদমক্তা ঐখোয় ধ্যান তৌবা তাই। চিন্দা শোনবা তাই, পূক্লিংদা নিংশিংবা তাই অমসুং পূক্লিংদা নিংশিংবগা লোয়ননা চিন্দা শোনবা তাই। নুংশিবা হায়বা ৱাফম্না নুংগী ঈচেল ওইবগা চিন্দা শোনবা অমসুং পূক্লিংদা কাওদবা অনিমক চথগনি। ঐখোয় খুৎ অনিমক্তা ঝাল অমমম পায়বে হায়না খল্লো। অনিমক অদু থেঙ্গাইনবা মতমদা খোঙ্গেল থোক্কনি। মদুগা পান্থক ওইনা চিন্দা নাম শোনবা অমসুং পূক্লিংদা নিংশিংবা অনি অসি পুল্লপ পুনশিল্লগা, ঐখোয় Nirvikalpa Samadhi (অনি লোংদ্রবা আত্মাজ্ঞানগী লমদম) চংজবা ঙমগনি অমসুং মসি ঐখোযগী খ্বাইদগী থোইববা অপান্থনি। হায়বিবা ৱাফম অসি ইচম চম্না ধর্মগা মবী লৈনবা লাইনিং

লম্বেলখক্তনা যংবা ঙম্লোই। মসিগীদমক্তা, নুংশিবা অমসুং থাজবা অনিমক অয়োঁবী থাক্তা নুংহঞ্জিন্না পাঙথোকপা তঙাইফদে। মবম অসিনা, ঐখোয় হেন্না হেন্না থাজবা থন্না অমসুং হেন্না হেন্না নুংশিবগী রাফম থিজিনবা তঙাইফদে।

(ভগবান প্রবচণ)

- প্রশান্তি নিলায়ম, সাই কুলবান্ট হোলদা জুন থাগী তাং ১৬, ১৯৯৬ তা ভগবাননা ঈশ্বরগী রাফম নৈনবদা যোঙদোকখিবা রাফম।

# অঙকপনা থল্লবা ভগবানগী মায়া

*Kristina Gale-Kumar*

ঈশ্বৰ মফম খুদিংদা শিল্লুংনা লৈ (omnipresence) হায়বগী পাউজেল অমসুং মহাক্কি শক্তি মীওইবশক্তা নত্তনা মহাক্কি খুৎশেম পূম্নমক্তা য়াওই হায়বসি সত্য সাই বাবানা তোয়না তোয়না পীবিবস্মী। অদুবু, মীওইবা পূম্নমক্তগী মহাক্কা মথোইবে হায়বগী নাপলনা, তাবগা লৌশিনবা ঙম্নমদে অমসুং মসি অশেংবনি হায়বা খ্রাফমদা চিংনবা ফোঙদোক্লম্মী। জগৎকি মীওইবা মশা মশাদা লাইগী শক্তি চেল্লি হায়বসি ভাব তাহনবা ঙম্লবা অমসুং মফম খুদিংমক্তা ঈশ্বৰ লৈ (omnipresence), খুদিংমক খঙই (omniscience) অমসুং ঙমখৈ লৈতবা তৌবঙম্বগী শক্তি চেল্লি (omnipotence) হাযবা ঈশ্বৰগী মহিমাশিং - ঋষিদগী থোইববা অচুম্বা খঙনবা - বাবানা থবক কয়া পাঙথোকই। মীওইবনা কৈদৌনুংদা মপোকসিদা পাঙথোকপা ঙম্লবোইদৌবা থবক কয়াগী মবমদা বাবনা অসুম্না তাকপীবস্মী :

মচাক য়াওদনা কবিগুরুনা পোৎ অমত্তা শেমগৎ-শাগৎপা ঙম্মোই হায়বগী অকক্লবা নিতি নিয়ম লৈবগুম বিজ্ঞান্না কোর্নশিল্লিবা লমগী মতাংদা অকক্লবা পনখৈ লৈ হায়বসি চুমগনি। বিজ্ঞান হায়বা হিবম অসি অবতাবগী লমদদি পানশিনবা যাদে অমসুং ধর্মগা মবী লৈনবা লমদা শিজিন্নবা য়াদে। অকোনবগী হিবমসিদদি জগৎকি মপু ওইবিবা ইবুংঙো মহাক্কি অনিংবগী মখা পোল্লি অমসুং শেম্বা ঙমই। লেংলি পাল্লিবা পুম্না মাংহনবা ঙমই অমসুং লৈতবা পোৎপু মীৎনা উবা ঙম্লবা শেমগৎপা ঙমই।

মখল মখা কয়াগী পোৎশকশিংবু অহাংবা সুন্দ্রংদগী লৌবগা তশেংনা মীৎনা উবা ঙম্বগী শক্তি লৈ - মহাক পীক্লিবা অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা মসি পাঙথোক্লম্মী। প্রোফেসাব ভাগবাতম (হান্নগী বিজ্ঞানগী Advisor, ভাবতকি

ঙাকশেল মন্ত্রালয়দা অমসুং প্রেসিডেন্ট, All India Science Institute) না হায়, "কনাগুম্বা মায়া হৈবা মীশক অমত্তনা সত্য সাই বাবাগুম্বা শিনফম অসিগা মবী লৈনবা থবক্তা উত্তুনা পাঙথোকখিবগী খুদম থীবা ফংদ্রি।"

শক্লাইববা বিজ্ঞানগী মীওই অমদি Dr Erlendur Haraldson নি, মহাক চহি কুনলোম চংনা বাবাগী তৌবগুম্বা মাযাগী মবমদা থিজিল্লম্বা, মচাক কয়া খোমজিল্লম্বা অমসুং মীংনা উবা ঙম্মা থেংনখিবা মীশক্কি। Dr Haraldson না অসুম্মা ওল্লি মদুদি নোংমগী চাংচংতা তোঙান তোঙানবা পোংশক কুনদগী নিঙ্কু য়ামদ্রবদা বাবা পুথোকই।

খুদম ওইনা, বাবানা আফ্রিকা মহাদেশকি লৈবাক কয়া কোয়না চংপা মতমদা, মহাক্না মফম অদুদা লৈবম্বা মীয়ামদা পোংশক কয়া হায়বদি এনামেলগী মুর্ত্তি কয়া, সনানা শাবা যিশু খৃষ্টকি মুর্ত্তি, গুরু নানক, যোবোস্টবনচিংবা খুদোল কয়া পীবিবস্মী, তিল্লমলিবা লনাই মীওইশিংদা মাগী মাগী ধর্মগা চাননা, হান্না মাঙজৌননা কবি কবম্বা ধর্ম চংপগে হায়বা খল্লুবা তৌদনা অমসুং খংদনা পীবস্মী।

অতৈ অতোপ্পা পোংচৈশিং সাইনা পুথোকপশিংদি - ঙকশমদা শিননবা যন্ত্র, লিকমবী, খুদোপ, মালা পবেং, ফোটোশিং, ভগবানগী তোঙান তোঙানবা মুর্ত্তিশিং, পাংতিংদুনা হাৎপা যিশু-খৃষ্টকি মুর্ত্তি, মখল মখা কয়াগী চান-থক্রবা পোৎলম অথুম অহাউদগী উহৈ ফাওবা, যোং ফোং শাবা চাকলুক (কযামকম শাবগে হায়ববু মদু ফংগদৌবিবা মীশক অদুনা মদু লৌনবা হোৎনবদা শামনম্রদুনা অবাবা ওইবস্মী) অমসুং আমৃত - "শিদয়াইগী লৈহি" কৌবা লুম্রবা খমথেংনা থুমম্রবা মহিনি। কবি কবিগুম্বা থৌদোক থোকপদা বাবা মশামক্না অসিগুম্বা শিদয়াইগী মহি অসি ধাতুগী পাত্র অমদগী পুথোক্তুনা মহাক্কি ভক্তশিংগী ঙাইদুনা লৈবিবা খুবাকশিংদা পীবিবস্মী। যীশু-খৃষ্টনা মহাক্কি ভক্তশিংদা তল অমসুং ঙা য়েনবগুম, বাবানা কংবা নাইদ্রবা আমৃত থৌদোক কয়াদা পীনবীবস্মী।

অতোপ্পা বাবানা পুথোকখিবা লোইবা খম্না নাইদ্রবা পনবা য়াবা পোংশক খবদি ইঙ্কি মবিবোম ৱাংবা য়ুবী খুজাই, মদুগী মনুংদা বিভুতি নত্রগা অশেংবা উং য়াওবি। বাবানা অদুগুম্বা য়ুবী খুজাই অদু নোংচুপ লৈবাক্কি ভক্তশিংগী

মমাংমক্তা পুখোক্লুনা উংখিবনি, ভক্ত খুদিংমক্তা বিভূতি খব খব পীববা মতুংদা, লেমহৌবা শকক অদু নোংচুপকি অখোইবা লাইনিংবী ইন্দ্রা দেবীদা পীবম্মী ব্রাহৈশিং অসি হায়বদুনা, "হৌজিক মসি অতৎ-অথম লৈবরোইদবা পোৎশক্কি কৈদৌঙেদা ব্রাৎপা লৈবরোই।" চহী তবাগী মতুংদা, বিভূতি অদু মী লিশিং লিশিংদা পীগ্রবা মতুংদা, যুবী খুজাই অদু হৌজিক ফাওবা কংবা নাইদনা মদুদগী বিভূতি চেম্লোবক্কি।

বাবানা তোয়না পুখোক্কিবা পোৎশিংগী মনুংদা বিভূতি নত্রগা ধর্মগী ওইবা অশেংবা উংনা অখোইবনি - নোংমদা চাংচত্তা পাউণ্ড অমগী চাংদা - শোক ১৯৭০ ফাওবদা টন মঙাবোম পোৎশক ওইনা পুখোকখিবম্মী। হায়বিবা মশিং অসি হৌজিক্তি শকক অনিগী চাং য়ৌবে।

অখন্নবা থৌবম অমদা খ্বাইদগী ব্রাংবা চাংদা মতম অমদা বিভূতি পুখোকই অমসুং হায়বিবা থৌবম অদু মহাসিববাত্রি নুমিত্তনি। হায়বিবা থৌবম অসিদা সাইনা য়াম্লা চাং ব্রাংনা উগী লৈবোং হকপা যুবী খুজাই অমদা থন্না পুখোকই। অহাঙবা যুবী খুজাই অদু মথক-মখা ওম্লোক্লগা বাবাগী মতেং পাংবা N Kasturi গুম্বনা পায়বম্মী অমসুং মদু শিবদি সাই বাবাগী কোকথক মপাদা চান্নহল্লম্মী। সত্য সাই বাবানা অহানবা যুবী খুজাই মনুংদা মখুৎ থিংজিল্লম্মী অমসুং বিভূতিগী ঈচেল লেপ্লা নাইদনা মখাদা লৈবিবা মুর্তিগী কোকথক চেম্লবক্লম্মী। যুবী খুজাই দুদা চনবা য়াবগী চাংদগী হেন্না বিভূতি পুখোকই, মদু মাংজৌননা হাপখিবা লৈবগসু। বাবানা মথক-মখা ওম্লোক্লবা পাত্র অদুদগী মহাক্কি খুৎ লৌথোকপা মতমদা বিভূতি চেম্লবকপা লেপই। মহাক্লা মহাক্কি মখুৎ অমুক হন্না পাত্র মনুংদা ইনশিনবা মতমদা অমুক হন্না বিভূতি চেম্লবকই।

অদুগী মথক্তা, বাবানা যুবী খুজাই মনুংদা খুৎ ইনশিনবা মতমদা অমসুং মদুদগী চেম্লবকপা বিভূতিগী ঈচেল অকনবা শক্তি চেল্লি মদুদি কন্তুবি অমসুং অতে অতোপ্পা পাত্র পায়বিবা মীওইশিং পাত্র অদু পায়নবা হোৎনবদা অব্রাবা খাঙলম্মী। অসিগুম্লবা ভগবানগী অঙকপা শক্তি কয়া অসিবু কয়ারক হন্না যিম্ম নমখিবম্মী। মতাং অসিদা, সাইন্টিস Haraldson গুম্বনা মসিংগী অচুম্বা মবম লৈ পল্লম্মী, হায়বিবা অদু বিজ্ঞাননা শুগাইনা তাকপা শনখৈগী ব্রাংমদনি।

মহাশিববাত্রি নুমিৎতা ভগবান সাইনা উত্তুনা তাকখিল্লা থৌদোক (মসি ফিল্ম নমদুনা উৎশ্রবনি) অমা প্রোফেট মহম্মদতা El Mehdi গী থৌদোক্কা মবী লৈননা ভগবাননা পীথিবা খুদম - লমজিংবিবা অমা ওইনা - মসি খ্বাইদগী ওকপা ভগবাননা পোৎ ওইনা পুথোক্কুনা উৎখিবা থৌদোক্কি। Hadis তা অসুম্না পল্লি :

অসুম তৌদুনা নহাকপু মীনম্বা ওইদনবগীদমক্তা লমজিংবিবা মহাক্না মহাক্কি হকচাংদগী নত্রগা মচিন্দগী পোৎ পুথোক্কুনা উৎকনি।

মহাক্কি মখোৎ কাবকপা মতমদগী হৌবদুনা, মহাশিববাত্রি নুমিৎ খুদিংগী বাবানা মহাক্কি হকচাংদগী নত্রগা মচিল মনুংদগী শিবলিঙ্গম মূর্ত্তি অমা পোৎশক য়েকম মওং মানবা, জগৎ শেম্বিবগী নিংশিং খুদমনি, মদুনা মওং লৈবা অমসুং মওং নাইদবা পোৎশক্কি মহৃযশিনগনি। পুথোক্লম্মী। কবিগুম্বা চহিদদি মতম অমত্তদা মশিং মাগল ফাওবা পুথোক্লম্মী। অয়াম্বা শিবলিঙ্গশিং অদু কবম্বা মখলগী পোৎচাক্না শাবনো হায়বদু বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা খঙবা ঙম্লমদে, অমসুং অমখক্তি ঙাঙ্গানবা থা অমসুং থবানমিচাকশিং মদুগী মনুংদা উৎলম্মী।

মুসলিমশিংগী ধর্মগী মবী লৈনবা খ্বাইদগী চাউববা থৌদোকশিংগী মনুংদা অমা ওইবিবা "Bakr Id" নি। শোক ১৯৭০ গী ওল্লিইঙেগী তাঙ্গাদা, বাবানা আবব লৈবাক্তগী লাকপা তীর্থ কোইবা মুসলিম কাংবু অমদা অমসুং মখোয় প্রশান্তি নিলায়মদা শেংলবা ধর্মগী নুমিৎকা মবী লৈননা থৌবম পাংথোকপগী অখন্নবা থৌদোক্তা মতেং পীবম্মী। সাউদি আবাবিযাগী Mucca গী মনুংদা লৈবিবা Kaaba গী লাইশংদা (Patriarch Abraham দা Archangel Gabriel না মবমচানা পীবা শেংলবা অমুবা নুংশিংনা শাবা) মফম অদুদা লৈবিবা মুসলিম কাংবুনা চাউববা মীতিন অমগী মনুংদা মতম অদুদা খুকউ লৈতানা লাই খুকমদুনা লৈবিবদু বাবানা তির্থ কোয়বা লাক্লিবা কাংবু অদুদা উৎলম্মী। মতৌ কবম তৌদুনা মহাক্না মখোয়দা উৎপগে ? মহাক্না মহাক্কি খুবাক মখোয়গী মমাংদা তিংথোক্লম্মী অমসুং মখোয়গী মমীংনা শেংলবা দৃশ অদু উবা ফংলম্মী।

বাবাবু থাজবা লাইনিংবা অমদা বাবানা খুদোংচাপা পীবিবম্মী। তোঙান তোঙানবা অবতাব তবাগী ঈশ্ববগী মূর্ত্তিশিং লাইনিংবা অদুগী ফক্লাংদা সিনেমাদা উৎপগুম মমী তাহনবিদুনা দর্শন পীনবিবম্মী।

অতৈ অতোপ্পা সত্য সাই বাবাগী মায়াগী মবমদা মখল মখা কয়াগী ফাওববা সান্তিসশিংনা থীজিনবগী মনুং চল্লিবদি: লাইফা (মাইবীগী মওং), পোৎ অমদগী অতোপ্পা পোৎ অমদা ওন্থোকপা, পোৎচাকশিংবু লাকশিন্না খুদুমচন্না শিজিন্নবা ঙম্বা, মতম অমত্তদা তোঙান তোঙানবা মফম অনিদা উৎপা ঙম্বা অমসুং শকউৎপা ঙম্বা মাংবা ঙম্বা জগৎ শিন্দুংনা; মফম অমদগী মাংখিবা অমসুং অ... মফ অমদা সেকেণ্ড খবগী মনুংদা অমুক শকউৎপা, ঈশ্বরগী ওইবা ...ঙান তোঙানবা ধর্মগী ঈশ্বরগী শক্তম মশা মশাগী লাইনিং লম্বেলগা মবী ...ল্লা উৎপা ঙম্বা - মদুদি, খৃষ্ট, শিবদি সাই, কৃষ্ণ, শিব, অহাংবা শুদ্রংদা লেপ্পা অমস... পাইবা ঙম্বা অমসুং শিববা মীবু অমুক হিঙ্গংহনবনি।

সত্য সাই বাবানা পাঙথোকখিবা মীয়াম্না খঙ...ববা মায়া খুদিংমক পন্দুনা ইকবা ওইথোকপা লৈতে। পূম্নমক অদু মশিং লাকশিনবা ঙমদ্রবা ঙাক্তনি, মবম অসিনা ঐখোয় খাইদগী থোইববা ফিলমচিংবা লৌত্রবা খবদং খনগৎলগা পূক্রিং থিংজিনবা চুমগনি, লোয়...অইবা খবদং খনগৎলগা মখোয়না পীবা পাউদম্না সাক্ষি পীগনি।

সত্য সাই বাবাগা উন্নদুনা ব্রাবি ব্রাতাই শাবগী খুদোংচাবা ফংলবা অয়াম্বা মীপুম খুদিংনা বাবানা মীশিং অদুগী মশা মশাগী লন্নাইগী ওইবা হৌখিবা ইতিহাস, ...দাক খুদিংগা মবী লৈননা ফোঙদোবকপা মতমদা, মীশিং অদু বাবাগী তৌবা ঙম্বগী শক্তি উকবদা খমথেংনা ঙকপা ফাওবমী। বাবানা মীওই কাঙলুপ ...দুগী কাববাবগী মবমদা নত্রগা লন্নাইগী ওইবা হমুং মনুংগী থৌদোক কযাগী মবমদা অকুপ্পা ব্রাবোল পীবকপা মতমদা কবিগুম্বদা মীওইশিং অদুগী লৈমিন্নবিবা মতৈ মনাওগী মবমদা পীবকপা ব্রাবোলদা কনা অমত্তনা য়াদবা তৌবমদে। বাবাগী omniscience (খুদিংমক খঙই) হায়বসি থাজহন্নবা মীয়াম অদুদা মখোয়গী পূক্সিদা থোকখিবা কাওশ্রবা থৌদোক কয়া নৌহৌনা পন্দুনা নিংশিংলম্মী।

ভারতকি খবর কাগজগী ইদিটব অমা (R K Karanjia) মহাক মশামক থম্মোয় চেংপা মার্কসিস্ট লাই থাজদবা, বাবাবু হুন্দুনা ঙাংবা মীশক অমা ওইরম্মী। তশেংবমক্তি মহাক্না বাবাদা লোয়নবিবা ঈশ্বরগী শক্তিবু চাংয়েং তৌবা লাকখিবনি, অদুবু ভগবাননা মহাক্কি (Karanjia) মবমদা ফজনা খঙলম্বনা মহাক

বাবাগী চবন্দা চঙজবন্মী। শোক ১৯৭৬ কি সেপ্টেম্বব থাদা মহাক বাবা উন্নদুনা ৱাবী ৱাতাই শাবন্মী অমসুং মদুনা জর্নেলিষ্ট অমগা উন্নবা পুন্সিদা অহানবা তাঞ্জানি। ভকপা ফাওববা জর্নেলিষ্ট অমগা উন্নবা পুন্সিদা অহানবা তাঞ্জানি। ভকপা ফাওববা জর্নেলিষ্ট অদুনা মহাকি খবব 'Blitz' দা অদুগুম্বা ইন্টবভিয়ু অদুগী অকুপ্পা মচাক ইদুনা ফোঙদোক্লম্মী। মহাক্না হংদ্রিঙেগী মমাংদা বাবানা মহাক্কি ৱাহং খুদিংমক খঙলম্মী। অদুগুম্বা থেংনবকপা জ্ঞান অদুনা নুপা অদুগী পুন্সিদা চাউনা অহোংবা পুবকখিবন্মী অমসুং মহাক্কি ৱাখল মীৎযেং ঈশ্ববগী মাইকৈদা লাকখিবন্মী। বাবা মশামক্না অসুম্না হাযবন্মী :

নহাক ঙসিদি অহানবা ওইনা নহাক্কি পুন্সিদা ঐবু উবা ঙমগনি, অদুবু নহাক ঐগী কুইববা খঙন-চান্নবা মীশক্কি ঐগীদমক্তদি। ঐ নহাকপু মনুং মপাল ফাওনা খঙই।

সাইনা মশিং লাকশিনবা ঙমদ্রবা পোৎ কযামকম অমদগী অতোপ্পা অমদা ওন্থোক্লম্মী (উশা অনিনা যিশু খৃষ্ট পাঙ তিংলগা হাৎপা) লোযননা তোঙান তোঙানবা মফমদা পোৎচৈ পুথোক পুশিন তৌবা, ওস্থাং ওনশিন অমসুং পুথোক পুশিনগী থবক বাবা মশামক্না পাযখৎলম্মী মতম তাঞ্জা লাকপদা মপুং ফানা চথবন্মী। অদুগীসু মথক্তা, মশিং লাকশিনবা ঙমদ্রবা বিভুতি অমসুং আমৃত্য লেপ্পা নাইদনা পুথোকখিবগী পাউদম জগৎ শিঙ্খংনা ফিলমদা উৎপগী পাউদম লৈ।

অইবশিং মখোযশামক্না অসিগুম্বা থৌদৌ অসি বঙ্গলোব অমসুং মহিসুবগী মবক্তা লৈবা অপিকপা লাইশং অমদা উখিবন্মী। লাইশং অদু পান্নবিবা মীশক অদুনা চহী ৪০ গী মমাংদা বাবাগা উন্নবন্মী। বাবা উন্নববা মতুংদা মহাক এনামেলগী অপীকপা ফোটো অনি ফংলম্মী - অমনা শিবদি সাই অমসুং অতোপ্পা অদুনা সত্য সাই ওইবন্মী। মহাক্না মযুমদা থুংবা মতমদা, ফোটোশিং অদুদগী আমৃত চেম্ববক্লম্মী। অপিকপা ফোটো অনি (পেনিমক চাউবা) অদু ক্বার্টনা শাবা চফু অমদা থন্নম্মী অমসুং মদু নুমিৎ খুদিং আমৃত থন্না পুথোক্লম্মী। অইবশিং অসিনা অদুগুম্বা পিকম্রবা ফোটো অনি অদু মখুৎনা পাযবন্মী অমসুং মদুদগী লেপ্পা নাইদনা আমৃত শিম্ববকপা মখোযগী খুবাক্তা তাবক্লম্মী।

অদুগীসু মথক্তা, সত্য সাই, শিবদি সাই অমসুং ঈশ্বর মহাক্কি অতোপ্পা মওংগী ফোটোশিংদগী বিভূতি অমসুং কুমকুম (অঙাংবা পাউডর হিন্দুশিংনা ধর্মগী থৌদোক্তা শিজিন্নবা) পুথোক্লম্মী। অহুমশুবা অমসুং খ্বাইদগী ঙকপা য়াবগী ওইথোকপা লৈবা পোৎশক অমনা হায়নিঙাই লৈতনা মনম নুংশিববা পোৎশক অমা সত্য সাই বাবাগী চবন্দা থম্বা থোৎত্রবা মহি য়াউবা পাত্রদগী চেম্থবকই। অইবা অসিনা অঙৌবা কমাল অমা পায়বদুনা চোৎলবা চবন অদু মপুং ফানা শংহন্নবা হোৎনবম্মী অদুবু অদুম লেপ্পা নাইদনা খুদক্তা অমুক হন্না চেম্থবক্লম্মী।

# জগৎ শিন্নুংনা ভগবাননা কোয়বা

য়াম্না পাকশন্না বাবানা পাওথোক্লিবা ব্রাফম অমনা জগৎকি কবিগুম্বা মফম অমদা শকউৎপা ঙম্বগী খুদম লৈবদুনি, নত্রগা মতম অমতদা মফম অনিদা উহনবা ঙম্বদুনি। মশিং লাকশিনবা ঙমদ্রবা লনাই মীওইশিংগী মমঙদা বাবানা শকউৎপা ঙম্বদুনি অমসুং মসিগা লোয়নননা মীওইশিং অদুনা মখোযগী মমঙদা উবিবা মীশক অদু কনানো হায়বা ফাওবা খঙবা ঙমদবদুনি ! বাবানা অসুম্না তাকপিবম্মী মদুদি ঈশ্বর হায়বসিদি ওইনিংবা মওংদা উৎপা ঙম্মী নত্রগা তশেংনমক অবতারনি অমসুং অবতার ওইবিবকপা মতমদা চিতশক্তি (পূম্নমক খঙবা ঙম্বা, উবা ঙম্বা অমসুং তৌবা ঙম্বনি) য়াওই। "ঈশ্বরগ্য মরী লৈননা মঙবা মঙদি অশেংবনি।"

অদুগীসু মথক্তা, ভগবাননা লেপ্পমক হায় মর্দুদি - কনাগুম্বা মীওই অমনা মঙদা ইবুংঙো মহাকপু উবা ঙম্লোই মবমদি মতাং অদুদা ইবুংঙোগী থৌজাল য়াউদ্রবদি, মহাক্না মরী লৈননা মঙবা মঙ নত্রগা মহাক্না মঙদুদা শক উৎলবা মদুনা তাক্লিবদি মতম পুম্নমক ধর্মগা মরী থম্লে হায়বনি।

ঐহাক্না কনাগুম্বা অমগী মঙদা শক উৎলবদি, ঐহাক মীশক অদুদা কবিগুম্বা খবা খঙহনগে লাকপনি। মীয়াম্না খঙনবা মঙগুম্না মসি অচম্বা মঙ নত্তে। নহাক অসুম্না খন্দত্রা হায়বিবা থৌদোকশিং অসি নহাক্না থেংনবকখিবা নহাক্কি মঙদা থোক্লিবা খুদিংমক নহাক্কি নিঙশিংবগী মমিশিং নঙোন্দা লৈবিবা চিংনবা পুম্বা মদুনা পাউখুম পীবিবনি।

Dr Samuel Sandweiss, কালিফোর্নিয়াগী অফাউবা (U S A) Psychiatrist (পূক্লিংদা নাববা মীবু লায়েংবা) মহাক ইহান হানবা সাই বাবাগী

মনাক্তা চংপা মীশক ওইবশ্মী অমসুং মহাক লাই থাজদবা অমসুং ধর্ম হন্দুনা ঙাংবা মীশক ওইবশ্মী, অদুবু মহাক মশামক ধর্ম থাজবা অমসুং লাইনিং চেংলবা মীশক ওইনা ওন্থোকখিবশ্মী, য়বী লৈনবা থৌদোক অমদা মশামক্তা মাগী মত পীবশ্মী সাই অমসুং অতোপ্পা মীওই খবগা লোয়ননা সাইগী মী উন্নফম কাদা য়াবী শাবা মতমদা Jeff কৌবা কার্লিফোর্নিয়াদগী অমসু মফম অদুদা লৈবশ্মী। সাই Jeff তা ওনশিল্লগা হায়বশ্মী, "ঐ নহাক্কি মঙদা অনিবক শক উৎপা লাকয়ে।" "Sandweiss তা মতম অদুদা মতৌ কবয়া থোকখিবনো লিবি :

বাবানা Jeff তা মঙ মতৌ কবয়া থোকখিবগে হায়বা শুগাইনা অমসুং মচা খাইনা লিবা হৌবশ্মী অমসুং মসি ঐঙোন্দা নুপা অসিগী মবমদা পূক্লিংগী সাইন্সকি হীবমদা কয়া য়াম্না খঙলবগে হায়বদু যাম্না চাউনা সাক্ষী-প্রমান পীবশ্মী অমসুং মওং অমগী শিংথাবা য়াববা থৌদোক্কি, মহাক্কিদমক্তা তশেংনা শেমদুনা থৌবাং তৌববা মঙনি অমসুং মহাক্কি মঙদা তশেংনা থোকখিবা থৌদোক্কি পাউদম পীননবা ভগবাননা শক উৎলুবনি। বাবানা হাযবিবা খুদিংমক তশেংনা থোকখিবনি হায়না Jeff না অচেংপা য়াফম পীবশ্মী। মফম অসিদা খ্বাইদগী চাউববা পূক্লিংদা নাববা মীবু লাযেংবা মীশক অমা লৈবে ঐ মতম খুদিংমক্তা মহাকপু উদুনা লৈবে।

মশা লাক্লশ্মী হায়বা খুদম খঙবা ঙম্লনবা বাবানা থাদোকখ্রবা মতুংদা মশামক্কি অবংবা মঙালগী মমি হেক হেক থল্লশ্মী মদুনা কোনশিল্লিবা মীশকতুনা মহাক লাক্লশ্মী হায়বা অবেপ্পা খঙবা ঙম্লবা, মহাকপু উখিবশ্মী নত্রগা মঙদা উবশ্মী হায়বা য়াফম খঙবা ঙম্লবা মঙাল পীবশ্মী। মশিং লাকশিনবা ঙমদ্রবা মীওই কয়াগী মনাক্তা, জ্ঞান্না লাম্বা ফংবা মওংদা, বাবানা তোয়না তোয়না জগৎশিন্দুংনা শক উৎলশ্মী। অসিগুম্বা থৌদোক্কি মতিক চাববা তশেংনা থোকখিবা য়াফম খুদম ওইনা আমেরিকা মচা মমীং Charles Penn ওইবশ্মী। Penn হায়বিবা মীশক অসিনা বোম্বেদগী সত্য সাই বাবা দর্শন তৌববা মতুং ময়ুমদা হনখিবা মতমদা বাবা মশামক Penn গী U S তা লৈবা য়ুমদা য়ৌবক্লশ্মী অমসুং হায়বশ্মী :

Charles, নহাক বোম্বেদা মী লিশিং তবানা মখোয় মশাগী নিংতম্বা ফংনবা হোৎনবিবা অমসুং ঐহাকপু অমুক্তং উজববদি হায়দুনা থীবিবা মীশকশিং

উবল্লগনি। অদুগুম্নবা মীয়াম অদু অতৈ কবিসু নত্তে মহাসাগবগী ঈশিং ঈবিক অমগা পাম্ববনি। মসিগা চাংদম্নবা যাবা পোংশক্তি মশিং থীগুমম্রবা শকউদবা আত্মাশিংগনি মখোয় অদুনা ঐহাক্কি নাক যৌদুনা চবণ অমুত্তং শোকচবা ফংলবদি খল্লিবা অমসুং মীওইবগী জগৎ মাযাগী লাংদগী নাম্থোক্কে হোৎনবিবা মীওইশিংনি। ঐনা ঐগী মঙাল, নুংশিবা হাযবা বাকম অমসুং মতেং মখোয নিংতম্বা ফংনবা খুদিংমক্তা পী।

Dr Haraldsson না পাকশন্না থীজিনবগী থবক তৌবিবা মতাং অমনা যাম্না ঙকপা মওংদা বাবা তোঙান তোঙানবা মফম অনিদা শকউৎপা ঙম্বগী মবমদনি। Dr Haraldsson মশামক্তা থীজিনবগী থবক পাযখৎলকপদা, সত্য সাই বাবানা তোঙান তোঙানবা যৌদোক অনিদা শকউৎখিবনি - December 13th অমসুং December 24th - হাযবিবা অসি Mr and Mrs বাম মোহন বাও হাযবিবা মীওশিং অসি থা-ভাবত, কেবেলা ষ্টেটকি অশিকপা সহব Manjeri হাযবা মফমদনি। বাওগী মচানুপী শাখিববা ফিভমদা খুৎহিংগী লায়নানা নাবম্মী মদুনা মবম ওইদুনা মহাক্কি মখোঙ ফিভম কাইবম্মী অমসুং শাখিনা নুংঙাইতবা ফাওবম্মী। December 12th কি অহিংদা শোক ১৯৬৪ গী মখোযগী মচানুপী মমীং শৈলেজা কৌবী অদু মখোযগী লাইখুকমফম কাদা লৌবিবা সাই বাবাগী মুর্তিদা, ঈশ্বব মহাক্কি মতেং থিবা ওইনা কপ্লম্মী।

মথংগী নুমিত্তা "মীনৌ" সত্য সাই বাবা যাম্না মানবা শক্তম অমা থোঙদা থিল্লকম্মী অমসুং শৈলেজাগী নাক্তা চঙশিল্লকলম্মী মদুবু Mr Rao না যাবম্মী। মহাক্তা শৈলেজাদা হাযবম্মী, "নহাক্তা ঐবু হৌখিবা অহিংদা কৌবম্মী অমসুং ঐ হৌজিক অযুক্তা নহাক্কি নাক্তা লাক্লে অমসুং ঐ নঙবু লাযেংলগনি।"

অদুগী মতুংদা মহাক মখোযগী ইমুং মনুংগী ওইবা লাই খুকমফম কাদা চংলম্মী অমসুং সত্য সাই বাবাগী ফোটো যাল্লিবা অদুগী মখাদা ফল্লম্মী। ইমুং অদুগী মীওই পুম্বা মহাক্কি মতুং ইল্লকলম্মী। অদুগী মতুংদা মহাক্তা বিভূতি পুথোক্লম্মী অমসুং মদু শৈলেজাগী মখোঙদা তৈবিবম্মী, বাহৈশিং অসি হাযবদুনা মহাক নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা ফবগনি, তশেংনমক মদু ওইখিবম্মী !

অদুগী মতুংদা মহাক্না বাওগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংদা ভজন সভা অমা পাঙথোক্না-মী খোমজিল্লু তাকপিবম্মী। যামদ্রবদা মী ডজন অনিগুম্বনা সভা অদুদা যাওবম্মী অমসুং মীওই কাঙলুপ অদুদা সত্য সাই বাবাগী ভজন খবা তম্বীবম্মী লোযননা ভজনগী লাইবিক অমা মহাক্কি শক্তিনা শুনতবংদগী পুথোক্লগা মখোযদা পীবম্মী। মহাক্না মহাক্কি শক্তিনা পোৎচৈ কযামকম খুদোলপোৎনচিংবা পুথোক্লম্মী তিল্লিবা মীযামদা পীননবা অমসুং অতোপ্পা মী অমসু অনাবা ফহল্লম্মী। মদুগী মতুংদা যাম্না চম্বা চাক্লেন অমা বাওগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংগা চাম্মীন্নবগা অমসুং অমুক হল্লকখিগনি ব্রাশক্লবা মতুং, মহাক চৎখিবম্মী।

বাবা অনিবকশুবা ওইনা, শোক ১৯৬৪ গী December 24th খৃষ্টমাস্ট Eve তা বাওগী ইমুংদা থুংলখিবম্মী। মতম অদুদা বাওগী ইমুং মনুংগী মীওই পুম্বা থবক অমা চখোকখিবম্মী অমসুং যুম অদু শো লোনশিল্লম্মী। মখোয থুংলববা মতুংদা ইমুংগী মৈ থানগৎলম্বা উবদা ঙকপা ফাওবম্মী। মখোয যুমগী খোঙ অনিমক চাংযেং তৌবম্মী, মদু হৈজিক ফাওবা থিংদুনা লৈবম্মী। মমাংথোঙ হাংদোক্লবা মতুংদা মখোয ইমুংদা চংলম্মী, মখোয সত্য সাই বাবানা মখোযগী লাইশোন কাদা অমুক হন্না লৈবম্বা উবদা মখোয শাখিনা ঙক্লম্মী অমসুং ভজন সভা অমা পাঙথোক্লবগী থৌবাং বাবানা পাযখৎলম্মী।

মতৌ কবম তৌদুনা মহাক্না শো থিংলিবা যুম অদুগী মনুংদা চংলিবনো. "হুবানবা অমনা অহিংগী মতমদা লাকপদৌনা" যুম্লোন্নবা মীশক অমনা ব্রাফম অদু পল্লদুনা ? অদুবু ভগবাননা মহাক্কি অবোনবা ব্রাফম ফোঙদোকপা লাইবিক্তা হাযখিদবা নত্রা :

য়েংউ, ঐহাক হুবানবা অমগুম্না লাকখিবনি, মীকপ থোক্লবা অমসুং ঐবু কদাইদা লৈবগে হাযদুনা থীবিবা মীশক অদুবু মঙ্গল পীননবা, মহাক্কি মফি শেৎচিল্লদুনা মদুদি মহাক মশাদা ফি থোংদবা ওইদনবা অমসুং মশা কখোক্লে উৎনবা ! (মদুদি ঈশ্বরগী থৌদা পাঙথোক্লবা মীশক অদু মঙ্গল ফংলবনি, অফবা থবক পাঙথোকপনা মবম ওইদুনা, কবিগীদমক্তনো হাযববু ইবুংঙো মহাক্না লেংবিবকপা মতমদা মহাক ভগবানগী মাংদা ইকাইবা অমসুং যানিংদবা তৌদনা লেপ্পা ঙম্নবা) (Rev 16 15)

ভজন মীফম মতুংদা ভগবাননা লাইনিংফম কাদা লৈবিবা মশাগী ফোটো অদু লৌথোক্লম্মী অমসুং মদু শৈলেজাগী কা মনুংদা য়ানশিল্লম্মী। নুমিত্তুদগী হৌবদুনা মতুং তাবকপদা মবক মবক্তা বিভূতি ফোটো অদুদগী তাবক্লম্মী ! ইমুং মনুংগী অকবা ব্রাফম পুম্না (বাবানা মাইথীগী লাইফাও পীবগুম্না) অমসুং ধর্মগী খন্ন-নৈনবা পুং ১০ (অয়ুক্কি) ফাওবা চথবম্মী অমসুং মখোয় মতমদুদগী পোখাবম্মী।

বাবা অয়ুক্কি পুং মবিদা যাহৌবম্মী, ঈশিং অইংবনা ইরুজবম্মী, বাও কাংবুগা লোযননা অয়ুক্কি ব্রিকফাস্ট লৌবম্মী অমসুং মখোয়দা অয়ুক্কি ভজন সভা পাওথোক্লবা যুম্লোন্নবশিংগা লোযননা পাউতাক পীবম্মী। মীওই ভজন কযাগী ভজন সভা অসিদা শরুক যাবম্মী অমসুং নদুগী মনুংদা বাবানা মহাক্কি শক্তিনা পোৎলম কযা পুথোক্লুনা, অচা অথক, খুদোলপোৎনচিংবা অমসুং বিভূতি সুনতবংদগী লৌবম্মী। অদুগী মতুংদা, তিম্নিবা মীযামদা খঙহন্নদুনা মদুদি মহাকপু অতোপ্পা মফমদা লাইনিংনা কযানা ঙাইদুনা লৈবন্নগনি হায়না। মহাক বাওগী যুম নুংথিল পুং মবি তাবা অদুবাইদা খৃষ্টমাস্ট নুমিত্তা থাদোক্লম্মী।

অহানবমক্তা মসিমদি খঙফম থোকই মদুদি বাবানা হন্না হন্না বাওগী যুমদা অতিথি ওইনা লেংবীবকখিনা মতমদা বাওগী ইমুং মনুংগী মীওই পুম্না সাইগী ভক্ত ওইবমদে। মখোয় থোইদোক্না শিবদি সাইবু ইকাই খুম্নবম্মী, অমসুং মবমদি সত্য সাই বাবানা মহাক শির্দি সাই বাবাগী অবতাবনি হায়না লাউথোকপদগীদি, মখোয় লাইশোল কাদা সাই বাবাগী ফোটো অমা যান্দুনা থম্লম্মী। অনিশুবদা, বাবানা বাওগী যুমদা লাকখিবা খুদ চহি কথাগী মতুংদা বাবা মশামক্না মখোযনা প্রশান্তি নিলাযমদা থুংলবা মতমদা অহানবা ওইনা বাবানা খোঙচৎ অদুগী মবমদা পল্লদুনা হেন্না মবা তাহল্লর্ম্মী লোযননা বাবানা মখোযবু শক খঙবীবম্মী। অহুমশুবদা, বাবানা মখোযগী তুংদা থোক্লগদবা থৌদোক খবগী মবমদা শুগাইনা খঙহল্লম্মী, পুম্নমক অদু মমৈথংদা পুমচুম চুম্লম্মী, নুপামচা অমা তুংদা পোক্লকদবা অদুগী মতাংদসু পল্লম্মী। মবিশুবদা, থিবা হৌগৎলকপা তাঞ্জাদা, বাওগী যুম্নোন-কৈবোন্নবা কযাদা সত্য সাই বাবাগী ফোটো অমমম পীবম্মী মদুদা মমিং য়াওদনা অমসুং মখোয মদু কনা ওইবগে হায়না হংলম্মী অমসুং মখোয মীশক অদু মমাংদা উবা লৈস্লবা হায়না ! মখোয় অচেৎপা ব্রাফম্না পাউখুম পীবক্লম্মী মবমদি ভগবান অনিবক হন্না বাওগী যুমদা লাকখিবম্মী হায়না।

কবিগীনো মসি অসুক্কি মতিক মমল লৈনা লৌবিবাদি ? পাউখুম অদু মসি ওইগনি, বাবা কৈদৌঙৈদা বাওগী যুম ভগবান মশা হকথেংননা লাকখিবা নত্তে। মহাক ভজন সভাদা বাওগী ইমুং মনুংগী মী অমসুং মখোযগী যুম্লোন্নবা মীওইশিংদা বাবানা মহাক্কি মমিগী মতৌ ওইবা আত্মাগা মবী লৈননা পুখোকপা শকফম্না লাকখিবনি। মহাক্কি ওইবা মপাঙ্লো'গী হকচাং যাম্না থাপ্না অতোপ্পা ইন্দিযান পেনিনসুলাগী নাকল অমদা Andra Pradesh কি মনুংদা লৈবা Venkatgiri কোনুংদা Madras গী অরাংদা মাইল ১০০ বোম লাপ্না লৈবা মফমদা লৈবম্মী।

বাবা মতমদুগী ভেনকাটাগীবিদা নিংথৌগী অতিথি ওইবম্মী, কোনুংগী বেকোর্ডতা বাবানা মফম অদু ভক্ত কযামকমগা লেপ্পননা লাক্লম্বগী শাফম পল্লম্মী। December তাং ১৩ বাবানা নিংথৌ অদুগী কোনুংদা ধর্ম সভা অমা পাঙথোক্লম্মী মদুগী মনুংদা যাল্লবা মীযাম্না শরুক যাবম্মী। অমসুং December গী তাং ২৪ দনা বাবা অমসুং মহাক্কি ভক্ত পুম্না Bangalore লৈবা বাবাগী আশ্রমদা পুল্লম্মী। মফম অদুদগী হল্লক্লবা মতুংদা, মতম চানা খৃষ্টমাস্টাকি থৌগম পাংথোক্লবা শিল-লাংলম্মী।

অবোইবদা, সত্য সাই বাবানা হিমালয চীংজাওদা লৈবা গুকংগী আশ্রম (গুফা) অমগী মনুং মীওই খবদমক লৈবা মফম অমদা যাম্না চাং নাইনা হেক হেক চৎলম্মী। অদুগুম্না পিকপ্রবা মীওই কাওলপা অদগী হক্পা ব্রাবোল যাউল স্বামী মহেশ্বাবানন্দগী অঙকপা লাইবিক. "সাই বাবা অমসুং নব নাবাযন গুফা (cave) Ashram" ইদুনা কোপ্তদোক্লম্মী।

মসি শোক ১৯৮০ গী ওল্লবৈ তাঙ্গানি, বাবানা মীওই কাওলুপ ব্রাখল থৌনা মীৎযেং শানবা মখল, মখোযদা হিমালয চীংজাউদা চৎননবা হাযবম্মী, বদ্রিনাথকি লাইসং মনাক নক্না তপশ্যা (লাইনিংবা) তৌনবা অমসুং স্বাইদগী ব্রাংবা থাক্তা লাইনিং পাঙথোক্লবা মদুমক্না হকথেংননা Atmic Principle (God) পাঙথোক্লবা মঙদৌনা তৌবা মওংদা লাক্লবা পাউগাক পীবম্মী। অদুগুম্না চহি ৩০ গী লেঙ্গা ওইবা যাউবিবা মীওই ১১ নি - মখোয অযাম্বা কা হেন্না লনথুম মবাং কাইনা লৈববা কাওবুনি। অদুবু ধর্মগী হিবন্দদি মখোয থম্মোয

তক তকবা মীশকশিং ওইবন্মী, অমসুং, বাবাগী পাউতাক মতুং ইন্না, মখোয় ..শা মশাগী সত্ব ফংহৌনবা শিল্লন্মী অমসুং জগৎকি ওইবা লনথুম থাদোক্লন্মী মবী মতাগী ওইবা মায়াগী লাংদগী নিংতম্লন্মী। পূম্নমক্কুগী মনু:দগী অনিদি হকচিনবা ধর্মগী পুক্সি লেপ্লন্মী, য়াম্না খুমাং চাউশিন্না লাইনিং মশক খঙনা অব্রাংবা থাক্তা কাবা ঙম্লন্মী।

অসুম্না হায়নৈ, সাইনা কাঙলুপ অদুদা মমল নাইদ্রবা পাত্র অমা পীবন্মী মমীংনা "Akshaya Pat‹a" কৌবা অমসুং মসিগী ব্রাহ্মোক্তি "ময়েং তাবা নাইদ্রবা, মতম খুদিংদা থব্দুনা লৈবা" পাত্রনি। (নিংশিংউ, সত্য সাই বাবা হিন্দুগী চহী অক্ষয়া কৌবদা পোকখিবন্মী।) পাত্র অদু অসুম্না মমীং থোল্লন্মী মবমদি মদুদগী লেপ্পা লৈতনা মখল মখা কযাগী চিঞ্জাক, উহৈ, শঙ্গোম, প্রসাদ (শেংবা লাইগী কংলবা পোংশক) পুথোক্লন্মী মদুনা হাযবিবা মী ১১ গী কাঙবু মদবু থাক্লবগীদমক্তনি।

বাবানা পাত্র অদু মখোয়দা পীবা মতমদা অসুম্না হায ·

নখোয নবক লম্লে হাংবা ঐনা খঙবা মতমদা, নখোয়না দবকাদ ওহাংবা চিঞ্জাক অদু মশা মতোম্নতা পাত্র অদুদা য়াউবা উগনি অমসুং মদু ঐগী অপাম্বগী মখা পেন্নি।

মী তবামাথোইগী কাঙবু অদুগী মবক্তা সাই মশামক যাম্না তোয়না শক উংলন্মী, অহৌবদদি থা খুদিংগী মহাক মশামক্তা লমজিং লমতাক্লবগীদমক্তা ..উবন্মী। হৌজিক মহাক মফম অদুদা থা তকক খুদিংগী অমুক্তং য়ৌবন্মী, মহাক্তা মফম অদুদা থুংলুবা খুদিংমক মহাক্কি মফম অনিমক্তা শক উংপা ঙম্না হাযবা শক্তি অদুগী মনুং চল্লি অমসুং মদুগী খুদমনি। মবমদি মহাক্কি মশা অশেংবদি ভাবতকি খমথেংবা খা লমদমদা লৈবনি অদুগা অমবোমদা মহাক্কি Cave Ashram না ভাবতকি অব্রাংলমদম হিমালয় চীংজাউগী মনুংদা লৈবনি।

বাবানা মশামক্কি হকচাংনা ভাবতকি অয়াম্বা মফম অমসুং আফ্রিক। মহাদেশ কোইববসু, মহাক জগৎ শিম্পুংনা মালেম অসি কোইবিবনি মহাক্কি হকচাংগী মমীনা, খুদোলপোৎ কয়া শুনতবংদগী পুথোক্নুনা ভক্তশিংদা পীনবিবি অমসুং বাবানা মখোয়গী মফমদা শক উংলন্মী।

# মায়াগী জগৎ গুরুশিং

Dr S Bhagvantham

বিজ্ঞান্না মপুং ওইবা ঐগী শিনফম্নি। ঐঙোন্দা য়াম্না ৱানা খোকপা ৱাফম অমদি মতৌ কবম্না ঐহাক Shri Satya Sai Baba গী লম্বী অমসুং ধর্মগী খোঙথাংদা মত তিন্ননা যাশিন্নবা ঙমগদ্রা হায়বা ৱাফম হংবা য়াবা ৱাহংনা ওইহল্লি। ঐহাক ৱাফম খবদং লাম্থোকচবি, মদুনা ঐনা আশা তৌই পান্নিবা পাউখুম মখল অমা ফংবা ঙমগদ্রা হায়না। মসি ঐহাক ইশামক্কা থেংনবকখিবা থৌদোক্তা য়ুম্ফম ওইবনি। মসি জগৎকি মীওই খুদিংমক্তা অসুম্না তৌফম খোক্তে, নত্রগা ধর্ম থাজদবা অতোপ্পা মীওইশিং অদুগুম্বা মান্নবা খোঙথাং লৌখৎফম খোকই।

অসুম্না হেক ওইহল্লি মদুদি বাবাগী আশ্রমদা চৎলুবা মী খুদিংমক মান্নবা নিতি নিয়ম অমত্তদা থৃক্লিংগী অওনবগী খোঙথাং খেন্নগনি, মী ‑মদা ওইখিবা ফিভম অতোপ্পা মীশক অমগা খেন্নগনি হায়বদি, মীওই খবনা চহী অমা চংগনি নত্রগা চহি অনি বাবাগী লৈবিবা ধর্মগী মীহুল অমসুং মসিগী অকোইবগী ফিভমগা চুশিন্নবা হোৎনবদা মবমদি বাবাদি লৈবিবা মীচমশিংদগী খেন্নবা লৈবদুনি। কনাগুম্বা মীওই খবদদি মিনিট অনিদা ওনবা ঙমই। ইমিৎমক্কা উব্রবনি মদুদি কনাগুম্বা মীশক, মহাক অদু লাই থাজদবদা মবা তাববা মীশক, তাঞ্জানা মফম অদুদা লাকখিবা, মিনিট তবা নত্রগা তবামঙা খক্তমক মতম কাইথোক্লম্বা, মপুং ফানা চাউনা ওনখিবম্মী। ঐহাক্কা পনবা পান্নিবা মক ওইবা পোইন্টতি, ঐনা থেংনবকপা জ্ঞানগী মবমদা খল্লুগনু অমসুং ঐগী শিনফম ওইখিবা বিজ্ঞান্দা, ঐগী ৱাখল পবিংদা, মী খুদিংমক্তা অদুমক চান্নগনি অমহানি।

ঐ বাবানা পাঙথোকপা মায়া ইমিৎমক্কা উবে, লিশিংলক হন্না হায়বা য়াবে, অমসুং ঐহাক বাবাগা কুইনা শাংনা তোৎন-তিন্নদুনা লৈবনা মবম ওইদুনা

ঐহাক বিভম অমদা থুংলখিবন্মী মদুনা মবম ওইদুনা ঐহাক বাবানা পাঙথোক্লিবা মাযাগী থৌবমশিংদা থোইনা মকওইনা লৌবক্তবা ওইবন্মী। অদুবু কনাগুম্বা অনৌবা মীশক অমনা বাবাগী নাক্তা চংলুবা, মদু খেন্ননা লৈবা উগনি। মীওই তবাগী মনুংদা মাপলদি, বাবাগী মায়ানা চিংশিনগনি অমসুং মদুদগী হংবা হৌবগনি, মতৌ কবমা মসি ওইবিবনো ? মখোয় বাখল খনবা হৌবগনি, "ঐ মসি পাঙথোকপা ঙম্লোই, বাবানা মসি পায়খংলি, মতৌ অসুম তৌবনা বাবা এভোন্দগী খেন্ননা লৈগনি।" মদুগী মতুংদা মখোয় বাবোইশিন পুবকই, "মতোপ্পা মীওইশিং মদু পাঙথোকপা ঙম্লোই, মবম অসিনা বাবা অতোপ্পা মীওইশিংদগী তোঙাল্লি।" মখা খবগা অমুক তাথনা - "কনাগুম্বনা মদু পাঙথোকপা ঙম্লোই। বাবাদি মদু তৌবি, মবম অসি লৈবনা, বাবা অতোপ্পা মীওই খুদিংমক্তগী তোঙাল্লি।"

ঐগী পুক্সিদা চাউনা অহোংবা পুবকখিবা বাবানা পাঙথোকখিবা মাযাগী থৌদোক অমা নত্রগা অনিদং, ঐ পাউদম পীবা পামজে, অদুবু ঐহাক্না হায়বা পামজবদি ঐ অঙকপা মখলগী থাক অমদা থুংলম্মী মদুদি ঐগী থম্মোয়না অসুম্না লৌবা তাবে বাবানা পাঙথোকপা মাযাখক্তনা বাবাগী স্বাইদগী থোইববা থবক নত্তে। কবিগুম্বা মবম খবা লৈবে হেন্না হেন্না লুশিন্না খন্থবা য়াবা, হেন্না হেন্না কান্নববা ফল পীবা ঙম্বা পুম্নমক অদু ঐখোয খঙবা তাবনি।

ঐখোয় অচুম্বা মবম নৈনদুনা য়েংশি, ঐ সাইন্টিস অমনি, ঐভোন্দা মীওইবগী থম্মোয় য়াওবি। ঐহাক্না নখোযদা পাউদমগে খল্লিবা থৌদোক চহী কাগী মমাংদা ওইখিবনি, ঐহাক মতম অদুদা সাইন্টিস অমা ওইবগী নাপল কাবম্মী। তাঞ্জা চাকবননি হাযনা খনবা তাবে মদুদি ঐহাক বাবাগা উন্নবম্মী। কনাগুম্বা খবনা ঐভোন্দা অসুম্না হায়বম্মী মদুদি মহাক ঈশ্ববনি অবতাবনি। ঐহাক মফম অসিদা চেকশিন্দবা য়াদবা তাঞ্জা ওইবম্মী, সাইন্টিসশিংনা খল্লি সাইন্স হায়বসি বিদ্যা মখল অমনি মদুগী মনুং চল্লিবদি Physics নত্রগা Chemistry নত্রগা অতোপ্পা মশা কয়া, খুদিংমক নিতি নিয়মগী মখাদা থকশি খাশি ঙাক্না চংকদবা ওই অদু নত্তবা অতৈদি থোইনা পুক্লিং থিংজিল্লুবা দবকাব ওইদে। মসিনা উংঙ্গি পুক্লিং লাকশিল্লবা অথিংবা লৈববা বাফম, হায়বিবা বাফম অসি সাইন্সনা পীবা পাউতাক্কা খেন্নগনি। সাইন্সনা ঐখোয়দা তক্সীবি ঐখোয় অচান মীবাই নাইবা

য়াবোই, কবিগুম্বা ৱাবেপ অমা লৌম্রিংঙৈগী মমাংদা নহান্বি পূক্লিং থিংজিন্না খন্নহৌবা চুমগনি। লাইবক থিরিবদি, মপুং ফানা বিদ্যাগী মণ্ডাল ফংদবা মীওইশিং, তঙ্খাইদমক য়াউবা থন্দবা পাত্রগুম্বা মীওইশিংনা কবিগুম্বা Logic খবগী মতেংনা নত্রগা কনাগুম্বা অতোপ্পা মীওই খবগী থেংনবকপা জ্ঞানগী মতেং লৌবগা, খণ্ডনা অমসুং মপুং ফানা মনুং হৃক্কিন্না মখোয় মশামক্তা পোৎ অদু মশক খণ্ডবা তৌদনা ৱাবোইশিন অমা হেক্তা পুশিল্লি। মসিমক্তি সাইন্সকি মনুং চন্দবা পোৎশক্তি হায়নিংই।

শোক ১৯৭২ মার্চ অমসুং এপ্রিল থা মনুংদা ভগবান বাবা দিল্লিদা লৈবম্মী, বাবানা লৈবিবা মফম অদু য়ৌশিন্নবা হোৎনবদা অকন্বা ওইবম্মী মবমদি মাইল অনিগী অকোইবদা মীশিংনা বাবাগী দর্শন ফংননবগীদমক্তা ইন্নবম্মী। মসি অনৌবনি। চহী ১৫ গী মমাঙদদি অসুম্না ওইবমদে। মী ১০০ বোমখক্তং বাবাগা লোয়ননা নোংমা নুমিদাংৱাইবম অমদা লৈমিন্নবম্মী অমসুং মদুদা বাবানা অসুম্না হায়বম্মী, "ঐখোয় ঙাইহাক কোইখোক্লসিবা ?" ঐখোয় চিত্রাবাতি তুবেল খোঙবাল তম্না আশ্রমগী মনাক নক্লা লৈবিবা মফমদা চৎলুসি।

ঐখোয় লৈঙোইথক্তা ফমথবম্মী। মহাক ঐঙোন্দা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হৌবক্লম্মী ৱাহৈশিং অসি হায়বদুনা মদুদি সাইন্টিস্টশিং অসি লাই থাজদে মবমদি সাইন্টিস্ট পূম্নমক কবিগুম্বা হিবম অমদা থাজবা থমদ্রিংঙৈগী মমাঙদা থবক ওইনা উত্তুনা পাঙথোকপা পামই। মখোয়না হায়, "লাই কদাইদা লৈ ?" মখোয় লাই উবা পাম্মী, মখোয় লাই উবা ফঙদে, মখোয়না হায লাই লৈতে। অদুবুনি ঐখোয়না শম্নৱাহে কৌবিবা। মখোয় কবিগুম্বা খবা উবা ফংদ্রবদি, মখোয় মদু থাজবা ঙমদে। নহাকসু মখোয়গুম্বনি। নহাক ঈশ্বরবু থাজদববা ? ঈশ্বর লৈ হায়বসি নহাক য়ানিংদববা ? নহাক নাৎকি ওইবা চৎনপথাপশিং অমসুং ধর্মগী লাইবিকশিং থাজদববা ?

ঐ মঙোন্দা হায়বম্মী, "বাবা, কনাগুম্বা মীওই অমা, মহাক অদু ঈশ্বরবু থাজদ্রবা, কবিগুম্বা অমতা তমদ্রবা অমসুং খঙদ্রবা মীশক্লি।" অপঙব, জ্ঞান য়াওদবা অমসুং মহৈমশিং হৈত্রবা মীওই অসুক্কি মতিক য়ামই অমসুং মখোয় অদু ঈশ্বরবু থাজবা ঙমদে। লাইবিক হৈবা মীসু অমহানি, হৈব-হৈবগা ঈশ্বর থাজদবা হেল্লি। মী অয়াম্বনা ঈশ্বর থাজে। বিজ্ঞানগী মহৈ হৈবনগা নত্রগা হিবম অমদা

মমুৎ তানা খওবগা ঈশ্বববু থাজবা থম্বগা মবী লৈনদ্রে, নত্রগা ঈশ্বববু থাজদবগসু অমহ্য ওইনা। ঐহাক নাৎকি চৎনবোল ফজনা ঙাকপা ইমুংদগী হৌবকপনি। ঐগী ইপা অমসুং ইপু সংস্কৃত পণ্ডিত ঙাক্তনি, মখোয়পুম্বা ঈশ্বববু থাজে, অদুম ওইনমক, হৌজিক মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না, ঐহাক সাইন্স তম্লবে ঐগী জিবীকাগীদমক্তা। ঐহাক ইশামক য়াম্না ধর্ম থাজবা মীনি হায়না পনবা ঙমদ্রগসু, নখোয়না ৱাবোইশিন-পুবকপদা ঐহাকপু ধর্ম থাজদে হায়না লৌগনু।"

অহানবা এটোম বোম পুথোকখিবা আমেবিকা মচা অফাউবা সান্টিস্ট, Oppenheimer গী মবমদা ঐ ৱাবী লিবম্মী। অহানবা এটোম বোম পোকখাইবা মতমদা ঐহাক্লা মঙোন্দা হায়বম্মী, নুক্লিযব explosion অহানবা ওইনা পাঙথোকপদা মহাক কবি ৱাখল লৈবগে হায়না ঐহাক্লা মঙোন্দা হংলম্মী অমসুং বেকোর্ডতা লৈবম্মী মদুদি মহাক ভাগবত গীতাদগী শৈবেং অমা থীবক্লম্মী। মহাক্লা হায়বম্মী মদুদি অবংবা মঙাল অদু শুগাইনা তাকপা তাববদি, আৰ্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণগী মমাংদা ঙাংখিবা ৱাঙাংশিং অদুগুম্বনি। আর্জ্জুননা মদু শন্দোক্লা পল্লম্মী ৱাহৈশিং অসি হায়বদুনা অবংবা হাযবা পোৎশক অসি নুমিৎ লিশিং কয়া অতিয়াদা ঙান্দুনা লৈবগা পাঞ্জকনি হায়না।

"আমেবিকা মচা অমনা বিজ্ঞানগী ওইবা খ্বাইদগী ৱাংলবা খুদোল পীবা ঙম্লবদি, মতৌ কবম তৌনা নহাক্লা ঐবু খনবগে, ভাবত মচা নাৎকি ওইবা চৎনবোল ফজনা ঙাকপা ইমুংদগী হৌবকপা মীওই অমা ওইনা, ভাবতকি নাৎকি চৎনপথাপ ধর্মগী শেংলবা লাইবিকশিং ব্যবহাব তৌদবা তাত্রা ?"

ঐহাক্লা মসি লিবিবগী মবমদি ৱাবী ৱাতাইগী ৱাফম অসি ঐহাক্লা হৌদোকপনি হায়বা উৎনবনি, ফম্লিবা মফম অদুসু ঐগী অনিংবগী মতুং ইন্ননি, অমসুং ভাগবত গীতাগী মবমদা ৱাবী ৱাতাই শাবা অদুসু ঐহাক্লা হৌদোকপনি। অদুগী মতুংদা মহাক্লা হায়বম্মী, "তশেংনমক ঐ ইকাই খুম্নে, অওইবমক ঐ পায়, অদুবু ঐহাক্লা মদু ঐনা পাম্বা মতমদা পাগনি।"

মফম অদুদা মী লিশিং অমবোম ফমদুনা লৈবম্মী অমসুং বাবানা লৈঙোই খুজোক অমা থাঙ্গৎলক্লম্মী মখুৎ অনিমক্লা অমসুং ঐহাক্কি খুবাক তিংথোকউ হায়দুনা ঐঙোন্দা হায়বম্মী অমসুং ইমাংমক্তা মীৎনা উবা ঙম্বা মদু পীকম্ববা

ভাগবতকি লাইবিক অমা ওয়্বোকখিবস্মী। ঐহাক্কা মফম অদু খন্দুনা পুখোক্লবদি নহাক পোৎ কয়ামকম খৌদোক খুদিংমক্তা পুখোকপা উগনি। ঐনা হায়্ কনাগুম্বা মীশক অমনা লৈঙোইদা ভাগবত গীতা থাবা ওন্বা ওইথোক্লোই। ঐহাক্কা ভাগবত গীতাগী মবমদা ব্বাবী অসি লিবিবনি।

মীওইবা খুম্নাইগী ব্বাখল্লোন্দা মসি ছাপা নম্বা লাইবিক ওইববদি, মসি শোয়দনা প্রেস অমদা ছাপা তৌববা লাইবিক্রি হায়বস্মী। মফম কদাইদা মসি ছাপা নম্বগে ?" ঐহাক্কা মসি হায়বিবগী মবমদি কবিগুম্বা অকবা ব্বাফম খবা মহাক্কিদমক্তা থোকহনগে খনবদগীনি। পূক্লিং লৈতাদ্রিবা মীশকতু ঐহাক ওইবস্মী অদুগা জ্ঞান তানা অমসুং ব্বাবী ব্বাতাই শাবদা মপুং ফানা নুংঙাইবা ফাওবিবা মীশক মহাক ওইবস্মী। মহাক মোমোন নোক্লস্মী অমসুং হাযবস্মী, "হোয়, মদু সাই প্রেসতা নম্বনি।" মহাক মখা তানা হাযবক্লস্মী, "হে, ভগবতম, ঐহাক সাইক্সনা মদুদা কবি হায়বক্কদগে হায়বদু ঐহাক খঙবা পাস্মী। অচুম্বা মবমদি, ঐ কবি থোকখিবগে হায়বা ঐ হাযবা ঙমদে।"

মীয়াম্না হায়নবস্মী বাবানা খুদোংচাবা পীদুনা হাযবদি ফমজাও পাযবা শক্তি চাউনা শিজিন্নবা মীওই খবতবু কোনশিল্লি, অমসুং মীওই চাস্মগী মনুংদা য়াউবমগদৌবিবদি মবী নত্রগা মঙাদগী হেল্লন্নোই। মখোয অসুম্না খল্লস্মী মদুদি নুপা অসি অভিভাবকনি - Director of the Institute মহাক অৱাংবা থাক্কি ফম পায়বনি, অমসুং মবম অদুনা, বাবানা মঙোন্দা খুদোংচাবা পীবিবনি, ভাগবত গীতা খুদোল তৌবগা লোয়ননা। কনাগুম্বা নহা খবনা ভগবান্দা হংল্লস্মী, "ঐ ভাগবত গীতা অমা ফঙবা ঙমগদ্রা ?" ভগবান্না পাউখুম পীবক্লস্মী, "হোয়, নহাক অনা মবি পীবগা বঙ্গলোবদগী ফঙবা ঙমগনি।"

মশাদা ফুবিৎ অমফাওবা লিক্তবা অসিগুম্বা তোপতোপ্পা মখলগী মীশক অমগা উন্নবা ঐহাক কাওবা ঙম্নমদে। মহাক মীওই কাঙলুপ অমগী মনুংদা ফল্লস্মী। মহাক্কা নুপা অমবু মমীং পল্লগা কৌবস্মী অমসুং লাইববা নুপা অদু মমীং কৌবকপা মতমদা ঙকপা ফাওবস্মী। বাবানা মঙোন্দা হায়বস্মী : "হে নুপা, নহাক লায়ববা মীশক্লি, নহাক মফম অসিদা লাক্লে, নহাক ঐগী আশ্রমগী উখাদা ফন্নি হৌখিবা নুমিৎ মবিনি চুপ্পা। নহাক হবনাথ বাবা অমসুং কুসুম কুমাবীগী

ভক্তনি। নহাক কোয়না পৈশা নিদুনা চৎলি মবমদি নহাক নহাক্কি খুঙ্গংদা হ্বনাথ বাবাগী লাইশঙ অমা শানবগীদমক্তা।" পুন্নমক অসি চুন্নম্মী। "নহাক মফম অসিদা লাকপগী মবমদি লাইশঙ অদু শানবা মতেং নিবা লাকপনি।" মহাক মতম শাংনা মঙোন্দা বা ঙাংলম্মী। বাবানা হায়বম্মী, "মসি য়াম্না লাল্লি। ঈশ্বব মী খুদিংগী থম্মোয়দা লৈবনি। নহাক্কি মনুংদা ঈশ্বব য়াওবি। কবিগীদমক্তা নহাক্না ঈশ্বব থীবিবা ? লাইশঙ শাবা তৌগনু। অতম্মনা, নহাক লাইশঙ শাগে হায়গনু মসি তৌগনু। নহাক য়ুমদা হল্লো অমসুং নঙোন্দা হ্বনাথ বাবাগী মূর্ত্তি অমা পীগনি। মদু নহাক্কি পূজা তৌফম কাদা থম্মু অমসুং মহাকপু খুকমজৌ অদুবু লাইশঙ শাবা তৌগনু। ঈশ্বব লাইশঙ মনুংদা লৈবোই মহাক নহাক্কি থম্মোয়নুংদা লৈতবা তাবগদি।" মহাক যাম্না শাংনা মঙোন্দা ভাষণ পীবম্মী অতৈ মহাক্কি ভক্তশিংদা তৌবগুম্না। অদুবু ঐহাক হৌজিকফাওবা ভাগবত গীতাগী মবমদা ব্রাখল খাল্লে। মহাক্না মদু মফম অসিদা পুবক্লম্বা য়াই অমসুং মদু ঐঙোন্দা পী, ঐ ব্রাখল খল্লম্মী।

বাবানা পাওখোকখিবা থবক্না ঐঙোন্দা পাবা অমা তম্বীবম্মী। অসিগুম্বা মীশক অসি হ্বনাথ বাবা অমসুং কুসুম কুমাবী থাবা বেডজ অমা থেৎলম্মী, মবমদি মহাক মন্দিব অমা শাননবগীদমক্তা পৈশা খোমজিল্লম্মী। ভগবান অমুকতন্না লৈঙোই খবা থাঙ্গৎলম্মী অমসুং মদু লুপানা শাবা হ্বনাথ বাবাগী মূর্ত্তি অমা ওম্থোক্লম্মী কুসুম কুমাবীগা লোয়ননা, অমসুং অহানবা মক্তা মদু বাবানা ঐঙোন্দা পীবক্লম্মী। মহাক্না হাযবম্মী, "ঐ মসি মকপ অদুগীদমক্তা পাওখোক্লম্মী অমসুং নহাক মদু অমুক্তা মুন্না য়েংউ।" ঐহাক বেডজ অদুদা য়েংলম্মী। মদু বেডজ অদুদা যাওবিবা মওং অদুমক মান্না পুখোক্লিবা মূর্ত্তি অদু ওইবম্মী। ঐ উবা ফংলে মদুদি বেডজ অদুগী মনুংদা যাওবিবা কুসুম কুমাবীদা কোইবপ্পা চন্দন অঙাংবা থীনবা, মদু নুপী ওইবীশিংগী নিংশিং খুদম্লি অমসুং লুপাগী মূর্ত্তি অদুগী মনুংদগী য়াওবিবা অদুসু বাবানা পুখোকপা অঙাংবা চন্দননি।

বাবানা খঙলম্মী মদুদি ঐহাক্না মহাক্না পুখোক্লিবা পোৎ খুদিংমক কুপ্না চাংয়েং তৌই হায়বা মহাক্না পুখোকখিবা চপমান্নবা শক্তম নত্রগা কুসুম কুমাবীগী মূর্ত্তি কবিগুম্বা মফম অমদগী। মহাক মদু খঙলম্মী। অসুম তৌদুনা, ঐ ইশামক অপেনবা ফাওবম্মী মবমদি অকুপ্পা ব্রাফম খুদিংমক হায়বদি মসি লায়ববা নুপা

অদুনা থেৎলিবা বেডজ অদুগী চপমান্ননা নৌহ্নৌনা পুথোকপা শক্তমনি হায়বা। বাবা ঐঙোন্দা য়েংলক্লম্মী, মোমোন নোক্লম্মী অমসুং হংলক্লম্মী, "নহাক পেনবা পোকপবা ? সাইন্সনা মতাং অসিদা কবি হায়গে খল্লি ? অদুগী মতুংদা মহাক্না মূর্ত্তি অদু ঐঙোন্দগী লৌবম্মী অমসুং মদু লায়ববা নুপা অদুদা পীবম্মী।

থৌদোক অসিনা অমুক হন্না উত্তুনা তাক্লে মদুদি ভগবান মশামক ঈশ্বর ওইবনা, শক্তি পায়বা সমাজগী থাক শিংথাদে হায়বা উৎলি, লায়ববা ইনাকখুনবা নাইদনা অমসুং ঈশ্বর মহাক্কি থৌজালখক্তা পীনবী হায়বা উৎলি। অমসুং মহাক্কবু ভৌগে হায়না খল্লবদি, মহাক্না থৌজালগী ঈবিক অসি অৱাংবা থাক্তা ফম পায়বিবা মীদস্ পীনবী লোয়ননা মীওইবনা শিংথানদ্রবা মীওইশিংদস্ অদুমক পীনবি। মহাক্না মঙোন্দা হায়বম্মী, "অতোপ্পদগী পৈশা নিবা তৌগনু। ভিক্ষানিবা অফবা থবক নত্তে। ঈশ্বর থীবা তৌগনু। ঈশ্বর নশাগী য়ুমদা লৈবে। নখুমশা হনখ্রো অমসুং মদু নহাক্কি পূজাগী কাদা থম্মু অমসুং খুকম্মু, অসিনচি বা। হায়বিবা পুন্না থৌদোক কয়াগী মতাংদা বাবানা ঐঙোন্দা তাকপীবনি, "সাইন্সনা মতাং অসিদা কবি হায়গে খল্লি ?"

অসুম তৌদুনা চহি কয়া অমা হৌখিবম্মী। নোংমা ঐখোয় Cape Comerin গী সমুদ্র খোঙবান্দা ফন্নম্মী। সমুদ্র খোঙবাল অদুদা মী কুল্লোম বাবাবু কোইশিন্দুনা ফন্নম্মী। মহাক সমুদ্রগী ঈশিংদা শান্নবম্মী। মহাক্না মীওইশিং অদুদা হংলক্লম্মী মদুদি ঐখোয় সমুদ্রবু কবি কবম্বা মীংথোল পীগনি। নহা অমনা পাউখুম পীবক্লম্মী মদুদি মহাসাগর অসি Ratnakara কৌগনি। অদুগী মতুংদা মহাক নৈনৱাবোল পীবক্লম্মী, "মসি রত্নাকর কৌবা তাববদি মসি শোযদনা হীবা মণিমুক্তা য়াওবমগনি অমসুং মহাসাগরনা ঐখোয়দা হীবা মণিমুক্তা পীগনি।" ঐ হায়বম্মী, "হোয, বাবানা আশা তৌবিবগদি। নহাক্না মণিমুক্তা ফঙবা ঙমগনি। তিল্লিবা মীয়াম অদু বাবানা মতৌ করম তৌদুনা মহাসাগরদগী মণিমুক্তা ফংবা ঙম্বগে হায়বদু য়েংবা পান্নম্মী। ও:, হোয়, মহাক হায়বম্মী, মহাক্কি লীলাগী মনুংদা, য়াম্না অঙাং মতৌ মান্না, অমসুং ঈশিং খুজোক অমা লৌখৎলম্মী মহাসাগরদগী অমসুং ঈশিং অদুনা ফজববা মণিমুক্তাগী লিকমবি, যেংবদা পেল্লবা অমা ওম্ভোবক্লম্মী মহাক্কি খুৎ মনুংদা। মহাক্না মদু ঐঙোন্দা উৎলম্মী অমসুং হায়বক্লম্মী, "ঐখোয় মদুনা কবি তৌগনি ?"

মতম অদু ফাওবদা লিক মবি অদু পুথোকপা উবদা মসিমক য়াম্না ঙকপা লুনা থোকপা অকন্বা ৱাফম ওইবন্মী। মহাক্না লিকমবি অদুনা কবি তৌগদগে হংলকপা মতমদা, ঐ উবন্মী লিকমবি অদু য়াম্না পীকপা মখল ওইবন্মী, অমসুং মহাক্কি চাউববা কোক পাল্লন্মী। ঐ বাখল খল্লন্মী মদুদি মহাক লিকমবি অদু লৈতেংনবা মহাক্কি ঙকশমদা হায়বন্মী। অদুগী মতুংদা মহাক্না হায়বন্মী, "ও:, *ঐ খঙলে, ঐ মসি শিজিনগদবনি।"* মহাক লিকমবি অদু মখুংনা চেংনা পায়বন্মী অমসুং মদু চাউবা হেঙ্গৎলক্লন্মী অমসুং মদু মহাক্কি ঙকশমদা শিজিল্লন্মী অমসুং ঐঙোন্দা য়েংলক্লন্মী অমসুং হায়বন্মী, "ফবে ঐ মসি শিজিল্লে।"

অসিগুম্বা থৌদোক কয়াগী মবমদা ঐ লিবা ঙমই অমসুং মদুগী অবোইবা মীকুপ্পা মহাক কযাগী মতিক পুকচেল চাউবগে হায়ববু ঐঙোন্দা য়াম্না নুংনাংবা চন্নৈনবা ৱাফম অমা লৈবে হায়বসি মহাক খঙবা ঙমই অমসুং মদুবু মত তিন্নবা থেন্ন-থেন্নববা পোইন্ট অনি য়াশিন্নবা ঙম্নবা কন্না হোৎনবি হায়বা মহাক উবন্মী। মসি চহি অহুম চুপ্পা চত্থবন্মী অমসুং অবোইবদা মদ্রাজদা তৌবা পব্লিক মীটিং অমদা মী লিশিং ১০,০০০ হেয়া তিনবা মফমদুদা, ঐহাক তঙাইফদনা সাইর্গাক মীশক অমা ওইনা ঐঙোন্দা তৌদবা য়াদবা ইথৌ অমা ওইনা চংজনবন্মী মী অমা ওইনা ঐহাক্না উখিবা থৌদোক্কি মবমদা অচুম অবানগী ব্যাখা পীনবা ঐবু নমদুনা চিংশিল্লন্মী অদুবু ঐহাক অবেম্না তাবন্মী। বিজ্ঞান্না শন্দোক্না তাকপা ঙম্নাইদৌবা পোৎশক কযামকম লৈ, পোৎ মশিং থিঙমদনা বিজ্ঞানগী নিয়ম চংগী মখা পোন্দে। মহাক বিজ্ঞানগী ৱাংমদনি অমসুং মহাক্না তৌবিবা খুদিংমক সাধাবনগী ওইবা পাম্বৈনা শুগাইনা তাকপা ঙম্লোই। মতুং তাবকপদদি মহাক ঐহাক্কিদমক্তা মাযা উৎপা তোকখিবন্মী।

বিজ্ঞান হায়বা সবজেক্ট, অকিবা ফংলবা অচুম অবানগী মচাক য়াওবি, য়াম্নসু কান্নবা ওই অমসুং মসিগী পম্ঙ্খে লৈগনি। মসিনা নৈনবিবসি মীওইবা ঐখোয়গী five senses of perception (খঙবা ঙম্বগী গুণ মঙা, অদুবু মহৌশাগী senses of perception কি মনুং চন্দবা পোৎশক কয়ামকম লৈবি, খুদম ওইনা ঙাইহাক্কি ওইবা পূক্লিং ঈথিল খুদক্তা ভাব তাবা ঙম্বনচিংবা কযা। নুপা অমা লাক্লবদি অমসুং হায, "ঈশ্ববগী থৌজালনা ঐহাক অৱা অনা থোক্লন্দবদগী কনবীবে।" সাইন্টিস্ট অমনা মখুৎ থাঙ্গৎলি নিংবা কাইনা অমসুং হায়, "ঐ ভাব বাবা ঙমদে।"

*অতোপ্পা বাবাগী য়াম্না নুংঙাইবা মাইথোং অমনা মহাক তোঙান* তোঙানবা মফমদা শকউংপা মতম অমত্তদা ওন্বা অদুনি। মশা হকথেংননা শকউংপা হায়বা বাকম ঐহাক শুগাইনা তাকপা ঙমদে। ঐহাক ইতিহাস শুগাইনা তাকপা ঙমই, অদুবু ঈশ্বরগী মরমদদি হায়বা ঙমদে। মীওই খবখক, মশাগী তানশিল্লকপা জ্ঞানগী মতাংনা ভগবান সাই বাবানা শক উংলি হায়রা খঙবা ঙমগনি মদুদি ঈশ্বর হায়বাসিমক সাই বাবানি অতৈ অতোপ্পা মহৎ শিন্নিংঙাই লৈবোই হায়গনি। ঐহাক্না মসি হায় মরমদি ঐহাক মী কয়ামকমগা রাবী শাস্ত্রগী তাঞ্জা ফংলম্মী অমসুং মখোয়সু মপুংফানা নুংঙাইবা পোক্লম্মী। নহা ওইবা খবা থোবক্লগা অসুম্না হায়বম্মী মদুদি মখোয় কনাগুম্বা মীওই অমত্তা কৈদৌঙৈদা উখিদ্রি মখোযগী মমা অমসুং মপা নত্রগা ইমুং মনুংগী মীওইশিং য়াওনা বাবাগুম্না মীনুংশি ফোঙদোকপা ঙম্বা। মসিমক থেংনবকপা জ্ঞানগী পাম্বৈননি। *হৌজিক্কি মতমদা ঐখোয়গী লুচিংবা পুম্বা* - রাজনীতিগী, সমাজ অমসুং ধর্মগী কয়ানা প্লেটফোর্মদা কয়া শন্দোক্নি মখল মখা কয়াগী মরমদা মখোয় মশামক্না থবক্তা ওন্থোক্লিবা পোংশক কয়া মীয়ামদা প্রচাব তৌবি।

বাবানা হায, মী খুদিংমকপু নহাক্কি হায়না খল্লু, খুদিংমকপু নুংশিযু, থৌজালগী ঈবিক অমসুং প্রেম মী খুদিংমক্তা পীযু। মহাক্না হায় তশেংনমক্তি জগৎতা ধর্ম অমখক্তমক লৈ, হায়বিবা পোংশক অদু নুংশিবা অমসুং প্রেমগী ধর্মনি। নহাক্না মীওইবা জাতীবু নশামক্কি খন্দুনা নুংশিবা পোক্লবদি অদুগী মতুংদা নহাক ঈশ্বর মশক খঙলগনি অমসুং মদু মী খুদিংমক্তা য়াওবিরনি। নহাক ঈশ্বরগী মনাক্তা চংলু অমসুং মহাক্না লোয়ননা ফমমিন্নৌ মিনিট মঙাদা ওইবরসু অমসুং নহাক মসি লৈবা থেংনগনি, মসি থবক ওইনা পাঙথোক্লনি, কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা তৌবা ঙমদবা মওংদা।

অতোপ্পা থোইদোক হেন্দোকপা বাবাদা চেল্লিবা গুণ অমনা মহাক্কি মবাং কাইববা খাঙবা কনবগী শক্তি অদুনি মীওই কয়াগী অকবা সমস্য লাক্লবা মতমদা নিংহন্নবা লৈতনা থেংনবদুনি। নোংমগী চাংচত্তা মহাক মী চন্নিদগী তাদনা উন্নবা ঙম্মী। ঐহাক চুম্মী নত্রগা লাল্লি হায়বা বাকম নৈনদুনা য়েংবা মতমদা মী ২০০ অদু অহানবা মীওই অদুদা তৌবগুম্না অদুম নুংঙাইবা ফংলম্মী লেমহৌবিবা মী ১৯৯ অদুসু, মহাক ইকোন-কোনবা মীশক অদুগীদমক্তা মতম খবা হেন্না

কাইথোক্লম্মী। মসি মীওইবা খুদিংমক্না পাঙথোকপা ওইথোক্লোই। মসিদি ঈশ্বরখক্তনা চেনগদবা শক্তিনি। ধর্মগী থৌদোক্কা মবী লৈনবা নুমিত্তা মী ৫০,০০০ তিল্লম্মী মদুগী মনুংদা খবদি চহী য়াম্লবা অমসুং অশোল অনা য়াওবম্মী। অদু ওইদুনসু, মহাক ইং তপ্লম্মী অমসুং মোং ঙনমদে, কবিগুম্না অমত্তনা মহাকপু শোকহনবা ঙম্লমদে। য়াম্না কন্না থবক নোম্লবা মতুংদা মহাক মোযোন নাক্না লৈবম্বা থেংনগনি। মহাক কর্ম্ম যোগ শন্দোকই। মহাক্না শ:পকই নহাক থবক কন্না নোমগদবনি, নোংমগী নথৌ তৌগদবনি হায়না। থবক হাযবসি তৌদবা য়াদর্বনি অমসুং নথৌ অদুমক ঈশ্বরনি।

# বাবা-পৃথিথক্তা হিংদুনা লৈরিবা ঈশ্বর

Shivraj V Patil

মুম্বাইগী মনুংদা লৈবিবা Sahayadri, মহাবাষ্ট্রগী চিফ মিনিষ্টব, শ্রী শঙ্কব বাও চৌহানগী official residence তা, অহানবা ওইনা ঐহাক বাবা দর্শন ফঙলম্মী। বাবানা ধর্মগা মবী লৈননা পীবা ভাষণ তাকবদা ঐহাক শুমহৎখিবম্মী অমসুং মহাক্না তিল্লিবা মীয়ামদা মীনুংশিগী পাউজেল খিকথবিবম্মী অমসুং ঐহাক মহাক্কা লোয়নবিবা শক্তি উকবদা ঐহাক্কি থম্মোয় খুদুম চল্লম্মী। ঐহাক বাবানা লৈবিবা মফমদগী থাপতক্না লেপ্লম্মী অমসুং মহাক্না তিল্লিবা মীয়ামদা পাউচেল পীবা য়েংদুনা লৈবম্মী।

অনিবকশুবা ওইনা ঐহাক Justice Bhagwati গী residence তা বাবা দর্শন ফংলম্মী, Justice অদু Delhi গী Janpath তা লৈবা বঙ্গলো নং ৩ দা লৈবম্মী। ঐ অমসুং ঐগী মকুপশিং Drawing Hall তম্না পুশিল্লম্মী মফম অদুদা বাবানা মহাক্কি ভক্তশিংবু ওক্লম্মী অমসুং মখোয়দা মঙ্গল পীবম্মী। ঐহাক খ্বাইদগী কোনবা বাবাগী দর্শন ফংবা মীশক ওইবম্মী। বাবা ঐঙোন্দা য়েংলক্লম্মী অমসুং হায়বম্মী, "নহাক অদুমওইনমক চঙজবা তৌদ্রি।" ঐহাক্কি পৃক্লিংদা ফুমদুনা থম্বা ব্রাফম খবা লৈবম্মী, মদু উবা ভগবাননা ঙল্লম্মী। মহাক্না হাযদোবকপা ব্রাঙাং তাকবা মতমদা, ঐহাক ঙকপা ফাওবম্মী অমসুং পৃক্লিংদা চিংনবগী খাযাত্তগী নাম্থোক্লবা হোৎনবম্মী। ঐহাক্কি থম্মোয খুদুম চনখিবম্মী অমসুং মহাক্না ঐবু চিংশিনখিবম্মী। মহাক কনাবুসু দবকাব ওইদে। অদুবু, মহাক্কি মতেং লৌবা পাম্বা মীওইশিংনা, মশা মশাদা ফুমজিন্দুনা থম্লিবা ব্রাখল খুদিংমক্তগী নিংতমগদবনি অমসুং মঙোন্দা মপুং ফাবা থাজবা থমগদবনি। ঐহাক মহাক্কি চবন শোক্লম্মী অমসুং পৃক্লিংদা পেনবা ফাওবম্মী।

অহুমশুবা ওইনা, ঐহাক শ্রী শঙ্কব বাও চৌহান, মতমদুগী ইউনিয়ন কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবস, দিল্লিদা লৈবা মহাক্কী বেসিডেন্সতা বাবাবু দর্শন

ফঙলম্মী। মতমদুদা ঐহাক থোইদোকপা বাবাগী ভাষণ তাকনবগী মবম লৈবমদে। অথাপ্পা মফম অমদগী ঐহাক বাবাবু য়েংলম্মী, মহাক্না তিল্লিবা মীয়ামদা ৱা ঙাংবা মতমদা। মতমদুদসু ঐহাক বাবাদা চেল্লিবা ঈশ্বরগী শক্তিনা ঐহাকপু চিংশিল্লম্মী।

মবিশুবকপা তাঞ্জাদদি, বাবানা মুম্বাইদা থুংলদুনা মহাক্কি লৈফমদগী মীয়ামদা ধর্মগী মবমদা ভাষণ পীবকপা মতমদা ঐহাক বাবাগী মনাক নক্সা লৈদুনা ৱাবী ৱাতাই শাবগী খুদোংচাবা ফংলম্মী অমসুং লাইবক ফবা হায়বদু ওইবম্মী। ঐহাক বিজ্ঞান অমসুং ধর্মগী খেন্নবা লৈতে অমম্বা হায়বগী মবমদা ৱা ঙাংলম্মী। বাবানা মহাক্কি মনাক্তা ষ্টেজদা ঐবু কৌখৎলম্মী। সাধাবনগী ওইবা ৱাফম খবা মহাক ঐঙোন্দা হায়বম্মী, অদুবু মদু মপুংফাববা লৌশিং মৈবা অমসুং মঙ্গলগী মশক ওইবম্মী। মতমদুদগী হৌবগা মতুং তাবকপা পুক্সিদা, ঐহাক মমল য়াম্লবা পাউতাক তাননবগী লাইবক ফববা তাঞ্জা লাক্লম্মী অমসুং মঙোন্দগী মঙ্গল অতম্মনা ফংলম্মী অমসুং মহাক্কি চবন্দা চঙজবম্মী। অমুকখক ঐহাক মহাক্কি মনাক্তা সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিগী মন্ত্রি অমা ওইনা চংলম্মী, ঐহাক মহাক্না সাইন্সকি মবমদা ৱা ঙাংবা তাবম্মী। মহাক্না ঙাংলিবা ৱাফম পুম্বা তোপতোপ্পা মখলগী ওইবম্মী। ঐহাক সাইন্সকি মন্ত্রি অমা ওইনা, ঐহাক চাউব চাউববা সাপ্টিস্টশিংগা ভাবত মনুংগী ওইবা নত্রগা পৃথিবীগী ওইবা থৌদোক কয়াদা খন্ন-নৈনবগী তাঞ্জা ফংলম্মী। মখোযনা ঐঙোন্দা হায়বকপা ৱাহৈ খুদিংমক বিজ্ঞানগা মবী লৈননা, পূম্নমক অদু ধর্মগা মবী লৈনদবা ওইবম্মী। খুদিংমক বিজ্ঞানগা মবী থম্নমদে অমসুং নকশিন্নদবা ওইবম্মী। মহাক ঐঙোন্দা থিওবি ওফ কনজর্ভেসন (তেক্ত-কাইদনা থম্মবা) গী মবমদা ধর্মগা মবী থম্মনা ৱা ঙাংলম্মী। মহাক্কি ৱাহৈশিং অতম্মনা, চম্মা, তনাম্না অমসুং মপুং ফাববা তানশিল্লকপা জ্ঞানগী মচাক য়াওবম্মী। ঐহাক মহাক্না হায়খিবা ৱাহৈ পুম্বা কাওবা ঙম্নমদে। মহাক্কি ৱাহৈশিং অদুনা ঐঙোন্দা তুং কোইনা চংকদবা চৈথেং অমা পীবম্মী। মহাক্না পীখিবা পাউতাক কয়ামকম অদুনা ঐহাকপু হুমদুনা ঐনা মন্ত্রি ওইবিঙৈ মনুংদা পুখিবম্মী। পূম্নমক অদু জগৎকি কাচিন কোয়া থুংনা ভাব তাবা ঙম্বা অমসুং থোক্লিবা থৌদোকশিংগা মবী লৈনবা ৱাফম ওইবম্মী। মতুং

তাবকপদসু অদুম্মক মবী লৈনগনি। মসি ফজত্রবা, মপুং ফাববা, কান্নববা অমসুং মঙ্গলনা থল্লবা ওইবম্মী।

বাবানা পাংথোক্লিবা থৌদৌ উকবদগী মহাক জীবশিংনা অব্বা অনা থেংনবিবগী মবমদা মশাদা অশোনবা উখোঙ্নুনা জ্ঞান মাংবগী ৱাফম লৈবমদে, অমসুং মীচম প্রজা নুপা অমসুং নুপীশিংনা তাইবং মপোক্তা থেংনবিবা হিংনবগী নিতি নিয়মগী মবমদা খঙদবসু ওইবমদে। মহাক্না মখোযদা পাউতাক পী ফজনা হিংনবা, তক তকনা, য়াম্না চম্না অমসুং অর্থ থোকপা পুন্সি মবেল অমসুং মশা মশাগী মথৌ থাদোক্তনবা ইমুং মনুংগী মীওই খুদিংমক্না, য়ুম্লোন্নবশিং অমসুং সমাজগী ওইনসু। তশেংনমক, মহাক্না লমজিং লমতাক পীবি মঙ্গলগা লোয়ননা মশাগী মথৌ অঙম্বা থাক্তা পাঙথোক্লবা। মখোয মশা মশাগী মথৌ থবক্কি ফলগী খল্লুবা তৌদনা অমসুং মঙলান্দা লুপ্তুনা লৈতনবা পাউতাক পী। মহাক্না পীবিবা পাউতাক পুম্বা নিংখা তম্বা ফংননবা, অপাম্বদগী, মঙলান্দা শাগৎপদগী নাম্থোক্লবনি, থবক্কি নত্তে অমসুং শিনফমগী নত্তে। মহাক "Pravritti" গী দর্শন শাস্ত্র মতুং ইল্লম্মী অদুবু নুংগী ওইনা Nivritti গী মচাক য়াওবম্মী। মহাক্কি ৱাখলদা, নুংগী পুন্সিগী ওইনা পানগী ওইবা অফবা লমচৎ শাজৎ অমসুং চেকশিনবা থাদোকপা তৌবোইদবনি, আত্মাগীদমক্তা, মপাম্থোংগী হকচাং অসিসু থৌশাদবা তৌবোইদবনি, লুদনা পাঙ্গল শোন্না থম্লোইদৌবনি। মদুনা মবম ওইদুনা, মহাক্না সংস্থান কয়া চাউখৎ থৌবাংগী হিবম কয়া লিংখৎতুনা নুপা অমসুং নুপীগী ওইবা থৌশিল কয়া Sports চাউখৎনবা, বিদ্যা কয়াগী হীবমদা, হকচাং ফনা লৈননবা, জ্ঞান তানশিন্নবা জগৎকি ওইবা হিবম কয়ামকমদা অমসুং সাধাবনগী ওইবা খুদোংচাবা কয়া প্রজাশিংদা ফংহন্নবা হোৎনবি। মহাক্না পায়খৎলিবা থবক খুদিংমক মতম মাঙহনবা তৌবমদে, থৌনা লিংজেল ফুদোক্না অমসুং মপুং ফানা চখবম্মী। চহি কম্না চঙনা পাযখৎকদবা প্রোজেক্টশিং নুমিৎ খব অমসুং থা খবখক্তদা লোইশিল্লম্মী। পূম্নমক অদু মহাক্কি হৈশিংলবা লমজিং মখাদনি। অচুম্বা মবম থিবা তাববদি প্রোজেক্টশিং অদু নুমিৎ অমসুং থা খবখক্তদা মপুং ফানা লোইশিনবা ঙম্লিবসি অঙকপা শক্তি চেল্লবা ঈশ্বরগী কৃপাননি। মহাক্না পাযখৎলিবা থবক খুদিংমক থোইদোক হেন্দোক্না শীংথাবা য়াববা অমসুং মপুং ফাববা ওইবম্মী মীকুপ খবখক্তংগী ওইদবা, তৌফম থোকই হায়না তৌদবা

ওইবম্মী। লন্নাই মীওইশিং, সংস্থানশিং, সবকাব অমসুং সমাজনা তম্বা য়াববা পাবা কয়া অমা বাবানা ঐৗবিবা থবকশিংদা মতৌ কবম্লা পায়খৎলিবনো হায়বা থৌনা লিংজেলগা লোয়ননা অমসুং নমুনাদগী ফংবা ঙম্লম্মী। মফম অমসুং মতমগী মহাসাগব লান্নবা, জহাজ জগৎতা হীংননবগী লমজিং লমতাক পীবিবা, ধ্রুবতাবাগুম অবাংবা থাক্কি পুকচেল চাউবা উত্তুনা খুদম পীবিবা বাবাগী থবকশিংনি। মহাক্লা পাঙথোক্লিবা থবক্তি কর্ম যোগনি, মশাগী যন্ত্রবনি, পূম্নমক মীয়ামগীনি। মবমদি মহাক কবিসু দবকাব ওইদে। মহাক অতোপ্পা মীওইশিংদা দান তৌই।

বাবা শৌবজগৎকি ভুগোলিক অবস্থা, মীওইবগী ইতিহাস, মতম, হৌখিবা, হৌজিক ওইবিবা, তুংদা লাক্কদবা, লেংলি পাল্লিবা পুম্বা, থব্রাই পান্দবা, থব্রাই পানবা, পোৎচাক, শক্তি পীবিবা পোৎ পুম্বা, পাম্বীশিং, জীব পানবশিং, জগৎকি মীওই পুম্বা খঙই। মহাক ব্রাখল লৌশিং অমসুং তানশিল্লকপা জ্ঞানগী হৌবকফম্লি। মহাক্লা নহাবোল, ইনখৎলকপা, অহল-লমন খুদিংমক ক্লাসকমদা, ধর্মগী সভাদা, থবক ওইনা উত্তুনা, খুদমগা লোয়ননা তাকপী তম্বী। মহাক্কি মনাক্তা চৎলুবা মীওই খুদিংমক মশা মশাগী অকবা ব্রাফম বাবাদা শুগাইনা হায়কবা থোইদোক্তে, মহাক্কি অনিংবা, মহাক্কি থাজবিবা পুম্বা। পূম্নমক অদু মহাক্লা মাংজৌননা খঙলবনি। ঐহাক ইশামক কবিগুম্বা ব্রাফম-খব খঙলম্মী। অদুবু ঐহাক বাবাগা উন্নবা মতমদা মহাক্লা থৌদোকপুম্বা লোয়না খঙলম্ব থেংনবম্মী। ঐহাক ফজনা ভাব তাবা ঙম্লম্মী মদুদি বাবানা পাম্বা খঙবা য়াবা পুম্বা লোইনা খঙলম্মী মবম অসিনা মঙোন্দা মদু শুগাইনা পল্লুবগী মথৌ তাবমদে। মহাক পূম্নমক মবম অসিনা মঙোন্দা মদু শুগাইনা পল্লুবগী মথৌ তাবমদে। মহাক পূম্নমক খঙই অমসুং অতৈ মীওইশিংবুসু খঙহল্লম্মী খঙবা য়াবা পুম্বা ভাব তাহল্লি মদুদি, মহৌসাগী মবমদা, ঈশ্বব, অমসুং মখোয়না অতোপ্পা জীবশিংগা লৈনবিবা মবী অমসুং জগৎকি মপুগসু। পূম্নমক অসি খঙলবা মতুংদা, মীওইবা জাতিনা খঙবা য়াবা অয়াম্বা ব্রাফম থোইনা লৈববোই। অসিগুম্বা ব্রাখল লৌশিং অমসুং থেংনবকপা জ্ঞানগী মতেংনা মবমচানা অর্থ লৈনা হিংবদা মপুং ফাবা ঙমহল্লি। বাবানা মবম ওইদুনা, লন্নাই মীওইশিং অমসুং সমাজ হান্না লৈবম্বা থাক্তগী হেন্না শেংবা ওইহল্লি অমসুং হেন্না হেন্না মখোয় ফগৎলকখিগনি। মহাক্লা

মীওইবা জাতিদা পীবিবা মতেংনা, অসুম তৌদুনা, হেন্না মমল লৈনা অতোপ্পশিংদগী থবক তৌবা ওমহল্লি।

বাবানা মী খুদিংমকপু নুংশি। মহাক নুংশিবগী পুম্মথৈনি। মহাক্না হায়, "নুংশিবা হায়বা পোৎশক ঈশ্বরনি অমসুং ঈশ্বর নুংশিবনি।" মহাক্না মীওইবা জীবশিংবু নুংশিবা অসি ঈশ্বরনা জীবশিংবু নুংশিবগা মান্নে। রাকম অসি তশেং তশেংলে মদুদি মহাক পৃথিবীথক্তা অহিংবা ঈশ্বরনি। মীচম অমা ওইনা লৈগদবা গুণদি, পুম্নমকপু হুপ্পা নুংশিবা ওইথোকপা লৈবোই। মখোয় মখোয়গী নক্লবা মবী-মতাখক্তবু নুংশিবা ওমই অমসুং মখোযগী অকোইবদা লৈবিবা মীওইপুম্বা নুংশিবদা অকৰা ওইগনি। মহাক মশামক পুম্নমকপু মশামক্কি হায়না উৰা ওম্বা অমসুং পুম্নমক মশাদা য়াওবি হায়না উবা ওম্বনা পুম্নমকপু নুংশিবা ওমই। বাবান' উৎলিবা নুংশিবা লুববা থম্মোয়গীনি, অথোইবনি, অৱাংবা থাক্কিনি, খোজা-গী ঈবিক খিকপীবনি অমসুং পুকচেল চাউবা উৎপনি। মহাক মমা অমগী মতৌনি। লৈবাক মনুংগী ওইবা মফম কয়াদগী অমসুং পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মফমদগী লাকপা বাবাবু দর্শন তৌবা পাম্বা নুপা অমসুং নুপী কয়ামকমদা দর্শন পীনবিবম্মী অমসুং মহাক্কি মীনুংশিগী লৈহি মহাউ তংজবি। অমুক্তং বাবাগী নাক্তা চৎলুববা, হন্না হন্না দর্শন চৎলি। মখোয়, বাবাগী নাক্তা, য়োৎকুপ্পা য়োৎচাবিদা চিংশিন্নগুম চিংশিল্লম্মী। বাবানা খঙই মদুদি মীওইবা হায়বা জাতি অসি নুংশিবা খক্তনা হেন্না পুকচেল চাউহনবা ওমই অমসুং মখোয়গী পুক্সি হিংবদা শিংথানিংঙাই ওইহল্লি। বাবাগী নুংশিবা হায়বা রাকম অদুক্কি মতিক শক্তি কল্লি অমসুং পুম্নমকপু কোনশিনবা ওমই। মসি পম্খে নাইদবা পোৎশক্কি। মসি মীওইবগী লোল রাহেনা ফোঙদোকপগী রাংমদা লৈ, জাতিগী ওইবা সিমানাগী রাংমদনি অমসুং মীওই মপোক্কি রাংমনি। মসি মফম অমসুং মতমগী রাংমদসুনি।

শোক ২০০০ গী নভেম্বরগী তাং ২৩ দা বাবাগী ৭৫শুবা মপোক কুমওন পালন তৌগদৌবি, পৃথিবীগী মীয়াম নুপা অমসুং নুপী তিনগদৌবি। অদুবু বাবাদি চহী ৭৫শুবা খক্তা নত্তে। মহাক মতম পুম্বগী ওইনা মফম অদুদা লৈবক্কি অমসুং মতুংদসু লৈখিগনি। মশামক্কি চহী শিংথানিংঙাই ওইদে অমসুং চহি মফম অমসুং মতমগী রাংমদা চৎলি। বাবাদগী য়াইফ মঙ্গল ফংনিংবা পুম্নমক্না মসি খঙগদবনি, মহাক মশামক্তু বাবাগা লোয়ননা লৈমিন্নবা পাম্বা অমসুং ঈশ্বর মশক

খঙবা তঙাইফদে। মহাকপু খুকমজদুনা মহাক্কা লোয়ননা চহী কয়া অমা শাংথন লৈবক্কি অমসুং লৈবিগনি। মহাক শিব নাইদবা ওমব খুভম ফংলবনি হায়বসি তশেংনা ভাব তাগনি অমসুং ঐখোয়গা লোয়ননা লৈমিন্ননি মফম অমসুং মতম নাইদনা হায়না পূক্লিংদা থাজগনি।

# ভারত্তা ঈশ্বর লৈ

**R K Karanjia**

ভাবত্তা ঈশ্বব লৈ। মহাক মপোক লাংওন অহুমনি - শিবদি সাই বাবা, সত্য সাই বাবা অমসুং প্রেম বাবা, কোন্নগী মপোক্লি। মবম অসিনা সত্য সাই বাবা হায়বিবা মপোক লাংওন অহুমগী মনংদা অনিশুবা অসিগী হাক্তকতদি মাবাখোন লমজেলগুম মীয়াম উন্নবগী থবক কন্না চথবম্মী অমসুং মখা তাবম্মী, "হন্দক্কি লাংওন অসিদা ঐহাক মীওইবা জাতিবু কন্নবগীদমক্তা মওং লৈতবা ঈশ্ববগী অকনবা শক্তিগা লোয়ননা মতিক চানা খুৎলাই পায়দুনা অবতাব তৌই।"

হিন্দু ধর্মগী মতুং ইন্না দর্শন শাস্ত্রগী লৈবিবা আত্মাগী খমথেংনা লুববা ঈবোন্নুংগী লনগৈগা চান্নদবা মচাক যাওবা খমথেংনা ওন্নতৈনবা ব্রাখল্লোন ওইনা উবা য়াই। হিন্দু ধর্মনা মপুং ফানা য়াই লাংওনগী ব্রাখল্লোন মদুনা ব্রাখল মীৎয়েং পাকথোক চাউথোকহনগনি ঈশ্ববগী ওইবা হৌনলোনচৎপু তাইবং মীওই মপোক ওইনা অবতাবদা ওন্থোক্তুনা উৎপনি। ভাগবত গীতাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মীওইবা জাতিবু ফত্রবা শক্তি কয়াদগী কন্ননবা তাকপীবম্মী। পুবানশিংনা পৃথিবীবু ইমামক্লি হায়না খল্লগা, তাইবং মীওইমপোক্কিদমক্তা ঈশ্ববগী চবন্দা চঙজবগা মবাল ঙাকপীনবা হায়জবি।

## কোক্লবা পান্বে অমসুং নারবা পৃথিবীবু লায়েংনবা

মথোং হকত্রবা নুক্লিয়াব খুৎলাই শিজিন্নবগী অকিবা লৈবা তাঙ্গাদা বাবাগী ভক্তশিংদা অনিশুবা অবতাব অসিনা অফবা ফল পীবা ওস্বগা লোয়ননা নাববা জগৎ অসিবু লায়েংনবা পান্বে পীবিবি। ঈশ্বব অমসুং মী (Purusha and Deva) গী লৈনবিবা মবীগী মতাংদা নোংচুপ লৈবাকশিংগী অবানবা প্রচাব কয়া অমা লৈবি, অদুবু ভাবত হায়বা লৈবাক অসিগী ধর্মগী য়ুম্ফম ওইবিবা অবিবা

লাইখিকশিংনা পল্লিবদি ঈশ্বরনা মীওই মপোক ওইনা অবতার তৌই অমসুং মীওই মপোকসু ঈশ্বরগী খুয়াদা তিল্লি।

বাবানা অসিগুম্বা দর্শন শাস্ত্র অসিবু হিংহন্দুনা থমই। মহাক্না অসুম্না ঐত্তোন্দা হায়, "ঈশ্বর হায়রবসি মীনি অমসুং মী ঈশ্বরনি। ঐখোয় খুদিংমক ঈশ্বরগী শক্তি খরা যাওরি, ঈশ্বরগী মৈরিক, ঐখোয়গী নুংদা লৈ। মী খুদাই পুম্বা ঐগুম্না ঈশ্বরনি মদুগী মনুংদা শক্তদা তোংশাদা আত্মা কৌবা ঈশ্বর লৈ। খেন্নবিবা রাফমদি মখোয় ঈশ্বর লৈ খঙবা ঙমদবদুনি।"

ঐহাক মীশিং যামদ্রবা চয়েৎনবা অমসুং চিংনবনা থল্লবা মীওই কাঙলুপকি মনুং চল্লবা মীশক ওইবনা, বাবানা অসিগুম্নবা পাউজেল পীবিবম্মী, "সমুদ্রগী ঈবোন্নুংদগী মণিমুক্তা থীবা পাম্বা মীওই পুম্নমক ঈ-ন্নুংদা লুনা ঈকপ্পা তাই মদু ফঙবা ঙম্মনবা। অথেনবা সমুদ্র খোঙবান ঈথক ঈপোমলক্তা থিকনবনা ফংবা ভল্লোই অবেম্বা তাগনি অমসুং মখোযনা হায সমুদ্রদা মণিমুক্তা লৈতে অমসুং মখোযগা মরী লৈনবা রাবী পুম্বা লাল্লি। অমহা ওইনা, কনাগুম্বা মীশক অমনা অবতারগী মীনুংশি অমসুং থৌজাল পাল্লবদি, মহাক সাই বাবাদা তিন্না তাই অমসুং লুনা ঈকপুনা থিবা তাই। অসুন্না তৌরবতদা মহাক ঐগী শক্ক অমা ওইবা ঙমগনি অমসুং ঐহাকপু মহাক্কি থম্মোযনুংদা পুবা ঙমগনি।"

## আত্মাগী ওইবা নুংশিবা অমসুং থৌজাল

ঐহাক নুংশিবগী মহাসাগরদা হৌজিক ফাওরদা লুনা ঈকপত্রি অমসুং থৌজাল ফংননবা লাইনিং লাইশোল চথদ্রি। ঐহাক বাবাগা মাইযোক্লদুনা রাবী শাবা, থেংনবকপা জ্ঞানগী মরমদা হায়রগদি বোম্বেদা তেল্লপ্পা অমসুং পুত্তাপার্থিদা খরা শাংলপ্পা মতম ফংবা অদুখক্তনি। অদু ওইদুনসু, মাইয়োক্লনা রাবী শাবা অদু মঙলান্দা তাউবা, অয়াম্বনা নিংবা কায়নিংঙাইনি।

স্বামিজীনা মীওই কাঙলুপ খুদিংদা দর্শন পীবা মতমদা শিজিন্নবা অরাংবা সিংহাসন মানবা চৌকি লৌথোকখিবম্মী অমসুং ঐখোয়গা লোয়ননা খোংগ্রাই চল্লগা ফমই - Dr Bhagavantam, Interpreter ওইনা, Indulal Shah, ঐগী escort অমসুং ঈশামক, নাল্লবা নুং চল্লবা লৈমাইথক, অতে থোইদোকপা পোৎলম যাওদবা কাদা পুং ২ মখাইরোম চথবম্মী।

বাবানা ঙাংখোবকপা মতমদা য়াম্না শক্তি লৈবরা অবংবা মঙাল য়াওনা, ঐহাক্না মদুবু ধর্মগী ওইবা নুংশিবা অমসুং থৌজাল য়াওই হায়না শিংথাবতা নত্তনা মদুনা ঐঙোন্দা ঐগী স্বাইদগী পামজবা চাউখৎপা ঐগী পুন্সি অমসুং থবক্তা ফল পীবা ঙম্বা জ্ঞানসু ফংলম্মী। মহাক অসুম্না উবম্মী, ঐহাক্না হংগে হায়না খল্লিবা ৱাহং পুম্বা বাবানা হান্না হংদ্রিঙৈগী মমাংদা মাঙজৌননা খঙলম্মী। থুনমক ঐহাক্না ৱাহং অমা হংবা হৌবকপদা, মহাক ঐহাক্কি খুকউদা য়াম্না তপ্না খুবাক্না থাবগা ঐহাকপু লেপহল্লম্মী অমসুং পাউখুম পীবম্মী। ঐ কৈদৌঙৈদা মপুং ফানা ৱাহং হংখিবমদে। হৌজিক্তি পাউখুম পুম্বা লোয়না ফংলম্মী।

## থোইরবা মঙ্গলগী চংজফম

স্বামিজীগী আশ্রম, প্রশান্তি নিলায়ম, স্বাইদগী থোইববা মঙ্গলগী চঙজফম লৌখিবা মফম Vatican সহবদা লৈবিবা ধর্মদা মীচং মীখাই নাইদবা অদুগী থাক অমসুং ফিভমগা মান্নে, নিংশিং খুদম্লি। মসিনা ভক্তশিংবু খুল্লাম তোইনা কৌবি। মনোবিজ্ঞানগী ওইবা ৱাফম খবা লৈবে মফম অসিদা থুংলবা মীপুম খুদিংদা আত্মাগী ওইবা খুদোল খবা ঈশ্বরগা মরী লৈননা তল্লম্মী। চম্নদি উবা অদুগা য়াম্না চীংলেম্বা ধর্মগী থৌরমনা আত্মাগী মচাক পীবদা হেন্না চেৎশিলহল্লি। ঐহাকপু অয়ুক্কি পুং মবি তাবদা ওঁকাবগী থৌবম্না মীকপ থোকহল্লম্মী। থৌবম অদু শেংলবা লাইশংগী হোল মনুংদা অমসুং মীওই লিশিং লিশিংনা মখোয়গী থৌনাউদগী থোবকপা খোম্থাংনা নোংখাক নোংলাউবগী মতৌগুম ওঁম হায়বা খোঞ্জেলনা নিল্লম্মী।

নিলখোংবা য়াউদ্রবা ধ্যানগী অথোইবা মফমগী অচিকপদু থুগাইদুনা নোংখোংবগুম ওঁমকাব লাউবগী খোঞ্জেল তাববা মতমদা, ঐহাক কয়াদা চাউগ্রবা তাইবং মীওই মপোক্কি জ্ঞান্না ফং ঙল্লবোইদৌবা শক্তিনো হায়না লৌদবা ঙমদে, মদুমক্না জাতিগী থাক্তা, সহবশিং নত্রগা খুঙ্গংশিংদা প্রশান্তি নিলায়মগী মতৌগুম ওঁমকাবগী খোঞ্জেলনা নিলহনবা ঙম্বগী মতৌ উকবদা ঐহাক ৱাখল খজুদবা ঙল্লমদে। মসিমক্না চীংজাউ কয়াবু মফম-হোংদোকহনবা অমসুং মখোং পান্দুনা চৎহনবা ঙমগনি অমসুং তুবেলগী ঈচেল হোংদোকপা ঙমহনগনি। অবিবা যুগতা

মসিনা ঈকং থোক্লবা মতমদা খোল্লাউ অসি শিজিন্নদুনা নোং তাহনবা ঙমগনি অমসুং মহৌশা লাইবেন্থীদা য়াথং তৌবা ঙমগনি।

ওঁকাবগী মতুং তাবকপা ওইদুনা ভজন পাঙথোক্লম্মী মদুগীদমক্তা পুত্তাপার্থিদা লৈবিবা উচেকশিংনা চিঙ্খে হুল্লকপা মতমদা মীকপ থোক্লদুনা তোঙান তোঙানবা খোঞ্জেলদা ঈশে-শক্লম্মী অমসুং মসি মহৌশা লাইবেন্থীনা শীবা খুদোলনি। অথাগ্না অমসুং অনকপা অনিমক্তগী প্রজা লিশিং নিপাল্লোম্না লাইশঙগী অকোযবদা বাবাগী দর্শনগীদমক তিল্লম্মী।

থুনমক মমৈখংদা কুচু মুবা, চুং ফিবাল চানা কজবা, ময়াই ওইবপ ৱাংবা মৈ মচু হাযবপ মান্না কমলা মচুগী ফিজোল শেংপা, অমসুং আফ্রিকাগী মীওইশিংগী শম মওং অমসুং নদুগী অকোইবদা শঙবান্নবা ঙৌবপ তৌবা মচুনা কোইবা শক্তম, মহাক্কি লৈফমদগী থোবক্লম্মী অমসুং মীয়াম পুল্লিবা অদোমদা চঙশিল্লক্লম্মী।

বাবাগী হকচাংগী ফিভম অমসুং চৎপা মতমদা শুনতবংদা লেংবা মতৌ ওইবম্মী। মথোযনা হায বাবাগী লাংওন শিব-পার্বতিগী অপুনবা শক্তমনি মদু বাবাগী হকচাংদা যাওবি। মহাক শোয়দনমক নুপা অমসুং নুপীগী অপুনবা শাযোন্নি। অবিবা ধর্মগী লাইবিক্তা থেংনবিবা শ্রীকৃষ্ণ, শোয়দনমক শ্বামীজীগা মান্নবমগনি। মহাক্না চৎপা মতৌ উকব্বগা জগোই শাবা অমনা ঈথক ঈপোমদা ভাভনা চৎপগুম বাবা যাম্না থৌজাল হৈবগা লোয়ননা চৎলি।

## শ্রীকৃষ্ণগী মূর্তিনা অবতার

ঐহাক বাবানা ভক্তশিংগী অকোইবদা চৎপা উকব্বদা দবকাব লৈবা মীওই পুম্বদা বিভূতি শীনবগা মবী লৈনবা, মহাক কবিগুম্বা মতমদা অনকপা মফমদা উবম্মী অদুগা অথাপ্পদা মান্নবা মীকুপ্তা। কবিগুম্বা মতমদা মশা মতোম্মতা ৱাবী শাজগনি অমসুং ঈশে শকচগনি, অতোপ্পা মীওইশিংদনা মথুৎ হাইগনি মহাক্কি খুবাক ৱাংবা থাঙ্গৎতুনা তাঙ্গা চানা তাম্থা নাইনা চৎকনি মহৌশাগী মতৌগুম।

শীবিবা চৈখেং নত্রগা মপুং ওইবা শক্তম ভগবান অমসুং ভক্তশিংগী মবক্তা লৈনবিবা মবীগী মতাং খুদক্কি ওইবা, এলেক্ট্রিক্কি শক্তি চেল্লবা ওইবম্মী। মসি অমগা অতোপ্পা অমগগী মবক্তা অমগা অমবু মতেং পাংশিন্নবগুম্বনি, খুদম ওইনা

যন্ত্রগী খোঙ্গেলগা অমসুং মীওইবগী ঈশেগী খোঙ্হোকি মবক্তা ওইবগুম মদুমক্কা তাবিবা ভাবকশিংগী থম্মোয়বু নৌথোকহনবা ওন্না অমসুং মদুনা ঈশ্বরগী খুয়াখাদা তিন্দ্রিফাওবা। বাবা অমসুং প্রজাশিংগী মবক্তা লৈনবিবা মরী অথাপ্পা মফমদা তোঙান তোঙানবা লমদমদা লৈবা মীওইশিংগী মবক্তা পাউ ফাওনবা ওন্বগুম লেং-ওক্তুনা উহল্লি। মদুনা মবম ওইদুনা থমথেংলবা ধর্মগী সাধনাদা হেন্না কুংশিন্না লাইনিং লম্বেললোমদা চিংশিল্লক্মী।

ঐহাক্না অসিগুম্লবা ড্রামা অসি য়েংদুনা লৈববা ফাওবদা: বাবানা ঐহাক্কি চিংনবা পুন্না, নুংনাংবা কয়া অমসুং ব্রাহং কযাগী পাউখুম পীবক্লক্মী। মহাকসিবু লনগৈগী মপু ওইবিবা ইনাক কৈবাকখুনবা অমসুং শক্তি চাউনা পায়বিবা মীওই, মশিং কয়া যামদবা কাঙবুখক্তগী মীচংলা অদুগা লাইববা মীশিং য়াম্না কাংবুগী মায়োক্তা লৈববা ? নত্তে, মহাক অহানবদা মীয়ামগীদমক্তা চংশিল্লি, হাযবিবা মীওই অয়াম্বনা লৌমী ঙাক্তনি। অদুগী মতুংদা মহাক মখোয়গী মবক্তা খবগা চাউবাক্না নুপা ডজন অমা অমসুং নুপী ডজন অমা - লন্নাই দর্শন কাদা, মহার্মাঞ্জি খুৎনা মখোযদা মতেং পীদুনা উন্নবগী থবক পাঙথোক্লক্মী।

## লাইরবনা হান্না লাক্লক্মী, ইনাক খুনবনা কোন্না

ঐহাক ড্রামা অদু কুপ্না য়েংশিল্লক্মী। তোল্লতাববা অমসুং লাইববা মী ওই-মহাক্না মখোয়বু থল্লক্মী, মখোয়দুগী মনুংদা খবদি হকচাংগী ফিভম শোইনাইববা ওইবক্মী অমসুং য়ামদ্রবদা নুপামচা অমদি ব্রাখল লায়না নাববা অঙাও অফৈ ওইবক্মী। থোঙ লোনশিল্লবা কা মনুংদা কবি থোকখিবগে হায়বদু ঐহাক খঙদে, অদুবু মখোয়গী মাইথোং উকবা মতমদদি মখোয় পুন্না মশা কোমথোকপা মানবা অমসুং হেন্না হবাউবা উবক্মী।

মথংদা, বাবা Dr Bhagavantam অমসুং Indubhaı গা লোয়ননা ঐহাকপু কৌবা লাক্লক্মী। ঐহাক অতোপ্পা নাকন্দা লৈবিবা মওং তুংহন্না য়েংদবা ঙন্নমদে, মবমদি নাকল অদোমদা ইনাক কৈবাক খুল্লবা ভক্ত ময়াম অমা ফমদুনা লৈবক্মী। মখোয়দুগী মনুংদা খবদি বাবাবু নিংজবা কল কাবখানা কয়াগী মপু ঙাক্তনি অমসুং মখোয়না লাকপগী মবমদি মপুবোইবা কায়নববা লুপ্রাবীশিং অদুনা

মতুং তাবকপা পুন্সিদা বাবাগী আশ্রমদা লৈবা পাম্নগী ওইবম্মী। অদুম ওইনমক মখোয় পুং অনি মখাই চংনা ঐহাক্তা উন্নদুনা ব্রাবী ব্রাতাই শান্ননবা ঙাইবম্মী।

অসুম তৌদুনা লাইববনা অহানবদা, ইনাক খুনবনা কোন্না। মদুগী ময়াইদা ঐ - লাই থাজদবা, সমালোচনা তৌবা মীশক, মার্কসিস্ত - হৌখিবা মতমদা ফোঙনা বাবাবু হন্দুনা ঙাংবা অমসুং ব্রাহং কয়া হংখিবা মীশক্লি।

## বাবাগী থর্মগী লালহৌ

বাবানা ঐঙোন্দা হায, মহাক্কি ধর্মগী ওইবা লালহৌ অসি ব্রাখল মীৎয়েং পাকচাউবা w অহুমগী মচাক্লা শাগৎলি - work, worship অমসুং wisdom - মসিনা তাক্লিবদি মপুং ফাববা মীওইবা জাতিগী মবক্তা মচিন মনাওগী ব্রাখল শাগৎপনি। ঐগী অকোইবদা উত্তুনা তাকপা খুদমগা লোযনববা থর্মগী নিতি নিয়ম কযা ঐহাক ফংলম্মী। আশ্রমগী অকোইবদা ব্রাই শিংলিবী নুপী অদু হান্নগী মহাবাণী ওইবম্মী। ঐহাকপু সেবা তৌবিবা মীশক্তু হান্নগী মেজিস্ট্রেৎ ওইবম্মী অমসুং মহাক্কি জুডিসিয়েল সার্ভিসতগী তোকখোল্লগা আশ্রমদা চংজববা মীওই ওইবম্মী। বাবা অমসুং ঐহাক্কি মবক্তা Interpreter ওইবিবা মীশক ভারতকি খ্বাইদগী মাংজিল থাববা সাইন্টিস্ট ওইবম্মী। ঐহাক মখা তানা হাযবা দবকাব লৈবিব্রা ?

"ওঁ সাই বাম"

শ্বামীনা হায :

"ঐবু খঙউ ঐহাক কনাসু নত্তে ইশামক্লা থবক তৌনবা হাযবিবা, নত্রগা ঐহাক থবক্কি কান্নবা ফঙবা মীশক্লা ? হৌজিক ফাওবদা ঐহাক থবক নোল্লি মবক থৎচনবা তৌদনা লমজিং লমতাক পীননবা অমসুং থবক খুদিংমক অচুম্বা মওংদা পাযখৎনবা। ঐগী পুন্সি ঐগী পাউজেললি। কবিগুশ্বদা ঐহাক থৌশাদনা লৈখোক্লবা, জগৎ সংসাবগী খোঙচৎ কবম্লা উংগদৌবিবনো ? ঐ তুম্বা ফাওবা তৌদে। ঐ তুম্বা দবকাব ওইদে। কবিগুশ্বদা ঐ তুম্নবদি, জগৎ অসি কবি ওইগনি ? ঐহাক্কি তুম্ফম কাগী মৈ মুথৎলি, মবমদি ভক্তশিংনা ঐগী অকোইবদা কোইনা চত্তনবা। ঐ ফমুংদা চংই। ঐহাক তুম্বা মান্নবা তৌশিন্নবনি। ঐ মতম

শাংনা মীকুপ অমফাওবা তুমদে অমসুং মসি ঐহাক্না অবতার তৌবকপদগী হৌবক্নি। নুমিদাংগী মতমদা ঐহাক জগৎ শিন্দুংনা মমাংদা শকউংখিবা মফমশিং চৎলি অমসুং ঐগী ভক্তশিং য়ুমথোংদা কোইকই। মবম অদুনা নখোয়গী য়ুমশিং লু-নান্না থমউ। ঐহাক খুদক্তা খঙহৌদনা থুংলবা য়াই। "ঐখোয় মহাকপু ঙাইবা ওইনা তুজুংবা ফাওসি।"

# বাবাগী শক্তি মহৌশাবু লাকশিনবা

Shri Indulal Shah

ভগবান্না হায়বম্মী, ''ঐ হৌবকফম্মি অমসুং শক্তি অমা নত্তে।'' মদুনা ওক্লিবদি ঐখোযবু শক্তি ওইহনবনি। ঐখোয শক্তি পায়ববদি, ঐখোয়গী হৌবকফম ঈশ্বরদা থাজবা থম্লগনি। বাবাগু থাজবা, মদু ঈশ্বরবু থাজবগী চাউখৎহনবা শক্তিনি। খ্বাইদগী লাইবা লম্বীদি বানা পাওথোকপা Miracle (মায়া) থেংনবকপদগী ওইগনি, হাযবপ্পা শাকবা অমসুং তাকবদগী হেন্না। শক ১৯৬০-৬৫ গী ওল্লিবৈগী মতম অদুৱাইদা 'Miracle' হায়বা ৱাহৈ অসি লান্না শিজিন্নবম্মী। Miracle হায়বা ৱাহৈ অসি Magic কা চয়েৎনবা থোক্লম্মী অমসুং মীয়াম্না সবকাবদা র লৎপগী ৱাফম ফাওবা লাকখিবম্মী মনি পাওথোক্লিবা থবক অসি Miracle নত্তে Magic নি হায়না। ঐহাক ভগবানগী ভক্ত অমা ওইবকপা মতমদা ঐ পোৎশক অনিখক থেংনবম্মী। শক ১৯৬৫ দা ঐহাক শ্বামীগী নাক্তা তাঞ্জা চাকদুনা থুংলম্মী। ঐহাক্না বঙ্গলোবদা লৈরিঙৈদা ওক্লিবা মীশক্তুনা ঐহাক বাবাগা উন্নবা পাম্ব্রা হায়না হংলক্লম্মী। মখোয়না থইলিবদুনি ঐহাক মতম অদুদা রামকৃষ্ণ মিসনগা মরী লৈনম্মী অমসুং মমাং ইং ১২ চুপ্পা ঐ সেক্রেটরি ওইবম্মী। মহৈ মশিং হৈববা কাওলুপকি মনুংদা ঐহাক রামকৃষ্ণ পরমহংস অসমুং শ্বামী বিভেকানন্দগী মবক্তা ঈশ্বরগী মবমদা ৱারী শানবা তাবম্মী। মদুবু ঐহাক ভারতকি রাজনিতীগী লমদা খোঙদাবা হৌবকপদগীদি, ঐ ঈশ্বরগী মবমদা খুদিংমক কাওথোক্লম্মী। অসিগুম্বা ফিভম অসিগী মথাদা, ঐহাক মালেশ্বাবামি বঙ্গলোবদা পব্লিক মীটিং অমদা শকক য়াবম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা অতিয়া শিঙ্গুনা নোংনা কুপশিল্লম্মী অমসুং ঐবু ওক্লিবা মীশক্তুনা ঐঙোন্দা হায়বম্মী, ''ঐখোয় কাব মনুংদা চঙহৌবনা ফবগনি নত্রবদি ঐখোয নোংনা শোয়দনা চোৎলগনি।'' তাঞ্জাদুদা ঐহাক শ্বামীনা খুৎ থাঙ্গৎলকপা উবম্মী। ঐহাক বাবানা তেলেগু লোন্দা ঙাংলিবা ৱা ভাব তাবা ঙন্নমদ্রে, অসুম

তৌদুনা ঐহাক্তা ঐবু ওক্লিবা মীশক অদুদা মদু শেংদোক্লবা তকশিল্লম্মী। মহাক্লা হায়বম্মী বাবানা ঐখোয়বু অদুম ফমদুনা লৈননবা হায়বিবনি কবিসু খোক্লোই হায়না। মতম অদুদা মখুৎ অমুক থাঙ্গৎ অমুক থাদবা তৌবম্মী, নোং অদু চৎখিবম্মী অমসুং নুমিৎ খোকপা হৌবক্লম্মী। মতম অসিদনি ঐহাক পূক্লিংদা লেপ্লম্মী মদুদি ঐহাক মীশক অসি উন্নগনি অমসুং মহাক্লা মদু মতৌ কবম্মা পাওখোক্লিবনো পুখোক্লনি।

মহাক্লা বোম্বেদা থুংলবা মতমদা মথংগী চয়োলদা, মীনা কৃক কৃক ইন্নবম্মী অমসুং ঐহাক লাকই হায়বসি কবন্না পাম্বেনা শ্বামীদা পাউ ফংহনবা ওমগনি মবমদি মহাক্লা ঐবু কৌবক্লদ্রা ? হৌজিক ঐহাক খঙলে কবি থোক্লিবগে হায়বদো মহাক্লা হায়বকপা মতমদা ঐহাক লাক্লদবনি অমসুং ঐহাক নহাক্লা উন্নগনি। লাইবক ফবদগী তাঞ্জাদুদা মন্ত্রি শ্বামীজিগী মনাক্তা লৈবিবা অদুনা ঐবু উবম্মী অমসুং কৌবক্লম্মী অমসুং হায়বম্মী, "লাকউ ঐনা নহাকপু শ্বামীজিগী নাক্তা পুশিনগনি।" ঐ চংশিল্লম্মী অমসুং শ্বামীনা হায়বম্মী, "নহাক্কি মেলা তৌবিবদু মফম কদাইদো ?" ঐহাক মঙোন্দা মেলাগী মবমদা হাযখিবা লৈবমদে। মতম অদুদা ঐহাক মহাবাস্ত্র স্টুডেন্টস এসোসিয়েসনগী প্রেসিডেন্ট ওইবম্মী। মদুনা মফম অদুদা লৈবিবা স্কুল খুদিংমক্তা মেলা অদু উৎলম্মী সান্তাদর্শন অমদা মহাক্লা হায়বম্মী, "ঐহাক য়েংবা পামমী।" ঐহাক্লা হায়বম্মী, "ঐ চাউববা হোল অমা দবকাব ওই অমসুং মেলা অদু শিল্লাংবদা নোংমা চংগনি।" অদুবু শ্বামীনা হায়বম্মী, "ঙসি নুমিদাংবাইবম পুং ৫ তাবা মতমদা মফম অসিদা পুবক্লদবনি।" মন্ত্রি অদুনা হায়বম্মী, "মতৌ কবম্মা তৌদুনা ঐহাক্লা নঙোন্দা হোল অমা পীবা ওমগদৌবিবনো ? নহাক্লা মদু মতৌ কবম্মা পুবক্লদৌবিবনো ?" অদুবু পূন্নমক অদু পাওখোক্লম্মী। নুমিত্তুদগী হৌনা ঐহাক শ্বামীবোমদা কন্না চিংশিল্লম্মী। মথংগী চহিদা বাবাগী পুন্সিগা মবী লৈননা ঐহাক মেলা অমা পাওখোক্লম্মী অমসুং মহাক্কি পাউজেল মহাক্লা ইবা লাইবিক পুন্নদগী খোমজিল্লগা উৎলম্মী। ঐহাক্লা মদু প্রশান্তি নিলায়মদা পুবক্লম্মী, অমসুং বাবানা ঐহাকপু খাগী লমদম শিন্দুংনা উৎলু তাকপীবম্মী। হৌজিক ঐহাক খাখল তৌবম্মী, "অসুক চাউখ্রবা মেলা অসিবু খা ভাবত শিন্দুংনা মতৌ কবম পুদুনা চৎকদৌবিবনো ? অদুবু মহাক্লা তাকপীবম্মী মদুদি ঐহাক পাওখোকপা ওমগনি। মতম অদুদা ঐখোয়গী মোবাইল ভান খবা

লৈবম্মী অমসুং মহাক্না ভানশিং অদুদা পুবগা উৎনবা প্রোগ্রাম অমা শিল্লম্মী। ভজন সভাগী মীওইশিংগা লোয়ননা মহাক্না মেলা অদু পাঙথোক্লবা শিললাংলম্মী অমসুং মতম অদুদা লিংখৎলম্মী। ভানদা পুদনা মেলা উৎপা হৌখিবগা লোয়ননা, ঐহাক প্রশান্তি নিলায়মদা লাক্লম্মী। মহাক্না হায়বম্মী, "তাঞ্জা অসিদা নহাক্কি ভান ঙসি মফম অসিদা থুংলবগনি।" মহাক প্রোগ্রামগী মতমদা খঙবা তৌদ্রগসু ভান কদাই য়ৌবক্লবগে হায়বা মহাক হায়বা ঙল্লম্মী। হায়বিবা থৌদোক অসিনা ঐহাকপু ভাব তাহল্লম্মী মদুদি কংগ্রেস পার্টিদা লৈদুনা সমাজ সেবা তৌবদগীদি বাবাগী নাক্তা লৈদুনা সমাজ সেবা তৌবনা হেন্না ফবগনি হায়না খল্লম্মী।

অতোপ্পা থৌদোক অমনা, মতম অমদা বঙ্গলোবদগী হাথা যোগী অমা বোম্বেদা লাক্লম্মী অমসুং মতম অদুদা শ্বামী বোম্বেদা লৈবম্মী। যোগী অদুনা বাবাদা শিংনবম্মী মবমদি মহাক ঈশিং মথক্তা চৎপা ঙম্বগুম্মা বাবা ঙমগদ্রা হায়না । মহাক টেলেগ্রাম অমা থাবক্লম্মী, মদু ঐহাক বাবাদা উৎলম্মী। শ্বামীনা হায়বম্মী, "মহাক মফম অসিদা হান্না লাকখো হায়য়ু।" মহাক লাকখিবমদে অমসুং বাবা পত্তাপার্থিদা হল্লক্লম্মী। মথংগী নুমিত্তা হাথা যোগী অসি ঈশিং মথক্তা চৎলম্মী। পৃথিপুম্বগী কেমেবামেনশিংনা মফম অদুদা রিপোর্টগীদমক্তা লাক্লম্মী। থুনমক মহাক্না চৎপা হৌবকপদা ঈশিংথক্তা, মহাক ঈশিং মনুংদা তাশিল্লম্মী। মথংগী নুমিত্তা থোকখিবা থৌদোকপুম্না পাউদম্নবা বাবাগী নাক্তা ঐহাক লাক্লম্মী। বাবানা হায়বম্মী, "মহাক্না মাইথিবিবগী মবম মহাক্কি নাপলনা থোকহনবনি, মমবোমদা ঈশিংদা চৎপা অকবা নত্তে।" বাবা নুপা অদুগী মবমদা কয়াদা পুকচেল চাউবা উৎখ্রবা। নুপা অদু মমৈথংদদি বাবাগী ভক্তা ওইখিবম্মী।

অমুকখক বাবানা Whitefield গী মনাক্তা লৈবা Joy Ice Cream Factory হাংদোকপগী থৌবম পাঙথোক্লম্মী অমসুং Mahurat অদু Rahukul গী মমাংদা চঙবম্মী হায়বদি অয়ুক অঙনবা পুং ৭ তাবা মতমদা মল্লম্মী। কাবখানা অদু মপুং ফানা লোইশিল্লমদে। কাবখানাগী মপু অদুনা শ্বামীজিগী মঙ্গল নিজবম্মী মবমদি মতম অদুদা বাবা Whitefield দা লৈবম্মী। মপু অদুনা অদুগুম্বা খুদোংচাবা অদু মাংহনবা পাম্লমদে। শ্বামীনা মফম অদুদা কোইনা চৎপা মতমদা ঐহাক মহাক্কি মতুং ইল্লম্মী। Swedish Gentlemen অমসু ঐখোয়গা লোয়নবম্মী। শ্বামীনা শো থিংজিনবা কা অমা থেংনবম্মী। মহাক্না মপু অদুদা

মদু হাঙদোক্লবা হায়বন্মী। মপু অদু হাইবগ জ্ঞান মাংনা উবন্মী মবমদি কা অদুগী মনুংদা মখল মখা কয়াগী পোৎ-চৈশিং পৈদুনা লৈবন্মী অমসুং মত্তাল ফংবা ঙম্লমদে, মল্লন্মী। মহাক কিবা ফাওবন্মী মদুদি মদুদা চংলুববদি শোকপা পনবা থোকপা য়াই। মবম অসিনা মহাক্লা অপিকপা টৌর্চ অমা পুবক্লন্মী অমসুং অকোইবগী ফিভম উৎলন্মী। ইখঙ খঙহৌদনা শ্বামীনা হাযবন্মী, "কবিগীনো নহাক্লা থোঙজিন্দা লেপ্পিবা, খুদক্তা মনুংদা চংউ।" মহাক্লা অসুম্লা হেক হায়বগা নুমিৎনা মনুংদা ঙাল্লন্মী। অথন্নবা কা অদুখক্তং নুমিৎকী মঙাল লৈবন্মী। থুনমক ঐখোয় মপাল থোবকপা মতমদা কা অদু মমখিবন্মী। ঐহাক্লা অসিগুম্বা থৌদোক অনি অসিগী মবমদা ব্রাবী লিবিবগী মবম বাবা মহৌশাবু ফজনা লাকশিন্না শিজিন্নবা ঙমই। শ্বামীনা মখল-মখা কয়াগী পোৎ পুথোকপা ঙম্বগুম মখোযসু ঙন্মী। অদুবু তশেংবদি মখোয় ঙম্বা নত্তে। কনামত্তনা মহৌশাবু লাকশিনবা ঙমদে। বাবাগী শক্তিনা মহৌশাবু লাকশিনবা ঙম্বা অসিসু মাযা কৌই।

বোম্বেদা অতোপ্পা থৌদোক অমদা বাবানা খুৎ থাঙ্গৎতুনা মান্নবা মওংদা নোং তাবকপা লেপহন্নখিবন্মী। পূম্নমক্লা নিংশিংলমগনি মদুদি বাবাগী মপোক নুমিত্তা নোং অকনবা মওংদা চুখিবন্মী পুত্তাপার্থিদা পালন তৌবা মতমদা অদুবু শ্বামীনা কবিগুম্বা অমত্তা পায়খৎলমদে। অসিগুম্লবা তাংনা থোকপা থৌদোকশিং অসিনা ঐখোযবু ধর্ম হায়বসি কবিনো, অবতাব হাযবসিনা কবিনো অমসুং মাযানা কবিনো হায়বা ব্রাখল খলহল্লি। ঐখোয় শ্বামীদা হংজবন্মী কবিগীনো অসিগুম্লবা মী লিশিং লিশিং তিল্লবা মপোক কুমওন পালন্দা নোং লেপহন্দ্রিবনো হায়না। মহাক্লা পাউখুম পীবক্লন্মী, "মবমদি ভক্তপুম্বনা মখোয়গী মমা অমসুং নপাদা ব্যবহাব তৌদে, অমসুং নখোয়না ঐঙোন্দা অতম্মনা ব্যবহাব উৎলি। নখোয়গী হকচাং অদুশী অপোকপা নমা অমসুং মপাদা ব্যবহাব উত্তে।" অদুগী মতুংদা ঐখোয ভাব তাবা হৌবক্লন্মী মদুদি ঐখোয়গী মবক্তা কনাগুম্বা অমত্তনা সমাধিদা চৎলমদে, মফম অদু শেংদোক্লবা তৌদে। মসি ঐখোয়না খঙবা য়াববা পাবা অমনি। ঐখোয় ঐখোয়গী ইমা ইপাবু ব্যবহাব তৌবতা নত্তনা অসিগুম্বা সংস্থান অসিনা মফম অসি চেকশিনফম থোকই। মবমদি ঐখোয় খবখক্তনা মসিগী মবমদা ব্রাখল খন্থকবা তৌদবনা জগৎ অসি অব্রা অনা নংলিবনি। পৃথিবগী তোঙান তোঙানবা মফমদগী লাকপা ভক্তশিং অকনবা নোংচুবনা মবম

ওইদুনা অরাবা নংলম্মী। ঐখোয়না খঙবা য়াববা পাবা অমদি কনাগুম্বা লৈবাক অমা, স্টেট অমা নত্রগা ময়োল্ল ওইবা মফম অমনা লমচৎ শাজত্তা নিয়মগী রাংমদা চপ্পববা অদু ওইরবদি লৈবাক শিঙ্গুংনা অমসুং সংস্থান পুম্বা অরাবা মায়োক্লবগনি। অদুগুম্বা মরম লৈবনা ঐখোয়না মতম পুম্বগী ওইনা রাকম অসি হায়দুনা লাক্কি মদুদি ঐখোয় অবানবা অমা তৌবা মতমদা ঐখোয়পুম্বা অরাবা থেংনগনি। মসি কয়াবক হন্না হৌখিবা মতমদা থোকখ্রবনি। পুম্নমক অসি রাখলদা ঐখোয়না খষ্ক্রগা ঐখোয়গী ধর্ম শাগৎপনি। ঐখোয় অমুক্তং মহাকপু ঈশ্বরনি হায়না লৌববদি, ঐখোয় ভাব তানা মহাকপু ঈশ্বরনি হায়না থম্মোয়দা চেংনা কোল্লগনি, অদুগী মতুং তাবকপদা ঐখোয়গী পুন্সিদা মায়া লৈবরোই।

অমুকখক শ্বামীনা ঐখোয়দা হায়বম্মী, কবিগীনো প্রজাশিংনা ঐনা মায়াগী শক্তিনা পোৎ পুথোকপদা অসুক্কি মতিক ঙকপা ফাউবিবা ?" ঈশ্বরনা খুদিংমক তৌবা ঙম্মি খঙবা মতমদা নখোয়না ঙকপা ফাওবিবগী মরম কবিগীনো ?" অদুগুম্বা পোৎশক অদু লৈবননি নহাক্না মখা তাথনা থবক নোক্লিবা । ঐখোয় ভগবান্না তৌবা থবক খুদিংমক্তা ঙকপা ফাওবোইদবনি। মসি মীওইবা ঐখোয়না লৌশিনবা ঙম্বগী রাংমদনি, মরমদি মহাক ঈশ্বরনি অমসুং ঐখোয়গী থাজবা মহাক ঈশ্বরনি হায়বা জ্ঞান অসুম অসুম য়াংবা হেক্সংহনগনি। ঐখোয় ভগবানগী কৃপানা আফ্রিকা চৎলম্মী অমসুং মহাক্না মফম অদুদা লৈবম্বা প্রজাশিংগা উন্নদুনা রাবী রাতাই শাবম্মী। শ্বামীনা মীনাই নুপী অমা মহাক্কি মনাওনুপীগা লোয়ননা কৌবম্মী। ঐখোয়পুম্বনা হায়বম্মী, "শ্বামী, মখোয় লাক্রোই।" মহাক্না হংলক্লম্মী, "কবিগীনো ?" ঐখোয় পাউদুম পীবম্মী মদুদি মখোয় লমদম অদুগী আফ্রিকাগী লোল নত্তনা অতৈ অতোপ্পা অমত্তা খঙদে। মহাক্না হায়বম্মী, "মদু দবকাব ওইদে।" ইন্টর্ভিউ অদু লোয়ববা মতুংদা মচিল মনাও অনি অদু চেম্মোবক্লম্মী রাহৈশিং অসি হায়বদুনা মদুদি বাবা মখোয় লমদমগী লোল খঙই হায়না। শোক ১৯৬৮ দা ঐহাক থেংনখিবম্মী মদুদি বাবা লোল পুম্বা লোয়না খঙই। অতোপ্পা মায়া অমমুক লৈবে। ঐহাক্না মফম অসিদা শ্বামীনা পাঙথোকপা মীওইবা জাতিগী মায়া পুম্বগী পাউদম পীজবি। ইংনা চিক্না মোং হাদনা লৈবা হায়বসিনা মক ওইবা থকশি খাশিগী নিয়ম ওইবে। অসিগুম্বা থৌদোক অসি থোকখিবা মতমদা কদাইফাওবা চাং য়ৌবগে হায়বা অকা অকুমগী মরমদা ঐহাক খঙবা তৌদে।

কমুনিস্ট অমা মফম অসিদা লাক্লম্মী ঐহাক বাবাগা কমুনিষ্ট অদুগা উন্নবা খঙলম্মী। মহাক অদু মফম অদুদা ইংনা চিক্লা লৈবম্বা ফিভম পুলিস য়াওদনা লৈবম্বা উকবদা ঙকপা ফাওবম্মী। তাঞ্জাদুমক্তদা ভাবতকি মফম অয়াম্বা খৎন-চৈনবনা পীক থল্লম্মী। মহাক্লা হায়বম্মী, "নখোয়না মতৌ কবম তৌদুনা পুলিস য়াওদনা মীয়াম লাকশিনবা ঙম্লিবনো ? মতৌ কবম্মা মীয়াম অসি ঈংনা চিক্লা লৈবিবনো ?" ঐহাক্লা হায়বা মতমদা বাবা ঈশ্বরনি অমসুং মহাক্লা খুদিংমকপু লাকশিনবা ঙম্মী, মহাক ব্রাখল খনবা হৌবক্লম্মী মদুদি, ব্রাফম অসি মপুং ফানা চুমই মদুদি কনাগুম্বা মীওই অমনা থাঙ্গৎশেংনমক মী খুদিংমক্কি পূক্লিংবু লাকশিল্লি, অদুনা মবম ওইদুনা মী লিশিং লিশিংগী মবক্তা নিলখোংবা তৌদনা ঈংনা চিক্লা লৈবিবনি। ঐখোয় ঈংনা চিক্লা লৈবা মতৌ থেংনবম্মী, অদুবু ঐখোয় মতৌ অসি বাবাগী মায়ানা খোকহনবনি হায়না মাইগৈ অদোমদগী য়েংলগা উবা ঙমদে মবমদি ঐখোয় ধর্মগী থাজবা মপাঙ্গল কনখৎহনবনা ওইগনি খল্লি। মসি শ্বামীগী থবক থৌওংননি। মহাক্লা মদু, তৌবা ঙম্নবদি, মহাক্লা জগৎ পুম্বা লাকশিনবা ঙম্বদা থোইনা ঙক্লিংঙাই ওইদে। মহাক্লা হায় মদুদি মহাক জগৎ পুম্বা শেম্নবিবনি।

ঐখোয় বাবাগী অসিগুম্বা মাযা ফজনা ভাব তাবা তাই অমসুং ঐখোয়গী ভাব তাবগী শক্তি মখল মখা কয়াগী পোৎলমশিংদা শিজিন্নগনি অমসুং চিংনবা পুম্বা ঐখোয়দগী লৌথোক্কনি।

# লাংওনগী মায়া

Justice P N Bhagawati

শ্বামীনা মহাক অবতাবনি হায়দুনা তশেংনা লাউথোক্লম্মী। হৌজিক ঐখোয় পুম্বনা খঙলে ঈশ্ববনা মপোক ওল্লকপনি। অদুবু ভগবানগী অতোপ্পা গুণ অমদি মাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থৌদোক কয়া হায়বদি অতে মীওই কয়াবু পুন্সিদা চাউনা ওনহলবা ঙম্বগী শক্তিনি। মসি ওই, তৌবগুম্মা, মহাক্না শোক্লবা পোৎ খুদিংমক সনা ওল্লি। ঈশ্বব লৈতে হাযনা খনবা ধর্ম থাজদবা মীওইশিং শ্বামীগী মনাক্তা চৎলুবা মতমদা মখোয় মশাদা য়াউবম্বা অমোৎ অকাই শেংদবা পুম্বা লৌথোকপীবম্মী অমসুং লূববা ব্রাখলগী মচাক কয়া হাপচিনবিদুনা ধর্ম চেনবা ঈশ্বববু থাজবা মীশকশিং ওইনা ওম্হোকপীবম্মী অমসুং ভক্তশিং ওইখিবম্মী। ঐহাক নখোয়দা খুদম ওইবা যাবা থৌদোক অনিখক্তং লাম্হোক্কে, অমনা R K Karanjıa, মেগাজিন Blitz গী ইডিটব। মহাক ধর্ম থাজদবা মীশক্নি, ধর্ম থাজদবতা নত্তনা বাবাবু হন্দুনা ঙাংবা মীশক্নি। মতম অদুদা মহাক্কি মকপ খবনা মঙোন্দা হাযবম্মী, "নহাক কবিগীদমক্তা পুত্তাপার্থিদা চৎত্রিবনো অমসুং মতম খবা লৈকদ্রিবনো অমসুং মতম অদুদা নহাক নুংঙাইবা ফাওদ্রবদি নহাক্না ইনিংবা মওংদা ইবা যাগনি।" অসুম তৌদুনা Karanjıa মফম অদুদা লাক্লম্মী অমসুং শ্বামীগা নুমিৎ হুম্নি লৈমিন্নবম্মী। মহাক মপুং ফানা ওনখিবম্মী। মহাক শ্বামীগী য়াম্না থাজববা ভক্ত অমা ওইখিবম্মী অমসুং মহাক্কি মেগাজিন Blitz দা মতম খুদিংমক্তা লামাই অমদা শ্বামীগী ধর্মগী পাউতাক্কি মবমদা ইদুনা য়াওবা থেংনগনি। বাবানা মীওইবগী পূক্নিংগী ফিভম, তৌথোবকপা থৌওং, থম্মোয়বু ওলহল্লি।

অতোপ্পা খুদম অমামুক লৈবে। চহি ২ গী মমাংদা Sathya Saı Hospital দা মীৎকি লায়েং চথনবা অফবা মখলগী মেছিন য়াম্না দবকাব লাক্লবা মতম ওইবম্মী। লণ্ডন্দা লৈবা ডাক্তব Upadhayay শ্বামীগী থাজববা ভক্ত ওইবম্মী।

মহাক মতম অমদা ইংবাজীমচা Dr Eric Arnott কি মখাদা থবক তৌবম্মী অমসুং মহাক পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা মীৎ লায়েংবা ডাক্তব ওইবম্মী। Dr Upadhayay মেছিন অদু Super Speciality Hospital দা পুবক্লবা থৌবাং তৌবম্মী। মহাক্লা Dr Eric Arnott পুসু মফম অদুদা লাক্লবা হায়বম্মী মবমদি মহাক্লা মতৌ কবম তৌদুনা মেছিন অদু চলাইগদবনো হায়বদু ঐখোয়গী প্রজাদা তম্বীনবগীদমক্তনি। Eric Arnott তা চঙজবা মতমদা, মহাক্লা হায়বম্মী, "ফবে ঐ লাক্লগে অদুবু ঐহাক Five Star হোটেলখক্তদা লৈগনি।" Dr Upadhayay না পুত্তাপার্থিদা Five Star হোটেল লৈতে হায়বম্মী অমসুং মদুগী থৌবাং তৌনবা উপায় লৈবোই। মদুগী মতুংদা Dr Arnott না হংলক্লম্মী, "কবম্না সহবগা খ্বাইদগী নক্লবগে ? ঐহাক নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা মফম অদুদগী কাবদা চংক্কনি।" Dr Upadhayay না মঙোন্দা হায়বম্মী বঙ্গলোবনা খ্বাইদগী নক্লবা সঙবনি অমসুং সবক অদুসু কেম্ব্রীজদগী লন্ডন যৌবগা মান্নদ্রে মদুদা চঙগদবা মতম পুং ১ গা মখাইখক্তনি অদুবু মফম অদুদদি পুং ৩ চংগনি। অদুগী মতুং Arnott না হায়বক্লম্মী, "ঐহাক First Class খক্তদা চংকনি। ঐ হন্নবা থাক্তা চংলোই।" Dr Upadhayay ঈশ্বরগী থৌজাল মঙাইবে হায়দুনা খল্লম্মী। Dr Eric Arnott, মহাক্কী নুপী অমসুং Dr Upadhayay London গী Air India Desk তা চোক তৌননবগীদমক্তা চৎপা মতমদা, মফম অদুদা লৈবম্না ওফিসাব অদুনা হায়বম্মী, "ঐখোয়গী ফেক্স অমা ফংলে মদুনা নহাক অমসুং নহাক্কি নুপীবু First Class তা upgrade তৌনবা।" কনানা খঙ . ন, কনানা থাবকপা ফেক্সনো ? মখোয় অনিমক ফার্স্ট ক্লাসতা অপগ্রেড তৌবম্মী অমসুং বোম্বে ফাওবগা বঙ্গলোবদা থুংলম্মী। মখোয় বোম্বেদা থুংবা মতমদা Dr Eric Arnott পু Air hostess অনিখক্লা লৈ শবেং অমসুং লৈ পায়বগা ওক্লবা ঙাইদুনা লৈবম্মী। অমুক হন্না, কনানা খঙগনি মদু কনাগী থৌশিলনো ? মহাক্লা মফম অসিদা লাকপা মতমদা ডোক্টব অদুগী whisky লিক্কি তকক য়াওবক্লম্মী। মহাক্লা মদু টেক্সি মনুংদা থল্লম্মী অমসুং হায়বম্মী, "ঐহাক য়ু থকত্রবদি চৎপা শুমদে।" মসিগী মবমদা Dr Upadhayay খমথেংনা বাবম্মী। অবস্থা অসি কদম্না থেঙনগনি ? অমবু ওইবে অমবু ওইবে মখোয় থেংলপ্রা থুংলম্মী অমসুং মখোয় টেক্সি অদু গনেশ

গেটতা ওাইদুনা লৈহল্লম্মী। মখোয় পুন্না মনুংদা চংলম্মী। শ্বামী থুনমক মী উন্নফম কাদগী মপান্দা থোবক্লম্মী। থুনমক শ্বামীনা Dr Eric Arnott উবগা, মহাক্না হায়বম্মী, "হোয়, ডোক্তব লাক্লেদনা।" শ্বামীনা Dr Arnott কা লোয়ননা Dr Upadhayay বু মনুংদা পুশিল্লম্মী। হৌজিক Dr Arnott খোঙ্গাই চন্দুনা ফম্না লৈনবমদে। মহাক মখোঙ শাংনা তিংথোক্লম্মী। Dr Upadhayay না Dr Arnott তা অদুম্না তৌগনু হায়বম্মী। শ্বামীনা হায়বম্মী, "তুমিন লৈয়ু, ব্রা ভাংগনু। নহাক কবিগুম্না অমত্তা হায়বা তৌগনু।" মতম অদুদা মফম অদুদা অতৈ ভক্ত কয়ামকমসু লৈবম্মী। শ্বামীনা ভক্তপুম্বদা বাবী শাবম্মী অমসুং Dr Arnott তা ওনশিল্লম্মী অমসুং হায়বম্মী, "নহাক ঐগা লোয়ননা ওঁম শোনসি।" অসুম তৌদুনা শ্বামীনা ওঁম শোল্লম্মী অমসুং মহাক তাবম্মি। থুনমক মহাক্না ওঁম হায়বা ব্রাতৈ অসি শোনবগা খুদক্তা মখোঙ চিংশিনখিবম্মী অমসুং খোঙ্গাই চন্না ফম্লম্মী। অদুগী মতুংদা শ্বামী Dr Arnott তা বাবী শাবম্মী অমসুং হায়বম্মী, "মথংগী অয়ুক্তা নহাক ওপবেসন হৌবগদবনি"। মী উন্নফম কাদগী মপান্দা থোক্লকপা মতমদা Dr Upadhayay না Dr Arnott না হায়বম্মী, "হৌজিক এখোই চংপা যাবগনি।" অদুবু Dr Arnott না হায়বম্মী, "বানিংঙাই ওইদে, ঐহাক মফম অসিদা কা অমদা লৈবগনি। ঐহাক্না লৌখিবা অর্থদি শ্বামীনা পীবা কা অমদা লৈবগনি।" অমসুং মতুংদা Dr Upadhayay না হায়বম্মী, "নহাক্কি whisky bottle অদুনা কমদৌবা ?" মহাক্না পাউখুম পীবম্মী, "পুম্নমক অমুক ট্রৌক্সি ড্রাইভব অদুদা পীথোকখ্রে।" মথংগী অয়ুক্তা মখোয় শ্বামীগা উন্নবম্মী। মহাক্কি নুপীসু মহাক্কা লোয়নবক্লম্মী। শ্বামীনা শুনতবংদগী লিকমবি অমা পুথোক্লুনা মহাক্কি নুপীদা পীবম্মী অমসুং ডোক্তব অদুদনা খুদোপ অমা পীরম্মী অমসুং মদুগী মতুংদা মখোয় মন্দিব থাদোক্লম্মী অমসুং হোস্পিটাল মাইকৈ পাংল্লম্মী। শ্বামীনা মঙোন্দা হায়বম্মী, "নহাক থৌজাল হৈবা মীশক্কি অদুবু নহাক মীওইববু সেবা তৌ।" অমসুং অসুম তৌবনা মবম ওইদুনা ডাক্তব অদু মপুংফানা মহাক্কি পুন্সিদা ওনখিবম্মী - Dr Eric Arnott । মসি থাজনিংঙাই ওইদবা পোংশক্কি । কবিগুম্না পোংশক খবা হেল্লোইগী বাবীগুম্না। অদুবু পুম্নমক শ্বামীনা ওইহনবনি মহাক্কি শ্বাইদগী চাউবা মায়াদি খুদোপ, লিকমবি

অমসুং অতৈ পোৎলম পুখোকপনা নত্তে। মহাক্কি খ্বাইদগী চাউবা মায়াদি মীগী পুন্সিদা চাউনা ওলহনবা ঙম্বা, তৌথোবকপা থৌওং কয়াগী মবমদনি। অদুমক অবতার অমগী ওইবা গুণনা পাঙথোকপনি অমসুং ঐখোয়না ইকোক নোম্না খুকমজবগী মবম অদুমক্কনি নুপা অমসুং নুপী পুম্বগী লাইযক লেপ্লিবনি। অসিগুম্বা থৌদোক অসিদা শ্বামীনা মীওইবা জাতিগী তৌথোবকপা শাজৎ মওংদা চাউনা অহোংবা পুবকখিবনি।

শ্বামী পৃথিথক্তা কুমথবীবক্লম্মী। মহাক্না পাঙথোক্কে খল্লিবা ৱাফমদি মীওইবা ঐখোয় খুদিংমক্কি থম্মোয়নুংদা লুনা লৈবিবা ধর্মগী মবমদা মঙাল পীবিদুনা মীকপ থোকহনবনি, ঐখোয়গী অশেংবা লমচৎ শাজৎ তশ্বিবনি, ঐখোয় ঈশ্বরগা কবম্বা মবী লৈনফম থোকপগে খঙহনবনি। মহাক্না খোঙদাবকপগী মবম মীওইববু লানবিনবনি। হৌখিবা চহি খবসিদা, চহী ৫০ গী মনুংদা ঈশ্বগী থৌদাং পাঙথোক্নুনা লাক্লি। ঐহাক্কিদমক্তদি, ভগবাননা কাওবা ঙম্নবোইদবা থৌজাল পীনবিদুনা, মঙ্গলগী ঈবিক খিকথবীবি।

শোক ১৯৬৯ মে থাগী তাং ১৫, ঐহাক ভাবতকি নোংচুপ সমুদ্র খোঙবান শ্বমথেংনা লৈবিবা গুজবাত ষ্টেটকি চিফ জষ্টিস ওইবিঙৈদা ইগান হান্না বাবাগা উন্নবম্মী। ঐহাক বাবানা মফম অদুদা মে তাং ১৫ দা লাক্কনি হাযবা তাবম্মী, অদুবু মমাংদা ঐহাক কৈদৌঙৈদা বাবা উখিবা লৈখিদ্রি। ঐহাক কৈদৌঙৈদা মহাকা থেংনদ্রি। ঐহাক অসুম্না তৌবনা কবম্বা মখলগী পাবা ফংবা ঙমগদৌবিবনো হায়বা খঙবা ঙমদে। ঐহাক বাবাদা চিঠি অমা ইজবম্মী মঙোন্দা হায়জবম্মী ঐহাকা লোযননা লৈমিন্ননবা অমসুং ঐহাক্কি যুমদা পোখানবা। মহাক নোংমাখক্তংগী লাক্কদৌবিবনি। অসুম তৌদুনা অমসুং য়েংউ। ঐহাক্না হাযজবা মহাক য়্যাবিবম্মী। মহাক মেগী তাং ১৫ দা অহমাদাবাদতা লাক্লম্মী অমসুং ঐখোয পুম্বা মহাকপু ওকপা Airport তা চংলম্মী। হৌজিক ঐহাক নখোযদা পাউদমগে মবমদি ঐহাক মতম কুইনদগী শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত অমা ওইবক্কি অমসুং মহাকপু নিংজবা মীশক্কি। কবিগুম্বা থৌদোক খবদা ঐহাক শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা কপখিবম্মী। অদুবু নুমিৎ অদুদা শ্বামীনা এবোপ্লেনদগী কুমথবকপা মতমদা, ঐহাক ইশামক ঐহাক্কি কৃষ্ণ লৈবে হায়বা ৱাখল ফাওবম্মী। মহাক ঐখোয়গা পুন্না নোংমা

লৈমিন্নবন্মী। মসি থোইদোক হেন্দোক্না ধর্মগী ওইবা থেংনবকপা জ্ঞাননি, শুগাইনা তাকপদা অকনবা পোৎশক খবা ওইবন্মী।

মদুগী মতুংদা, চহি অদুদা ঐহাক Dassera গীদমক্তা ঐহাক পুত্তাপার্থিদা চংলন্মী। ঐগী কাব লৈবমদে। অসুম তৌদুনা ঐহাক বঙ্গলোবদা থুংবা মতমদা, ঐহাক জস্টিস Gopi Vallabh Iyengar, Karnataka High Court কি জজ, ঐহাকপু পুত্তাপার্থিদা পুননবা হায়বন্মী। জজ অদু অমসুং মহাক্কি নুপী অনিমক শিবদি সাই বাবাবু থাজবা ওইবন্মী। কাব মনুংদা মহাক্কি নুপীনা ঐঙোন্দা হায়রক্লন্মী মদুদি মহাক কবিগুম্বা থৌদোক অমদা Major operation অমা তৌবন্মী অমসুং মদুনা মবম ওইদুনা মহাক খমথেংনা বাবন্মী, সিবদি সাই বাবা মহাক্কি মঙদা লাক্লন্মী অমসুং হায়রন্মী, "ব্রাগনু, মশা চথৌ, ঐহাক্না নহাক্কিদমক য়েংশিনবীগনি।" অদুগী মতুংদা মহাক লেন্দুনা ওপবেসন চথবন্মী মসি মাই পাক্লন্মী। মসিমক্কি মহাক্না কাব মনুংদা হায়খিবা ব্রাহৈশিং।

মতম অমদা ঐখোয় পুত্তাপার্থিদা থুংলন্মী। মতম অদুদা মফম অসি অপিকপা ওইবন্মী [illegible] অদুসু মতম অদুদা শাবমদে অমসুং হেল অসিসু ইনা কুপ্পা ওইবন্মী, মদুবু ঐখোযনা কাচা য়ুমথক কৌবন্মী। Gopi Vallabh Iyengar, মহাক্কি নুপী অমসুং ঐহাক Verandah দা ফমদুনা লৈবিঙেদা, শ্বামীনা [illegible]মী, "কবম্বা মতমদা নখোয় লাকপগে ?" ঐহাক্না হায়বন্মী, "শ্বামী ঐ অমুক্তা লাক্লন্মী।" শ্বামীনা হায়বন্মী, "ফবে মনুংদা চংলকউ।" ঐনা হায়বন্মী, "শ্বামী, জজ অসিসু ঐহাক্না লোয়ননা লৈবে, কবিগুম্বদা মহাকপু ঐগা লোয়ননা চংজবকপা য়াগদ্রা ?" মহাক্না হায়বন্মী, "হোয, মহাক মহাক্কি নুপীগা লোয়ননা পুশিল্লকউ।" ঐখোয় ফমথবগ্যা থুনমক শ্বামীনা মহাকি নুপীদা ওনশিল্লন্মী অমসুং হায়বন্মী, "ঐহাক্না নঙোন্দা হায়খিদবা নত্তা নহাক্কি ওপবেসন মাই পাক্তা পাঙথোক্কনি হায়না ?" মসি তশেংনমক থাজনিংঙাই ওইবমদে। ঐহাক্না অসুম্না লৌই শ্বামীবু থাজদবা মীওই পুম্বা মখোয়দা মওং অমদা ঙকপা ফাওবমগনি। শ্বামীনা নুপী অদুগী মঙদা সিবদি সাই বাবা ওইনা শক উৎলন্মী। হায়বিবা ব্রাফম অসিনা শ্বামীগী মবমদা থেংনবকপা লৌশিংগী মবমদা অবোইবা ওইবোইদৌবি। মতম পুম্নমক্তা শ্বামীনা ঐঙোন্দা নুংশিবিবা অমসুং থৌজাল উৎপীদুনা লাক্লন্মী।

ঐহাক্কি মীৎ অনিগী মনুংদা অমা ঈ লেপ্পা লৈতনা থোক্লম্মী। মসিনা মবম ওইদুনা ঐহাক্কি মীৎ অনিমক শোকহল্লম্মী। ঐ খুদক্তা স্বামীগী নাক্তা চৎলম্মী। মহাক্না তাকপীবম্মী বাবা তৌকগনু হায়না অমসুং মহাক্না শুনতবংদগী গুলি খবা পুথোক্লম্মী উপু মচা অমদা য়াউবা অমসুং হায়বম্মী, "নহাক নোংমদা গুলি অমা চাগদবনি।" ঐহাক গুলি অদু চাবম্মী অমসুং মতুংদা ঈ থোকপা লেপখিবম্মী। মখা তানা শোকচিল্লকপগী ৱাফম লৈবমদে। ঐহাক্কি মীৎ তাংলগদবা ফিভমদা লৈবন্দু বাবানা থিংলম্মী। মহাক্না ঐবু কনবিবম্মী। মতম অমদা ঐহাক অমসুং ঐহাক্কি নুপীগা লোয়ননা স্বামীগী নাক্তা চৎলম্মী। ঐখোয় অনিগা লোয়ননা স্বামী উন্নফম কাদা লৈবম্মী। ঐহাক্কি নুপীনা স্বামীদা ৱাফম অমা থাংজিল্লম্মী, "স্বামী, মতম খুদিংমক্তা ভগবত্তি লংফে চৎতুনতা লৈ অমসুং মহাক নাইতোম তাই।" ঐহাক পৃথি শিজুংনা চৎলি। অসুম তৌদুনা স্বামীনা হায়বম্মী, "কনাগুম্বা অমত্তা নাইতোম তাবোই। ঐহাক মতম খুদিংমক্তা মহাক্না লোয়নদুনতা লৈ। ঈশ্বরনা হকথেংননা মহাকপু কনবিবদগী হেনবা কবম্বা খবা হেন্না চাউবা পান্থে লৈফম থোকপ্রা ?

স্বামীনা ঐহাকপু খুদোংথিবদগী হন্না হন্না কনবিখিবা খুদম কয়ামকম লৈবে, মসিবু নৌহৌননা শিংথাকবগী ওইথোকপা মবম লৈবোই। ঐহাক্না পনগে খল্লিবা ৱাফমদি স্বামীনা তোইনা মহাক্কি মপাল নাইদ্রবা থৌজাল ঐঙোন্দা হাপ্লিদুনা মঙ্গল পীনবীবম্মী অমসুং ঐহাকখক্তা নত্তনা অতৈ মীওইশিংদসু পীনবী। মহাক্না পিবিবিবা মঙ্গলগী থবক মহাক্কি ভক্তখক্তদা তুংদুনা লৈতে, পূম্নমক্তসুনি। মহাক্কি মঙ্গল জগৎ শিজুংনা শন্দোকই। মবমদি মহাক Sarvajna, Sarvavyapi, Sarvashaktimani, Omniscent (পূম্নমক খঙবা উবা ঙম্বা), Omnipresent (জগৎ শিজুংনা য়ৌবা ঙম্বা) অমসুং Omnipotent (শক্তি পূম্নমক্কি তুংনফম ওইবা) ওই। মহাক্না কয়াবক হন্না হায়বা ৱাফম অমা, "নহাক্না খোঙথাং অমা ঐঙোনলোমদা চংশিল্লক্লবদি, ঐহাক নঙোল্লোমদা খোঙথাং তবা চংশিল্লক্কনি। নহাক নুংশিবা হায়বা পোংশক্কুনা তিল্লবা শক্তমনি। মহাক্কী অবতাবগী পান্দম নুংশিবনি, অমসুং মহাক্না জগৎকি মীওইবা পুম্বদা নুংশি ঈবিক খিকপিবি মদুদি মহাক মীপুম খুদিংমক্না মহাকপু নুংশিবা পাম্মী অমসুং মহাক্না ঐখোয়দা ঈশ্বর মী খুদিংমক্তা লৈবনি খউঙ হায়না তাকপী।

ঐ মতম অমদা শ্বামীগী কা মনুংদা লৈবম্মী, অমসুং ইবানিয়ান নুপী খবা লাক্লম্মী। শ্বামীনা ইবানিয়ান নুপী অমদা হংলম্মী, "ঈশ্বর কদাইদা লৈবগে ?" মহাক্না শ্বামীদা খুদোঙ্গী থিল্লম্মী অমসুং হায়বম্মী, "নহাক ঈশ্বরনি।" অসুম তৌদুনা শ্বামীনা হায়বম্মী, "নহাক নশামকসু ঈশ্বরনি - নখোয় পুম্না ঈশ্বরনি। নখোয় খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈবিবনি। নহাক ঈশ্বরনি হায়বা নশামক্না খঙবা ঙমদবদুনি। ঐখোয় পুম্নগী পূক্কিং, হকচাং, বাখল লৌশিংগী চয়েংনবা অমসুং মদুখক্তদা মপুং ওইনা নপশিন্দুনা লৈবনা ঐখোয় মদুদগী তোঙান তানা খাইদোক্না থম্না ঙমদে অমসুং অশেংবা ঈশ্বরদি ঐখোয় খুদিংমক্কি হকচাং মনুংদা লৈবনি।

# সত্য সাই বাবানা খোঙদারকপা

Vinayak Krishna Gokak

সত্য সাই বাবানা হায় মহাক মশামক শিবদি সাই বাবাগী লাংওন্নি, মহাক্না শিগ্রবা চহি ৮ গী মতুংদা পোকপা, মদুদি মহাক মশামক চহি ৯৬ হিংলপ্লবা মতুং কর্নাতকা ষ্টেটকি মনুংদা লৈবা মানদ্যা ডিষ্ট্রিক্টকী খুঙ্গং অমদা প্রেম সাই ওইনা অমুক মপোক ওন্দুনা পোক্লকখিগনি। হিন্দু ধর্মগী থাজবা মতুংইন্না আত্মা অনৌবা মপোক লাংওন অমদা অমুক হন্না পোকই হায়বা ৱাফম, চুমহি নত্রগা লাপ্লি হায়বা খন্ননিংঙাই ওইবা মবম ঐখোয়গী মাংদা তাদুনা লৈবে, হাযবিবা ৱাফম অসি খৃষ্টানশিং, মুসলিমশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পা ধর্ম চৎপা কাঙবুনা য়াবা ওন্নমদে।

অমসুং মসিনা ঐখোয়গী থাজবগা অমসুং থেংনবকপা থৌদোক কযাগী লৌশিংগী মবক্তা অহাংবা অমা লৈবগুম উৎহল্লে। ধর্মদা অচেৎপা ফিবেপ লৈবা পুম্বা মশামক্তা থেংনবকপা চিংননিংঙাই ওইদবা তানশিল্লকপা জ্ঞানদা যুম্ফম ওই অমসুং তৌগদবনি। Socrates না হু য়াওবা কপ অমা থক্লম্মী হবাউনা অমসুং শিবম্মী. মদু মহাক্না মীওইবগী আত্মা ওমব নত্তে শিব নাইবনি হায়বগী ইচম চম্বা ৱাখলদা নত্তনা অদুবু মদু মহাক্না অচেৎপা ফিবেপ্পা মবম ওইদুনা মীকুপ্তা লাকপা লংখৎনা ফাওবকপা ৱাখলগী ঈথিলননি। পুম্নিগী য়াওলনা মবম ওইদুনা ধর্ম খুদিংমক নাৎকি ওইবা চৎনবী লৈগনি, মদুগী মতেংনা মীওইবগী আত্মানা ওন্না চৎলি হায়না থাজনৈ, নিশিংনবম্মী, থেংনবম্মী অমসুং মদুবু থাইনগী লময়ানবা কাঙবুনা বেকোর্ড তৌবম্মী। অতোপ্পা ধর্মগী মচাকশিংসু মান্নবা মওংদা অসুম্না লৌবমগনি। অচুম্বা থিবিবা মীশক অমনা মহাক্না থেংনবকপা অমসুং তানশিল্লকপা জ্ঞানগী লৈমাইথক্তা খোঙফম চেংনা লেপকনি। অদুমওইনমক, মহাক্না থাজবিবা ৱাফমগী ওইথোকপা য়াবা মবম খুদিংমক ইশিন্দুনা থমগনি

মহাক্কি মমাংদা মবমদি থাইনগী লময়ানবশিংনা মখোয়না থেংনবকপা থৌদোক কয়াবু ইশিন্দুনা থমগল্লি। বাবানা মহাক্কি আত্মা জ্ঞানগী মতেংনা শিবদি বাবা অমসুং প্রেম সাই লাওংগী মতাংদা শুগাইনা হায়। মহাক্কা অসুম্না হায়বসি ঐখোয়গী পূক্নিংগী ওইবা মীৎকি মমাংদা থমই, হৌখিবা মতমদা ঐখোয়না থাইনগী লময়ানবশিংনা পল্লম্বা থাজবা পুম্নবু ঐখোয়না নুংশিনা কন্দুনা য়োক্লুনা থম্বা মতৌগুম। লাইনিং পবৈ চেৎলবা খৃষ্টিয়ান অমসুং মুসলিম লাইনিংবশিংনা অসিগুম্বা থাজবা অসি অর্থ হনবা ঙমগনি মখোয় মখোযগী হৈনজবী লোন্দাদা। অসিগুম্বা চাউববা লাংওন অহুম অসিগী মরমদা মখোয়না অপুনবা শক্তমনি হায়না আত্মাগী ওইবা শাগৈ অমত্তগী চাথাং শুথাং মবিনি হায়না খনবা ঙমগনি।

বাবা পোকপদগী হৌবদুনা মহাক্কা তৌবিবা থবক খুদিংমক চুমই হায়বা খঙলম্মী। মহাক্কা হায়খিবদু মসিনি। অসিগুম্বা লাউথোকপা অসি চহি ১৩ শুবকপা মতমদনি মবমদি অদুগুম্বা মীকুপ অদু থুংলবনা মবমনি। শিবদি বাবানা মহাক্কা শিবা মতমদা সত্য সাই ওইনা হল্লকখিগনি হায়না হায়বমদে। অদুবু মীযাম্না ফজনা খঙনববা ব্রাফম অমনা শিবদি সাইগী লাইনিং পবৈ চেৎলবা ভক্ত খবখকনা সত্য সাইবু য়াবম্মী মবমদি মহাক্কা অঙকপা অবোনবা ব্রাফম কয়া হাযদোবকপা শক্তাকপগা লোযননা মখোয় সত্য সাইগী মাংমক্তা অদুগুম্বা থেংনবকখিনা লৌশিং ফংবা ওম্লম্মী। প্রেম সাইগী মবমদা হায়বগনা, মীওই খবখক্তনা খনগনি মদুদি কোঙ্গোল অদুবু মায়াগী নুপামচা অমনা তৌশিন্নবা মওংদা চিংশিল্লগা থিনগাইগনি পাওবাপুবাগী লম্মদমদা : নাকল অমবোমদনা, মানদ্যা দিষ্ট্রিক্টতা লৈবিবা প্রজাশিংনা মাযাগী নুপামচা অদুবু লাৎচবগী খুদোংচাবা ফংগনি মবমদি বাবানা মাংল্পৌননা মানদ্যা ডিষ্ট্রিক্টতা প্রেম সাই ওইনা অবতাবগী ব্রাফম পল্লি।

আত্মানা নৌহৌনা মপোক ওন্না পোকপগী মতাংদা পাক শন্না থাজবা পাপ তৌববা কাওবু খক্তগা মবী থম্না পল্লি। অদুবু নৌহৌনা মপোক ওনবা হায়বসি চাউখৎপা নাইনা অওনবা পুবকপনি। কনাগুম্বা মীশক অমনা তোঙান তোঙানবা মওংদা, তোঙান তোঙানবা থাক্তা মপোক নিংখা-তম্বা ফংদ্রিফাওবা ওনগনি। অদুবু মসি থিবিবা মীওইশিংতগা মরী লৈনগনি, মপু নত্তে। মপু অদুনা ওমবগী ফিজোল শেৎলি মহাক্কা কবিগুম্বা অখন্নবা থৌদোক্তা মীওই মপোক ওইনা

খোঙদাবকপা মতমদা। মহাক মপুনি মহাক্কি অনৌবা মপোক্কি শোকহল্লবা পোৎশক নত্তে।

অদুগী মতুংদা য়াম্না মেং থোৎলবা ভাবনা শাগৎপা ৱাফম লৈ মদুদি অবতাবনা খুৎ থাঙৎতুনা হাইবা খক্তনা মীওবগী লুববা সমস্যা কয়াবু লোইশিন্দুনা কোকহনবা ঙম্মী, ঈকং থোকপা ফহনবা ঙম্মী, চাক তাংবা কোকহনবা ঙম্মী, নোং তাহনবা ঙম্মী, শয়া হায়ববদা, মীওইবনা খুন্দা লৈতাবিবা পৃথিবী স্বর্গ ওলহনবা ঙম্মী। ভাবনা শাগৎপা ৱাফম অথানবা ৱাফম অনিদগী হৌবকপনি - অবতাব ৱাফম অমসুং মসিগী লাংওন অমসুং মীওই মপোক অনিগী মবক্তা মমুৎ তানা খঙবা ঙমদবদগীনি। অবতাবগী মথৌদি মীওইবা ঐখোয়গী থৌদাং পাঙথোকপদা মদুনা মথৎগী য়াওলদা মপুং ফানা পান্দম ফংননবা ঐখোয়বু লমজিংবিবনি। ঈশ্বরমক্কি হায়বা দৈব্যজ্ঞান, ১ শামক্না তৌথোবকপা তোপ তোপ্পা তাংলবা থৌদোক কযানা উৎপা ঙম্মী।

খুদম ওইনা পনবা য়াবা ৱাফম অমনা বাবানা মীয়াম মমাংদা লেপ্তুনা হায়, "ঐগী পুন্সি ঐগী পাউজেলনি।" ঐখোয়না অবতাববু অসুম্না খল্লোইদবনি Prospero গুম্না মখুৎতা যাদুগী (Magic) চৈশায়দু লৈগদবা নত্তে অদুবু শ্রীকৃষ্ণমক্কি খনগনি আর্জুনগী শাবথী ওইবিবা, মহাক্না আর্জুনবু পুন্সিগী লানফমদা লমজিং লমতাক পীবিবিবনি। অবতাবনা ঐখোয়গীদমক্তা খুদিংমক তৌবিনবা খুৎ লোন্নদুনা ঙাইদুনা তুশোন মানশোন্না লেপ্তুনা পুন্সি থৌদাং পাংথোক্কদবা নত্তে। ঐখোয় ঈশাদা শেৎলিবা ফিজোল তাখৎপা তাই, লেপ্পা নাইদনা ৱাখলগী ঈচেল হেনগৎহনগনি, ঐখোয় অকব্বা অমসুং অথাইবা সমস্যাশিং থেংনবা তাই, ঐখোয় ৱাখল লশ্মাংনববা মতমদা মহাপুরুষশিংদা লমজিং লমতাক ফঙবা ঙম্নবা মীৎয়েং থম্বা তাই।

বাবানা সমিটি অমসুং সেবাদল কয়া অমা মহাক্কি ভক্তশিংগী মবক্তা শেমদুনা তোঙান তোঙানবা হিবম কয়ামকমদা চথবিবা অসি হায়বপ্পা নুংঙাইবা পামদবা থৌওংনি হায়না খনবা য়াই। চহি ২ গী মমাংদা মহাবাষ্ট্রা অমসুং কর্নাটাকা ষ্টেটশিংগী ডিষ্ট্রিক্ট খবদা চাক তাংবা থোক্লম্মী, মতম অদুদা সাইগী সেবা দলশিংনা সার্ভিস কেম্প কয়া লিংখত্তুনা সবকাবদগী অমসুং লম্নাই মীওইশিংদগী খোমজিল্লগা তেংবাংগী পোৎলম কয়া লাইববশিংদা য়েন্থোক্লম্মী। সমিটি

খুদৈংমক্তা নাবায়ন সেবা পায়খৎলমমী, নাবায়ন সেবা হায়বদি লাইববাশিংবু ঈশ্ববনি খন্দুনা পীজ পীথক তৌবম্মী। চিংননিংঙাই ওইদবা মওংদা, সবকাবনা সমাজবাদকি আইন কয়া শেমদুনা, ঐখোয়গী লৈবাক্তা লৈরিবা য়ানশিন্নবখা শেল-থুমগী যৌশিলগুম্না, পূক্লিং যৌগৎতুনা চত্থবি, অদুবু লৈত-লাইববশিংদা দান তৌবনা তুংদা হেন্না কান্নবা মাই পাকপা ফংবা ওমগনি হায়বগী বাকদা ইনাক কৈথাক খুন্নবা মীওইশিংগী মবক্তা লৈত-লাইবশিংবু য়েংশিনবিবা মখোয়গী মথৌনি হায়না খল্লি। সম্পতিগী মপু ওইববশিং অদুনা বাবাগী থম্মোয়দা চেল্লিবা মীনুংশিগী মমী অমসুং মসিবু থবক্তা ওন্থোক্নুনা সমাজদা কবি থৌদাং লৌফম থোকপগে হায়বদু মখোয়গী থম্মোয়দা মমী তাবম্মী। বাবা মনোবিজ্ঞানগী পান্নেনা চাউনা অওনবা পুখক্কন খনগৎলবা লনগেগী মপু ওইববশিংদা অকক্লবা মতম পীদুনা মমল নাইদ্রবা তেংবাংগী পোৎলম মশীং খিঙমদ্রবা লৈত-লাইবশিংদা যেম্থোক্লবা থৌবাং পায়খৎলম্মী।

বাবানা কবম্বা মওংদা মীচম প্রজাশিংবু নিংখা তম্বা ফংহনবগে ? অহানবমক্তদা, মীচম প্রজা ঃয়দসি কনানো ? মীচম প্রজাশিংদি মশা মশাগী সংস্কৃতিগী হৌবকফম য়ুন্না খঙজদে। মহাক মহাক্কি পুন্সিবু চাংয়েং তৌননবা উপাই লৈজদে, মবমদি মহাক নোংমগী দবকাব ওইবা পোৎশকশিংতগা মবী লৈনে। অদুগনইসু অহেন তান্নবা সমাজগী শক্তমদা, মহাক লোইবা নাইদ্রবা পুন্সিগী মবা লাম্থেংনবি। কনাগুম্বা মীওই অমনা পুত্তাপার্থিদা চংপা মতমদা মযুম মকে লিংদ্রবা মীওই চাম্মা চাম্মা মফম অদুদা তিন্দুনা লৈরম্বা থেংনগনি অমসুং মশানা নুমিৎ খুদিংগী পাবা কয়া তম্বীদুনা কনবিবা, অদুগুম্বা মীওইশিং অদুগী পুন্সিদা হবাউ তয়াম্বা পীবিবা অমসুং মখোয়দা থৌনা হাপ্পিদুনা হকথেংননা থৌনা লৈনা পুন্সি লানফম মায়োক্লনবা অমসুং মপু ওইবা ওম্নবা তম্বীবি। মীচম প্রজাশিংদা বাবানা মশানা মশাবু ব্যবহাব তৌজনবা, লমচৎ শাজৎকি নিতি নিয়ম, পুন্সিগী দর্শন শাস্ত্র, লমজিং লমতাক অমসুং মমল নাইদ্রবা মতেংগী মবমদা তম্বীবি। বাবা মশামক মীচম প্রজানি অমসুং মীচম প্রজাদগী হৌবকপনি।

কবিগুম্বা মতমদা খন্ননিংঙাই ওইবা মতাং লাকই: কবিগীনো পুত্তাপার্থিদা হোস্পিটাল থন্নিবা, ডাক্তবশিংগা লোয়ননা পূন্নমক, বাবানা অনাবা ফজনা লায়েংবা ওন্নবদি ? অসিগুম্বা বাহং হংলিবা মহাক মশামক সাইলকি বাংমদা

অমসুং কসিগুম্বা মতমদা সাইনাকি মবমদা মবী লৈননা জ্ঞান তানশিনগদবনি। বশিয়াদা মনোবিজ্ঞান মান্না নকশিন্নবা মওংদা মীওইবগী থৌওংদগী থোইদোক হেন্দোকপা শক্তি অমা লৈব্রা হায়বসি কন্না থিজিন্দুনা চখবম্মী। মসিগী মবমদা হন্দক্তা আমেবিকাদা চেনা মখুম পানবা লাইবিক অমা ফোঙখিবম্মী। প্রশান্তি নিলায়মগুম্বা আশ্রম (পুত্তাপার্থি, ডিষ্ট্রিক্ট আনন্তপুব, অন্ধ্র প্রদেশ), ফিজিসিয়ানশিংনা মখোয়গী হীদাকশিং জীব বিজ্ঞানগী দর্শন শাস্ত্রগী মায়োক্তা চাংয়েং তৌবম্মী। ফিজিসিয়ান অমনা অনাবা লায়েংবা মতমদা য়াম্না মমুৎ তানা খণ্ডলবা মওংদা লায়েং চখবম্মী। মহাক্কি বিজ্ঞানগী ওইবা লৌশিংনা তোপতোম্না নিয়ম মপুং ফানা পাঙথোক্লম্মী। থৌজালগী মীংথয়েংগা নকশিন্ননা বিজ্ঞান চাউখৎহনগদবা ওই।

য়াম্না লেমজনিংঙাই ওইববা লাইবিক মখল অমা, ভগবান সাই বাবা অমসুং Dr Samuel H Sandweiss, M D অঙাওবা লায়েংবা Professor, San Diego University, California, U S A গী মবক্তা নুংঙাইববা ৱাবী অমা লৈবম্মী মদুগী মনুংদা অঙাওবা লায়েংবা ডাক্তব অদুনা অঙাওবগী হৌবকফমগী মবমদা থিজিল্লম্মী। অঙাওবনা নাববা মী লায়েংবা হায়বা শিনফম অসি মপুং ফাদবা বিজ্ঞানগী থবক্কি হায়না ডাক্তব অদুনা ৱাবোইশিন পুবকই মদুদি দবকাব লৈবা অহেনবা মচাক কয়া ধর্মগী ওইবা লমদমদগী ফজনা খণ্ডনববা জ্ঞান কয়া মপুং ফানা মহৈ য়ানবা ঙম্নবা তিনশিনবা চংই। শোক ১৯৭৫ দা হায়বিবা লাইবিক অসি San Diego দা Birth Day Publishing Company না ফোঙলম্মী। ভাবত্তা লাইবিক অমসু হন্দক্তা পুথোক্লম্মী অমসুং লাইবিক অসি New Delhi 3, 16 Golf Link, Shri Satya Sai Foundation Education দা ফংগনি। Dr Sandweiss না লাইবিক অসিদা সত্য সাই বাবাগী মবমদা মহাক্কা তানশিল্লকপা জ্ঞানগী মবমদা অকুপ্পা মবোল পীবি। মহাক অহানবদা লৈত্তাদবা অমসুং থৌবাং লৈতবা মীশক ওইবম্মী অমসুং মমৈথংদা নৌহৌননা শেমদোক্কুনা ধর্মগী লমদা খোঙদাবকখি। মহাক্কি ধর্ম থাজদবগী ৱাখলবু য়াংনা অমসুং ৱাংনা পাইথোকহনব্রগা মতুং অয়োবী থাক্তা, মহাক হৌজিক ফাওবদা খংই মদুদি চিংনবা হায়বা ৱাফমদা পুকচেল শেংবগী লম কনবা ঙম্নবদি, অসুম্না লৌদবা অমসুং য়াদবা ঙম্লোই আত্মা লৈ হায়না অমসুং অবতাবগী ৱাফম

অচুম্বা ওবমনি। মহাক্কি শিনফমগা মবী লৈননা Dr Sandweiss কি মীৎয়েং চাউনা ওল্লম্মী। অহানবমক্তদা মহাক ভাবত্তা নোংচুপকি অঙাওবা লায়েংবা মীশক অমা ওইনা ধর্মগী ওইবা মনোবিজ্ঞান নৈনবা লাকখিবম্মী। অঙাওবা লায়েংবা হায়বা শিনফমসিমক নুংপাল ফাওনা খঙবা ঙম্বা বিজ্ঞানদা যুম্ফম ওইবগা, মসি অনাবা ফহনবা ঙম্বা কলা ওইনা ওল্লোকপা তাই হায়বা রাবোইশিনগা লোয়ননা মহাক ময়ুমদা হনখিবম্মী।

মবিশুবা তাক্কত্তা, পুত্তাপার্থিদা বাবাগী মায়াগী মবমদা থিজিনবা লাকখিবা এখত্ত অহে কাঙবু কমিটি অমগী মবমদা ঐহাক্না মফম অসিদা পন্দুনা ইবি। মখোয় U S A গী Chester F Carlson Research Laboratory দগী লাকখিবনি। মখোয়গী মনুংদা অনিদি Psycholog, দা Specialised তৌববা ঙাক্কনি। Laboratory দুমক ESP and PSI নমুনাশিং নৈনবগীদমকনি। খঙহৈবা অনি অদুদি Dr Karlis Osis, অঙাও অফেগী মবমদা থিজিল্লিবা ডাইরেক্তর, আমেরিকা সমাজদা অমসুং Dr Frlandur Heraldsson Prof Iceland University মখোয় অনিনা বাবাগী মবমদা য়াম্না খঙহৈবা থিজিনদুনা চেক্লোত পুথোক্লম্মী বাবাগী মায়াগী নমুনা কযামকম ইদুনা ফোঙদোক্লম্মী। "Five out-of-body cases of Shri Satya Sai Baba" কনাগুম্বা মীশক অমনা মখোয়না নৈনবিবা হিবমগী মতাংদা উবা ফংগনি মদুদি মখোয় য়াম্না ... শংবা অমসুং পুকচেল শেংনা অমসুং ধর্মগী ওইবা মতাবু ইকাইখুম্নবা, মখোয় ... পামজনা নৈনৈ অমসুং থিজিল্লি। অবানবা মীৎয়েং অমসুং মুকখাইনবনা চিংবা মখোয় তৌদে। ভিজ্ঞান্না ফজনা শন্দোক্লা তাকপা ঙমদবা নমুনাশিং খন্ন-নৈনদুনা অমসুং চাউখৎহন্দুনা মখোয়না পুথোক্লিবা চেদা য়াম্না হৈশিংনা চান্নবা লোন্দা শিজিন্নবম্মী। তৌবিবা থবকশিং অসি পূম্নমক্কী তোঙানবা থোইদোক হেন্দোকপা মখলনি অমসুং কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা সাহিত্য, সোসিয়েল অমসুং ফিজিকেল সাইন্স নৈনবগা মসিগী মবমদা মমুৎতানা খঙবা ঙম্লোই। বাবাগী মবমদা ভাবতকি, আমেরিকাগী অমসুং অষ্ট্রেলিয়াগী অইবশিং, খ্বাইদগী নৌবা সাহিত্যগী মচাক মনোবিজ্ঞানগী বাংমদা শিজিন্নদুনা, মখোয়না পুথোক্লিবা মীশক অদু থোইদোক হেন্দোক্লা থিজিনবগী থবক্তা খোঙদাববা ওইগনি অমসুং মহাক্লা ফংগে খল্লিবা পান্দম মনোবিজ্ঞানগী বাংমদা নৈনবগা ওইথোক্লোই, অদুবু যামদ্রবদা,

মসিগী নিতি নিয়মখক্তং মশক খঙনবা হোৎনগনি। অইবা অনি অদুনা মখোয়না পুখোক্লিবা পেপর অদুগা মরী লৈননা হায়, "ঐখোয়গা উন্নবা হোৎনবদা থৌজালগা লোয়ননা হয়াউ হয়াউ য়াবিবকপা শ্রী সত্য সাই বাবাগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবি অমসুং মহাক্কা লোয়ননা থবক তৌমিন্নবিবা কাওবুনা ঐখোয়গী থিজিনবগী থবক্তা মতেং পীবিবকপবু হবাউবা ফোঙদোকচরি। ঐখোয়গী থিজিনবগী থবক্তা শাক্ষী ওইবিখিবা অমসুং বাবাগা উন্নবা হোৎনবদা মতেং পাংবিখিবা পুম্নবু থস্মোয়দগী থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

ঐহাক্না মফম অসিদা পেপব অসিদগী য়াহে খবা লৌথোক্লগা পীজবি : "ঐখোয কবিগুম্না কেশ অমগী মবমদা বাবানা হেঞ্জিন্না হাযজিনবা থেংনদে। মহাক্কি OBE (Out-of-Body-Experience) শক্তিশিংনা অচম্না মওংদা শক্লাইববা মীশকশিং খুদম ওইনা বিজ্ঞানগী লমদা মাংজিল থাববা কাওবু, কল-কাবখানা কযাগী মপুশিং নত্রগা বাজনিতীগী লমদা শক্লাইববা কাওবু থোইদোক্না অবাৎ অপা লৈত্রবশিং (অনা অযেক, অবা অনানচিংবা) পুম্নমক যাম্না থুনা ভাব তানা খঙবা ঙমই। মবমদি বাবাগী OBE গী শক্তি যাম্না মবাং কাইনা দবকাবগী মতুং ইন্না চত্থবনি, অমসুং ঐখোয বাবাগী মবমদা চাংযেং তৌবদা ঐখোয খজিক্তং ফাওবা খঙবা ঙম্বগী তাঞ্জা ফংলমদে। মহাক্না পাঙথোক্লমমী, অদুম ওইনমক, থৌদোক কযাদা ঐখোযদা উত্তুনা তাক্লম্মী, শকউৎপা অমসুং মাঙবা ঙম্না পোৎশিংগা মবী লৈননা ..." খঙহেববা কাওবু অদু ভাবত্তা অহুম্রক লাকখিবস্মী অমসুং মফম অসিদা আশ্রম খুদিংমক্তা মখোযনা খোযজংনা পামর্জবিবা হিবমদা থিজিল্লস্মী। শোক ১৯৭৩ মখোযগী অহুমশুবা খোঙচত্তা, মখোয বাবাগা থেংনবস্মী অমসুং বাবাগী নমুনাদা, মখোযগী মতুং ইন্না, যাম্না চেকশিন্না থীজিনবা দবকাব ওই খল্লস্মী।

হাযবিবা পেপব অসিগী মনুংদা, মখোয বাবানা শক উৎলুবা হনুবী লাইনিংবী অমগী মীৎকি ভৌদোং ওপবেসন চত্থবা মতমদা অমসুং মনাক্তা চংলুবগী মবমদা খন্নবস্মী। মহাক মশামক্না শক উৎলুবা শৈলাজা কৌবী নুপীমচা অমগী মনাক্তা, হায়বিবি নুপীমচা অসি Calicut কী মনাক্তা লৈবা Manjiri কৌবা খুঙ্গংদনি, পুং খবা চংনা ভজন অমসুং য়াবী য়াতাই শাননসা মতম কাইথোক্ল স্মী, হাযবিবা মতমসিমক্তদা Madras কি মনাক্তা লৈবা

ভক্তশিংগীদা বাবা লৈখ্মী (ঐখোয় বাবাদা মপ্পেবি কেশকি মবমদা রাহং হংলম্মী, বাখানা তেল্লপ্লা পাউখুম পীবম্মী মহাক বাওগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংগা লৈমিন্নবম্মী হায়না, মশামক হুকথেংননা চৎপা নত্তে মমিনি (Out-of-body) থৌদোক অনিমক্তনি। পল্লিদা রাকম অসিগা মবী লৈননা চাংয়েং পাওখোকপা মতমদা শাক্ষী ২১ মখোয়গী অর্থ হন্নবা মীওইশিংদগী তশেংনা থোকখিবনি হায়বগী প্রমাণ পীবম্মী। অবাংবা টেব্লেং ৬ শক লৈবম্মী। অখণ্ড অহে কাণ্ডবুনা মখা তানা হায় : "লংফৈ কোইবা চৎপা অতে লম্বোইশিংগা য়াম্না শাখিনা খেন্নবা মওং সাই বাবা কৈদৌঙ্গেদা অতোপ্পগী ভীক্ষ্ম অমসুং মতেং থীবমদে, অদুবু মহাক থীয়াম্বু তেংবাং পীবা ওইনা শক খণ্ডই।" Kuppam কেশকি মতাং খন্নবকপদা বাখানা অথাপ্পা মফমদা গুহাদা ঈবাক্লববা মী অমা Omniscient (পূম্নমক খাওবা উবা ঙম্বা) কি এত্তেংনা শিবগদন্দগী কনখিবম্মী। অইবা অসিনা অসুম্না পল্লি মদুদি মসি OBE (Out-of-Body-Experience) নি, মসিনা ESP (extra sensory perception) দগী (রাখলনা লাম্বা ফংবদগী) হেন্না শিংথানিংঙাই ওই। "পাইঙ্গশেংনমক বাবানা ESP গী শক্তি অসি মহাক্কি ভক্তশিংদা পীনবি মবমদি মখোয়না বাবাবু Omniscient (পূম্নমক খঙবা উবা ঙম্বা) অবতারনি হায়না খাল্লে। ঐখোয় ইশামক্তসু বাবাগী ESP গী শক্তি চেল্লি হাযবসি উবম্মী অমসুং মহাক্তা Iceland দা কলিগুন্না অবস্থা খবদা উৎখিবম্মী। মসিগী মবী লৈননা, এখোয়না হায়, "বাবানা পীরিবা ভাংথোবকপা রাঙাং খুদিংমক OBE গী নমুনা চান্নে।"

মখোয় লোইশিন পুবকপদা অসুম্না পল্লি - "ঐখোয় ভাবত্তা লৈরিবা ভক্ত মিল্লিয়ন ৬ ০। অসিগুম্নবা তশেংবমক্কি হায়না থাজবা থাম্লবা রাজমদা ওইরেকপা লৈ হায়না পুকচেল শেংনা হায়গনি - মদুদি সত্য সাই বাবা তোপ্তোপ্পা এখল্লগী মীওইনি, অবতার অমনি, মদু ওইনা থোকখিবা থৌদোকশিংনা শমশেংনা তোঙাল্লা মহাক্কি মহৎ শিল্লি অমসুং ভাবতর্থাক্কি নাৎকি ওইবা সংস্কৃতিগী নত্তুন সাধাবনগী ওইবা মওংনি। অযাম্না মহাক্কি কেশশিং লেপনমক তোঙানবা মওংনি নোংচুপ লমদমগা চাংদম্নকবা মতমদা, মখোয মীওই মপোক্কি থোক্লিবা থৌদোকশিংগা মান্নদবা অনৌবা মখলগী অরাংনা থাক পীরক্কম উই।"

পাবিবা মীওইশিংদা বাবানা প্রজা মীয়ামদা মহাক্কি OBE গী শক্তিনা কদাই ফাওবা মতেং পীবা ঙম্বগে হায়বদু তশেংনা উৎলে।

PSI (Para-Psycological-Investigation) - মনোবিজ্ঞানগী ৱাংমদা থিজিনবা, OBE (Out-of-body-experience) - পূম্নমক খঙবা উবা ঙম্বা মশা য়াওদনা অমসুং ESP (Extra-Sensual-Perception) - ৱাখলনা লাম্বা ফঙবা লমদম - পূম্নমক অসিবু নৈনবা পাম্বা মীওইশিং অহান্নবমক্তা খঙবা দবকাব ওই মদুদি পূম্নমক অসি অনৌবা মখলগী সাইন্সকি মনুং চল্লি অমসুং অদুগা মবম ওইদুনা Research Laboratories অমসুং University শিংদা পৃথিবীগী মনুংদা চাউখৎলবা লৈবাকশিংদা, হিবম অসিগী মতাংদা মপুং ফানা থীজিন্নবা লিংখৎলম্মী। থিজিনবগী থবক তেৎবিবা মীওইশিংনা, মতম-মতমগী চা - ফাওবদা নৈনৱাবোল পীবকপা মতমদা. মহাক্কি সাইন্স অসিগী শক্তম অমসুং থবক থৌবমগী কাংলোন লৈজে অমসুং মসিনা অচুম্বা মশা "কৈদ" লমাজংবা ঙমগনি মসিগী মবমদা কুপ্না থীজিন্নবতা মবী নৈনবা থৌদোকশিংনা ফল পীবা ঙমগনি। PSI গী মবমদা চাংযেংশঙদা চহি কয়া চংনা তানশিন্নকপা লৌশিংগা লোয়ননা পাঙথোকপা ফাওবা অকুপ্পা ৱাবোল পীবকপদা লানবা যাওবক্কনি। ভাবত মচা কযা যাম্না হিবম অসিদা ট্রেনিং ফংলবা অমসুং থিজিন্নিবা, মখোয় মশামক মতিক চাবা খুৎলাই পায়দুনা, অসিগুম্বা লানফমদা মাযোক্নবা ঙম্নবা হায়বা ৱাফম খল্লবদা ঙকপা ফাওগনি।

# অচুম অরানগী ৱাংমদা লৈবা খঙবা ঙম্বগী শক্তি

Vinayak Krishna Gokak

ঐহাক্কি ৱাখলদা লৈজবা বাবাগী থবক অমসুং মহাক্কি পাউজেলগী মবমদা তেল্লপ্পা পাউদমজবি। মীওইবগী তানশিল্লকপা জ্ঞানবু ফজনা ভাব অবা ঙাম্লবা শাগৎলকপা, মচাকশিংগী অচুম্না মবম থিবকপা অমসুং থিগদবগী মতাংদা ঐহাক্কি ৱাখলদা লৈবা মীওইবা অমা ওইবগী খোঙথাংগা মবী লৈননা ঐহাক খজিক্তং শুগাইনা হায়জগে ।

তবামপালসুবা সতাব্দিগী অহেংবা শকক্তা বিজ্ঞান্না মঙক হাইগৎলম্বা ৱাফম, কুনশুবা সতাব্দি য়ৌবকপা তাঞ্জাদদি হাযবপ্না হস্তবক্লম্মী। বিজ্ঞান্না মখল মখা কযাগী খুদোল, মসিনা চাউখৎলকপগী ফল ওইনা তল্লম্মী। অদুবু হৌজিক্তি মসি অঙকপনা থল্লবা চাইনপুংদা খোঙদাদুনা লৈবে, ইলেকট্রোন অমনা কবম্বা লম্বেলদা চৎলিবগে শায়বা ঙমদনা লৈবে। Discoveries and Inventions কী মতেংনা বিজ্ঞান্না খুৎশা হৈবগী লমদা চাউখৎপা পূবকপগা লোযননা মসিগী পোৎখোকশিংগী ফলনা মীওইবা জাতিদা চাউবা অৱাবা চৈথেং পী লোয়ননা নাকল অমবোমদনা শিংথানিংঙাই ওইববা সমাজগী যাইফনবা থৌবাং কযা পাযখৎলি।

চাংয়েংদুনা থিজিনবনা সাইন্টিসশিংগী মথৌনি, কবি পাংশোই নাইনা লৈবা অচান মীবাই থিবনা দর্শনিকশিংগী মথৌ অমসুং মঙলান্দা শাগৎপনা কবিগী মথৌনি। মদুদা যুম্ফম ওইবগা মহাক্কি মথৌ পাঙথোকপনি। সাইন্টিস অমনা মহাক্কি থিজিনবগী চাংয়েং কযাগী লম পাকথোকহন্নবসু হোৎনগনি - মহাক মীৎয়েংগী লম - টেলিভিজন্দা, মাইক্রোসকোপ্তা, টেলেসকোপনচিংবা মহাক্কি তাবা ঙম্বগী লমদা টেলেকম্মুনিকেশনগী মতেংনা, থাগী লৈমাইদা লৈবা

নুঙশিং অমসুং অতৈ পোৎলম কয়া মখুৎনা শোক্নুনা চাংয়েং ৎোগনি, Cold Storage দা লৈবিবা পোৎশিংগী মনম মহাউনটিংবা, পান্নী অমগা অতোপ্পা পান্নী অমগা চাব লৌনবগী হিবম অমসুং অতৈ পোৎলম কয়া চাংয়েং তৌগনি।

ময়াই ওইবপ চাউবা আলুগী চাং অয়াম্বা মীয়ামগী ব্রেন্না ওইজববা ফাউবদা, মখা তানা মসি সাইন্টিসশিংনা তৌকবা থবকপু অৎেম্বা তাহল্লি। অমসুং মফম অদুদা খঙবদা অবাইবা ওইদবা নত্রগা হেঞ্জ্রেন্না উশিনবা ভস্ম অশেংবগী মশক তাকপা লমদম লৈগনি মদুবু মীওইবগী ইন্দ্রি মঙানা Sukshama খঙবা ভমগনি, খঙবদা তবাইনা থোক্কবা মীওইবগী মঙগুম্বা (taijaba গী মতেংনা, মদু খেন্নবা উগনি Vaishvanara দগী হায়বদি মখোঙনা চৎলিবা জীবদগী। অদুগী মতুংদা prajna লৈবে নত্রগা মীওইবা খুদিংমক্কি হৌদকপা, ওইবিবা [illegible] শক্তি লৌবিবা শক্তি চেন্নবা মীশক মদুমক্তা মহাক্ন জগৎকি মীওইবদু maha karana নত্রগা জগৎকি হৌবকফম খঙহল্লি। অবোইবা ওইনা, [illegible] মনুংদা য়েংলগা Atman নত্রগা মপুংফানা পুমচুম-চুম্না লৈবিবনি।

চাংয়েং চৎথদুনা খিজিনবগী থবক তৌবনা, মীওইবগী ব্রাখলনা লাম্বদা তবাইনা থোক্কনা হেঞ্জেন্না উশিনবা খঙবা ভস্মা শক্তিগী বিচাবপতী ওইবা তাববদি, মসি মখোয় লৈ হায়বসি য়ানিংবা ফাওবোই। অচুম্বা হায়বা পোৎশক অসি মীওইবগী ইন্দ্রি মঙানা খঙবা ভস্মা মপাম্বোংগী মিতমদা তুংদুনা লৈতে। সাইন্স হায়বা সবজেক্ট অসিনা Omniscient (পুম্নমক খঙবা উবা ভস্মা) ওইনা শক্তম লৌগে খল্লবদি, অশেংবা পোৎশক্তু মহাক্কি শিং [illegible] নাতোনগী ব্রাংমদা শন্দোক্রোই। অচুম্বা ফল ফংলবা ফাওবদা মসি পৃথিবীগী শাসন [illegible] ওইবা ঙম্লোই, বিজ্ঞানগী পান্নেনা উত্তুনা তাকপা ঙমদ্রগসু মতৈ মশিং হৈববা ফাঙবুনা অচুম্বা মশক খঙবা ঙমই, অচুম্বা হায়বা পোৎশক্তি অদুম্মক চুমদুনা লৈগনি। খুদম ওইনা হায়বদা, মী শিব নাইবনি, মসি অচুম্বা অসিগী মনুং চল্লি। মসিবু চাংয়েংশঙদা খিজিন্দুনা পাঙথোক্লবদি, মসি সার্টিফিকেট পীবা তাবনি, ঐ অসুম্না হায়বা তাবে, মী পুম্বসি অসি মচা ঙাক্তনি অদুনা অদুগুম্বা শিব নাইবখা মীওইপুম্বা পোকপা অমসুং শিবগী বেজিষ্টাবদা মখোয় শিব মতমদা চনশিন দবনি।

মান্নবা মওংদা, হেন্না ব্রাংবা অচুম্বা মখলশিং লৈবে, খুদম ওইনা, গীতাগী মনুংদা পন্দুনা য়াউবিবা: "খুৎলাইনা মহাকপু মচেক কয়া থোক্লা ককথৎপা।

ওয়ে্রাই, নত্রগনা মৈনস্ মহাকপ্ চাকতনবা ওয়ে্রাই, নত্রগনা ঈশিংনসু মহাকপু চোংহনবা ওইথোক্তে।" অচুম অবানগী ৱাখলনা মসি হিংদুনা লৈবি নত্রগা মসি চংনবা য়াত্রবা কন্দুনা থম্না ওয়ে্রবোইদবা ৱাফমনি হায়বা ওমদে। ভাব তাবা ওম্বগী খুংলাই অমসু লৈ, হেন্না থোং নৌববা শুমহৎনিঙাই ওইববা শক্তম, য়েংদুনা থিজিনবদগী অমসুং অচুম অবানগী বিচাবদগী, মদুনা ঐখোয়দা মতেং পীবা ওম্বা তানশিল্লকপা জ্ঞানগী মতেংনা হেন্না খুদক্তা পোৎ মশক খণ্ডবা ওম্বগী শক্তিনি।

য়েংদুনা থিজিনবা, অচুম অবানগী বিচাব, খুদক্তা ভাব তাবা ওম্বগী শক্তি - হায়রিবা অহুম অসি মীওইবগী মপাঙ্গোংগী ওইবা শক্তম, নুংগী ওইবা পূক্লিং ৱাখল অমসুং নাইবৈবাক্কি ওইবা অশেংবা মতৌ খণ্ডবা ওম্নবা মীওইবগী মথং মনাউ নাইববা খুংলাইশিংনি। মীংনা উবা । বা য়েংদুনা থিজিনবাখক্তবু অচুম্বগী মপুং ওইবা শক্তমনি হায়না খন্বদি, ঐ... । জগৎকি ওইবা পূক্লিং ৱাখলগী অশেংবা ফববা শক্তম কযাবু লংখোক্লগ অবি অচুম্বা নত্তবদৌনা অতৈ শাক কয়াসু কন্দুনা থম্মী । ... ... বিচাবগী ৱাখল খক্তবু অমপ্পা য়াংং তৌবা ওমবনি হায়না ... ... ওইনা সোসিয়েল সাইন্সকি ... ... হৌজিকমক ইউরোপকী লৈবাকশিংদা চংশিন্বা মওংগুম্না, থবক্কি লমদা অকনবা মপুং ওইবা মবৈগী, মীংয়েং থম্লগা, হেন্না পুকচেল চাউদগী ৱাখল্লে। লৈবাং মহাত্মা গান্ধী অমসুং ঔবোবিন্দোগী আদর্শতা যুম্ফম ওইবা নুংশিবা. ... খোইজেল তিন্ননা মতেং পাংনবগী ৱাফমদগী শাখেন্সী, হায়রিবা ৱাখল্লা অসি মুনি ঋষি কয়ানা অমসুং দর্শনিক পুন্সনা পানজলমী। ... ... খ. বা ওম্বগী শক্তি অমসুং তানশিল্লকপা জ্ঞান ফংবা ওম্নবা ঐখোয় ... উখ-চাউরবা সাহিত্যগী লনগৈ অমসুং ধর্মগী ওইবা অন্নিবা লাইবিকশিংনা খুংলাই ওইনা শিজিন্নগনি হায়বা ৱাফম খওফম খোকই।

তানশিল্লকপা জ্ঞান অমসুং অচুম্বা শাগৎনবগী নিয়ম, মবম অদুনা খুংলাই ওহুম অসি শিজিন্নবা অমনা অতোপ্পা অমদা মতেং পাংনবা অমসুং থবী লৈনবদা যুম্ফম ওইগনি। চাংয়েং তৌদুনা থিজিনবা খক্তদা কনাগুম্বা মীশক অমনা মাংয়েং থম্নবা মদুগী ফল মঙলান্দা শাগৎপা ওইগনি অসিগুম্বা থোংলবা শুমহৎনিংঙাই ... Taijasa গী জগৎ অসিদা, নত্রগা অচুম অবানগী খলনা খুদক্তা ভাব তাবা ওম্বগী শক্তিবু মংং শিল্লবা খুদক্তা হেন্না খণ্ডবা ওম্নবা মীশক ওম

ওইনা অমসুং খ্বাইদগী থোইববা তানশিন্নকপা জ্ঞান লৈত্রে পুমতোই তোইবে হায়না লৌবা তাবে মবমদি মহাক কবিগুরুনা অমত্তা খঙবা ঙম্লমদে। ধর্মগী ওইবা অরোনবা মচাকপু খঞ্জিন্দুনা মমহল্লিবা লৈচিনগী পর্দা লোয়ননা হাংদোক্কদবনি। খুদক্তা লৌশিন্দুনা ভাব তাবা ঙম্বগী শক্তি তানশিন্দুনা হেনগৎহনগদবনি অমসুং অশেংবা অমসুং তনৌ তনৌবা মওংদা তুংদুনা থমগনি অমসুং ঐমক্কি হায়বা নাপলগী ঈখিল অমসুং অপাম্বগা য়ানশিন্নবোইদবনি। হায়বিবা মতাং অসিদনি অচুম অবানগী খলনা অচুম্বা হায়বা পোৎশক কবিনো হায়না থিবিবা মীশক অমদা মহৈ চাগদবা ফলগী মতেং পীবা ঙমদ্রে। মসিনা মহাকপু অশেংবা শেংদবা নত্রগা য়ানশিন্নববা খুদক্তা খঙবা ঙম্বগী শক্তিগী মবক্তা খেন্নবা তাকপদা মতেং ওইগনি। খুদক্তা খঙবা উবা ঙম্বগী শক্তি অসি অচুম অবানগী খলগী মতেং লৌবগা অশেংবা শক্তম অমসুং মতিক মঙাল লৈনা উখোকপা ঙমগনি। অচুম অবান খলগী মতেং য়াওদ্রবদি ধর্ম লৈখা তাবক্কনি লান্না থাজবা ওইনা, ধর্মগী ওইবা অবোনবা শেংলবা ব্রাফম পুম্বা লৈচিল নোংফাই ওনখিগনি অমসুং আত্মা জ্ঞানপুম্বা শা-ঙাগী থম্মোয় চেনবা ওইবক্কনি নত্রগা পুক্সিগী চৎন-পথাপ ইশাখক্তগী খনবা মওংদা ওন্থোকখিগনি। কবিগুরুনা অচুম অবানগী খলনা মসিগী ব্রাংমদা চৎলবদি অমসুং থুনা খঙবা উবা ঙম্বগী শক্তিনি হায়না তৌশিন্নববদি অব্রাংবা থাক্কি লমদমদা মতেং পীবগী মহুত্তা শাখিনা অমাং অতা থোকহনগনি। ঔবোবিন্দোনা হায়বগুম্না, অচুম অবানগী খল হায়বসি মতেংনি, অচুম অবানগী বিচাব অথিংবনি। ব্রাংনা লৌতুনবগী মবাল অচুম অবানগী খলনা ওইবগনি মসিগী শকক অমা ওইবিবদুগী মাযোক্তা, খঙ হৈববনি হায়দুনা তৌশিন্নগনি তশেংনা থুনা ভাব তাবা খঙবা মতৌ মান্না। তাঞ্জা অসিব্রাইদনি অচুম্বা থিবিবা মীপুম খুদিংমক মহাসাগবদা মখোয় শাতুম্বা থীনবগী ঈশিংগী খোঙচৎ মনাপদা জহাজ কায়বগী থৌদোক হেক হেক নংলম্মী। তশেংনা ওইবিবা মওং ভাব তানবা হোৎনবগী লমদমদা মখোয় অচুম অবানগী খলবু পাম্বে ওইনা শিজিন্নে খঙ হৈববা মীশকশিং ওইনা, অদুবু মখোয় মতিক চাবা থবক পায়খৎলোইদৌবি। Goethe না হায়বগুম্না, থম্মোয় হায়বসি মশা মতোমতগী মবৈ যেৎনবগী শক্তি লৈজে, ধর্মগী অবোনবা ব্রাফম থাজবা বিজ্ঞান হৈবা ১৭ শুবা সতাব্দিদা হিংলম্বশিংনা হায়বম্মী মদুদি অচুম অবানগী খলনা তৌবগুম থম্মোয় মশাদসু অচুম অবানগী বীচাব যাওবি।

পূম্নমক অসি, মতুং তাবকপদা, অচুম্বা থিবিবা মীশক অমনা মশাদা য়াওজগদবা দবকাব ওইবা মচাকশিংনি, মহাক্না মদু উবা ঙম্বগী চাং য়াম্না হল্লনা লৈববসু মসি তুংদুনা লৈবি হায়না লৌগনি।

অহানবদা, মহাক হিবম অদুদা মসি ফংননবা হোৎনবদা চাংয়েং তৌদুনা থিজিনবা চংই অমসুং চান্নবা মতাং খনবগী মখা পোনগনি। মহাক্কি বাখল লৌশিং ... কনবগা লোয়ননা নৌথোকহন্দুনা থমগনি মদুবু অচান মীবাই লৈবা মীংয়েংনা য়োমশিন্দুনা থগ্নোইদৌবনি নত্রগা তোয়না থেংনবকপা থৌদোক্না ... হল্লহনবা তৌবৌইদৌবনি, লোয়ননা পাম্বে লৈতে হায়বসি খঙবা তাবনি। অদুবু মহাক খুদক্তা ভাব তাবা ঙম্বগী শক্তি মঙাল লৈনা অমসুং লুনা নান্না থমই, মহাক্কি থম্মোয়বু নাপলনা মোংহলদনা, ... নত্রগা জ্ঞান লৈতবা ওইবগুম্বু, মহাক্কি থম্মোয় মপুং ফানা মবাল লৈতে খঙনা য়োকখৎকনি। মসি ওইথোকপা ঙমগনি মদুদি ... মীশক অমনা অশেংবা নিযম মখল মঙা ঙাক্না চৎলবতদা - ... শেংদোকপা ব্রাহ্মই, ব্রাখল, অনিংবা অপাম্বা অমসুং তৌথোবকপা থবক ... ওইবা ব্রাফমদা কুপ্না থিজিনদা দবকাব ওই অমসুং মশামকপু ... তোযনা থৌবাং পায়খৎকনি অমসুং দবকা লৈববা তাঞ্জা ... অতোপ্পা মীগী মতেং লৌগনি। অদুগী মতুংদা মীশক অদুনা মহাক্কি থম্মোয়গী মন্দিরদা লৈবা চুখৎপা ঙমগনি, মঙাল লৈবগনি অমসুং মচুম্বগী মবমদা ব্রাবি শানবা হোৎনবগনি।

পুক্নিংগী অচুম্বা শক্তম-হিবম খুদিংমক্তা অচুম্বা ... কেমিষ্ট্রি ওইবা য়াই, ইকোনোমিক্স নত্রগা ফিলোসোফি - অবোইবদা ঐখোয়বু খমথেংনা অঙকপা ফাওববা অবোনবা লমদমদা লমজিংই। Tennyson না অসিগুম্বা ব্রাখল্লোন অসিবু ফজনা মখাদা পীবিবা শৈবেংসিদা ফোংদোক্লম্মী

"Flower in the crannied wall,
Could I know thee all in all,
Root and all,
I would know what God and Man is "

(চেকখাইববা চেকপলদা লৈবাংনা শাংলি, ঐহাক্না মপুং ফানা খঙজবা ঙমজ্রা নহাকপু, মকনচিংবা পূম্নমক, ঐ খঙবা পামজে ঈশ্বরনা কবিনো অমসুং মীনা কবিনো।)

মসি মী খুদিংমক্তা লৌগদবা অহানবা খোঙথাংনি কনাগুম্বা মীশক অমনা পোৎশক অমবু মসিগী মচল অমসুং মশা পুম্বা খঙবা পাল্লবদি, হায়বিবা পোৎশক অদু লৈবা নত্রগা সাই বাবাবা হায়বদু মশক লেপ্পা চংই।

মায়াগী শক্তম হায়বসি অবতাব নত্রগা চাউববা সাধু অমদা চেনগদবা গুণনি। মায়া ওবাংদগী ওইবা মথৌ নত্তে। মসি Rigveda গী শ্লোকা No 33, অহুমশুবা তাঙ্কক্তা য়াওবি মদুদি বাতি অমদি সুটলেজগী ঈতিনফমদা মুনি বিশ্বামিত্র অমসুং মহাক্কি সেবকশিংগী লম্বেল শেমগৎলম্মী অমসুং কাঙবু ওইনা মহাক্কি লাইশোলদা পল্লম্মী। The Old Testament অমসুং The New Testament বাইবল অনিমক্তা মায়াগী মতাং পন্দুনা য়াওবি। যীশু খৃষ্টকি মমাংদা শ্রীকৃষ্ণগী মায়া কয়ামকম Bhagavata দা যাওবম্মী।

লুববা থম্মোয়না লৈতেংবা ভক্ত খুদিংমক্তা অসিগুম্বা মায়াগী থবক জ্ঞান তানা নত্রগা জ্ঞান তাদনা পায়খৎপা ওইবম্মী। যোগী পবমহংস যোগানন্দনা মশানা মশাগী ইজবা পুন্সি বাবীদা অসুম্না পল্লম্মী মহাক্তা Thereba Neammann গা শোক ১৯৩৫ দা Bavaria দা (ইউবোপ) উন্নবা থৌদোক্তা। কবিগুম্বা পোৎশক অমত্তা চাদ্রবা সাধু অদুগী হকচাংদা যীশু খৃষ্টকি মশাদা দাগফম লৈবগুম মতম পুম্বদা লৈবম্মী।

Miracle হায়বা ৱাহৈ অসি Dictionary দা অহুম থোক্লা অর্থ হল্লম্মী -

1 তাইবং মপোক্তগী তোঙাল্লবা থোইদোক হেন্দোক্লা তৌবা ওম্বগী শক্তি চেল্লবা কাঙবুগী থৌশিলদগী কা হেন্না শিংথাবা যাববা থৌদোক থোকখিবা.

2 চাউনা শিংথানিংঙাই ওইববা থৌদোক বৃটিশ লাম্মানা Dunkirk তগী খোঙফম হন্দোবকখিবগুম অনিশুনা লাঞ্জাউগী মতমদা।

3 ৱাথোক লোইশিন্নবগী হৌবকফম ওইবা, থাম্না মীন্যংশি খঙদবা অমসুং ব্যবহাব তৌনিঙাই ওইদবা শিংথাবা য়াববা মখল।

ঐখোয়, কবিগুম্বা মতমদা মখল খুদিংমক তোৎশিন য়ানশিন্নে অমসুং মখোয় পুম্বা মান্নবা লৌই। অসিগুম্বা মখলগী চয়েৎনবা অসিনা ধর্মব লান্না থাজবদা লমজিংই নাকল অমসুং নাকল অমবোমদনা মহৈ- মশিং হৈনবা তাঙবুদা অশোযবা খোঙথাং পী। ঐখোয় মকওইনা মায়া মখল তোইনা থেংনলকখিবা

মখোয় পুম্নগী মনুংদগী খন্দোক্লগা মায়াগী মগুণগী মরমদা অফ-ফত্ত নৈনবা ওন্নবা হোৎনগদবনি।

(a) 'Magic' না তাক্লি শিংথাবা য়াববা মখলগী বাথোক লোইশিন্নবগী হৌবকফমগী মবমদা। মশাগী হৈশিংবগী মখাদা হীংজবা মী অমনা অসিগুম্বা মখলগী চলাক অসি শিজিন্নে।

(b) মেজিক তৌবিবা মীশক অমনা কবিগুম্বা মতমদা অসিগুম্বা তোপ তোপ্পা মখলগী শক্তি শান্নে অমসুং শিথিশিং অসি মীয়ামদা উৎনবগীদমক্তা শিজিন্নে। ঐহাক সাধু অমা খঙই মহাক শোক ১৯৫০ নত্রগা ১৯৫১ দা Kolhapur Municipality গী প্রেসিডেন্ট অমসুং মেম্বরশিংনা মহাক শিরদুনা পুং ২৪ চুপ্পা ফুমজিল্লম্মী। মোংফমদগী তৌথোক্লুবা মতমদা মহাক হিংলম্মী অমসুং হান্নগী ফিভম কায়বমদে অমসুং হায়বিবা থবক অদু ভাবক লিশিং লিশিংগী মমাঙদা পাঙথোক্লম্মী।

(c) মীওই খবা লৈ মখোয়গী সিথিবু মশাগী ওইজবা নত্রগা মীফত্ত ওইবনা নত্রগা মীনুংশি খঙদনা চাউখত্তবা তুক্কচনিংঙাই ওইবা মওংদা শিজিন্নে। মখোয়গী মবুক ফত্তবা থৌদৌ পাঙথোক্লবা হোৎনবদা খুদক্তা মখোয় তোইনা মীয়াম্না ফাবম্মী। হায়বিবা মখল অসিগী মেজিককি মবমদা যোগী অমগী মশানা মশাগী পুন্সি বাবী ইজবগী মনুংদা তাঙ্কক ১৮ অমসুং তাঙ্কক ৩০ দা Miracle গী নিয়মশিং ইদুনা তাক্লি।

(d) মীবু লাকচথিবা, তৌশিন্নবা অমসুং মতৌ তম্বা মী কয়ামকম লৈ। মখোয়না Miracles বু মশাগী ওইজনামগীদমক পাঙথোকই। পৈশাগী নত্রগা মীংচৎকিদমক পাঙথোকপা মেজিক্লা মীনুংশিংগী বাফম খজিত্তং ফাওবা য়াওদবনা মখোয়বু মীয়াম্না পেন্দবা অমসুং চৈথাবনচিংবা তোইনা থোকই। সিথি অমা হায়বসি মাইপাক্লা নুংগী ওইবা থকশি খাশিগী নিয়ম থবক্তা ওম্থোকপনি, মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ শেমদোকপগা থোইনা মবী লৈনদে। বাবানা পীবিবা শাকুগা মরী লৈননা, প্রজা মীয়াম্না মতম পুম্বদা মীৎ-নাকোং শিংনা অসিগুম্নবা ওাইহ্নাক কাওথোকপা মবমদা শেম্নদুনা লৈ অমসুং মদু থাগী চেফোঙ Sanathana Sarathi গী লামাইশিং পন্দুনা য়াওবি।

(e) ধর্মগী ওইবা কৈবাক কাননবা সিথি কয়ামকম থাক কয়াগী কাখল নাইনা লৈ। মখোয়না সিধিশিং অসি যোগগী পোখোক ওইন নত্রগা হাথা নত্রগা তন্ত্রগী অঙকপা হোৎনবগী পাম্নেনা পুথোকই। মখাগী অসিবু চাউববা সিথি মখল নিপাল হায়না খঙনৈ ! anima (মশক খঙবা ঙমদবা পীকপা ওইবশ্মী), mahima (পাকচাউববা, পনখৈ নাইদবা), laghima (অকন্বা য়াউদবা, শুনতবংদা পাইবা ঙশ্মী), garima (চিংজাউমুক লুব্বা), prapti (য়ৌনিংবা মফম খুদিংদা য়ৌবা ঙম্বা), prakamya (থিংবা ঙমদ্রবা শক্তি তানশিনবা), vashitva (জীব খুদিংমক অমসুং মতম লাকশিনবা ঙম্বা), ishitvo (শেমগৎপা ঙম্বগী শক্তি চেনবা, লাকশিনবা ঙম্বা অমসুং মাংহনবা ঙম্বা পোৎশিংবুনি)।

অকোনবগী অহুম অসিবু অসুম্বা উবা ঙমগনি মকওইনা ম... থোইদোক হেন্দোকপা মখলগী সিধিশিংনি, অবতাব খক্তনা কা হে... ... পাঙথোকপা মতমদা শিজিন্নে।

মায়াশিং অসি কবিগুম্বা মতমদা মখোয়বু পাঙথোক্লিবা মীওইশিংদা ধর্মগী ওইবা অপাম্বা ফংননবা হোৎনবদা খুবৌ থাংবা পীবনি হায়না লৌনৈ। মসি পাঙথোক্লিবা মীশক অদুগী থৌদৌ মওংগী চাউনা মখা পোল্লি মহাক্লা মদু শিজিন্নবা মতমদা মহাক্কি থবক্কি চাং মখোয়না লেপকনি। অদুবু মায়া হায়বা অসি নুংশিবগী ঈচেলগী হৌবকফম ওইবিবা মীশক্তগী চেঙ্গোবকনি, অদুগুম্বা মীশক অদু মায়া পুম্বগী তুংনফম্লি। বাবাগী অসিগুম্নবা শক্তি অসি লৈ। তাইবং মীওইপোকপু কা হেন্না নুংশিবা হায়বা রাফম্বা পূন্নমক্তগী মাংজিল থানা শিজিন্নদুনা বাবাদগী মায়াগী ঈচেল লেপ্পা নাইদনা চেঙ্গোবক্লি। মায়াশিং অসি বাবাগা উন্ননবগী শকখঙ চেনি।

থাইনদগী মীওইশিংগী থকশি খাশিগী নিয়ম অমা লৈবশ্মী অমসুং হায়বিবা নিয়ম অসি অচুম্বা মশক খঙদোক্নবগী মবমদা শিজিন্নবশ্মী। তোঙান তোঙানবা মত মবিগী মতুংইন্না মখোয় পোৎশক অমবু চাংয়েং তৌবশ্মী। অহানবদা মখোয় shruti পাম্না য়োকখৎলম্বা লময়ানবা কাঙবুনা হায়রম্বা রাহেশিংদা য়ুম্ফম ওইবগা পুথোকপা তঙাইফদে। মথংদা মখোয় নুংগী ওইবা পোৎচাক্তা পূক্লিং থিংজিনগনি। লমদম অদুগী আইন, চৎনবী অমসুং নাৎকি ওইবা চৎন-পথাপ কয়াবু কবম্মা ফোঙদোক্কদগে খঙনবা হোৎনগনি।

অহুমশুবদা, পুবানশিংদা য়াওবিবা ধর্মগা মরী লৈনবা শৈবেং কয়া নত্রগা কবিগী মণ্ডলান্দা শাগৎপা বাখল্লোন কয়াবু অবেল্লা খণ্ডনবা কবি পাম্বে লৈবগে থিগনি। অবোইবদা, পোৎশক অমবু কুপ্না থিজিন্দুনা খণ্ডনবা হোৎনগনি মুর্ত্তিনচিংবা ওইববসু অমসুং হৌবকফম ইতিহাস খণ্ডনবা হোৎনগনি। মদু তৌববতদা পোৎশক অমগী অচুম্বা মরম খণ্ডবা ওমগনি। মীৎনা য়েংদুনা, নুংশাল ফাওনা অচুম অবান থিদোক্লুনা, নিংশিংখুদল্লা নত্রগা ভাবনা শাগৎপা পোৎশক্লা সমাজ অমসুং ইতিহাসকী ওইবা কবি মকওইবা বাফম লৈবগে : পুম্নমক অসি পোক্লা পোৎশক অমবু চাংয়েং চখগনি অমসুং অচুম্বা মশক খণ্ডদোক্লবগী ফজবা তাল্লা মাংদা চোংথোবক্লগনি।

শোক ১৯৫৮ মাদ্রাজদা পীখিবা ধর্ম সভাগী ভাষণ অমদা (Vol I Satya Sai Speaks p 69) বাবা মশামক্লা অসুম্না পল্লম্মী : "গুরু অদু চাংয়েং তৌ অমসুং মহাক্লা পাওথোকখিবা শিংথাবা য়াবা থবক পুম্বা, মহাক্কি ফিদম্নফম অমসুং থবক্কি লমদা মহাকপু য়াদ্রিবগী মমাংদা নৈনৌ। ঐহাক্লা পাংথোক্লিবা থবক্কি মবমদসু, খুৎ হাইদুনা ঐহাক্লা লিবিবা বাবীশিংদসু তবাইনা য়াবা তৌগনু। নমীৎ উইশিল্লগা বাবোইশিন্দা চোংশিনগনু : য়েংউ, নৈনৌ, অরুম্বা ওল্লু। নহাক অচুম্বা লম্বেলদা চৎলি হায়বসি নহাক্কি থম্মোয়নুংদা পেনবা ফাওদ্রিবদা কনাগুম্বা অমদা শন্দোকে খল্লুগনু। পুম্নমক্কি মথক্তা, মহাপুরুষশিং অমসুং মুনিশিংগী মবমদা ফত্তবা বাহে বাতা শিজিন্নদুনা চৈ থাংবা তৌগনু। মদু হেঞ্জিল্লবা নাপলগী থৌওংনি।"

প্রজাশিংনা ঐগী নাক্তা লাক্লুনা মখোযগী বিপোর্ট অমসুং বাকৎচে পিশিল্লগনি খন্দুনা ঐহাক ঐগী বাটচ তাবাবদা ফমদুনা লৈবম্মী। জগৎশিল্লুংনা চত্নুনা পুকচেল তিংনা অণ্ডকপা ফাওবগা লোয়ননা কবি কবি অবাৎ অপা লৈবিবগে থিবনা অতোপ্পা বাফম অমনি। আমেবিকা মচাশিং অসি হিবম অসিদদি য়াম্না পূক্লিং থৌগৎনিঙাইহনি। মখোয়না থৌবাং তৌদুনা থল্লবা থিজিনবগী হিবমগা মবী লৈননা মনোবিজ্ঞানগী বাংমদা, অথাপ্পা লমদমদা লৈবা মীশিংবু লায়েংবা ওম্বা, মাইবীগী লাইফাওগী মওং অমসুং মাংজৌননা হাম্না খণ্ডবা ওম্বনচিংবা কয়া অমা ইউনিভর্সিটিশিংদা চাংয়েংশঙ লিখত্নুনা চাউখৎপা পুবক্লবা লমদমদগী লাকপনি। আমেরিকাগী ইউনিভর্সিটি অমদগী খণ্ডহেববা মনোবিজ্ঞানগী বাংমদা লৈবিবা বিজ্ঞানগী থবক্তা খুমাং চাউশিল্লবা মীওইশিং ভাবত্তা মান্নবা হিবমদা

থিজিন্নবা থুংলথিরম্মী। হায়রিবা খণ্ড-হৈববা কাণ্ডবু অসি তশেংনমক পুকচেল শেংনা অমসুং ভাব তাবা গুন্নবা হোৎনবদা অপাম্বনা থুমহৎলবা ওইরম্মী। আমেরিকা মচাশিং অসিনা, বিজ্ঞানগী হিবমদা খমথেংনা চাউখৎলকপা অমসুং পৃথিবীগী মীয়াম্না মাইকে অশোমদা মীৎয়েং থন্নকপদগীদি, অসিগুম্বা সাইন্সকি অনৌবা মশা অমা ওইবিবা (parapsychology) অসি পোৎথি পোৎকুমগুম খন্দুনা থৌশাদনা লংখোক্লবা কম্না হোৎনবি। অদুবু ভাবত্তা লাকখিবা খণ্ডহৈরবা কাণ্ডবু অদুদি মখোয়না পায়খৎলিবা থবক্কি মগুণ খঙলম্মী। মশেংগী মখোয়গী মবৈবাক্কী লমদমদা তাংনা থোকপা কবিগুম্বা খবা ভাবত্তা ফংলম্মী, ভাব তাবা গুন্নম্মী অমসুং জ্ঞান তানশিল্লম্মী।

# জগৎ গুরুনা থবক তৌরি

Vinayak Krishna Gokak

নুমিৎকি মঙালগুম্মনা ভগবান বাবাগী গুণ চেল্লি। চুমথাংগী তোঙান তোঙানবা মচু কয়া নুমিৎকি মঙালদা য়াওবিবনি। বাবাগী অসুক্কি মতিক চন্বা, মবাল লৈতবা অমসুং গুণ কয়াগী তুংন্যম ওইবা ৱাফম খঙনবা হোৎনবদা নুংঙাইবা মতৌ ওইগনি।

অহানবমগুদা, বাবা খ্বাইদগী থোইবনা বৃন্দাবনগী ভজন শকপা মীশক্কি। মহাক্কা শকপা ঈশৈ তাকবা মতমদা, তৌরবা মী লিশিং লিশিং তুজুংবা ফাওবন্মী, চিকত্নবা তাঞ্জা অদগী মচু পীয়াম্না মহাক্কি মতুং ইনলম্মী, মসি সমাজগী অওনবা খোঙথাং শঙ্ক ... তানশিল্লকপা জ্ঞান ওইনা চাউখ ... নাইনা ঐশ্বর্যগী মীৎক্কি মমাঙদা চৎথবি অমসুং নাকোংনা তাবি। ইহান ... বা বাবাগী শুমহৎনিঙাই ওইবা ভজন :

Manasa Bhajare Guru charanam
Dustara Bhabasagarataranam

মহাক্কা মহৈমশিং হৈববা মীওই পুম্বদা তবাইনা ভাব তাবা ঙম্নোইদৌবা মওংদা পাউজেল পীবম্মী, মদু খুদক্তা নত্তবা অসুম অসুম কল্পনা কবি হায়খিবগে হায়বদু খঙবগা থাব থম্না মীওই অমনা লৌশিনবা ঙম্মি। বাবানা অসুম্না হায় আচার্য্য অমা, ওজা অমা ওইবা, মহাক্কা য়াম্না পামজনা য়োকখৎচবা ৱাখল্লোন্নি। মবম অসিনা মহাক জগৎ গুরু অমা ওইবগী থৌদাং লৌবি। মহাক্কি দর্শন শাস্ত্রদি জগৎ অসিগা চান্নবা অনৌবা মখল, চাউনা অওনবা পুরকপনা মসিগী মচাক ওইবা ঔরোবিন্দোনা পায়খৎলিবা থৌওংগুম্বনি। Iha অমসুং Para, সংসার অসি অমসুং মথংগী মপোক, পোৎ অমসুং আত্মা অমগা অমগা তৎন-থানবা য়াদবা মওংনি। মখোয় মী অমনা মখোং অনিনা লেপ্পগুম্বনি।

শাবমচংতগী, মী হায়বা কাওলুপ অসি মীওইবগী থাক্তা কাখৎলে। নহাক ঈশ্বর হায়বসি কবিনো খওবা ওম্নবা মথংগী খোঙথাং লৌখৎপা তাবি। মহাক মশামক্তা য়াউবিবা ঈশ্বরগী শক্তি, সিভম মশক খওম্ৰবদি, মহাক সভম হায়বা অসিবা হৃকচাংদগী হেন্না ফবা ওইবোই। বাবা সেক্সপিয়াবগী মতৌগুম ফাগীগী মওং মান্না অর্থ অনি লোংবা ব্রাঙাং, জগৎ গুরু অমা ওইনা পাঙথোকই হায়বা ভাব তাবা ওম্নি। অদুবু সেক্সপিয়াবনা নুংশিবগী মবমদা য়ানিংদবা উংত্রবসু, পুম্নমক অদু মঙোন্দা অসুম্না খোক্লম্মী মদুদি Cleopatra অমা, মহাকথক্তা জগৎ অসি মঙোন্দগী মাঙখিবা তাবম্মী অমসুং মাঙখিবদুদা পেনবা ফাউবম্মী। অদুবু বাবাদি অদুগুম্বা মান্না অমসুং মাঙজৌননা খওহনবগী ব্রাফম থাগুক্লা থন্নম্মী। মহাক্লা ফাগী মতৌ মানবা অর্থ অনি লোংবা ব্রাঙাং পাউতাক পীবা ওইনা শিজিন্নে। মহাকপু মখোয়না শিজিন্নবা নত্তে।

বাবাগী থবক্তা, জগৎ গুরু অমা ওইনা হেন্না শিংথাবা য়াববা ব্রাফম মহৈ মশিং তম্বীবগা মবী লৈনৈ, মীপুম খুদিংমক মশানা মশাবু য়াম্না পামজবা মীশক অমা ওইহনবনি। বিদ্যানশিংবু ভাব তাহনবা লাইনা থোকপা য়াই অদুবু খ্বাইদগী মকওইবিবা ব্রাফমদি বিশ্ববিদ্যলয়শিংদা লৈবিবা শক্লাইবা মীশকশিংনি। মসি হৃকথেংননা অমসুং অব্রাবা কয়া মায়োক্লবগা তম্বীবা ওমই। বাবানা পুথোকপা বিভূতি নত্রগা অশেংবা উং অসিমক্লা মহাক্লা পাঙথোক্লিবা থবক্কি পাউজেল মীয়ামদা পী। Ash Wednesday হায়বসি খৃষ্টানশিংগী য়াম্না মক ওইবা নুমিৎনি, অহানবা নুমিৎ Lent কী মনুংদা (Ash Wednesday দগী Easter Eve কি মনুং চয়োল ৪০ চংনা), Priest না য়ুন্নুবেল অদুগী মবাইবক্তা উং তৈবিবদুনা অসুম্না হায়, “নিংশিংউ নুপা, নহাক উফুল লৈবিক্লি, অমসুং উফুল লৈবিক্লুমক্তা নহাক হনগনি।” Longfellow না মহাক্কি পাউতাক শৈবেংদা মদুদি বাইবলদা মসি আত্মাগী মবমদা পল্লমদে, হৃকচাংখক্তগী ওইনা পল্লি। অসিগুম্বা ব্রাফম অসি য়েংলুবগা নুমিৎ খুদিংমক বাবানা Ash Wednesday নি হায়না লৌই। বিভূতিনা বাবানা উখোবকপা শাজৎ শকখওবা ওইনা উত্তুনা তাক্লি মদুদি পৃথিবীগী ওইবা মীংচৎপুম্বা হোংবা নাইগনি অমসুং মসি উং ওন্দুনা তুম্লগনি। অদুবু, মতম অমত্তদা অশেংবা হোংবা নাইববোইদবা বিভূতি অঙৌবা ওইনা ধর্মগী ওইবা মীংচৎ পুবকই।

কবি অহেনবা বাবাদা লৈবগে ? মহাক চাউববা নিংশিং খুদমনি, তশেংবা নমুনানি, মহাকপু থিবিবা মীশক্তমক্তা মমাংদা থমদুনা লৈতেংবা দরকার ওইবা, অমসুং মহাক্কি থবক মপুং ফানা চাউখৎপা নাইনা পাওখোক্তুনা চঙজক্তম লৌবিবা বাবাগী আদশনি। অশেংবা নুংশিবগী কংবা নাইদ্রবা ঈফুৎনি, অঙকপনা থল্লবা জ্ঞানগী তুংনফমনি, মতম পুম্বদা শান্তি লৈববা থম্মোয় অমনি লোয়ননা নুংঙাইহনবা ওস্বা, কবিগুম্বা তাঞ্জা নত্রগা মহাক্তা মহাক্কি পামজবা রাকমদা খঙহাই শ্রয়দোবকপা নত্তনা চাউববা শক্তি চেল্লবা ভগবাননি। বাবা মশামক্তা হায়বে Sathya অচুম্বগীদমকনি, শান্তি মহাক্কি পাউ ফাওননবা preacher শব্দোকপনি। Dharma নত্রগা চুম্না মদুবু পাঙথোকপা মহাক্কি Achar নত্রগা লমচৎনি। শান্তি নত্রগা ঈংনা তপ্পা লৈ। (Shanti) মহাক্কি নুংগী ওইবা গুণনি অমসুং Prema নত্রগা নুংশিবনা মহাক্কি Swaroop মাননবনি। মহাক ঙাংলৈনবা মচুগী ফিজোল শেৎপা থাদোকপা ওস্বগী শক্তম নত্তে অদুবু অঙাংবা গেকম্বা অমসুং অঙৌবা মচু শেৎপা হিবম খুদিংমক্তা জগৎকি মপুনি। মহাক্কি মতৌ তম্বা শাশিন্নবা মীওই কয়ামকম জগৎ অসিদা লৈ, মহাক্কি মতৌ তম্বা মীশকশিং, নুংগী দবকাব ওইবা মচাক য়াওদনা অমা; অশেংবা হায়বা পোৎশক্কি গুণ চেন্দবা শাশিন্নবা ফিজোল শেৎপা মীওই কয়ামকম লৈ।

Truth, Beauty, Goodness, Love অমসুং Power – পুম্নমক অসি নুংগী ওইবা রাখলদা লৈবনি। শক্লাইববা মীওইশিং, অদুম ওইনমক অফাওবা ওইদুনসু, পুম্নমক অসিগা মরী লৈননা মীয়ামদা খুদোল তৌবকপা মতমদা মপুং ফাবহা ওমদনা ফোঙদোকই। Capital Letter অসি, T B G L অমসুং P, য়েংবদা শাশিন্নবা লাম্না উৎপা মতৌ মানগনি। অদুবু মীওই পুম্বনা অসুম্না হায়বা চুমগনি মদুদি অসিগুম্বা Capital Letter শিং অসিগী মতেংনা বাবাবু শকখঙনবা হোৎনবদা চাওনা মতেং পাংগনি।

Yogishwar অমা ওইনা মহাক্কি খ্বাইদগী থোইববা তমজনিংঙাই ওইনা মহাক্তা পাঙথোক্লিবা থবক্তা তোপ তোপ্পা যৌগিল হৈবগী গুণ চেনবা অমসুং থবক্কি মপু ওইবা অদুনি। মীওই খুদিংমক্তা মশা মশাগী দবকাবগী মতুং ইন্না মহাক্ত া ধর্মগী লমজিং লমতাকপীবি। ঐ খঙলে মদুদি বাবানা Numerologist (অঙ্ক হৈবা মীশক অমদা) মহাক্কি অনিংবা পাম্দম ফংবা ওম্নবা অঙ্ক মশিং অমা পী।

মহাক্না Biologist অমগীদমক খোজুল মাংগ্রবা অমসুং মবী তংগ্রবা মুর্ত্তি অমা শেম্নীরম্মী। মহাক্না visionary অমদা অশেংবা লমজিং পীরম্মী, মঙোন্দা অতৈ অতোপ্পা মণ্ডালপুম্বা থৌশানা তৌদনবা হায়বগা লোয়ননা মহাক মশাগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা ধর্মগী নুমিৎপু য়েংউ হায়না নিংশিংলম্মী। অদুগুম্বা থিবিবা মীশক্কুনা অরোনবা লোংশিন্দুনা থম্নিবা শক্তিবু পামজবা খঙবা গুম্নবগীদমক লমজিংবীরম্মী। বাবানা য়ু থক্তবা করোবপতী অমগা অকুপ্পা হিরমদা বারী শাম্নরম্মী, অদুবু মহাক্না (করোবপতী) অতৈ মীওইশিংদা য়ু পীথক্কুনা নুমিদাংবাইরম খুদিংগী পার্টি তৌনবগী মবম মহাক্না ওইবম্মী অমসুং মহাক্কিদমক্তা বাবানা শুনতরংদগী মণিমুক্তা থিল্লবা খুদোপ অমা পুথোক্কুনা মহাক্কি খুৎশাদা শিজিনবীরম্মী অমসুং অমুক হন্না মখোয়দা পীথক্তনবা হায়বম্মী। ফিলম শো য়াম্না য়েংবা পামজবা ছাত্র অমসুং মহাক য়ামদ্রবদা নোংমদা ফিলম অমদগী তাদনা য়েংবা নুপামচা অমসুং মদুদগী নাম্বোকপা ভমদ্রবা মীশক অমদা খুদাং ঘড়ি অমা শুনতরংদগী পুথোক্কুনা পীবম্মী। নুপামচা অদুদা খঙহল্লম্মী মদুদি মহাক অমুকহন্না ফিলম য়েংলবা ঘড়ি অদু শোয়দনা চৎপা লেপকনি।

বাবাগী দববাবদা, Chaucer's Canterbury Tales তা তৌবগুম লাই ওম্বোক্না মবাং কাযনা লৈ। মখল খুদিংগী পূক্নিং, জীব মখল শুনা, কাঙলুপ কয়াগী শাগে জাৎ অমসুং তোঙানবা শিনফমগী মীওই কযানা তিল্লম্মী। মসি মীওই মখল শুনা তিল্লবা মীয়াম্নি প্রশান্তি নিলায়মগী চেকপল মনুংদা, মখলশুনা য়াওবি সাধু কয়া, সন্যাসিশিং, কবিশিং, দর্শনিকশিং, মন্ত্রিশিং, ওর্ফিসিয়েল কয়ামকম, ঈশৈ শকপা মীওইশিং, সিনেমাগী ষ্টারশিং, কাববাবৱালাশিং, রাজনীতিগী মীওই কাঙলুপ, পুলিস কন্সটেবলশিং, ইন্সপেক্টর জেনরেল ওফ পুলিস, উকিল কয়া, জজশিং, ডাক্তরশিং, সর্জনশিং, ওজাশিং অমসুং প্রোফেসারশিংনি। মফম অদুদা করম্বা কাঙলুপকি মীওই য়াওদবগে থিবা লুগনি। অওনবা পুরকপা পাম্বা মীওইশিং অমসুং ধর্মদা খমথেংনা অকনবা মীৎয়েং থম্বা কাঙবুসু মফম অদুদা উবা ফংগনি। মফম অদুদা মীফম্ত কয়াসু য়াওবম্বা মাবগী ওইথোকপা লৈ অমসুং মখোয় অদুগী মবমদা বাবাদা হংবদা মহাক্না পাউখুম পী, "মখোয় ঐহাকপু হেন্না দবকাব ওই নখোয়না ওইবদগীদি।" অসিগুম্বা খেন্ন-খেন্নববা মীয়াম্বু বাবাগী চরন্দা ধর্মগী চেংলবা লংলানা পুনশিল্লি মবমদি মাম্নানা

নুংশিবননি। বাবানা মখোয় খুদিংমক্কি থুপ্লবা থম্মোয়গী কাচিন্দা তাকপীরি মদুদি মহাক খুদিংমক্কি লুরবা থম্মোয়নুংদা লৈ হায়না।

বাবানা জগৎ অসিদা হিরম খুদিংমক্তা মাংজিল থানা পাওথোক্লিবা থবক্কি মবমদা খল্লুবদা অনৌবা মখলগী চৎনবোল সমাজ সংস্কার তৌগদবা পোরোহিত অমসুং মদুবু শেমগৎপা ভগবান্নি। মী খুদিংমক্কি মথানুংদা তুংদুনা লৈরিবা ঈশ্বরনি হায়বসি অশেংনা চুমই, ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা মহাক লৈরি হায়বসি তোইনা ফাওই। হায়বিবা ময়োল ওইবা মফম অদুদগী ঐখোয় পুম্নমক চুম্না লমজিংবী অমসুং ফনবি। মহাক্না মফম অদুদা লৈবিবগী মবমদি মহাক জগৎনি জীব খুদিংমক্কি আত্মানি অমসুং ঐখোয় খুদিংমক্কি পরমাত্মানি। Shelley গী বাহৈশিংদা, he is made "One with Nature" অমসুং ওই "a portion of that loveliness " মীওই খবনা বাবানা মীপুম খুদিংমক্কি থম্মোযদা তুংদুনা লৈ হায়বা তবাইনা খঙবা ঙমদ্রগসু অদুবু শোযদনমক লৈ হাযবসি তানশিল্লকপা জ্ঞানগী মতেংনা ইশিন্দুনা থল্লম্মী।

মীপুম খুদিংমক্তা ঈশ্বরগী শক্তি যাওবি হায়বসিগী মবমদা কনাগুম্বা মীওই অমনা বাবাদা হংলম্মী : "নহাক ঈশ্বরনি হায়বসি মতৌ কবম্না হায়বিবনো ?" বাবানা পাউখুম পীবম্মী : "নখোয ঐহাক্কি মবমদা মপুং ফানা জ্ঞান লৌশিনবা ঙম্লমদে। ঐহাক্না হায় মদুদি ঐহাক ঈশ্বরনি। অমসুং ঐহাক্না হায় মদুদি নহাকসু ঈশ্বরনি খেন্নবিবা ৱাফমদি ঐহাক মদু খঙই অমসুং নহাক মদু খঙদে।"

বিজ্ঞান্না how না হৌবগা হংবা ৱাহংশিংগী পাউখুম পী অদুগা why না হংবা ৱাহংশিংগী পাউখুম পীদে। মবী লৈনবা ৱাহংদা মতৌ কবম্না তৌদুনা ঈশিংগী মচাক ওইবকই, বিজ্ঞান্না তাক্কনি মসিগী formula $H_2O$ অদুবু মসি লুনা থোক্কনি মদুদি অসিগুম্বা formula অসিনা কবিগীদমক্তা ঈশিং ওইহল্লকখিবনো হায়বা ঙম্লোই। Why গী ৱাহংশিং অসিনা সাইন্টিসশিংদা তমথিববা থম্মোয় কায়নিংঙাই ওইরবা মতৌ ওইহল্লি অমসুং ঐখোয় অবোইবদা খুদোংথিবা তরাইনা লাকশিনবা ঙমদবা ফিভমদা থুংই - হৌজিক মতমগী ফিজিক্সকি অরেপ্পা লৈতবা ৱাখল্লোন, মদুমক্না মবম ওইদুনা metaphysics (হিংবগী মবম, অচুম্বা অমসুং জ্ঞানগী দর্শন শাস্ত্র) পু লৌখৎলগা বিজ্ঞানগী মশা অমা ওইনা লৌনবি।

মফম খুদিংমক্তা লৈবিবা বিদ্যানশিংবু বাবানা হেক হেক অয়েম্বা তাহল্লম্মী। মবমদি মহাক, মখোয়গী মহৈ-মশিংগা মবী লৈননা কোনশিল্লিবা পম্খেগী ব্রাংমদা ওই, মখোয়না অসুম্না লাওই মদুদি মহাক, ফোটোনি অহিংবা জীব নত্তে। অদুবু মহাক নোকই, নোং খোংবগুম মহাক মশামক্কি মোংফম নিংশিং ফুবা মনুংদা। মহাক সংসাব অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা খঙই।

বৈজ্ঞানিকশিংনা মৈশা অমসুং বিজুলিগী নিয়ম কয়ামকম পুথোক্নুনা অমসুং হিবম কয়াদা শিজিন্নদুনা শক্তি চাউনা পী। বাবানা অসিগুম্বা বিজ্ঞানগী নিয়মশিং অসি লংথোক্লগা শক্তি পুথোকই: মহাক ঈশিংনা পেট্রোল ওইনা শিজিন্নে অমসুং লৈঙোই খুজোক অমনা ফজপ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী সনাগী মূর্তি ওলহল্লি। মান্নবা মওংদা, অশেংবা উং, কুমকুম (অঙাংবা পাউডব) নত্রগা য়াইঙং, বাবাগী ফোটোদগী নত্রগা য়াওদনা য়াম্না চাং ব্রাংনা তাবকই। অসিখক্তা নত্তনা মখল মখা কয়াগী লাই মখল অমসুং সন্যাসিশিং অমসুং থোং নৌববা অমসুং মনম নুংশিববা লৈহি মঙোন্দগী চেম্ববকই।

জীব বিজ্ঞান হৈবা মীশক অমত্তনা বাবানা তৌবগুম জীব পানবশিংগী হৌবকফমগা মবী লৈননা হায়বা ঙমদে। পুবান পুম্নমক্কি নিংথৌ ওইবিবা ভাগবতমক্তা শন্দোক্লা তাক্কি মদুদি জীবশিংনা মমাগী খয়োমনুংদা মতোল থোক্নুনা মক হুল্লকপগী ব্রাফম হায়রিবা অসি ময়োল চোংহনবা ঙম্বা বিজ্ঞান হৈবা মীশক অমত্তনা মসি পায়খৎপা ঙল্লোই। সাইগী ভক্ত খুদিংমক্তা পুত্তাপার্থিদা লৈবিবা কলপাতক নত্রগা অনিংবা অপাম্বা পীবা ঙম্বা উপাম্বা মশক খঙই। বাবানা মখল খুদিংমক্কি উহৈ পাম্বী অসিদগী হেকই অমসুং মহাক্কি ভক্তশিংদা মখল খুদিংমক্কি উহৈ বিত্তু নাইবা নাইদবা থিদনা পী: হৈতুপ, লিচু, বোবোই অমসুং হৈনৌ, মখোয়গী ব্রাখলদা লাকপা উহৈ পুম্বা পীজে।

মখল মথেল শুনা, অকবা ব্রাফম কয়ামকমনা তিম্নবা বিজ্ঞানশিং, মেডিসিন, ইঞ্জিনিয়াবিং অমসুং এগ্রিকলচবগুম্বা হিবমদা, বাবাগী অঙকপা শক্তি চেম্নবা লায়েংবা মীশক অমা ওইনা, লায়েংবা ঙমদ্রবা লায়না কয়াবু মাই পাক্লা লায়েংবগীদমক্তা মহাকপু মীয়াম্না খঙনৈ। থা খবগী মমাংদা বাবানা, লৌউ-শিংউগী মবমদা খঙহৈববা মীশকশিংদা অসুম্না হায়বম্মী মদুদি লৈনুংদগী ঈশিং

চিংখোক্তুনা হিবম কয়ামুক্তা অরেপ্পা থমদনা শিজিন্নবনা ঈশিং ফংদবগী সমস্যা (water-famine) লাক্তনি খঙহল্লম্মী।

সোসিয়েল সাইন্সকি মতাংদা বাবানা মহাক্কি ওইবা মত পীরি। মহাক্কা কোঙদোক্লিবা মত খুৎশুমল য়ামদবগী সমাজবাদ নত্তে। মসি হায়বগা, শেলমিংলোল মখল অমনি নুংশিবদা যুম্ফম ওইবা - ইনাক কৈরাক খুনবা মীশিংনা মদুবু ঙাকশেন্দুনা থমগদবা অমসুং মখোয়দা খঙহনগদবা, মখোয়গী শক অমসুং তোংশাদা, মদুদি মখোয় লনথুমগী শেন্নবিবা মীশকশিংনি, মপু নত্তে, মখোয়গী লনথুম পুম্বগী। থাজবগা লোয়ননা শিল্লাংবগী দায়ত্ব লৌবা হায়বা বাফন্না মাংওইনবগা নুংশিবা হায়বা যুম্ফমদা শাগত্তুনা শেলমীংলোলগী বিজ্ঞান য়োকখৎকদবনি। মান্নবা মওংদা, সোসিওলোজিগী বিজ্ঞানসু পুকচেল খোয়জেল তিন্নবা হিংমিন্নবা, নুংশিবা অমসুং মচিল মনাওনি হায়বগী বাখলদা লুনা মবা তাহন্দুনা থমগনি অমগা অমগা লান্না তৌনবা অমসুং অঙম তান্নবদগী নাথৈগনি। এন্থ্রোপোলোজিগী বিজ্ঞান নৌহৌনা শেমদোক্কদবনি মদুদি, মসি মচা খাইনা তাকপা মতমদা, মসি কৈদৌঙৈদা কাঙলুপ অমত্তগী মীওইবা জাতিনি হায়বা মীৎযেং থাবোইদবনি, নুংশিবদা যুম্ফম ওইবা ধর্ম মখল অমত্তা ওইবা অমসুং থম্মোয়গী লোল অমখক্তনি খনগনি। পোলিটিকেল-সাইন্স হায়বা সবজেক্ট অসি শক্তি শিজিন্নবগী বিজ্ঞাননি। অমসুং হিবম অসিবু মমুৎ তানা খঙলবা কাঙবুনা মসি অশেংবা শক্তিনি হায়না খঙবা তাবে, মদুদি মফম অদুদা, অশেংবা অমসুং নুংশিবদগী চেত্থবক্লিবা ঈচেলনি খনগনি।

য়াম্না কুইন্দ্রিঙৈগী মমাংদা পৃথিথক্তা চাউববা লালহৌ খবা থোকখিবম্মী - ফ্রেঞ্চ লালহৌ, রাশিয়ানশিংগী লালহৌ অমসুং গান্ধীনিতিগী লালহৌ। অদুবু স্বাইদগী চাউনা অওনবা পুবকখিবা লালহৌদি - চাউনা অওনবা পুবকখিবশিংগী মনুংদা অওনবা - অমখক লৈ বাবানা লেপ্পা নাইদনা হোৎনবিবা অওনবা পুবকপনি। মসিদা য়াওবিবা মচাক অমসুং শাগৎনবা মওং মতৌ অতৈ লালহৌশিংদগী খেন্ননা উগনি। বাবানা পাল্লিবদি চাউনা অওনবা পুবকপনি - মীওই খুদিংমক মনুং অমসুং মপান ফাওনা হোংদোকপনি, মদু তৌবিবগী মবমদি মহাক্কি জ্ঞাননা অচুম্বা ফংবা ঙম্নবা, মহাক্কি থম্মোয়দা শান্তি ফংনবা, মহাক অচুম্বা থবক মশক খঙবা ঙমগনি অমসুং মহাক্কি আত্মাদা নুংশিবগী ঈনোৎ কাগনি।

হোংদোক্লবা মীশক অদুনা মশাদা শেংলিবা ফিজোল তাখত্নুনা সমাজদা চাউনা অওনবা পুরক্লবা হোৎনরগনি।

মসি জীবশিংগা মরী লৈননা আত্মাজ্ঞানগী দর্শন শাস্ত্র, ধর্মগী মণ্ডাল ফঙননবা নত্রগা লমচৎ শাজৎ অৱাংবা থাক্তা কানবগী মৰমদা খন্ন-নৈনবা ওইবা য়াই, বাবানা মহাক্কি খুদোনবী লেপ্পা নাইদনা মীওইবনা দবকাব ওইবিবা পোৎশকশিংদা খিদ্দুনা তাক্কি: লমচৎ শাজৎতা চাউনা অওনবা পুবকপনি অমসুং কাওলুপ খায়দোক্নুনা তোঙান তোঙানবা জাতীভেদ লৈরোইদর্বনি হায়ববোমদা খোওথাং লৌখৎপনি। হৌজিক হৌজিক দবকাব ওইবিবা পোৎশক্তি মসিমক্কি। দর্শন শাস্ত্র হায়বা হিবম অসি থবক ওইনা পাওথোকপা য়াবা মাইকৈদা লমজিংলবদি মসি অচুম্বা ওইগনি। Keats না লাউথোক্লম্মী শুমহৎনিংঙাই ওইববা পোৎশক খুদিংমক Cold Philosophy না থাইফেত্তং শোকপদা পাইগনি, মদুদি Natural Sciences নি। Warm Philosphy – অশেংবা দর্শন শাস্ত্র ওইববা ফাওবদা হেন্না ফবা ওইদে। মসি কান্নদবনা থল্লবা অবেন্না লমদমদা কোইনা চৎকনি অমসুং অবোইবদা অমম্বা লমদমদা লম্ফাংনগনি। ঐখোযনা তানশিল্লকপা জ্ঞান ফংলবা মতমখক্তদা অহানবা ওইনা অমসুং অয়ুক্লুমক্তা ঐখোয়গী মীহুলদা নিতি নিয়ম অমা লৈবে হায়না প্রমান ফংলবদা "কফোইনা মুল্লবা মতমদা ঙাংশং ঙাংনা অবংবা মণ্ডালগা লোয়ননা চেকখাইবকপগা পাম্বকনি।"

ধর্ম থাজবা মীশক অমনা মায়োক্লবিবা বাথোক্তি মহাক্না ধর্ম তিন্নদবা মীশকশিংগা অমসুং নহাক্কি অপাম্বগী মায়োক্তা লৈদুনা অথিংবা পীবিবা মীশক্তুগা নুংশি চান্ননা লোয়নবা ঙমগদ্রা হায়বা য়াফম্নি। অসিগুম্বা মখলগী থৌদোক থেংনবকপা মতমদা অচেৎপা অখাওকনবগী গুণ দবকাব চাউনা লৈগনি। মতাং অসিদা, অনিগী মরক্তা, কনাগুম্বা মীওই অমনা অতোপ্পা মীশক্তুগী অপাম্বদা ফজনা ভাব তানা লৌশিনবা ওম্বগী অপাম্বা উৎলবদি নুংঙাইবা ফাওরবা মখলগী বাবী বাতাই শানবা য়াবগী ওইথোকপা লৈ। মশা মশাগী লাইনিং লম্বেলদগী ফংলকপা অনৌবা মখলগী উখোরকপা শাজৎ মতৌনা দর্শন শাস্ত্র অমা নত্রগা ধর্মগী পাউতাকপু চাংয়েং তৌই। কনাগুম্বা মীওই অমগী ভাব তাবা ওম্বগী শক্তিদা মতম কুইনা তুংদুনা লৈগদবা অহোংবা পুবক্লবদি, মহাক্কি মীৎয়েং অমসুং লমচৎ

শক্তম চাউনা অশোয়বা লৈরে নত্রগা মহাক্কা লোয়নবিবা দর্শন শাস্ত্র অমসুং মদুবু চৎলিবা মীশক্তগী অবানবা খোঙথাংনি। মবম অসি লৈবনা বাবানা মতম খুদিংমক্তা নুংপাল ফাওনা অওনবা পুবক্কবগী মতাংদা তোইনা পল্লি। নিতি নিয়ম হায়বসি মতম পুম্নমক্তা হিংদুনা লৈগদবনি, ইচম চম্না মদুবু চৎনবা খক্কি নত্তে। মহাক মশামক্লা ইংবাদি পোন্দা নিংথিজববা পাউজেল পীবা মতমদা অসুম্না হায়:

Life is a challenge meet it
Life is love enjoy it
Life is a dream realise it
Life is a game · play it

(পুন্সি হায়বসি শিংনবনি, মদু থেংনৌ। পুন্সি হায়বসি নুংশিবনি, মদু নুংঙাইয়ু। পুন্সি হায়বসি মঙনি, মদু মশক খঙউ। পুন্সি হায়বসি শান্নবা মখল অমনি, মদু শান্নৌ।)

জয় সাই কৃষ্ণ

(বাবানা কুলবন্ত হোল, প্রসান্তি নিলায়ম
তাং ১৭ জুন ১৯৯৬ তা পীখিবা প্রবচননি)

# ভারতকি সংস্কৃতিগী মরাং কাইরবা লনগে

জ্ঞান যাওদবা মীশক অমবু মহাক্কি ময়ুমগী মীওইশিংতনা ব্যবহাব তৌই অমসুং খুল্লাকপা অমবু মহাক্কি খুঙ্গংখক্তনা ব্যবহাব তৌই। মান্নবা মওংদা, নিংখৌ অমবু মহাক্কি দেশকি প্রজাশিংখক্তনা ইকাই খুম্নে। অদুবু মহে হৈবা মীওই অমা ওইববদি মফম খুদিংমক্তা ইকাই খুম্নে। (সংস্কৃত শ্লোকা)

অসুক্কি মতিক পংবা মীশক ওইববসু, মহাকপু মহাক্কি ইমুংগী মীওইপুম্বনা ইকাই খুম্নে। মপা-মমানা মখোযগী মচাবু পংবা ওইবগসু নুংশিনা তৌই। মদুগী অচুম্বা মবম কবিনো ? মমা-মপা অনি অদু নুংশিবগী থৌবিনা পুনশিন্দুনা থমই অমসুং মখোয মচাবু লুনা চান্না তৌবগী ৱাখল থাদোকপা ঙমদে। খুল্লাকপা অমনা, অপংবা জ্ঞান য়াওদবা থবক মশিং থিঙমদনা তৌবা যাই, অদু ওইদুনসু মহাক্কি খুঙ্গংগী মীশিংনা মহাকপু অদুম ইকাই খুম্নে। মদুগী অচুম্বা মবম কবিনো ? অচুম্বা মবমদি মহাক্কি মখুত্তা সাসনগী শক্তি লৈবননি। প্রজাশিংনা সাসনগী শক্তিদা ব্যবহাব তৌবকপদগী হৌবদুনা, মখোয় শক্তি পায়বিবা মীশক্তবুসু ইকাই খুম্নে। কলি যুগ অসিগী মনুংদা, মীশিংনা শক্তি অমসুং লক্ষুমতবু ব্যবহাব তৌই, লমচৎ শাজৎ অমসুং লান্দবা হ্যযবা ৱাফমদা মখোয় ইকাই খুমদে। নিংথৌ ওইবিবা মীশক্তু ওইনিংবা মখলগী মী ওইজসনু, মহাক্কি প্রজাশিংনা মঙোন্দা ব্যবহ্যব উৎকনি। অচুম্বা মবমদি মহাক সাসনগী শক্তি শিজিন্নবি। মফম খুদিংমক্তা, মহে-মশিং হৈবা মীশক্তবু ব্যবহাব তৌনে।

## ভারত সংস্কৃতিগী ফজরবা শক্তম

কবদ্বা মখলগী লৌশিংবু মীওইবনা ইকাইখুম্নবগে ? Jnananam Jnanamuttaman (লৌশিং কয়াগী মরক্তা খ্বাইদগী ফোইববা পুকচেল চাউবা উৎলিবা লৌশিং। মসি আত্মা বিদ্যানি (মশাগী জ্ঞান)। আত্মা বিদ্যা হায়বসি মফম খুদিংমক্তা মফম, মতম, ওইবিবা অবস্থাগী অথিংবা য়াওদনা ইকাই খুম্নে। মসি ব্রাহ্মণগী জ্ঞাননি, মসিগী হৌরকফম বেদনা ওই। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিগী পান্বেননি বেদনা পীবিবা মদুদি বেদগী সংস্কৃত Griffith (Prof Ralph T H Griffith (1826-1906, চাউববা সংস্কৃত পণ্ডিত, Benares College গী প্রিন্সিপাল ওইবম্বা, মহাক্না বেদশিং, রামায়ণ অমসুং কালিদাসকি লাইবিক পুম্বা ইংলাজিদা হন্দোক্লম্মী) না হিবম কয়ামকমদা তম্বীবম্মী অমসুং লাউথোক্লম্মী, “বেদ হায়বসি মীওইবনা ইহান হান্না ভাংবা রাহৈনি।” মান্নবা মওংদা জর্মন পণ্ডিত Max Muller (1823-1900) না (সংস্কৃত পণ্ডিত, Prof Oxford University, মহাক Rig Veda অমসুং Aryan Culture ইংলাজিদা হন্দোকপা) Veda বু ফজনা রাংনা থাঙ্গৎতুনা ইকাই খুম্নবম্মী। মহাক্না England দা ছাত্রশিং অমসুং Indian Civil Service থাগদবা কেন্দ্রিদেটশিংগীদমক্তা Veda শিং অমসুং ভারতকী সংস্কৃতি ইংলাজি লোন্দা হন্দোক্তুনা কান্নবা পীবম্মী। মহাক্কি লাইবিক, Indian – What Can I teach us ?" বেদগী ফজববা শ্লোকা কয়া অমসুং মখোয়গী পাউতাকশিং অমসুং ভারত সংস্কৃতিগী মক্তবা মশাগী ওইবা হৌবকফম তাক্না শুগাইনা পল্লি। ভারতনা পৃথিবীদা কবি পাবা তম্বীবি ? মসিনা তম্বী Sathyam Veda, Dharmam Chara (অচুম্বা ভাংউ, ধর্মবু থবক ওইনা পাঙথোকউ), Matru Devo Bhava Pitru Devo Bhava (নমা অমসুং নপাবু ইকাই খুম্নো লাইগুম্না)। মহাক্না হায়বম্মী, “মখোয়শিং অসি ভারতকি সংস্কৃতি শাগৎনবা য়াম্না মকওইবা য়ুম্বী মবিনি।”

বেদদগী হৌবকপা হৌনলোনচৎকি নিতি নিয়ম কয়া ভারত সংস্কৃতিগী শকক অমনি। ভারতকি সংস্কৃতিনা মঙোন্দা কয়াগী মতিক চাউনা ঈথিল পীনগে হায়দুনু Wilson's (Prof H Hayman Wilson (1786-1860) সংস্কৃতকি Prof , Oxford University) না Vishnu Purana অমসুং Rig Veda

ইংরাজীদা হন্দোক্লম্মী। মহাক্না থৌদোক কন্নামক্লম থেংনবম্মী মদুগী মনুং চন্না কলি যুগতা সাই অবতার লাকপগী ৱাফম পল্লম্মী। মহাক মথিক নেম্না ওইগনি অদুবু খাইদগী চাউরবা য়োংচাবী ওইগনি অমসুং জগৎপুম্না চিংশিনবা ঙমগনি হায়না পল্লম্মী। ভাবতকি রিশি কয়ানা ইবম্না তুংদা থোক্লগদবা থৌদোক্কা মরী লৈননা Nadı গী লাইবিকশিংদা মান্না মওংদা পল্লম্মী। অতোপ্পা চাউরবা সংস্কৃত পণ্ডিত Wılliam Jones (1746-1794) "Manusmrıtı" ইংরাজীদা হন্দোক্লম্মী মমিং "The Laws of Manu" শোক 1783 মহাক Kolkata Supreme Court কি জজ ওইবম্মী)। তোঙান তোঙানবা জ্ঞানগী লমদা ভাবতকি সংস্কৃতি অমসুং মসিগী পাউতাকশিংনা পৃথিবী পুম্বগী পূক্লিং চিংশিল্লম্মী। অসুম্না হায়নৈ মদুদি ভারততা ফগুদবা পোংশক অমত্তা অতোপ্পা মফমদা ফংবা ঙল্লোই। ভাবত হায়বা লৈবাক অসিনা তৌবিবা দান মফম কদাইদা থিবা ফংলোই। খুদিংমক ভাবততা লৈবা ঙাক্তনি। লাইবক থিবিবদি, ঙসিদি ভাবতমচা পুম্বনা অসিগুন্নবা চাউববা সংস্কৃতিগী নিতি নিয়ম অসিবু থৌশানা তৌদবদুনি।

## নঙোন্দা চেল্লিবা ৱাখলনা নহাক্কি লাইবক লেপ্পি

নহাক্না থেংনবকপা লাইবক ফবা অমসুং লাইবক থিবা থৌদোক খুদিংমক নঙোন্দা চেল্লিবা ৱাখলগী মখা পোল্লি। মমাংদা, ঐহাক Adrıshta গী মবমদা ৱারী শাবম্মী: "Adrıshta" গী অর্থদি মীৎনা উবা ঙমদবা হায়বনি। মসিগী অতোপ্পা ৱাহম্বোক অমনা লাইবক্লা তম্বা অফবা অমসুং ফত্তবা অনিমক কোনশিল্লি। ঐখোয়না ৱাখল অমা মক্ক হনবা মতমদা ঐখোয় কর্ম (actıon) অমা মক্ক লোকই। ঐখোয় কর্ম অমা মক্ক হনবা মতমদা, লমচৎ অমা শাগৎকে তৌই। ঐখোয় লমচৎ অমা মক্ক হনবু মতমদা, ঐখোয লাইবক্কি ফল ফংগনি। মবম অদুনা লাইবক হায়বসি লমচৎকি মখা পোল্লি, লমচৎ তৌথোবকপা থবক্কি মখা পোল্লি, তৌথোবকপা থবক ৱাখলগী মখা পোল্লি। অসুম তৌদুনা অফবা ৱাখল হায়বসিনা ঐখোয়গী লাইবক লেপ্পগী তঙাইফদনা যুম্ফমনি। লাইবক থিবিবদি করি মবম লৈবদগীনো ? ঐখোয়না ফত্তবা, ৱাখল অমা মক্ক হনবদা, ঐখোয় ফত্তবা কর্মগী ফল ফংগনি। ঐখোয় ফত্তবা থবক মতৌ উথোক্লবা ঐখোয় ফত্তবা লমচৎকি ফল ফংলগনি। ঐখোয় ফত্তবা লমচৎ মক্ক হল্লবদি ঐখোয় লাইবক থিবা থেংনবগনি। মসিনা মরম ওইদুনা লাইবক ফবা অমসুং লাইবক থিবা

অনিমক ঐখোয়গী ব্রাখলগী মখা পোল্লি। মরম অদুনা, ঐখোয় মতম পুম্নমক্দা পুকচেল চাউবা মতৌগী ব্রাখল চেনগনি।

মফম অসিদা ঐখোয়না হায়রে মদুদি অপণ্ডবা মীশক অমবু মহাক্কি মমগী মীওইশিংতনা ইকাই খুম্রে। অদুবু অপণ্ডবা মীশক হায়বসি কনাবুনো ? মীপুম খুদিংমক্তা খণ্ডনরবা অফবা মীশক অমা অদুবু মহাক অফবা হায়রবা ব্রাফমদা থৌশাবমদে অমসুং অরানবা লম্বেলদা চৎলি অদুনা মহাক অদু অপণ্ডবা মীশক্কি। হন্না হন্না মণ্ডোন্দা অফবা হায়বা ব্রাফমদা হায়বা লৈরগসু, মহাক মহাক্কি ফত্তবগী গুণশিং মচেৎ অময় ফাওবা থাদোক্তে। মহাক কা হেন্না মহাক্কি ফত্তবা শাজৎতা লুপ্পুনা লৈ। মহাক সত্যনা করিনো অমসুং ধর্ম কবিনো হায়বা মশক খঙই। অদুবু মহাক হৌজিক ফাউবদা মদু ভাক্কা চৎলমদে। দুর্যোধন অমসু দুশাষন ধর্ম কবিনো হায়বা ফজনা খঙই অদুবু মখোয় থবক ওইনা মদু পাণ্ডথোক্লমদে। মখোয় অচুম্বা হায়বা পোৎশক করিনো হায়বা খঙবনি অদুম ওইনমক মখোয় অবানবা থবক পায়খৎলম্মী। ঈশ্বরগী থৌশিলবু থৌশাদবা অমসুং মপান্থোংগী ওইবা জগৎতা খোঙদাবা য়াম্না শাখিনা পঙবগী ব্রানি। অসিগুম্বা মখলগী অপণ্ডবা শাজৎ হৌজিক্তি য়াম্না চাং ব্রাংনা হাইগৎলক্লি। মবম অদুনা, মীওইবা ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ঈশ্বর থাজবগী ব্রাখল চাউখৎপা নাইহনগনি।

## অশেংবা ভক্ত অমনা ঈশ্বরগী য়াথং হনবা নাইদনা ইল্লি

ঈশ্বরদা থাজবা থম্বা হায়বসি গুণ পুম্নমক্কি ব্রাংমদনি। মীপুম খুদিংমক্কি মশাদগী থোবকপা নুংশিবা হায়বা গুণ ঈশ্বরমক্কি। নুংশিবা ঈশ্বরনি। মসি মী খুদিংমক্তা য়াওবি। ঈশ্বরনা মীপুম খুদিংমকপু মীচং মীখায় নাইদনা নুংশিবগুম মীওইবা অমনা খুদিংমকপু চান্নবা মওংদা নুংশিগদবনি। নুংশিবা হায়বসি শ্বাইদগী শিংথানিঙাই ওইববা লাইনিং লম্বেলনি। Ananto Vai Prema (নুংশিবা হায়বা ব্রাফম পম্থে নায়দে অমসুং ওনবা ভমদে)। মসি ঈশ্বরমক্কি লৌগনি। কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা, ফনয়াম্না ইনাক কৈবাক খুনবা, লৌশিং লৈবা অমসুং তৌবঙম্নগী শক্তি লৈদুনসু, নুংশিবা হায়বা ব্রাফম পোৎশিংগুম্না মত্তিক্রবা, লৈবা য়াবা ওইদে নত্রগা ভাডাদা শন্দোরুপা অমসুং পুথোকপা য়াবা নত্তে। অদুবু, ওসিদি প্রজাশিংনা নুংশিববু কারবারগুম্না লোয়নবে। ঐখোয় নুংশিবা হায়বা ব্রাফম নুংশিবখত্তনা

ফংবা ওমগনি। মসি মীওইবা ঐখোয়গী অহানবা পক্লুংনি। ভসিদি মীওইবা মখল মথেল শুনা জ্ঞান অমসুং শক্তি তানশিল্লি। মখোয় মখল কয়াগী শিনফমদা তোঙান তোঙানবা থাক্তা শক্তি শিজিন্নরি। অদুবু য়াম্না মরুওইরিবদি মসি নত্তে। ঐখোয় অসিগুম্বা শেংলবা মখলগী নুংশিবা মতিক চানা তানশিনফম থোকই। অসিগুম্বা নুংশিবগী থোইববা নিতি নিয়মশিং বেদশিং অমসুং মশাশিংদা শুগাইনা তাক্লুনা য়াওবি। নুংশিবা হায়বা রাফমগী কাংলোন অমসুং মচাক করি মতৌ ওইগনি ? মসি মওং লৈতে। অদুম ওইনমক, মসিগী তানশিল্লকপা লৌশিং তোঙান তোঙানবা মওংদা থেংনগনি। মসি থবক ওইনা পাঙথোকপনা ফঙবা ওমগনি। নুংশিংকি মওং কবম তৌই হায়দুনা কনাগুম্বা অমনা হংবা তাববদি, ঐখোয়না হায়গনি মসি মওং লৈতে। অদুবু নুংশিত্তি লৈ। নুংশিং য়াওদ্রবদি ঐখোয় হিংবা ঙম্লোই। ঐখোয় মতৌ কবম তৌবগা মসিগী মওং লেপকনি ? মসি ফুটবোল অমদা হানজিল্লবা, মসি ফুটবোলদুগী মওং ওইগনি। বেল্লুন অমদা হাপচিল্লবা মতমদা, বেল্লুন মওং ওইগনি। মান্নবা মওংদা, নুংশিবা হায়বা রাফম মসিবু পুথোক্লুনা শিজিন্নবিবা মীশক্লুনা ফঙবা ওমগনি।

মান্নবা মওংদা ঈশিংসু অমহানি। মশাগী অবেপ্পা মওং লৈতে। মসি হাপ্পুবা পাত্র অদুগী মওং লৌই। মবম অসিনা, নুংশিবা হায়বসি অসুম্না পোক্লকই। ভসিদি মীওইবনা মপালথোংগী রাফমদমক উবা ওমই অমসুং মনুংগী ওইবা রাফমদা উবা ওমদে। মহাক্না চংলিবা লম্বেলদি Pravritti Marg (সংসাবগী পান্দগী লম্বেল) নি অমসুং Nivritti Marg (আত্মাগী ওইবা লম্বেল) ভাব তাবা ওমদে। লাইনিং লম্বেল হায়বসি করিনো ? মীওইবনা অসুম্না খল্লি Dhyana (meditation) নিংশিংবনা, Japa (recitation) চিন্দা শোনবনা অমসুং Namasmarana (chanting the name of God) ঈশ্বরগী নাম শোনবনা ভক্তি ওই। অদু ওইদুনসু, লাইনিং লম্বেল মাপল লৈ। Sravanam (listening), তাবা Kirtanam (singing) ঈশৈ শকপা, Vishnusmaranam (contemplating on Vishnu) বিষ্ণু নিংশিবা, Padasevanam (serving his lotus feet) চরন সেবা ফংজবা, Vandanam (salutation) খুকমজবা, Archanam (worship) ভক্তি কংচবা, Dasyam (Servitude) মনাই ওইজবা, Sneham (friendship)

মরূপ ওইজবা অমসুং Atmanivedanam (Self-surrender) মপুং ফানা থবাই হকচাং কংচবনি।

লাইনিং লম্বেল মাপল অসিগী মনুংদা আত্মানিভেদম হায়বা মখল অসিগী মমাংদা কবি লাকপা তাবগে ? মদুদি স্নেহম্ (মরূপ ওইবনি)। মপুং ফানা চংজবা হায়বা বাফম মকপ ওইববগী তুংদা লাক্কনি। মদু ভাক্তি ফাউবা মপুং ফানা চংজবা ওইথোকপা লৈতে। চংজবা হায়বগী বাহম্লোক করি ওইবা তাই ? মসি কবিগুম্বা পোৎ খবা পীবগী হেল্লো, হেল্লো হায়বগী বাফমলা ? নত্তে, নত্তে। অশেংবা মরূপ লিংবদা, হকচাং তোঙান তোঙানবা ওইবা য়াই, নিতি নিয়ম অমখক্তা ওইগনি। অনিমক্তা মান্নবা বাখল্লোন লৈগনি। মরূপ মপাং ওইবা হায়বসি অসুম্লসু লৌবা য়াই "Maitri" নত্রগা 'Mai-tri"। Mai গী অর্থ ঐ, tri গী অর্থ অহুম, মদুদি, হকচাং, পূক্নিং অমসুং আত্মানি। হকচাং, পূক্নিং অমসুং আত্মা পুল্লপ পুনশিনগনি। মদু মকপ মপাং ওইবগী মতৌনি।

মান্নবা মওংদা চঙজবা হায়বা বাফমসু হায়গনি। মপুং ফানা চঙজবা হায়বদি হকচাং পূক্নিং অমসুং আত্মা পুল্লপ্পা চঙজবনি। অদুগী মতুংদা ঐখোয় ঈশ্বর কবিনো খঙবা ঙমগনি। ঐখোয় অদুক্কি মতিক কুইনা 'ঐ' অমসুং 'নহাক' খেন্নবনা লৌবিবমখে, ঐখোয় ঈশ্বর মশক খঙবা ঙম্লোই। শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা হায়বিবদু মবম অদু লৈবননি, Mamaivamsho Jivaloke Jivabhuta Sanathana (নুংগী ওইবা আত্মা অহিংবা জীবশিংনি হায়বিবা অসি ঐগী হকচাংগী শকক অমনি)। মহাক্না লাউথোক্নমী, "মী খুদিংমক ঐহাক্কি ওইবা ঈশ্বরগী শকক অমনি অমসুং থবাই পানবা খুদিংমক ঐহাক্কি শকক অমনি।" মবম অদুনা, নহাক তোঙানবা মওং অমা নত্তে। নশাখক্তগী পাম্মুজবা নুংশিবদু খল্লুবগা নহাক তোঙানবা শককনি খল্লি। ঐখোয় ঈশ্বরগা মকপ ওইবগী চাং হেঙ্গৎহন্নবা মহাক্কি য়াথং ইনবা তাবি। লাইনিংবা মীশকশিংনা, হৌজিক্কি মতমদা চথবিবা লাইনিং মখলদি, মশাগী ওইজবা থিবনা পূম্নমক্তগী মাংজিন থাই। মখোয় ঈশ্বরনা পীবা য়াথং ইন্দে। অদু ওইববদি, নহাক্কি ভক্তিগী বাহম্লোক কবি ওইবা তারি ? করিগীদমক ঈশ্বরনা নঙোন্দা করি হায়গনি অমসুং য়াথং তৌগনি ? ঈশ্বরনা পীরিবা পাউতাক নহাক্না থবক ওইবা পাওথোক্তবা মতমদা, নহাক্কি লাইনিং কদাইদা চংখিবা তাবি ? নহাক ঈশ্বরগী পাউতাক মতুংইন্না নহাক্কি পুক্নি

লমজিংগনি অমসুং নহাক্লা পুন্সিদা পাঙথোক্কিবা থৌরমশিংদা মদু ঙাক্লা চংকনি। মসি অচুম্বা লম্বেলনি। কবিগীদমক্তনো হায়বদু Purandaradasa না হায়বম্মী, "হে ঈশ্বর ! ঐ সংসার অসিদা অমুক হন্না পোক্লবে মরমদি ঐহাক নহাক কাওথোক্লুরে। ঐহাক্কি থম্মোয়নুংদা নহাকপু লাংচববদি, ঐহাক অমুক হন্না পোক্লমলোইদবনি।" চিংনবা পুম্বগী মরম অমথক লৈ, মদু ঐগী হকচাংবু নুংশিরুবননি। ইশামক্কি হকচাংবু ঐগীনি খল্লিবমখে, চিংনবা পুম্বনা নহাকপু থাদোক্লুনা চংখিরোই। ঙাইহাক্তং বাখল খল্লু।

নুঙজাও অনিগী কাবক্তা লৈবিবা হঙোই মচা কনানা হিংননবা চিঙ্গাক হনবিবা, চীংমাই অঙম্বা শকক্তা হৌবকপদা ঙাইবিবা পাম্বী মচা কনানা ঈশিং চাইবী ? ব্রাহোংগী মতুদা য়াওইববা মখল মথেলগী মচু কয়া কনানা য়েকপনো অমসুং কনানা য়েংবদা শুমহৎনিংঙাই ওইশবা তেনবাগী মচুশিং শেম্বনো '

(Kannada Poem)

চীংজাউশিংগী লমদমদা পাম্বীশিংনা নুঙ মথক্তা হৌই। মখোয়না হৌবা ঙম্নবা কনানা য়েংশিনবী, ঈশিং চাইবি অমসুং হাব হাপ্পি ? পুন্নমক অসি ঈশ্বরখক্তনা তৌবনি ব্রাহোংগী ফজববা মচু কনানা পী ? মহাক অফাউবা লাইয়েকপা অমা ওইবা য়াই, মহাক কৈদৌঙৈদা মহৌসাগী মচুগা মান্নবা য়েকপা ঙম্লোই । ঈশ্বর হায়বসি কয়াদা চাউত্রবা লাইয়েকপনো ! অশংবা তেনবাগী অঙাংবা মচিল কয়াদা ফজত্রবা ! মদু কনানা শেম্বনো ? সাইন্টিসশিংনা মসি খঙবা ঙমগদ্রা ? মখোয়না খল্লি মসি মহৌশাগী ওইবা হান্নদগী লৈববা পোৎশক্কি। মসি অদুগুম্না ওইবা নত্তে। অসিগুম্বা অচুম্বা মবম নহাক্লা Nirvritti Marg (আত্মা জ্ঞান) চংলবতদা খঙবা ঙমগনি।

খুদিংমক ঈশ্বরগী অপাম্বা মতুংইন্না থোক্কিবনি। জগৎ অসিদা মশাবু অনিংবা য়াউদনা কবিগুম্বা অমত্তা থোকপা নত্তে। ঐখোয় অসিগুম্বা অচেৎপা থাজবা চাং বাখৎহনগদবনি। মী অয়াম্বনা মখোয় মশামক লাইববনি অমসুং হম্বুবা থাক্তা লৈ হায়না খল্লি অদুবু মসি অচুম্বা নত্তে। Purandaradasa না কবিগীদমক্তনো হায়না অসুম্না হায়বম্মী, "হে ঈশ্বর ! নহাক লৈনা লৈনা ঐ মতৌ কবম্না লায়ববা মীশক ওইগদৌবিবনো ? মতৌ কবম্না ঐহাক মীতোপ ওইগদৌবিবনো ? নত্তে, নত্তে, নহাক মফম অদুদা থবক পায়খৎলি। নহাক

শক্তনিনি ঐগোন্দা জ্ঞান পীনবীরিবা, ঐগোন্দা অচুম্বা লম্বী উৎপিরিবা, ঐবু কনবীবিবা অমসুং ঐবু দন্দি পীবিবিবা। নহাক্কি খুত্তা য়াউদবা পোৎশক অমত্তা লৈতে। ঐহাক্কি ইথক্তা নহাক্না তৌনিংবতা তৌবা ওমই। অদু ওইরবদি ঐহাক মতৌ কবম্না মমা মপা লৈতবা মীশক ওইগদৌবিবনো ? ঐহাক লমজা ওইববদি নহাক্কি পাওথোক্লিংবা থবক পুম্বা ঐগী ইথক্তা থগ্লোই। ঐসে নহাক্কিনি। মরম অদুননি নহাক্না ঐগোন্দা তৌনিংবতা তৌবিবা।"

## নহাক্কি থম্মোয়দা ঈশ্বরগী খ্বাখল চেন্নু

লেংলি পাল্লিবা পুম্বা ঈশ্বরনি। ঈশ্বর ফওননবা অসিগুম্বা খ্বাখলগা লোযননবা হোৎনগদবনি। অদু তৌদ্রবদি, মহৈ মশিং পুম্বা তন্নুবগী অমসুং অৱাংবা থাক্কি ফম পায়রুবগী কান্নবা কবিনো ? নহাক্না শক্তি পাযবিগে মতমদা ব্যবহাৱ ফংবা ওমগনি। মদু যাউবক্রুবা মতমদা কনানা নহাকপু ব্যবহাৱ তৌবিগনি ? ঈশ্বরগী শহম ফওলবা মখোয মফম কদাইদা লৈদুনসু ইকাই খুম্নবা ফংগনি।

কবম্বা মফমদা নহাক লৈবা য়াই অদুবু ঈশ্বর হায়বসি নহাক্কি অমত্তা ওাইববা তাংজফম লৌফমনি।

উমংগী মনুংদা, আতিয়া মকোযনুংদা, সহব নত্রগা খুঙ্গংগী মনুংদা, চীংজাওগী মতোন্দা, লুববা সমুদ্রগী ঈবোম্নুংদা। (Telegu Poem)

মহাক্না নহাক্কি অপাম্বা খুদিংমক পীবিববদি, নহাক্না মহাকপু Daivamu (ঈশ্বর) নি হায়না লৌগনি। অদু নত্রবা, নহাক্না মহাকপু Dayayamu (হীংচাবা) নি লৌগনি। তশেংবমক্তি কনাগুম্বা মীশক অমনা ঈশ্বরবু হীংচাবনি হায়না খল্লবদি খল্লিবা মশামক হীংচাবনি।

নহাক্কি থম্মোযবু, জগৎকি অপাম্বনা থুমহৎলগা Dayyam (হীংচাবগী) গী যুম ওইহনগনু, মদু Daya (মীনুংশি) না থলহন্নু। নহাক্না কোম্ফু অমদা অশেংবা অৰুবা ঈশিং হাপ্লবদি, মদুদা হাপ্লিবা কোঙ্কিন্দা অৰুবা ঈশিং চেম্লোবকনি। অদুবু নহাক্না মদু অমোৎপা ঈশিং হাপ্লবদি, কোঙ্কিন্দা অমোৎপা ঈশিং চেম্লোবকনি। Yad Bhavam Tad Bhavathi (পুক্লিংদা ফাউবিবা খ্বাখলগী ঈথিল মতুংইন্না ফল লাকনি)। নহাক্কি অনিংবা অপাম্বগী মতুং ইন্না ঈশ্বরনা

শিল্লিবনি। মসিগী মাল্লবা খুদম রামায়নদসু পীরি। রাম কনানো ? যম কনানো (অশিবগী লাই) ? তশেংনা হায়রবদি যম রামনি, রাম যমনি। মখোয় অমগা খেন্নবা লৈতে। (Bibhishana) বিভিসন্না রামগী চরন্দা চঙজনম লৌরম্মী অমসুং মহাকপু ঈশ্বরনি খঙলম্মী। কত্রবা থবক্তবু পায়খৎলিবা রাভন্দা, মহাক যম ওইরম্মী। ওঁ নমো নাবায়নদুমক হিরন্যাকৌশিকতা যম ওইরম্মী মরমদি মহাক্না মী অমসুং মওংদা খেন্নমা উবদগীনি। কত্তবা গুণ কয়ানা তিল্লবা কংশ মরমদি মহাক্না মচলনুপীবু থম্মোয় পান্দবা মতৌদা ওং নৈখিবা মহাক্কিদমক্তদি কৃষ্ণ যমনি। অদুবু কংশকি মপা উগ্রাসেন কৃষ্ণবু ঈশ্বরনি খল্লি। মরম অসিনা, রাম অমসুং যম খেন্নবা লৈতে।

খুদিংমক নহাক্কি থম্মোয়দা লৈবিবা বাখলগী ঈথিল মতুং ইন্না খোকপনি। অফবা বাখল অমসুং ফত্তবা বাখল হায়বসিনা নহাক্কি লাইবক ফবা অমসুং লাইবক থিবী খৌদোকশিংগী মক-ওইবা মবমনি। নহাক অফবা থবক্তবু খল্লগা পায়খৎকনি অমসুং মদুনা নহাক্কি লমচৎ শেমগৎকনি। নশাদা অফবা গুণ চেল্লবা মতমদা, অফবা মখলগী তৌথোবকপা থবক উবগনি। অদুগুম্না ধর্ম চেল্লবা মীশক অফবা থবক পায়খৎলগনি। কনাগুম্না মীওই অমনা মতৌ কবম্না থবক পায়গনি? Sarva Karma Bhagavad Preetyatham (থবক খুদিংমক ঈশ্বরনা পেনবিনবা পাওথোক্কনি)। অদুগী মতুং তাবকপদা মহাক্না পায়খৎলিবা থবক খুদিংমক ঈশ্বরগী মীংদা তৌবনি খনগনি। অসিগুম্না মীওইখক্তদা অফবা বাখল চেনগনি। মহাক্কি নাক্তা ফত্তবা বাখল চংলক্রবোই। জগৎকি ওইবা থবক খুদিংমক থম্মোয়দা ঈশ্বরবু কাওদনা মহাকপু থাজবগা লোয়ননা পাওথোক্কনি। অসিগুম্না মাল্লবা মখলগী পাবাশিং Max Muller না ইংলেন্দদা চৎখিবা I C.S পরিক্ষা থাগদবা মীওইশিংদা তক্নীবম্মী। মতম অদুদা Max Muller বেদশিং ঈংরাজী লোন্দা হন্দোক্লুনা লৈবম্মী। মহাক্লুম্না চাউববা সংস্কৃতি পণ্ডিত পৃথিবীদতা নত্তনা ভাবত ফাওবদা লৈরমদে। মহাক্কি বাখলদা অসুম্না ফাউই মহাক মপোক ওন্দুনা অমুক হন্না পোক্লবদি ভাবত্তা পোকপা পামজে: মহাক্না অসুম্না খল্লম্মী ভাবতকি উফুল মশামক্কি লাইবক্তা হায়া ফংজবা লাইবক ফবনি হায়না লৌরম্মী। ভাবতপু পামজবা লুনা চান্না তৌবগী বাখল লৈরবা Max Muller উন্নবা I.C.S ওফিসার অমা মহাক্কি মনাক্তা লাক্লম্মী।

ওফিসার অদুনা মহাক্কি visiting card থাজিল্লক্লম্মী। মতম অদুদা Max Muller গীতাগী শ্লোক অমা ভাব লৌশিনবা ওন্নবা হোৎনরম্মী :

Kavim Puranamanushasitaram
Anoraniyansamanusmaredya,
Sarvasya Dhataramachintyamupam
Adityavarnam Tamasa Parastat.

Adityavarnam - Tamasa Parastat (পুম্নমক্তগী থোইরবা লৌশিং ফংনবা পূক্লিং থিংজিল্লিবা মীশক, চহিগী তাক্কক লৈত্রবা জীব, পুম্নমক্পু ওাকপী শেনবীরিবা, শকখণ্ডদবা অমসুং শন্দোক্লা তাকপদা লুবদগী হেন্না লুববা, জগৎ জীবশিংবু য়োকপী থাকপীবিবা, মওং মতৌ পুম্বা মীওইবগী ৱাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা, জ্ঞান য়াওদবা অপওবদগী থাপ্পা লৈত্রবা লংলবা নুমীৎকি মশেক মঙালগুন্নবা মহাক অদুনা ঈশ্বরবু লেপ্পমক ফংবা ওমই)।

মহাক অসিগুম্বা শৈবেং মতেক অসিগী অর্থ করিনো হায়না ৱাখল খল্লম্মী। অদুগী মতুংদা মহাক visiting card অদু উরম্মী। কার্ড অদুদা করি ৱাহৈশিং ইবম্মী। কার্ড অদুদা যাওবিবা I C S. ওফিসার অদুগী মমীং Chaturvedi Amareswara Sastri ওইরম্মী। মদু উকবা মতমদা Max Muller হৰাউবম্মী অমসুং মহাক্কি মীনাইদা চপ কপ ঔনি থৌরাং তৌননবা হায়বম্মী। মহাক্লা খল্লম্মী, "ঐ বেদ অমা ফাওবা মতিক চানা খঙবা ওমদে। অদুবু মকম অসিদা চতুর্বেদি শাস্ত্রি লৈবে, মীংদুমক্লা তাক্লে মদুদি মহাক বেদ মবি হৈববা মীশক্কি। অসিগুম্বা চাউববা মীশক অমা উন্নবা হায়বসি ঐহাক্কি কয়াদা লাইবক ফবা মতৌনো !" তাঞ্জা অদুমক্তা, Max Muller মপান্দা থোক্লকলগা I C S ওফিসার অদুবু ওক্লম্মী অমসুং মহাক্কি কা মনুংদা পুশিল্লম্মী, ৱাহৈশিং অসি হায়রদুনা, "ঐ নহাক্লা উন্নবা য়াম্না লাইবক ফবনি।" মহাক্লা ফমফম অমা পীরম্মী অমসুং মহাকপু চা কপ অমগা লোয়ননা সেবা তৌবম্মী। Max Muller না মহাক মকম কদায়দগী লাকপনো হাযনা হংবা মতমদা, মহাক্লা পাউকুম পীবক্লম্মী মদুদি মহাক ভাবত্তগী লাকপনি হায়না। অদুগী মতুংদা Max Muller না হাযরম্মী, "ঐহাক বেদশিং ঈংরাজী লোন্দা হন্দোক্লি। নহাক চতুর্বেদ শাস্ত্রিনি হায়বৰদি (বেদপুম্বা লোইনা হৈববা), চানবীদুনা শ্লোকা অসিগী অর্থ ঐঙোন্দা

হায়বীয়ু।" অদুগী মতুংদা I.C.S. ওফিসার অদুনা পাউখুম পীরম্মী মদুদি মহাক বেদগী মরমদা করিগুম্বা অমত্তা খণ্ডদে অমসুং মহাক্না মখোয় অদুবু কান্নদবনি হায়না খল্লি। বাহৈশিং অদু তারুবগা Max Müller পুক্লিংদা নুংঙাইতবা ফাওরম্মী। মসিবু করিনো ? ভারতগী লাকপা মীশক অমনা, মমীংনা চতুর্বেদি শাস্ত্রি কৌরগা, মহাক্না বেদশিংবু হন্দুনা ঙাংলি। ঐহাক্না অসিগুম্বা মীশক অমগা উন্নরুবা কয়াদা লাইবক থীবা মতৌনো !"

## অফবা মীওইশিংগা সঙ্গ তৌ অমসুং অফবা পোৎশকশিংগা লোইনৌ

ভাবতবাসিশিংনা তৌবগুম হায়বদি মফম অসিগী অশেংবা ঈশিং থকপা ফংজবা, মসিদা ফংবা চিঞ্জাক চাবা অমসুং মসিগী নুংশিৎ শ্বোব হোনবদা শিজিন্নবগুম্না মপাল লমদগী লাকপা মীওইশিংদা চেল্লিবা ধর্মগী বাখল অমসুং অশেংবা বাখলোন চাং হন্থনা উবা ফংগনি। নুমিত্তুদগী হৌবদুনা Max Muller মশা মতোমতা বাখল খঞ্জরম্মী, "ঐহাক ভারত্তা চৎলুবা থোইনা দবকাব লৈতে। হৌজিক ঐগী পুক্লিং শেংদোক্লে, তক তরুরে অমসুং লৈতাবে। ঐহাক্না ভাবতকি অসিগুম্বা মীশক অসিগা লোয়নকবগা, ঐহাক্কি পুক্লিংগী ফিভম কবি ওইগদগে হায়বা ঐহাক খণ্ডদে।" নহাক কনাগা সঙ্গ ওইবগে ঐঙোন্দা হায়য়ু, ঐহাক নহাক কনানো হায়না হায়গনি। ফত্তবা মীগা সঙ্গ তৌবগা মীশক অদু ফত্তবা ওই, অফবা মীগা সঙ্গ তৌবগা মহাক ধর্ম তানশিল্লি। মবম অদুনা, মহাক অফবা সঙ্গ তৌগনি অমসুং অফবা মবত্তা পুন্সি লেনগনি। নহাক্না অসুম্না খনগনি শ্বামীনা নঙোন্দা জগৎকি ওইবা অপাম্বা পীদুনা নিংবা থুংহনবগীদমক্তা খুদোপ, ঘড়ি অমসুং যন্ত্র কয়া পীবিবি। মসি চাউববা অবানবনি। মতৌ অদুগুম্না খনগনু। অসিগুম্বা শেংলবা পোৎশকশিং অসি নশাদা য়াওবদা, নহাক ধর্ম্মগী অশেংবা বাখল হেনগৎলগনি। নহাক তুংগী পুকচেল চাউবা অমসুং ধর্ম চেনবা পুন্সি ফংনবগীদমক্তা তঙাইফদনা চংবা খোঙথাংশিংনি। কবিগীদমক্তনো হায়বা মবম সিতানা রামদা বন কোইববা মতমদা হায়বম্মী, "বাম, নহাক নিংথৌ কোনুংগী নুংঙাইববা অমসুং অকে অমৌ থাদোক্লবা মতুং মুনি অমগী মতৌগুম ফিজোল শেংলদুনা বন্দা লৈরম্মী। কোনুংগী নুংঙাইবা পুম্বগা লোয়ননা হবাউ তয়াম্বা

লেনবা নহাক্কি ফংফম খোক্লবা অধিকাবনি অদুবু পূম্নমক অদু নশাগীদমক খল্লগা থাদোক্লে। নহাক হৌজিক বন্দা পূকচেল চাউববা মখলগী পুন্সি লেম্নবগীদমক লাক্লম্মী। অদুগী মতুংদা, নহাক করিগীদমক্তা লিরুং অমসুং তেঙ্গ্রে থাদ্রিবনো ? নহাক্লা মখোয় অদু নহাক্কা লোয়ননা থম্নবদি নহাক নশামক্লা হিংসাগী থবক পায়খৎনবা বাখল পোক্লগনি।

ঐখোয় ইশাদা লোয়নরিবা নত্রগা পুদুনা চৎলিবা মখল খুদিংমক্কি পোৎশিংগী মতুংইন্না ঐখোয়গী পূক্লিংগী ঈথিল ফাউবকই অমসুং মদু উখোবকই। অঙাংশিংনা বাফম অসি ফজনা খঙবনি, মখোয় মখুত্তা কলম অমা পায়ববদি, মখোয় ইবা হৌবগনি মখুত্তা 'ওইববসু নত্রগা ফক্লাংদবু ওইববসু কবিগুম্বা খবা খোৎলগনি। অসুম্না ইবসি মখোয়গী হৈনবীনি। মখোয় মখুত্তা ছুবি অমা পায়ববদি, মখোয় খুজিল কক্লগনি নত্রগনা চৈ অমদা য়াম্দুনা শান্নগনি। অসিগুম্বা উখোবকপা শাজৎ মতৌ অসি মখোয় মমাংগী মপোক্তা য়োং ওইনা পোকখিবননি। মবম অদুনা, অসিগুম্বা পোৎশকশিং নহাক্কা লোয়ননা থম্লোইদবনি। Sathyam Kanthasya Bhushanam (অচুম্বা হায়বা পোৎশক অসি তশেংবা লিকমবিনি) ঈশ্বরগী শক্তম লৌবিবা অচুম্বা হায়বদমক ঐখোয়না ঙাংগনি Hastasya Bhushanam Danam (দান তৌবনা খুৎকি লৈতেংনি)। নখুৎনা দান তৌবগা লোয়ননা, ঈশ্বরনা নঙোন্দা পীবকপা খুদোল খুদোপনচিংবা অতৈ পোৎশক কয়া নশাদা শিজিনগনি। মী অয়াম্বা মখোয় মশাদা শিজিন্নবা দবকাব ওইদে হায়না খল্লি। তশেংবা হায়বা বাফম খঙদবা মীশকশিংনা অদুগুম্বা তৌগনি। ভাবতকি সংস্কৃতিদা অসিগুম্নবা পাবা কয়া শেংলবা পাউতাক্কা লোয়ননা য়াওবি।

নহাক সংস্কৃতিগী অশেংবা অর্থ খঙগদবনি। সংস্কৃতিনা ঐখোয়গী ইশাদা হান্ননা য়াওদুনা লৈবন্নবা অমোৎ অকায় কয়াবু শেংদোকই। মতৌ কবম তৌদুনা ফৌনা মুল্লবা মতমদা ঐখোয় মকদুগী মকু য়াউনা চাব্রা ? নত্তে। অহানবদা, ঐখোয় ফৌ মক অদু পান্নদগী লৌথোকই, অদুগী মতুংদা মকগী মকু অদুসু লৌথোকই অমসুং চেং ফংলগনি মদু ঐখোয়না থোংই। শেংদোকপগী মনুং চল্লিবা অমসুং চেং অদু মৈদা থোংবনি। শেংদোকপা হায়বা থবক অসি দবকাব লৈতবা অমসুং পামদবা পুম্বা লোয়না লৌথোকপনি। ফৌ বেগ অমগী মমল লুপা ২০০

ওইবা য়াই। অদুবু ফজনা শেংদোক্লবা মতুংদা চেং বেগ অমগী মমল লুপা লিশিং অমা ওইবা য়াই। ফজনা শেংদোকপনা মবম ওইদুনা পোত্তুগী মমলচাং য়াংনা হেনগৎলগনি। শেংদোকপা হায়বা থবক অসি ফত্তবা খুদিংমকপু সংথোকখিবা অমসুং অফববত্তংবু লৌশিনবনি। মসিনি ঐখোয়না way of life (পুন্সি লম্বী) হায়বিবসি। অসিগুম্লবা শেংদোকপগী নিয়মশিং অসি ফাউনা চৎত্রবদি, ফৌ অদু মমল খজিক্তা ওইগনি। অসিগুম্না মাল্লবা পোংশক কয়ামরুম লৈ। মসি লুপাগী প্লেট অমনি। লুপা অদুনা লুপা ওইনা অদুম লৈববদি, ঐখোয় এদু শিজিন্নবা ঙম্লোই। মসি মৈদা থারবা, নুংথংনা ফুববা অমসুং প্লেট ওইনা শেন্নবদি, মসি ঐখোয়দা কান্নবা ওইবগনি।

মসি ফি অমনি। মতৌ কবম তৌদুনা মসিগী মওং অসি ওইবকখিবগে ? অহানবা ঐখোয় লশিং লৈবে। লশিংদগী ঐখোয় লং নাইবগনি অমসুং লং অদুনা ফি শাবগনি। অদুগী মতুংদা ঐখোয় ফি অদু শিজিন্নবা য়াবগনি। মসিনি ঐখোয়না 'পুন্সি লম্বী' হায়না কৌবিবসি। শেংদোকপা হায়বা থবক অসি অতৈ ওইনা লৈবিবা পোংশক্তগী ওম্থোকপা চংই অমসুং মদুনা কান্নবা পীবনি। লৈবিবা পোংশক খুদিংমক শেংদোকপা দবকাব ওই। ঐখোয়না মপান্দা চৎলুববা মতুং য়ুম চংলমদাইগী মতমদা খোঙ খুং হামদোকপা চৎনবী লৈ। মদু ঐখোয় কবিগীদমক্তা তৌবিবনো ? মপান্দা চৎলুবা মতমদা শাখিনা মাং-তাকপা য়াদবা মহিক মতাই কয়া ঐখোয়গী খোঙ অমসুং খুত্তা পক্লকপা য়াই। ঐখোয় খোঙ-খুং হামদোক্লিবা মবম অদু লৈবননি। খুদিংমক্তা শেংদোকপা চংই। মখোয়গী চিঞ্জাক চাদ্রিঙৈগী মমাং, ব্রাহ্মণশিংনা Aaposhanam (ঈশিং থিক্তোকপা) তৌই। মখোয় মখুত্তা ঈশিং লৌখৎকনি অমসুং মদু চানবা চিঞ্জাক্তা থিৰ্কচিনগনি। প্লেট অদুগী অকোয়বদা মন্ত্র অসি শোল্লদুনা, "Pranaya Namah, Apanaya Namah, Vyanaya Namah, Udanaya Namah, Samanaya Namah" অসুম তৌদুনা মখোয় পুন্সিগী নিয়ম মঙা খুকমই। কবিগীদমক্তা মখোয়না প্লেটকি অকোয়বদা ঈশিং থিত্তোক্লিবা ? মসিসু শেংদোকপা মখল অমনি।

প্লেট অদুদা য়াওবিবা চিঞ্জাক অদু চাননবা থৌবাং পায়থৎলকপদা, ককচেং অমসুং অতৈ অতোপ্পা তিল কাংনা প্লেটতু ওম্না চাননবা চংলকপা য়াবগী ওইথোকঈ লৈ। নহাক্লা প্লেট অদুগী অকোয়বদা ঈশিং থল্লবদি মখোয় চংলকপা

ওগ্নোই। নহাক্না খঙলে, অসিগুম্বা কবিসু লৈতবা থৌদোক কাওবদা, ভাবতকি সংস্কৃতিনা মতিক চানা ফল পীবা ওমই। কান্নদবা অর্থ থোক্তবা ব্রাফম অমত্তা মসিগী মনুংদা থিবা ফংলোই। অসিগুম্বা সংস্কৃতি অসিগী পোক্নফম ভারতনি। অসিগুম্নবা চংন-পথাপশিং অসিবু মশক খঙবা ওমদবশিং অদুনা মসিবু কান্নদবনি হায়না লৌগনি।

## ছাত্রশিংনা ভারতকি সংস্কৃতিবু মমুৎ তানা খঙগদবনি

পোৎশিংবু মশক খঙদবা মীওইশিংনা মখোয় খঙদে হায়বসি মখোয় মশানা য়াজবা ওমদে। মখোয়না খল্লি মদুদি মখোয় লোয়না খঙই হায়বগী ফিবেপ লৌই। মসি য়াম্না শাখিনা পঙবগী ব্রানি। মীপুম খুদিংমক খঙদবা পোৎশকশিং খঙননবা হোৎনগদবনি। তৌবা ওম্বা শক্তি পাঙ্গল পুম্বা ঈশ্বরগী ওইবা নিতি নিয়মগী মনুংদা লাত্তুনা থল্লিবনি। বেদগী মন্ত্রশিং অসি ঈশ্বরগী শক্তি চেল্লিবনি। জগৎ পুম্বা পাদার্থ (পোৎশক) শিং য়াওবিবনি। খুদম ওইনা মসি আতবগুলাব কৌবা লৈ অমনি। 'গুলাব' হায়বা ব্রাহৈসিনা মসি লৈ মখল অমনি হায়বা তাক্লি। মান্নবা মওংদা ব্রাহৈ 'কমাস' ফি মখল অমনি হায়বা উৎলি। অসুম তৌদুনা জগৎতা লৈবিবা পোৎ পুম্বা পোশক্তুগী অর্থ চেল্লি। অদুবু ব্রাহৈ খবা অমদি মীয়াম্না খঙনবিবা অর্থগী মকমদা অতোপ্পা মমিং লৈবা থেংনগনি। খুদম ওইনা লৌবসি Akshara হায়বা ব্রাহৈ। অক্ষবাগী অশেংবা অর্থ কবিনো ? মীশিংনা খল্লি মদুদি অক্ষবা হায়বা অসি ময়েকপু খঙনৈ। অদুবু বেদান্তগী লোলদদি মসি লোইবা নাইদ্রবা মতম খুদিংমক্তা হিংদুনা লৈবা হায়না খঙনৈ। 'অক্ষবাস্বরূপা' হায়বসি ঈশ্ববু খঙনৈ। অক্ষবা হায়বা ব্রাহৈ অসি তান্নক অনি লৈ। A-kshara। Kshara না অর্থ শিবা নাইবনি হায়বা ফোঙদোকই মদুদি, জীবা আত্মা (individual soul)। Akshara না শিবা নাইদ্রবা, হায়বদি Paramatma (ঈশ্বর) গী অর্থ তাক্লি। অহানবগী অসি মতম খবতগী ওইবা শক্তম অমসুং অকোনবগী অসিদি লোইবা নাইদনা লৈবগদবা ঈশ্বরগী নিতি নিয়মনি। অক্ষবা হায়বা ব্রাহৈ অসিনা জিবাত্মাগা পবামাত্মাগা পুম্না লৈমিন্নৈ হায়বা তাক্লি। মসি লোইবা নাইদনা হিংদুনা লৈবগদবা নিতি নিয়মনি মতম খবখক্তুংগী ওইবা মীওইবগী পুন্সি মবেলদা অমসুং মতম খবতগী ওইনা তোপতোপনা হিংদুনা লৈ

হায়বা তাক্কি। বেদশী বাহে অয়াম্বা নুংগী অর্থ চেনবা অসিগুম্বা কয়ানা লৈতেংই। মসিনি ঐখোয় ঐখোয়গী সংস্কৃতিদগী ভাব তাফম থোকই।

ছাত্রশিং ! ভারতকি সংস্কৃতিগী মরমদা খণ্ডগদবা মচাক মবাং কায়না লৈ। নখোয়না পাণ্ডখোক্কিবা নথৌ খুদিংমক্তা মসিনা লমজিং শীগনি। বেদশিং অমসুং পুবানশিংগী বাহে খুদিংমক মশাগী ওইবা চিংশিনবগী শক্তি অমসুং শুমহৎনিংঙাই মচাক কয়া য়াওবি।

মতম অমদা গজেন্দ্র (শামুশিংগী নিংথৌ) শুমভিব অমনা মখোঙদা উমলম্মী অমসুং মসিগী খয়াওগী নাম্ফোকপা ওন্নমদে। অদুগী মতুংদা, মহাক খোল্লেল হৌনা ঈশ্বরদা পার্থনা তৌজবম্মী অচেৎপা থম্মোয়গা লোয়ননা, হে ঈশ্বর ! হে চানবিহেবা ! ঐহাকপু অমুক্তা কনবিয়ু। ঈশ্বরনা মহাক্তা কৌজবগী মহে শীবিবম্মী অমসুং মহাকপু কনবীবম্মী। অসিগুম্বা থৌদোক অসিনা য়ুম্ফম ওইবগা, মীওই খবনা হংলম্মী, "ঈশ্বরক কয়া থাপ্পা লৈবগে ?" জ্ঞান্না য়াওদবা মহে-মশিং হৈববা কাণ্ডবু খবনা অসুম্না হায়বম্মী, "ঈশ্বর হায়বা অদুদি অদুক্কি মতিক থাপ্পা লৈবনি মবমদি মহাক শামুনা কৌবা তাবগী লমদা।" কয়াগী মতিক অপণ্ডবা মতৌনো ! ঈশ্বর মফম অমদগী অতোপ্পা মফম অমদা চৎপগী দবকাব ওইদে। ঈশ্বর হায়বা অদুদি নহাক্তা ওইহন্নিংবা মওংদা খুকমজৌ, অদুমক ঈশ্বর ওইগনি। কনাগুম্বা মীওই খবনা ঈশ্বরবু অসুম্না খুকমই, "হে ঈশ্বর ! ঐহাক্কি নাক্তা লৈবীয়ু অমসুং ঐহাকপু কনবিয়ু।" মখোয়না ঈশ্বরনা লাকপগী খোঙথাংগী মখোলখক্তমক মখোয়গী তুংদা তাবা ওমই। মখোয়শিং অদুনা অসুম্না খুকমই, "হে ঈশ্বর ! নহাক্তা ঐগী অন্নাবা অমসুং ঐহাক্তা কপ্পিবা অসি তাবিদ্রববা ?" মখোয় ঈশ্বরগী মীৎ খক্তং উবা ওমই। মখোয় অদুনা অসুম্না খুকমই, "ঐখোয়গী লাইশোল অমসুং কপচবিবা নহাক্তা তাবিদ্রববা ? মখোয় ঈশ্বরগী নাকোং উবা ওম্মী, মবমদি মহাক্কি নাকোং অমসুং মীৎ মফম খুদিংমক্তা লৈ। মান্নবা থৌদোক অমা শিবদিদা থোকখিরম্মী।

মতম অমদা শিবদি বাবানা ভক্ত অমদা হায়বম্মী, "হে অঙাওবা ! ঐহাক মতম পুম্বদা নহাক্তা লোয়ননা লৈ অমসুং মতম পুম্নমক্তা নহাক্কি নতুংদা লৈ।" খবা থাপ্তক্তা চৎলবা মতুংদা, ভক্ত অদু তুং হন্না য়েংলম্মী অদুবু মহাক বাবা লৈবা উবমদে। অদুগী তুংদা মহাক বাখল খল্লম্মী মদুদি বাবানা মঙোন্দা মীনম্বা ঙাংলে

হায়না, "মহাক্না হায়বদি মহাক ঐহাক্কি তুংদা ইল্লকনি। অদুবু মহাক উবা ফংদে।" মহাক বাবাগী নাক্তা হল্লিলক্লম্মী অমসুং হায়বম্মী, "হে বাবা নহাক কম্মাগী মতিক চাউরবা মীশক্নো। মতৌ কবম তৌদুনা নহাক মীনম্বা ঙাংলিবনো ? নহাক্না ঐঙোন্দা ঐহাক্কি তুংদা লাকনি খঙহনখিবনি। অদুবু ঐহাক্না হন্না তুংলোমদা য়েংলুবা মতমদা নহাক উবা ফংদে।" হে মীকপ্ত ওইখিবা নহাক্কি বুখি লৌশিং। নহাক্না তুংলোমদা য়েংবা মতমদা, নহাক নহাক্কি ননংগনসু ওম্ভোক্লম্মী। অসুম তৌদুনা ঐহাকসু নহাক্কি নতুংদা লৈশিল্লম্মী।" য়েংউ ! ভক্ত অদুনা তুংদা য়েংলকপা মতমদা মহার্কি মনক্কী লৈথোক্কখিরম্মী। অদুনা মরম ওইদুনা মহাক বাবাবু উবা ঙমদবনি, তশেংবদি বাবাদি মতম খুদিংমক্তা মহাক্কি মতুংদা লৈবিবনি। ঈশ্বরগী বাহৈশিং অঙকপনা থল্লি, খঙবা ঙমদবনি অমসুং লুশিন্না অর্থ চেল্লি। মীপুম খুদিংমক্কা ঈশ্বরগী গুণ ভাব তাবা ঙম্বা নত্তে। মবম অসিনা ঈশ্বর খঙগে হোৎনকগনু। মহাক্কি য়াথং ইল্লু। মদু নহাক্কি নথৌনি।

ঈশ্বরগী মবমদা নহাক খঙবা য়াবা খঙলে। কনামত্তনা মপুং ফানা ঈশ্বরবু ভাব তাবা ঙম্বা নত্তে। ঈশ্বর হায়বসি, মপ্যালথোংদদি ইচম চম্বা মীশক অমা ওইনা উবা য়াই, অদুবু মহাক্কি অবতারগী ওইবা শক্তিশিং উৎনিংবা মতমদা উৎপা ঙমই হায়বা ফজনা তাক্লি। মসি ইচম চম্বা শিব-নাইববা মীওই অমনা ঙম্বা নত্তে। মরম অদুনা, নহাক নহাক্কি নথৌ পাঙথোকউ। নহাক্কি থম্মোয় ঈশ্বরদা কৎলু। মদু তৌবনা নহাক্কি মাঙজিল থাববা নথৌনি। অদুগী মতুংদা চিংনবা পুম্বা লৌথোকপ্রগনি।

(ভগবান্না মহাক্কি ঈশ্বরগী ওইবা প্রবচন অবোইবা ভজন শক্তুনা লোইশিল্লম্মী, "Prema Mudıta Manase Kaho Rama Rama Rama ।"

(June 1996 তাং 17, Prasantı Nılayam,
Saı Kulwant Hall দা পীখিবা বাবাগী প্রবচন)

# সাই বাবাগী মতুং ইন্না ঙাক্লা চৎকদবা

## লমচৎ-শাজৎ

1 প্রেম (নুংশিবা) হায়বা অসি তঙাইফদনা চঙবা হীংননবা পুন্সিগী পাম্বৈনি।

2 প্রেম হায়বা পোৎশক অসিগী তোঙান তোঙানবা মওং শৃম্মমক্তগী অথোইবদি ঈশ্বরবু নুংশিবা অমসুং ফঙননবা হোৎনবনি।

3 ঈশ্বরগী মাইকৈদা তঙাইফদনা পাঙথোক্তবা যাদবা মথৌদি ভক্তি (devotion) উৎপনি: ভক্তি ফংননবা তানবনি।

4 আত্মা (থবাই) নুংদা তুংদুনা লৈবিবা ঈশ্বরগী মৈবিক ইন্দ্রিগী পেন্নবা অবেম্বদা নুংঙাইথোক্তুনা শিজিন্নবোইদবনি।

5 সত্য (অচুম্বা) হায়বা অসি পুন্সি পীবিবা তশেংনমক অহিংবা পোৎশক্তি।

6 হকচাং অদুনা খ্বব হোন্দ্রবদি কান্নদবা পোৎশক ওই, মীকুপ খবগী মনুংদা পথ-পুমথবক্লগনি অমসুং মনম নমথবিগনি, মান্নবা মওংদা অচুম্বা য়াওদ্রবা পুন্সি কান্নদবা ওই অমসুং মনম নমথিববা অন্নাবা অমসুং চমম্নবগী তুংনফম ওই।

7 থাজৌ অচুম্বদগী হেন্না চাউবা পোৎশক ঘীবা ফংলোই, হেন্না মমল লৈবা, হেন্না মহাউ লৈবা অমসুং হেন্না তুংকোইনা চৎকদবা ওইথোকপা লৈবোই।

8 অচুম্বনা ঈশ্বরবু ঙাকশেন্দুনা থমই। অচুম্বদগী হেন্না চাউবা ঙাকপী শেনবীনবা লৈবোই।

9 ঈশ্বর সত্যস্বরূপা (অচুম্বগী পুমচৈ) ওইবা মহাক্লা দর্শন (মঙ্গলগী মশক ওইববা মূর্ত্তি পীনবী) অচুম্বা রাঙাং ঙাংদুনা নুংশিবগী থম্মোয় চেনবা কাঙবুদা।

10 থবাই পানবা খুদিংমক্তা অকনবা থৌনাগা লোয়ননা থৌজাল হৈবা উংলু অমসুং কথোকপগী থম্মোয় চেল্লু।

11 নহাক পূক্লিং লাকশিনবগী গুণ চেনগদবনি, নিংহন্নবা তৌদবা লমচৎ অমসুং মীপাল তাংদবা ওইগদবনি।

12 লৈযেংনা তোইনা পাওথোকপা পাপ মবিগী মায়োক্তা লৈগদবনি : লান্না হায়জিনবা, মীবু হন্দুনা ঙাংবা, মীগী মতুংদা চৈ থাংবা অমসুং বায়াম ঙাংবা। পূম্নমক অসি ঙাক্না চৎপনা পূম্নমক্তগী অথোইবনি।

13 যাবিবমখৈ হকচাংনা পাওথোকপা পাপ মঙা থিংননবা হোৎনৌ : হিংশাগী থবকশিং, অতোপ্পগী মকাদ নত্তবা মীৎম্নেং য়েংবা, হুবানবা, মযাই কাবা নিশা থকপা-চাবা অমসুং শদোং চাবা। অবাংবা থাক্কি পুন্সি ফংননবা হোৎনবদা ফত্তবা পূম্নমক অসিদগী থাপতোকপনা চাউনা মতেং পীবা ওইগনি।

14 মীকুপ অমগী মতম চেকশিন্দবা তৌদনা পূক্লিংনা তোইনা খোঙদাবিবা পাপ নিপাল অসিদা মীৎ-না শিংনা চেকশিন থৌবাং লৌখৎফম থোকই : কামান নত্রগা কল্লক মীহৌবা, ক্রোধম নত্রগা অশাউবা, লোভম নত্রগা কবাম চাউবা, মোহম নত্রগা মীপাল তাংবা, খাঙমদবা, মীবু তুক্কচনা যেংবা, ঐনা মহেল্লে খনবা, নাপল। মী অমগী ইহান হান্না পাযখৎকদবা মথৌদি পূম্নমক অসিদগী থাপতোক্না শম্নদনা লৈবনি।

15 মীওইবগী পূক্লিং অবানবা পোৎশকশিং থিননবা হোৎনবদা যাংনা পাইশিল্লি। মসিবু তহা তহা পাযখত্তনা অসিগুম্বা তাঞ্জা লাক্লবদা, ঈশ্বরগী মীৎ কাউফবোই নত্রগা কবিগুম্বা অফবা থবক খবা পাযখৎনবা হোৎনৌ।

16 অহানবমক্তদা ফত্রবা বাখল্লোন অতোপ্পা মীনা নুংঙাই য়াইফনা চাউখৎপা উবগা অমসুং মখোযবু মাংননবা হোৎনবা থাদোকউ। অতোপ্পা মীওইশিংনা নুংঙাইবা উবগা নহাকসু নুংঙাইয়ু। নহাক্কি ওন্ন-তৈনবদা লৈবিবা মীওই অমসুং মহাক্কি চাউখৎপদা মীনুংশি উৎপা তম্মু। মসিনা ঈশ্বরবু ফংননবগী পম্বুংনি।

17 মীওইবনা দবকাব ওইবিবদি অখাং কনবগী থৌনা লিংজেল অদুনি।

18 নুংঙাইনা হিংবা হায়বগী খৌরাংবা লৈরবদি অফবা থবক্তমক তৌগনি।

19 অশাউববু নুংশিবনা লায়না জয় তৌবা ঙম্মি, মীপাল তাংববু অচুম্বা মবম খিরগা, অরানবা থবকশিংবু অচুম্বনা, ফত্তবা রাখলশিংবু অফবা থবক্লা অমসুং মীহৌ চাউববু দানগী থবক্লা মাইথিবা পীবা ঙম্মি।

20 ফত্তবা মীওইশিংগী রাহংদা পাউখুম পীবোইদবনি। য়াবগদি মখোয়দগী থাগতোক্লবা হোৎনৌ : মদুনা নহাক্কি অফবা ওইগনি। হায়বিবা মীওইশিং অসিগা মরী পুমতৎ তৎনবা হোৎনগদবনি।

21 অফবা মী সঙ্গ তৌননবা খিয়ু, নশাগী ইজৎ অমসুং পুন্সি কখোক্লবা ফাওবদা। অফবা মী অমসুং ফত্তবা মীশিংগী মরক্তা খেন্নবা থিবা মতমদা ঈশ্বরগী মফমদা মঙ্গল পীবিনবা খুকমজৌ। য়াবিবমখে মীশিংগী মনক্তা খেন্নবা লৈবিবা অদু খিননবা হোৎনবদা ঈশ্বরনা নঙোন্দা পীখিবকপা জ্ঞান শিজিন্নৌ।

22 পৃথিবীগী মনুংদা লৈবাক কয়া জয় তৌদুনা মীংচৎ তাল্লিবা মীওইশিং অখৌবশিংনি হায়বদা চিংননিংঙাই ওইদে, অদুবু মীওইবগী রাখলবু জয় তৌবিবা মীওই পুম্বা জগৎপু জয় তৌবিবনি হায়না শিংথাগনি।

23 অফবা মী অমসুং ফত্তবা মী খুদিংমক্লা কবিগুম্বা থবক খবা পায়খৎপা য়াই, মদুগী মতুং তাবকপা ফল মঙোন্দা লৈগনি, কৈদৌঙেদা মহাকপু তান্নবা তোক্রোই।

24 মীহৌ চাউবনা অরাবা পুবক্ননি, পেনবা-নাইবনা পুন্নমক্তগী খোইববনি। পেনবা-নাইবদগী হেন্না নুংঙাইবা পোৎশক লৈবোই।

25 অবানবা থবক পায়খৎপগী হৈনবী শাজৎ মক ফুকতৎতুনা মাঙহনগদবনি অমসুং থাপ্পা লংথোকখিগদবনি। মসিবু তুংদুনা থল্লবদি, মসিনা পুন্সিসিবু মাঙহনগনি।

26 অরাবা অমসুং অমাং অতা অনিমক অখাং কন্না মায়োক্নৌ, নুংঙাইবা ফংনবা অমসুং শেন্দোং লৈননবা থবক পায়খৎনবা হোৎনৌ।

27 অশাউবনা নঙোন্দা লান্দাবক্লবা মতমদা ভুমিন খাওদুনা লৈযু, নত্রগা ঈশ্বরগী মীখেে নিংশিংউ মদুগী মহুত্তা। অশাউববু হেন্না মৈচাক হাপ্লনবা

পোৎলমশিং নিংশিংলুগনু। মদুনা মশিং লাকণ্ডমদ্রবা অব্বা অনা থোকহনগনি।

28 মীকুপ অসিদগী হৌদুনা, ফত্তবা শাজৎ পুম্বা লৌথোক্লবা হোৎনৌ। কৈদৌঙেদা পদ্বুবা অমসুং য়েথোকপা তৌগনু, মদুনা কান্নবা অমসুং নুংঙাইবা খাজিক্তং ফাওবা ফংবা ঙম্লোই।

29 নহাক্কি লৈজবিবা উপায়গী মনুং চন্না য়াবিবমখে লাইববা মীওইশিংগী দবকাব ওইবা পোৎশক তেংবাংনবা হোৎনৌ, মখোয়শিং অদু তশেংনমক দবিদ্রনাবায়ন (ঈশ্বরগী লায়ববা) শিংনি। নহাক্কি লৈজবিবা চিঞ্জাক মখোয়না য়েন্নদুনা চামিন্নৌ অমসুং মখোয়বু খুদক্তা নুংঙাইবা পীয়ু।

30 নহাক্কি পূক্লিংদা ফাওবা তৌহন্নিংদবা থথক অতোপ্পা মীওইশিংনা চম্বরবকপদা, নহাক নশামকসু অতোপ্পা মীওইশিংদা তৌদনবা হোৎনৌ।

31 পংবদগী তৌকবা অবানবশিং অমসুং পাপকি থবক পুম্বা, শুকচেল শেংনা অনুতাপ ..ৌ অমসুং অমুক হন্না অবানবা অমসুং পাপশিং তৌদনবা হোৎনৌ। ঈশ্বরগী মফমদা থৌনা অমসুং লিংজেল পীথিনবা খুকমজৌ।

32 মীবক মীচনথি ওইগনু, নুংঙাইনা লেনবা থাদোক্কনু।

33 নহাক্কা ঈশ্বরগী মবমদা খৌরাংজবা পামজবগা মবী লৈননা মদুগী মায়োক্তা লৈবা পোৎশক অমত্তা নহাক্কি ননাক্তা চংবদা য়াথংবা থম্মু। খৌবাংবনা মবম ওইদুনা মীওইবগী থৌনা মাংহনগনি।

34 মীনা থাগৎলগা কা হেন্না হবাউবা তৌগনু অমসুং মীনা নহাক্কি মবাল পুথোক্লনা ঙাংবা মতমদা নিংবা কায়বা তৌগনু।

35 নহাক্কি মকপ মপাংশংগী মবক্তা অমগা অমগা তুক্কচনরবা অমসুং খৎনবক্লবা মতমদা, হেন্না হেন্না মৈচাক হাপ্লবা অমসুং তুক্কচবা তেঙ্গংনবা হোৎনকগনু, অদুগা নাকল অমবোমদা, নহাক্কা নুংশিবা অমসুং মীনুংশি উঠুনা মখোযগী হান্নগী লৈনবম্বা মবী ফগৎনবা অমসুং হঞ্জিন্নবা হোৎনৌ।

36 অতোপ্পা মীশিংগী মরাল থিবগী মহুৎতা নহাক নশাগী নবাল থিযু, মক ফুক্লা মাঙহল্লু অমসুং থাপ্লা হন্দোকখো। নহাক্লা নহাক নশামক্কি নবাল অমা থিবা ফংলবদি মদু মতিক চাববনি, মসিনা অতোপ্পগী মরাল চাম্মা চাম্মা পুথোকপদগী হেন্না ফৈ।

37 নহাক্লা পুণ্য নত্রগা অফবা থবক অমা তৌবা ওমদ্রবা ফাওবদা, পাপ অমগী মবমদা পাঙথোক্কে হায়না খল্লুগনু।

38 নহাক্লা খঙবা অবানবশিং অতোপ্পা মীওইশিংনা নহাক্কি মবমদা ঙাংবা হায়বিবা পুম্বদু নহাক নশাদদি লৈতবা, মদুগী মবমদা খল্লুবা তৌগনু, নহাক নশাদা লৈবিবা অবানবা পুম্বা নশামক্লা চুমথোক্লবা হোৎনৌ, অতোপ্পা মীওইশিংনা নঙোন্দা মাংজৌননা হায়দ্রিঙৈগী মতমদা। অশাউবা অমসুং লমন খুম্নিংবগী বাখল থাদোকউ নহাক্কি নবাল পুথোক্লুনা ঙাংবা মীশকশিংদা, অতোপ্পা মীগী মবাল থিদুনা ঙাংবা তৌকগনু, অদুগী মহুত্তা মখোয়দা তৌবীমল খঙবা উংলু। অতোপ্পগী মবাল থিবা হায়বসি নহাক নশাদা হেন্না চাউববা অশোয়বা অমনি। নহাক নশাগী নবালখক্তা খঙজিনবনা হেন্না ফবা ওইগনি। অতোপ্পা মীওইগী মবাল খঙবা অফবা ওইদে।

39 নহাক্লা অশংবা মতম খজিক্তং ফংবদা, মদু হৌস্রবা থবক্কি মবমদা বাবেম ঙাংদুনা মতম মাংহনগনু, মতম অদু ঈশ্বববু নিংশিংদুনা লেপ্লু নত্রগা অতোপ্পা মীওই পুম্বগী সেবাদা লেপ্লু।

40 ভক্ত খক্তনা ঈশ্বববু খঙই, ঈশ্বরনসু ভক্ত খক্তবু মশক খঙই। অতোপ্পা মীওইশিংনা মখোয়বু ভাবা তাবা ঙমদে। মবম অসিনা ভক্তি লৈতবা মীওইশিংনা ঈশ্বরগী মবমদা খন্নবা তৌদে। খন্নদবনা মবম ওইদুনা নহাক্কি লাইনিং লম্লেলদা মপুং ফাবা ওইবোই।

41 কনাগুম্বা মীশক অমনা নঙোন্দা অবানবা বাফমনি খঙনা বাবী শাবকপা মতমদা কবিগুম্বা হিবম অমগা মবী লৈননা, নহাক্লা লৌবিবা ফিবেপক্কি মায়োক্তা ওইবগসু অতোপ্পগী মবালগী মবমদা থোইনা খনবা তৌকগনু, মহাক্কি বাঙাংগী মনুংদা য়াওবিবা অফবা লৌশিনবা য়াবা খক্তং খঙজিল্লু।

অশেংবা অর্থ চেনবা ব্রাহ্মেশিংদি থাগৎনিংঙাই ওই অমসুং পান্ক্ষম থোকই, অবানবা অর্থ চেনবা নত্তে, তোঙান তোঙানবা মখলগী অর্থ চেনবা ব্রাহ্মেনা আনন্দ (নুংঙাইববু) মাংহনগনি।

42 নহাক্কি মীৎয়েং অমসুং পান্দম হীবম অমখক্তদা থম্না পান্নবদি, মীয়াম তিনবা বাজাবগুম্না মফমদা নহাক্কি মীৎয়েং মাইকৈ মবিদা চাইথোকপা তৌগনু, মাংদা লৈবিবা লম্বেলখক্তং উবগী হৈনবী থম্মু, মদুনা নহাক খুদোংথিবা থোক্কদবদগী কনবদা মতিক চাববনি। নহাক্কি মীৎয়েং অমসুং পান্দম হিবম অমখক্তদা পূক্লিং থিংজিনবনা হেন্না খুভম চেৎপা ওইগনি মদুনা চৎলিবা শোবোক্তগী ব্রাখল লাপথোকখিবোই, খুদোংথিবা থোক্রোই অমসুং অতৈ অতোপ্পা মওং উবা ꣳন্নোই।

43 ঈশ্বর অমসুং গুরুগী মফমদা লৈবা চিংনবা পুম্না থাদোকউ। নহাক্না জগৎকি ওইবা অপাম্বা অদু ফঙবা ঙমদ্রবদি, মদু নহাক্কি লাইনিং লম্বেলদা মবাল শিজিনগনু, ভক্তিগী ব্রাখল্লোন পোকপদি নোংমা নত্রগা নোংমা থোক্রকখি... ব্রাফম অসি মবা চেৎনা থাজবা থম্ম।

44 নহাক্কি ধ্যানম (লাইনিং লম্বী) অমসুং জাপম (নাম শোনবগী মওং) মপুং ফানা চাউখৎপা নাইদ্রবদি নত্রগা নহাক্কি অপাম্বা অদু মতম চানা মহৈ যাল্লু যাদ্রগদি, ঈশ্বরগী মফমদা নিন্দা তৌবা তৌগনু। মসিনা নহাকপু হেন্না থৌনা মাংহনবা যাই অমসুং নহাক শান্তি লৈববোই, অদুম ওইনমক চাউবা য়াই নত্রগা পিকপা য়াই, নহাক্না তানশিনবা যাবা তাল্লে। ধ্যান অমসুং জাপ তৌবিঙেদা, নহাক থৌনা মাঙবা তৌগনু, নিংবা কায়বা অমসুং পূক্লিং হস্তুবনচিংবা। অসিগুম্বা ব্রাখলগী তাঙ্গা লাক্লবদা, অসুম্না লৌবো মদু নহাক্কি সাধনাগী অশোযবনি হায়না অমসুং মদু অখাঙ কনবগা লোয়ননা ঙাক্লবা হোৎনৌ।

নহাক্কি নোংমগী মনুংদা পাঙথোক্লিবা লমচৎ-শাজৎ অমসুং নথৌ পুম্না চেকশিন্না ঙাক্লা চৎলবা মতমদতা মথক্তা উৎথ্রিবা ব্রাহ্মে পবেংশিংগা মবী থম্বনা, নহাক্না ঈশ্বরগী লৈবিবা চবন লাইনা ফংবা ঙমগনি। মবম অসি লৈবনা অসিগুম্বা নিংত নিয়মশিং অসি চেৎনা থাজ্জৌ।

অইবশী কোঙত্রবা লাইরিকশিং :

১) পোইরোৎ ইনভেস্টিগেৎস
(Agatha Christie গী ক্রাইম স্তোরীশিং, ২০০৪)

২) উমংগা অরোইবা মাহিপ
(Anton Chekhov কি ক্রাইম নোভেল, ২০০৬)

৩ শান্তিগী ভূনকন - গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম, ২০০৪

৪ Ernest Hemingway অমসুং মহাক্কি লাইরিক শিং
- critic শিংনা শীবা নৈনহারোল - ২০০৯
Class - X English Guide Book - 2009 (BOSEM)